লম্বী অমদা ( নোভেল )

অইবী : মৃত্যুম দেবলা দেবী



ফোঙবা : এন, লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ

( প্রোগ্রাম এক্সকুটিব, এ, আই, আর, ইম্ফাল )

মথুম য়েকপা : টি, এচ. তোম্বী

ফংফম য়েকপা : অইবী

ফোঙবা : তাং ২৬ কালেন, ১০০২ ইং ( বুদ্ধ পুর্ণিমা )

কোপি মশিং : ৫০০ ( চামঙা )

মমল : লুপা ৬৫/-

নম্ফম : পি, এস. প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি,

সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক, ইম্ফাল

( লাইব্রিক অসি কনাগুম্বনা সিনেমা, ড্রমা নত্রগা অতৈ হিরমশিংদা শিজিন্নবা পাম্বীরবদি অইবীদগী হান্না অয়াবা লৌবীয়ু। )

মণিপুর ইমাগী শক্তম কন্নবগীদমক
জুন ১৮, ২০০১ ইং দা
লৈখিদ্রবা অথোবা অথোবী
শিংগী মফমদা কাখ্রাকচরে ।

# রাহৈ অমা অনীদং

ইবেম্মা মুতুম দেবলানা ইবা "লম্বী অমদা" হায়বা উপন্যাস অসি পাজরে। উপন্যাস অসিদা অইবীনা মণিপুরী সমাজগী সমস্যা কয়াবু উৎনবা হোৎনরিবা সমাজিক নোভেলনি। ঈংমা চিক্লা নুংডাইনা হিংজরম্বা চমজরবা মীওই কয়াগী পুন্সিবু খঙহৌদনা নমতুনা পিরকপঃ চৈথেংনা খাংহনখক্তা লৈমন চলহন্দুনা পুন্সি পিথমহল্লি। সমাজগী অকোইবদ, থেংনরিবা রাজনিতিগী সমস্যা, দিমাগু লেটর, তচুম-অরাল থিদনা মপান্দোংগী মীৎয়েংনা নমতুনা মীবু মরাল শিংথাবা, নুপীতনা রাখোক পোকহনবা তাহনব, চাংজবা শিনফমগী মতুং ইন্না হীংনবগী লম্বী খিজরিবা মীওইশিংবু খোঙ্গোয়নবীবা সমাজগী মীনোক মৈশা মরক্তা ইনখৎলম্লিবী লৈশাবী অমনা মচা মনাওশংগী পুন্সিবু মী ওইনবা হোৎনবদ, মমৈথংদা ইজ্জৎ য়াওদবী, হিংবগী ভেলু লৈত্রবী অমগুম উরকপদগী সমাজদগী নাথৈতুনা শান্তি ফংনবা "লম্বী অমদা" চংখিবগী রারিনি। চংলিবা লম্বীগী পনথুং য়োৎমদাইদা মশিং লাকচমদ্রব লম্বীংগী অফাংবা লমলোংশিংনা থংলমখি। মমৈথংদা উপন্যাসকী নায়িকা ওইরিবী মীরভাগী পুন্সি অরাবনা পোলোই ওইখি

উপন্যাস অসিগী য়াংলেন শরু ওইরীবী মীরভাগী পুন্সি লাইবক্তা তম্লম্বা (ফেটালিজম) হায়বদুদা তারকই। অথাং কনবতনা মশরুক ওইজেরক্রবীনি। মহাক্কী নুংশিবদি জহেরাগী মতৌগুম থুংনবদা লৈরক্তে। কাইনবদা লৈবা নুংশিবা ওইরকই। পুন্সিগী লাম্চেং কয়া থেংনরীবী মহাক্কা মমৈথংদা অথাং কনবগা লোয়ননা সমাজগী চংনবী কয়ানা য়োমশিল্লবা সংসার অসিদা হিংলিবা মীওইবনা শান্তি ফংবা হায়বসিদি ওইথোক্তবনি অদুনা কনাদসু রারোবা তোদনা তোম্বদগী লাপথোক্লবা হোৎনখি। অদুননি মীরভানা হায়খিবা— "চৈথেং! চৈনা! পিরো পীনিংবা দদ্দি, মসিবু অনৌব্রা? খাংবা হায়বসিনা ঐগীদি পিথো-রকপা গুন্নি।" মরম অসিদগী সমাজ অসিগী ভঙনবদা খোং থাংবা

ওয়্রবদি শান্তি হায়বদুস্তু লায়না ফংবা ঙমগনি খঞ্জদুনা সমাজ অসিদগী লাপ্না নাথৈদুনা চংখিবনি ।

উপন্যাস অসি অইবীগী অনিশুবা খুথানি । নৌরিবী অঙবী ওইজরবস্তু ফোংদোক্লিংবা, উংথোক্লিংবা কয়াদা থৌনা ফনা নীংতম্না সিন্জিরিটি য়াওনা ফোংদোকপা ঙম্মী । মশিমক অইবীগী অচৌবা মায়পাকপা অমনি ।

অইবীগী উপন্যাস "পোলোই অঙদদি" হায়বসিনা অহানবা ফোংদোকখিবা উপন্যাসনি । "লম্বী অমদা" হায়বা উপন্যাস অসিদা অইবীনা য়াম্না হৈশিংনা ফ্রাস বেক টৌক্লিব্রী মক্তেনা হৌশ্রুব থোদোক অমগী মপাও তম্লি । ঈচেল নাইনা চেম্থবা লোলগী ঋজবা রাহে রাতা মরক মরক্তা মতাং চানা শিন্জিন্নবা থেংনৈ । উপন্যাস অসিদা য়াওরিবা চরিত্র খুদিংমক মণিপুরী সমাজদা লৈতাদুনা লৈরব মীওই ওঙনি । ঙসিগী সমাজ অসিদা তং তাদবা পুন্সি মরেল কয়া-থোদোক-রাথোক কয়াগী চৈথেংনা হিংলিবা পুন্সিদা মকাইবা পীরকপত্তু নীংথিনা মতিং লৈনা উংনবা লাক্নৈ । য়াম্না তাংনা ফংলিবা উপন্যাস সাহিত্যনি ।

ইবেম্মা দেবলাগী অনিস্সুবা লাইরিক ওইনা পুথোকপিরিব 'লম্বী অমদা' হায়বা উপন্যাস অসিনা মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলদা মঙাল নাইনা লৈবগা লোয়ননা উপন্যাসকী মশিং হেনগংহনবীরে । মতুংদস্তু অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা মগুন লৈবা সাহিত্যগী লাইরিক কয়াস্তু পুথোকপিরকখিগনি হায়বগী আশা তৌজরি । ইনাওনা হোৎনজরিবা অসিবু মতৈ য়ালহনবীয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি ।

তাং ১৭ । ৭ । ২০০২ ইং

য়ুমশকৈশা ।

ডাঃ ঙাঙোম একাশিনি দেবী

# রাহৈ খরদং

মুতুম দেবলা দেবীনা ইবা 'লম্বী অমদা' হায়বা মিংথোনবা উপন্যাস অসি প্রেসতা প্রুফকীদমক লৈরিঙৈদা পাম্বে। খাজদনা লুংঙাই নহা ওইরিবী অইবী অমগী মফমদা অসুক কুপ্পা অমদি অসুক থোৱা মীংয়েং লৈরম্বদা ওকই। পুন্সিবু অমস্তুং খুন্নাইসিবু মস্তুং হুনজিন্না য়েংহুনা অপাবশিংগী মাঙদা ময়েক শেংনা থম্মা ঙম্মী। উপন্যাস অসিগী মপুং ওইবা মশক্তি মতমসিগী মণিপুরী খুন্নাইগী মৈচাক মৈচেন্নরবা কল্লবা শাফুগা শাফু অসিবু মখোনা ফনা মায়োক্নরিবী চয়র্বা মীতৈ চনু অমগী মথোনাগ জনীগী মরুব অতু উংপনি। খুন্নাইসিদা চম্বা থাক (লবার ক্লাস) ও চম্না হিংজবিবা মীওইশিংগী অশোনবা ওঙ্গা লোরগা খুন্নাইসিদা অম্নাংবা থাক্কী ফিদা লৌহুনা লৈবিবা মীগী শক্লোন লৌবা হিংচা য়াইওনাশিংনা মীচমগী পুন্সিবু শাক্লাক ওমহুনা শাক্লবহু উপন্যাস অসিদা ময়েক শেংনা উৎলি। অইবীনা অদুগা মীংয়েং অমগা লোয়নবা লুংশিনা শেমগৎচরবকপা মীরভা কৌবী নুপী অমনু লমদমসিগী তমখীরব খুন্নাইসিনা হন্না হন্না শাক্লাক তমীবগী থম্মোয় শোক্লবা মপাউ অমা উপন্যাস অসিদা য়াওরি। অদুবু নুংশিবা অমগীদমক নুংশিবা অমনা কদায় ফাওবা কৎথোকপা ঙম্বগে হায়বদু মরীক চুম্না ফোঙদোকপগা লোয়নবা ওসিগী ওইডবা তানবদা শারনচং চৎলবা খুন্নাইসিদা নুংশিবগী অশেংবা থম্মোয়গী মশক অদু মাঙথিদনবা অইবীনা রানা শেম্নজবগী মমি অমদি উপন্যাস অসিদা ময়েক শেংনা তারি। অদুবু লৈখোমদগী হৌহুনা লৈশাং তমখিবা থম্বালন লৈশক লৈচু হেল্লকপা অমদি লৈনম চেল্লরবা মতমদা ঈপাক্লা কুপশিনগ্রবা লৈখোম অহুনা মহাক্কী মিংচৎ থীহন্নবগী মচাক্লি থল্লকপদা লৈখোম অহুদা করি ফাওরমগনি? উপন্যাসসিগী মীরভা কৌবী নুপী অসি

অতুগুম্বা ঁপাক্স কুপশিনদিরবা লৈখোমদুগা পাংখক্লি। মহাক্না মীওই কয়াগীদমক হিংখি, মখোয়গীদমক মশাগী অনীংবা অপাম্বা পুম্নমক থাদোকখি। অদুবু, মতোন্দা ফংলিবদি শুপ্পতগী চৈনাতনি, মীনোক মৈশাতনি। ঙসি খুন্নাইসিনা হঙোই তুকৎচনা খন্নরিবা মীওই খুদিংমক মিংচৎ লৈনা, নুংঙাই য়াইফনা অমাদি ঈংনা তপা হিংবা পামদবা নত্তে। মখোয়বু মখোয়গী ফিভম অসি য়ৌনা চিংথরকপদা খুন্নাইসিগী মু অচৌবা খুৎ য়াওই হায়বসি খুন্নাইসিগী মীপুম খুদিংমক্না ঙম্না কাউ-খোক্লগে। মখোয়দি মিরাংদা থুব্বা মরাইবক থীরবা তৌলগুম্বনি ফনমক হোৎনত্নস্তু মখোয়না থুরিবা মিরাংচুদগী খক নাম্থোকপা ঙমদ্রবা। অইবীনা মখোয়গী মফমদা মীমুংশি উৎলি মখোয়গী পুন্সিবু মকুং চুনজিন্না উবিনবা অচৌবা রাকৎ অমা অইবীসিনা মণিপুরী খুন্নাইদা মখোনা লৈনা থাঙ্গংলি। ঙশেংনমক থাগৎলী ঙাক্নি।

লোইশিল্লকপদা থমজনীংবদি, মণিপুরী সাহিত্যদ য়াম্না তাঙনা লৈরবা উপন্যাস হায়বা সাহিত্যগী মখলসিদা কেপ্পেন খুৎ থাররিবী অইবী মুতুম বেবলা দেবীগী হন্দক পুথোক্লিব 'লম্বী অমদা' কৌবা উপন্যাস অসিদা হনৌব মণিপুরী খুন্নাই অমা, পুরুকবগী তোৎনরবা অসি মইহ য়ানহন্নীই। উপন্যাস অসিগী মীরাওন, অমুক হল্লকপা ঐখোয় খুদিংমক্না খীরাংনা ঙাহনি। থৎদে লমদমসিগী খুন্নাইসিনা মাবু কৈদোউঙে তরাম্না ওকপিরগনা!

ডাঃ লনচেনবা মৈতৈ

# ফোংজরিবগী মাইকৈদগী

কুমারি মুতুম দেবলা দেবীনা ইবা মহাক্কী অনিস্ুবা "লক্ষ্মী অমদা" হায়না মিংথোনবা নোবেল অসিগী পব্লিশর অমা ওইজবা হায়রুসি ঐহাক্কীদি লাইবক য়াম্না ফরবনি হায়না লৌজে। নৌরিবী ইনথং-লক্লিবী নুপীমচা ১দি নুপা মচা কয়ানা মনিপুরি সাহিত্যগী লৈকোলদা মথল মথেল কয়াগী লৈরাং কয়া থাদুনা ইমা মনিপুরগী সাহিত্যগী লৈকোলবু মপুং ফানা, চাউথংহন্নবা হোৎনরকপশিংদা তঙন্না মতেং পাংজনিংলুবদগী ১দি মচিল তুমথংলক্লিবী অইবা অইবীশিংগী পুক্নিং থৌগৎনিংবগী অশাদা লাইরিক অসি ফোংবগী থৌদাং লৌজরুবনি।

মশাগী পীথোরকপা ইবগী প্রতিভা য়াওদনা কৈদৌউদসু কনাগুম্বা অমতনা কল্পনাগী খোর্জে থক থাবা ঙমলোই। ঐগী রাখল্লোন্দা কুমারি দেবলা দেবী তৌজিক মতমগী নুপীরক্তা মচিল তুন্না ইনথং-লক্লিবী মণিপুরী ইমাগী অইবী মমোমশিংগী মনুংদা অমা ওইরে। হঙ্গৎনা য়েংলুবদা মহাক্কী অহানবা নোবেল "পোলোয় অতুদদি" কয়াগী মতিক মরিক চুম্নবা মুংশি নুংঙোলগী য়ুমকম ওইরবা লাইরিক। অতুম্নদি ওইরগসু মহাক্না ইথোরকপা খুদিংমক্তা নুপীশিংগী তৌবা ঙম্বা শক্তি ১দি নুপীশিংগী চরিত্রবু অরাংবা থাক্তা থম্বা ঙাক্তনি। মহাক্না ইখিবা লিলা মখিসু A. I. R. Imphal Station দা শান্নখ্রে। লিলাগী মমিংশিংদি :

১) প্রলয়গী মৈরি

২) পুন্সি সন্ধা ওইরকপসিদা

৩) লায়েংশঙ

৪) মীয়াম মরক অসিদা ঐথোয়গীসু মকম মচা অমতং।

হায়রিবা লিলাশিং অসিসু অতাবশিংদা অপেনবা পিখিবা লিলা ঙাক্তনি।

জাতি অমা মশক তাকপদা সাহিত্যনা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌরী। ঐগী মতুদি অইবী অইবা থুদিংমক সমাজ সংস্কার তৌবনি হায়না লৌজে।

কুমারি মুতুম দেবলা দেবী অইবী অমা ওইবগী গুণ (প্রতিভা) মপুং ফানা য়াওরবীনি হায়না লৌজে। কয়াদা লাইবক ফরবা ইমা মণিপুর, পিক্লবা চিংলৈপাক অসিদা মৈতৈ চনু কয়ানা তোডান তোঙানবা লম কয়াদা পজেং ফিরাল থেত্তুনা, লৈবাক কয়াগী মমাংদা অরংবা থরান মিচাককুম্না ছান্দুনা লৈরি। ময়াম অসিগী মরক্তা কুমারি মুতুম দেবলাসু অরংবা থরানমিচাক অমা ওইরসনু।

কুমারি দেবলা দেবী, অরেপ্পা লৈতনা মাগী পুন্সিনা হিংলিবমধৈ লেপ্পনা ইবগী শক্তি পীবীযু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা নিজরি।

নিংথৌজম লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ
( প্রোগ্রাম ইক্সিকুটিভ. এ, আই, আর, ইম্ফাল )

# অইবীগী ৱাহৈ খরদং

ঐগী অনিস্থুবা ওইনা খুদোল তমজরিবা উপন্যাস ( লম্বী স্মরদা ) অসি মশিং য়ামদ্রবা সাহিত্যগী লৈচল ওইরিবা উপন্যাসকী অৱাংপা খরদং ওইবস্মু মেনশিনবা ঙম্নবদি হায়না খঙজনা মীয়ামদা খুংশিন্নজবনি। তশেংনা সহিত্য করিনে হায়বা খঙজবদি নংচদে। পামজকপগী পুক্নিংদা কাওরকপা ঈথিলদু কলমগী মতেং লৌজরগা মীয়ামদা পাউদনজবনি। লাইরিক অসি পাবীরগা অফ ফত্তা কয়া হাইবীরক্লবদি পাউতাক্লি খন্না হরাওনা লৌজগনি।

ইজরিবা ৱারি অসিদা য়াওরিবা মীশক মীওইশিং হিংলিবা নত্রগা লৈখিদ্রবা কনাগম্মু মরি লৈনদ্রে। সমাজ অসিদা ওইরিবা উজরুবা, তাজরুবা কয়াদু কল্পনাগী মতেংনা ৱারি ওইনা লেংজবনি।

ৱারি অসি খুংই ওইনা লৈরিদ্রেদা ঙজা অরুনা ( এসোসিএট (প্রোফেসার এম, ইউ, ) না পাবীহুনা অশোয় অঙাম কয়া তাকপিরকুনা শেমদোক্লবগী লৌশিং কয়া তাকপিরকপগীদমক ঙজাগী লমন তোন্সিঞ্জরে।

অরাম্বম ওংবী ইচেম্মা মেমচৌবীনা লাইরিক অসিগী অফ-ফত্তা কয়া তাকপিরকপগীদমক্তসু ইচেম্মবু থাগৎচরি।

লাইরিক অসিগী মমিং থোনবদা মতেং সজেশন পীবীরকপগী ঐগী মরুপ আর, জে, মৈতৈবুস্মু থাগৎচরি।

লাইরিক অসিগী মখুমগী লাই য়েকপীয়ু হায়জরুবদা হরাও হরাওনা য়াবীরক্কুনা পুকচেল চাওনা মখুমগী লাই পীবীরকপগীস্মু ঙজা থোইদিংজম তোম্বীবুস্মু ইকায় খুম্নবগা লোয়নননা ঙজাবু থাগৎপা ফোংদোকচরি

লাইব্রেরি অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা মতেং পাংবীখিবা ঙজা নিরমলা অতুগা লিটরেরী সোসাইতিগী মেম্বর ওইবীরিবা ইকাই খুম্ন-নিংঙাই ওইরবা ঐবু তাকপি তম্বীবা ঙম্লবা ঙজাশিংবুস্ু থাগৎপা ফোংদোকচরি ।

ঐগী ইনাওম্বুপা কেঐচ. অচৌবা সিংহ (লেকচর, বিষ্ণুপুর হাইয়ার সেকেণ্ডরি )না শেলগা মতেং পীবীরকপা অতুগা ঐগী পোৎ-শংবমগী ইনম্মশিংবুস্ু থাগৎচরি ।

লাইব্রেরি অসিবু ফোংবগী অচৌব থৌদাং লৌবীবতা নত্তনা শেলগী মতেং পীবীদুনা ঐগী লাইব্রেরি অসিবু ফোংবীরিবা কক: নিংথৌজম লোকেন্দ্রজিৎ ( প্রোগ্রাম এক্সিক্যুটি, এ. আই, আর, ইম্ফাল ) বু তৌবীমলগা লোয়নবা হন্না হন্না থাগৎচবা ফোংদোকচরি । ককাগী শিংবা ঙম্লরোইদবা শমন তোন্সিঙ্গরে ।

অচিনবা কয়া কাম্নগোকপিদুনা লাইব্রেরি অসিবু অথুব, মতমদা নম্বা লোইবীবগীদমক পি. এস. পব্রিকেশনকী ওনর অতুগা ষ্টাফকী মীওইশিংবুস্ু থাগৎচরি ।

লাইব্রেরি অসিগী মখুম নম্বীরিবা রিজাদ কমপুটরবুস্ু থাগৎচরি ।

অইবী—

# লম্বী অমদা

## অহানবা শরুক

ওলাংথাগী ওমচাক্করম্বত্তুম্ থরা নেমথগ্রে। মথৌ চিল্লবা নোংমগী চর। তাল্লিবশিংনা মশা থিংনা ফিংদবা য়াদে হায়বগী তশাদা মথৌ মায়কৈ পাংনরি। পেংফোনবশিংনা নংহৌক্করোই হায়দুনা অরম্ব: কোকথোং অতুংগা লোয়ননা খোংথাং কুপথাং থাংলদুনা চৎলি। বিক্লা থৌবশিংদু অথাম্লদগী খুংলবা বস অদু তম্না থৌজিন্নরি। ইনশাং ময়োমদু মখোয় মশেল মুম্নে লাওনৈ। লংলোনবী মশেল লাওনৈ— 'ঐনা হান্না পায়রবা ময়োমনি। নঙনা মুনবা য়াত্রা?" য়েংবা হৈরবদি কুম্মে অসিদি য়াম্না ফুংজাইবজাং ওইরে। অমুক্কী ব্রাকিং চৎপশিংগী ইনশাং লৈবা মতমনি। মী মথল শুনা তিল্লরবা ইম্ফাল সহরগী অমুক্কী শক্তমশিংদু পুক্কি নুংশিনা ফজবা জাংনি। থম্মোয় কল্লিব্রা, হিংনবগী লান্থেংলা তায়ফম থঙদে। অশোনবদগী অকনবনা মুল্লি। মচিং কনবীত্তুনা খুম্বা ওমজনবী ওপচবী অদুবু তুহৎপী। নাকন্দনা ফিজম শেম্নৈ। মাগী মাগী খুৎফাত্ত নত্তনা অনৌবা মীনা পোংথু শোল্লবকা য়ান্না নত্তে! থুংলাওনদো! পাখৎলুপে। মশম কোইনরকদ্রা হায়দুনা। মশিংদি মখোয়গী হৌনশ ওইরমলে।

তোম্বদু ডাইহাক লেপ্তুনা য়েংলম্বদগী খোং থাংবা হৌগ্রে। তুহৎপা ননথাক, পুকচেল পীকপশি মতাক য়াম্না হৈনদে। তোম্বনা ডাকি ডাওচৎনরিবশিংদু ব্রাকৈ অসিননি। খোংথাংদু গপ-গপ থাংই। ফোংদোকফম খঙদবা অশাওবা অমা লোয়নবা মাল্লি। চৎন-চৎনা তিনদু মখোল হৌনা পেন্না শিত্তোকই। হৈনবদু কোক্কবা ওইরম্বসু য়াই। লম্বী চৎপা লেংথৈনখিবা মীশিংদু তোম্বদা য়েংলম্মী। অদুবু তোম্বদি করিস্সু নাচুংদনা চৎলি।

মখোয়না লৈরিব ভারাগী কাড়দা চংলকই। থোংহ্নু ঙশাই মানা ঙাশিল্লম্বা অতুপ্তুম লেংদনা লৈরম্মী। ওঝা রাজেন্দ্র মমিত্তি পাংলয়্রে। অতুবু হৌগৎলমদ্রি। রাথল খল্লা হিপলম্মী। তোম্বনা চংশিল্লুনা ওঝা রাজেন্না লাইরিক হুবগী হেক-হেক ফম্বা চৌত্রিক্তুদা ঙেক ফমথে। ঙাংবা হৌরকই। "এনা খ্বায়দগী হৈনদবশে তুহংপা, নমথাক পুকচেল পিকপশিনি। তুক্কৈচে, অশোনবদ অকনবনা তুহংপীবা, নমথাক তৌবীবা! য়েংনিংদতুননি এনা খুনা খোং খংদোক্লিবসে।"

মতৌহ্ন তুমিন্না য়েংলদুনা ওঝা রাজেন্দ্র লিপলি। কর্বিত্ম হায়রক্কে। মুংতিগী অয়ুক খুদিংগী অসিংগুম্বা ভাবশি তারিবনি। তোম্বনা ওল্লা রাকিং চংকনি। ওল্লকপদা মহাক্কা থেংনরকপত্থু শাওনিংবা ওইরবস্থু হয়াওনা ওইরবস্থ ওঝা রাজেন্দা তয়্যনি। তোম্বগী মুত য়েংনা রা থুমলুব্রবদি থমিৎ অতুম মরৈদা লোইবা নাইদে। তোম্বনা মথা তারকখি — "মখোয় অসিননি লেংলবা থম্মোয় অমবু নমডুনা মরাল পিশিনবিখিবা! নমডুনা মাংহনখিবনি। এঙনি মহাকপু কক্ষ-নিংহুনা চোংজখিবা। থম্মোয় ফাওনা থুগ্না লেংশিনবীরব, হেনইজগী চৈনা থাংনা-খাংনা চেল্লা অদো পাইখিবনি। কয়াদা মীগ্নুংশি থঙ-খিদ্রবনে? মহুতদ মখোয় পেল্লা নোকখিবনি। ওঝা রাজেন এ য়াম্না শাওনিংই। থা চিক্কুনা খুংকুম ভাশিন্দুনা থাগলিবনি।"

ওঝা রাজেন্না তপা পুমলকই — 'সংসার হায়বসে মশিনি, এখোয় য়েংবা তাবনি খাংনা তাবনি। অতুগা থেংনবস্থ তাবনি। পুন্নমক অসিগী অথোইবহুনি পুন্যিগী ফল হায়নরিবশে।"

"অত্রবু নমডুনা পুন্যিগী ফল অদুনু লান্না ইশিনবীবশিবু ধর্ম্ম রা? মীওইবশিবু মীনুংশি য়াম্না লৈ হায়নবদায়নে?" ওঝা রাজেন্দ্র মরো লৈনা নোকফেং তৌরকই। হিগ্রন্থদগী হৌগতুনা হায়রকই — "মতুনা অচুম্বা। ওইরগদি এখোয় খুদিংমক শাস্তি হায়বহু ফংলগনিনা।" ঙাংনা ঙাংনা ওঝা রাজেন হকচাং শেংদোকপা থোকত্রে।

তোম্বগী পুন্সিদা অসুম্বা কনাগুম্বী অমগীদমক খন্দুনা পুন্সিদা নিংঙমদবা মথন শাবা থম্মোয়দা ফাওখিদবনি। মহাক্কী পুক্নিং মশাগী হিংনবগী মথৌদাংনা ঈমায় পাথোক্কুনা লৈরিবনি। হিংনবগী থৌদাংগা মরি লৈনদবা রাখলগী মুংঙাইবা মংলানসু নোংমত্তা মংখিদে। তৌইগুম্বসুং ঙশিদি মহাক্কী পুন্সি ওন্না তৌনরে। খরনা হায়বসু য়াই — মুপা মাঙ্গদে। ময়ামগী মীৎয়েং, ময়ামগী রাখল মহাক থোয়না চংলুদে। মীকুপ খুদিং পুংজা খুদিং মহাক অতুবু নিংশিংদবা ঙমখিদে। অতুননি মহাক্না ঙাওচৎননা হিংলিবা

তোম্বনা মশাগী হৈনজবী থোংথাং থাংলতুনা লম্বীদা চৎলি। মুমিদাংয়াইরমগী ঙংঙান্নবা নঙালহ মমিত্তা য়েরবদা মুকৎতুনা থাংই। কদোমদগীনো মঙাল অমনা মায়দা য়েরকখি। লম্বীগী নাকনগী মথোল অনিগী থোংনাও অমগী মপাদা কুপী অমা লেপ্লদুনা মিংশেল পায়দুনা কেরি। মায়থোংদি উদে, মিংশেল পায়রিবা তবুপতবুপ লাওবা অঙৌবা খুজেং অতুদা সনা মচুগী খুজি ওন্না শিরি। তোম্বগী থোংথাং লেপখি। তোম্বগী মশা পুম্বা শায় লাংখি। শোনখি — "য়ানি, মওং অসিমরি।" চিংনতবগী মীহুলতু থোঞ্জেল য়াংনা চোংলকখি। থোং থাংবা থোক্তুনা লেপ্পুনা য়েংখি, গাড়িগী অহৌবা থোঞ্জেল অমখক্তা তোম্বগী মীহুলগী থোংজেল খুগায়খি। থোংনাওগী মুপীতু শরক্তা ওনশিনদুনা মপুং ফানা লেপলিবতু উরে। তোম্বতু নোক্নিংলমানে কুইনগী মতুংদ মীনোক মচা অমখক মায়থোংদ তাররে। মতোমক্তা শোনখি - "করিনো হৈসিবু মুপীগী খুজেংগী খুজিদা ঙাওজবা মী মাঙ্গরেদা। মহাক অতুদি কদায়দগী এইরগদগে। অসুক থীগ্রবী অসিগা মহাক অতুগা করম্বু চাংদম্নরুরিবনো?"

মুমিদাং য়ান্না থেংনা তোম্বনা হঞ্জিল্লকপদু উবদা ওজা রাজেন্না হংই — "অসুক থেংল ফাওবা কদায়দা ফমলুই। পুং ৬ অতুরাইদা বি. টি. পার্কতা নঙবু খিরম্মী।" তোম্বা থুমলুদনা তুমিন্না ফমথে।

মতৌগ্গী মাংলমলে। অঙৌবা ফিরা কোকশংরদুনা মায়থোং লুক্না থোরকখিবী সয়াগী মতৌদুনা তোম্বগী চৈমাদী মখিং তেনগংহনখি। কুইনা লুকখত্তুনা ফজ্জবা মতুংদা হোম্বনা হন্না হায়বনি "ওজা রাজেন, নঙসে য়াম্না ফজবা মীনি। করিগীনে ঐবু পুক্কা চংলিবা, মফম অদুদা।"

ওজা রাজেনসু তুমিন্না ফল্লি : হাইত্তুমক চংখনজিনা হায়না হাল্লা পাংলবগী মওংনি। তোম্বনা মখা তারকই

"ঐবু মরুপ অমগুম্না নু শিরিব নত্তগা কেগী মাতাংবনি, উরগা নথমুন্নয়দা নোক্লিব্রা ?"

"নত্তনা হায়নিংবা হায়গ্। নঙগী পুক্কি অহুঙনি কন্নিংই।" ওজা রাজেন্দী মতম চুম্মদা হাংদুনা লৈবা থম্মোয়নি।

ওজা রাজেনগা তোম্বগা থেংনরমজ্রবদি তোমগী কিভম পুক্কি নহাম্না হোংলরম্ম যারিবনি। ওজা রাজেনা হায়রকই "নঙ ফমহৌগিগেরা? ঐদি পিকচর য়েংদুখিগে।"

ওজা রাজেন্দী খিলমন ডাক্তরবা মীনি অঙক্ষা য়ার পিকচর অদুগা ক্লাসিক ওইব, ফিলম লাক্লবদি লেন্না থাদে। তোমবুদি মখোয় ইঙ্গরেজ ওইদে অদুনা কম্না হৌরমদনা ওজা রাজেন হৌগত্তুনা চংখ্র। তোম্বা মতোমত্ত কমহৌরে। তোম্বগী নীক্রুপ পুংজাদি মজাওয়া খুংশিংনবগী-দমক্তনি। মশানা মশাবু পেন্দবনা খাংঙমলক্তে নাথল হায়বসে মহা পাম্মী হায়বসি খঙলকপনা ওইরম্বসু য়াই মহাকপু অস্তুক রাহল-লিবা। অকনবা নুংশিং অমগা লোয়নননা নোংমু চুথবক্তে। নোং থুপফমদুদা তোম্বসু চংলক্তুনা নোং থুপলি। Street lamp কী মৈঙালদুদা নুপী অমথক ফিনা নোংদু থল্লহুনা রিক্সা ফানবা চংশিল্লকখি। কিভম মুক্তি অদু উবদা তোম্বদু মমিং মনা শংদোক্লুনা মুন্না য়েংশিল্লি। নুপীদুনা রিক্সা তোংদুনা চংথবা অদুদদি মশাবু লাকশিঙ্কত্তুনা তুমিন্না লেপহৌখি।

তোম্বনা রাকিং হল্লকপা মতমহুদা ওজা রাজেনদু ঙশিদি হৌগত্লুনা চা থরুবা তোম্বনু ঙাইরম্মা নুংতিগী নোংঙাল্লমদায়গী পুং ৪ তাগ্রবদি তোম্ববু তুম্বা য়াহল্লে। করিননো মহাকপু নমদুনা চিংথোকখি। অতুগা অমম্বদ কোয়চা চৎলুবনি। তুমাং তানা চৎলুবদুনা মহাক্কী অরাবা থরা হন্দুবা মাংখি। তোম্বন ফমথবগা হায়রকই— "ঐ য়াম্না পেন্দে, মহাক্না ভুক্কন লৌখিবা হিংচা য়াইতমবা ময়াম অদুগী মরক্তা ঐস্থ অমনি। ময়ামশিংশি নিংশিংলুবদনি ঐনা থাং অমনা থম্মোয়সে লোনগৎনিংলিবা। মতুদত্ত ঐ পেনগনি।"

"কয়াম কুইননো অত্মা থন্দুনা লৈখিগদবশে। সম্মাগী মথাংদু করি থল্লে।"

"নঙবু হাক্কোক্লীংই।"

ওজা রাজেন্না পুক্কি ইংথনা— "সে চাসি থকচিল্লু।"

তোম্বগী থম্মোয়দা ওল্লিবা মৈত্ত ওজা রাজেন্না থগই। তোম্বগী নৈগী চিং অতুবু তপ্পা তপ্পা মথৎলবনি ওজানা হোৎনরিবা। তোম্বনা ঙাংলিবা ঙাংহনবা নত্তনা পাউথুম পিরুবা য়াবা নত্রে।

ওজা রাজেন্দ্র কি হোৎদুনা চৎত্রে। কুমিৎ অদুমদি তোম্বন্ত চৎথোক্তুনা ওজা রাজেন্না কলোতরগা হল্লকপা ঙাইরি। থোংথু হাংলদুনা হাথ হাথু চংলক্লুন হায়— "অঙাং অমদি লৈরে। লুপাামচানি।" মখোয় অনিনা লৈরিবা চাক থোংদুনা চাবদি মশিং য়ামদে। লোংমগী হোৎচেনাদা অদুগা অংংবা দবলরুতি চাদুনা তোকপস্থ য়াওই। তোপ্পদি থোয়না থল্লে। ওজা রাজেন্দ্র স্থম হেনরকুবা ওইরমবস্থ য়াই। অদুনা চাক থোংবীনবা অঙাং অমা থিরবনি। হিংলবদি তঙাইফদনা চাকথুম্ন অমা লিংদবা য়াদে হায়বাস থরুলকপননি। কি হোংনা-হোংনা হংই— "নঙগী মত করি লৈ।"

"ঐগী মততি পংতিগী অথোংবা চাক চাবা ফংলনি, অদুগা দবলরুতি য়োনবীদু থরদি শাঙ নংলবা য়াই।"

ওজা রাজেন্না নোকফেং তৌরকখি। অদুগা হায়রকই— "অঙাংছু শেমবীবস্থু থোককনি। মমাদুনা মচা য়াম্মনখিদুনা লাইরিক তমহনবস্থু ওমজরবজাংবনি। ঐনা লাইরিকস্থু হৈহনগনি হায়বদগী হরাও হরাও য়ারকপনি।"

ওজা রাজেন্দ্র ঈরুজরা করিনো থোকখ্রে। তোম্বদি মচি লেংদ্রি।

সুম য়েংশিল্লুবদা ফল্লাংদা থেংলিব অয়েকপা লাই অদুদা মীংয়েং তাক্করে। ওজা রাজেন্না exibition অমদগী লৈরকখিবনি। শক্তমদি "ওং নৈবদা থাংবা রারব মৈতৈ ইমাগী অয়েকপা শক্তমনি। মশম মনা ইফা ফানা খজায় অনিদা পিরাং শিন্থবা শক্তমনি।" শক্তম অদু য়েংলুবদা রাবনা শ্বব যুনংগে তৌই। নুপীগী মীত্তগী পি শিন্থব, তোম্বনা য়েংবা সুকভেম ওমজদে। তোম্বগী মীংয়েংদা মতাক অদুগী মীত্তগী শিন্থখিবা পিরাং অদুগা মান্নবা লৌজে। করিস্থু খেন্নদে, অনিমক নুপীনি। চৈনাস্থু ওংপি নৈবীবদুনি। শক্তি পায়বশিংগী মীওং অদুনি। নুপী হায়বশিংগী ম্বাহন্দোক্তি চৈনা থাংবনি।

ফুক হৌগত্তুনা অয়েকপা লাইদু লৌথোক্তুনা উপু মন্নুংদা হাপ-চিল্লি। তোম্বগী লোনচং বাভারশি করিনো হায়কম খঙদে। ওজা রাজেন্নদি ওস্থোক্লা চৈনা লোইনগ্রে।

ফনা খেংলব ফাওবা ওজা রাজেন হল্লক্রে। অঙাং অমা পুরক্কনি হায়নত্তদা চাকস্থ পোংদ্রি। সাইকলগী মখোল অমা তাখি অদুগা তুশিনখিবগুম তৌই। তোম্বত্ত হৌগৎলক্কই, পোক্তুনা য়েংলবদা ওজাগা সাইকলদুগা পুম্না তুশিনমীনত্তুনা লৈরম্মী। অমুক্তা উদবা মতৌদুদা তোম্বদু ওকই। চংসিন্দুনা হৌগংলি! অদুবু তোম্বা মমায় লৈখোক্তুনা থাংই। উং! ... .. মনমশিদি! ওজা রাজেন্না শিশা শিজিন্নরবা! থাজখিদ্রেদা! অমুকস্থু খল্লি— শিজিন্নরমবস্থু য়াই। মাগা ঐগা থেংনবদি কুইদ্রি। অদুনা ঐনা খঙদবা ওইবস্থু য়াই।

ঙাকুনা তোম্বনা ওজাবু ইমুংদা পুশিল্লি। য়াম্না হেন্না ঙাওবদি নত্তে, কম্ত্রোল ঙমজদবনি। হিপ্পু য়াদে, মাগী লাইরিক ইকম অদুদা ফমথখি। অদুগা ফুরিৎথাওদগী লিক্লি অমসু পুথোরকই। তশেংনা ওজাশি হান্না শিজিন্নবজাৎনিদনা। মথুম হাংদুনা থাংগত্তুনা থকচিল্লি। অদুগা ঙাংবা হৌরকই—"নঙবু নুপারো? অদুক থম্মোয় শোনবা। ঐদি হৈনদে। If he born as a man than he must be a man."

ওজাগী থাজত্রবা মতৌ অদুদা তোম্বনা ঙক্লা য়েংদুনা তুমিন্না ফমলি। ওজানা মখা তাবকখি — নঙদি নুংঙাইথোকপসু হৈতে। ঐদি নুংঙাইরে, পেল্লে। ইথুড়াগী মগাশিং অদুনা ঐগী ইম্খোল শরুক য়াওত্রে হায়দুনা দরখাস ইরক্লে।"

তোম্বনা ঙক্লা হংখি — "করিগী অদুদি?"

"থুড়াচু লাইদি ওইখ্রে। মহা হুরানবনে, হুরানবা। মচা ঐঙোন্দগীবু নমথাক তৌদুনা শোই লৌইনে। ঐগী ইঙ্খোলগী মমলদুনা ঐবু মহৈ তমহনবা ওইরমলে। মখোয়গী পেন্নবা অমুকসু শোইদু তৌবীরমলে। ঐদি মনিং তমলে, কনাগীসু লমন তোন্সিন্দ্রে।"

ওজা রাজেন্দ্র ঙশি মথায় নুংঙাইমন্দবদগী হিদাক থক্লকপা জাৎনি। করিগীনো মীওইবনা মীনুংশি অসুক য়াম্না লৈত্রিবা। কল্লক মীহৌ চাওরিবসিনা করিবু কান্নগদৌরিবা? তোম্বনা মতোমতা থজে।

ওজানা - "সে নঙসু মশি থকউ। লোইনমক কাওখ্রগদবনি। অদুগা নুংঙাইরবা মংলান অমা উবা ফংগনি।"

পিরক্লিবা গ্রাসতু শোকলুদনা তোম্বদি মঙ মঙবা হৌখ্রে। তোম্বনা নিশা হায়বশি হঙ্গোয়ত্রবনি। অদুগা তোম্বগী লিচত্তি মহাক্লা য়ানিংখিদবা পামলমদবা থবক অমত্তা তৌগে হায়না খনখিত্রি। তোম্বসু নিংঙমদবতুনি নিশাদা মহাকপু মনাক্নী লাপ্পা পুথোকপিখিবগী। নুমিৎ

অদুদা তোঙ্বনা মতু থকলমদ্রবদি ঙসি ফংলিবা মৈচাক অসি ফং-লমজবনু হাই। অদুনা তোঙ্বদি হাশকদ্রবনি। অদুনা মহাক শোকপা কাওবা শোকলোই হায়না থনগ্রবনি। তোম্বচু ওজা রাজেনবু মুন্না থেংদুনা কননি।

## অনিশুবা

ঙবাং হিদাক ঙাওখিবদুগা হায়রুরবদি ওজা রাজেনশু ঙন্না কৌগত্রুম লৈরম্মী। তোম্বসু ওজাগী ঙরাংগী লিচৎ অদুক্কী থন্দুনা লৈরিবনি। ফজরিবা থঙ্মোয় অদুগা চৌরিবা ফজবা রাখল অদুনা খাজত্রবা লমচৎ অদু করিগী চংলিবনো? ঙসিদি ওজাসু কলেজ চত্রে। তুমিন্না লৈবা মতৌদুদা তোম্বনা হংখি—"নখোয় খুড়াগী মচাশিং অদুনা অদুক য়াম্না ফজ্রবা করিগীনো?"

"অদুবু কায়বা ঙমত্রনে? মীগী রাখলনিদনা।"

"নঙগীসু রাইটতি লৈদনা।"

"থঙনা থঙনা পিনিংদ্রবা মীহৌ চাওবা মখোয়গী মনিং থুংহনবনা ফরে থলে।"

"ওজাগুন্না মী খুদিংমক পুকচেলশি অম্মা চৎলরবদি সংলাপ অমি ফজবনা ঙক্নমগনি।"

"অতোপ্পা রারি ঙইনা শাশি।" ওজা রাজেন্না বা তেমশিনখি।

ময়ামগী ওজানি। অহলসু অঙাংসু ওজা হাপ্তুনা ওজা রাজেন হায়না লোইনা কৌনৈ। হৌজিক্কী মতমদা অঙাংবা মীনি। কংথোকপা, থাদোকপা, অপাম মীহৌ চেন্দবা ফজরবা মুংগী শক্তমনি। অশেংবা ওজাগী পোক্নফমদি লৈরোদগীনি। ইম্ফালদা লৈদুনা মহৈ তম্লকখি। অদুনা ভারাদা লৈবশি হৈনবী ওইরে। হৌজিক্তি কলেজ অমদসু

ওজা ওইনা পুরে। অতুনা মখুড়াগী মচাশিংতুনা কন্নকুনা ঈখোল পিরোই হায়তুনা মরৈ তৌরকপনি। য়েৎনরবুদি ওজানা ঙমগনি। করি তৌরুগনো খন্দুনা পিথোকখিবনি।

সয়াগী মকুবোক্তুগা ওজা রাজেনগা তিন্নবনি। অতুনা সয়াবু খঙলুবনি। তোম্বগা থেংনরবা মতুংদা ৱাখিহু খঙলকপদগী ওজা রাজেন্না তোম্বগীদমক শিনবনি।

অতুগা তোম্বগী নুংঙাইতবতুম্ন হন্থখিবা মাই খল্লি। অতুবু তোম্বগী অশেংবা পুক্লিং খঙবা ৱাখি। চাক চানা-চানা ওজানা হংই —
"চৎপত্ন য়ারবা নত্রা?"
"ঐ চৎলোই।"
"নঙ মাবু নুকনুং নুংশিদব্রা?"
ৱাহৈ অতুদা তোম্বনা ওজাদা মুন্না য়েংলকখি অতুগা নুকথনা খুম্মী—
"কনাগুম্বী অমবু নুংশিজরুবতুনা খম্মোয়দা তুংতুনা লৈরিবা নুংশিবা হায়বতুনি কংলকপা ঙাইরিবশে। সয়াগী খম্মোয় ফজে, মহাক্কী পুন্সিবুম্ন নুংশি। অতুবু ঐনা মহাক্কীদমক করিনো খান্নগদবা। সয়ানা পেনবা ঙমগদ্রা? মশিনি লুরিবদি।"
"খুড়াগী মফমদা ঐবু চিনথিবদি তাইনগন্ন।"
"ঐনা ঙক্লিবদি ওজা রাজেনগী রাখলতুনি।"
"ঙকেরা! ঙক্লোইরা? ঐদি নঙগী পুন্সিহু কন্নীংবনি। নঙন খল্লিবহু কান্নদবনি। মীবু হাংলমবনি। মুপা অতুগীদমক নঙনা অতুম্না স্নম লৈবতু ।"

ওজাগী ৱাহৈ মপুং ফাখিদ্রে। তোম্বগী মীত্তা ঈ কানা ঙাংলকইবতুদা মুন্না য়েংই। মহাক্কী মরমদা ৱা ঙাংলকপা খুদিং লম্বা তোগে খন্দুনা লৈরিবনি।
ঙংলতুনা হায়রকই - "করি নতিক লৈদুনা মহাকপু মরাল শিরিবনো? মাগী খম্মোয় মশক খঙজব্রা? নখোয় ময়ামনি মহাকপু অস্নম্না

ওইতনখ্রিবা। অহুম্বা নখোয়না মাবু চিংথুখিবনি। লৈখা তম্না হৌগৎপা ওমদনা নেৎশিন্দুনা ইজ্জৎ লৈহনখিদবনি। নখোয়গী থৌনাদি মুপী অশোনবী অমবু ওৎপি-নৈবীবনি ''

ওজা রাজেন্না তোম্বা নঙ জ্যান তারিকো। হায়রকপা রাহৈ অহুদা মশাগী অশাওবতু তপ্পা ফাথজখি তোম্বহু মশাগী ওইরুরিবা মতৌ অহুদা থরা হৈনদবগুম তৌখি। ওজা রাজেন্না নমহুনা মহাকপু মপান্দা পুথোরকখি। মখোয় অনি game stadium দা লাক্লুনা পোথাররে। ওজা রাজেন্না তোম্ববু শেন্নবীবশে অঙকপা মওংনি। ওজামক থেংন- রমজ্রবদি তোম্বদি ডাওহুনা চৎথুগনি। তোম্বস্তু ওজাগী তৌবীমল থঙদবা নত্তে। মরুপ হায়বহু মশিনি। তোম্বনা খঙ্গবদি – ওজা রাজেন্না মহাকপু করিগুম্বা কান্দা শাওনিংবস্তু ফাওরমগদ্রা ?'' ওস্থোক্লা হৈনা লোয়নখ্রে। অহুবু ওজা রাজেন্দী করিস্তু ফাওদবা মাল্লি।

ওজানা ফুরিত খাওদগীময়োম অমা পুথোরকই। চানা অঙৌবনি। মরু মচাহু মকু থোক্লুনা ময়াদা অমা অনি লংশিন্দুনা শায়। মখোয় অনিনা ফমলিবহুগী মাং ওইরপ্পা মনা রাওদ্রবা উগী উশাহুদা উচেক অনিথক তোংলি। অমদি মতু মমান খিংদোকই। অনিহু অমুকস্তু চিল্লোক্লে। ''মরোল থোক্তবা মখোয়স্তু রারি শারমগদ্রা ?''

ওজানা ওক্না হংই—''করিবো ?''

''তু, অসিদগী উচেক অনিশিবুনি। উচেকস্তু থম্মোয় কাশি পানবা জাৎলা ? মখোয়দস্তু কায়নবা হায়বহু খঙলমগদ্রা ?''

ওজানা— ''অহাংবদা ফম্লবস্তু রাহংশি অহুম লৈব্রা ?''

তুমিন্না লৈরম্বা উচেক্তু খঙহৌদনা মতোমতা পাইখ্রে। য়াম্না লাপ্পা মীৎয়েংগী রাংমদা। উচেক অহু মতোমতা থুরক তরক তোংহৌরে। তোম্বনা— ''ওজা, পাইখ্রিবহু হল্লকখিগদ্রা ?''

ওজা – ''ঐদি থাজদেবু।''

''অহুগা অমনা ডাইরিবশিদি ?''

''ডাইজবনিদনা। এ, তু-তু তল্লমানে অমশিস্ত পাইখ্রে।''

"পাইথ্রিবত্থুগী খোঙ্গুল লিবা ওইরমগনি।"

"মত্থু নত্তে। মাইকৈ মাম্নদে। অতোপ্পা মপাং অমা থিবা চৎপা ওইরমগনি।"

"ঐগী পেম্নবা রাইহে অমা কাওবা হায়নিংদ্রা ?"

"নঙনা পেনবত্থু নত্তে। নঙনা হিংবত্থুনি ঐনা পাম্বদি।"

তোম্বত্থু খরা শাওনিংনা উই। হায়রকই— "ওজাদি মীওইবা অমগী ফংকম থোকপা চৈনাশে সুকফাও কাওদ্রা ? থাও অমদা লাইরিক খরা হাপ্লগা সাইকলত্থু থৌরগা চৎপত্থুনা তশেংনা মুংঙাইবা ফংলব্রা ?"

ওজা রাজেন্দু শাওবগী মহুত্তা নোকফেৎ তোরত্থুনা হায়রকই—"ঐস্লু মীনি। করিগী চৈনা ফংদদগে খুত্থুবু নঙগদি খেৎলে। ঐঙোন্দা কাওরিবদি লৈতাফম খঙব্রব। ইমা লৈবাক্কী চৈথেংনি। অত্থুগা নিংতম্নীংবা। ঐদি ইমাগী নিংতম্বদা ঙাওজবা মীনি। অত্থুননি ঐনা কলম পায়রত্থুনা ইরিবা।

অস্নুক কুইনা লৈমিন্নরবস্থু ওজা রাজেনগী অশেংবা শক্তমদি ঙশিতনক উরি। তোম্বত্থু করিগুম্বা অমা খনবিবগুম তুমিন লৈখি। মতোমতা ইকায়বস্থু পোক্লকখি। রাখল অনিগী খেন্নবত্থু। মশাতগী খন্দুনা ওজানা থেংচবা অয়েকপা শক্তম অত্থু ফাওবা লৌথোকলুই। অত্থু কাওবা ওজানা মশাগী ওইবা রা অমা ফাওবা হায়খিদে। নোং ঙানবদা অয়েকপা লাইত্থু উদবত্থুদা ওজানা তোম্বদা হংখি

—"সিদগী লাইত্থুদি ?"

—"লৌথোকত্রে। অরাবগী শক্তম নত্রবদি মুপীগী শক্তমশি লৈত্রব্রা ?" ওজা রাজেন্না মোমোন নোক্লুনা খুমখি—"হয়েংদি মোমোম নোকপী মুপীগী শক্তম থিরুখিগে।"

"অত্থুস্থু ঐদি থাজরোই। তৌশিন্নবা মানগনি।"

"নঙগী নতুং ইন্দুনা ঐবু কয়াম কুইনা ঙাওখো হায়রিবনো ?"

নিংশিংলুবদা তোম্বগী মশাত্থু হৈনদবা অমা কাওরকপা মাল্লি। অদুবু অমুকস্থু খল্লি— ওজাগুম্বা লোইনমক ওইরবদি সংসার অসিদি

কমানা শেমগনি। মী অমগা মী অমগদি রাখল মীৎয়েং তোংঙানবা তাবনি। ফনা হায়তুনসু তোম্বনা মগাক অতুবুদি কাওথোকপা ইয়ামক য়াদ্রি। ওজা রাজেন্না ডাংবা শকপা খুমনবমখৈ তুমিন্না কমতুনা লৈরে। অসুন্না তুমিন্না হেক-হেক উংবশিংদি মাগী হৈনবীনি অতুনা ওজা রাজেনসু রা ডাংদনা মানা ইগদবা খরা দাক্টরি পুথোক্লুনা ইশিল্লি।

× × × × × × ×

তোম্বগা মীরভাবা ইহান হান্না থেংনখিবা মুমিৎ অতু নোংয়ান্না কন্না চুখিবা মুমিৎ অমদনি ইম্ফাল হোটেলদগী ঈশৈ প্রোগ্রাম হেক লোয়বগা রিক্সা ফংলরোইদ্রা খন্দুনা থুনা থোকলকখি। সরক্কী মতায় ওইরপ্পা থাম্লিব। রিক্সাদু তম্না চংশিন্দুনা যুম ফাওবা থিনবীনবা হায়খি। নোং মরক অতুদা তোম্বনা মীরভাবু যুম ফাওবা থিল্লকখি

পিক্তক তৌবা তিন্না কুপ্পা যুমদু কনাগী লৈবা উদে মীরভানা সো হাংদুনা তোম্ববু নোং হাংদ্রি ফাওবা লৈখো হায়দুনা থামখি। তোম্বগী খম্মোয়দা অওকপা অমা ফাওখি। শকসু মপা লৈতনা ফজে। যুম পাদ্রিবসু মাল্লি অদুগা যুম আসদনা কনাগী লৈবা উদে। মোরা অমদা কমদুনা নোং হাংবা ডাইখি।

তসাইমখৈ কিনা মায়-মিৎ খুমদুনা মুপাদুগী মশকু খঙলুদে। অচোৎপদু তৈথোক্লবা ফিদু লোথোরকপদা শকফমদু উরকই। তনো-তনৌনা চিংলেম্না ফঙখি শকফমদু। শকফমদু উবদা ডকখি অদুগা মীনুংশি অমথক থম্মোয়দা ফাওখি। হংনিংবা অমা য়াওনা হংখি— "করিগীনো নহাক্না রিক্সা থোরিবদি?"

লুকথদুনা তোম্বন খুম্মী— "হিংনবনি ইচে।" ইচে হায়দোকখিব অদুদা খীত্তং হঙ্গোয়না হায়রকই—"ইচে কোবা কায়দেকো।"

নোক্লদুনা— 'উম করিসু কায়দে।"

মীরভানা খর অমা তপ্পা হোল্লদুনা শোনবগুম হায়খি— "নখোয়সু হিংবগীদমক রাবোইরেকো।"

রাহৈদুগা লোয়ননা মীরভানা খিত্তং নোকখিবদু তোম্বদি থম্মোয়দা পাল্লুরমালে শাওনিংনা খুমলকখি— "লাইরবা ঐখোয়গুম্বনা হিংবা অম্বিবু ইচেখোয়না য়াম্না নোক্লিংব্রা ?"

থাজদনা খুম্লকপা তোম্বগী রাহৈ অদুদা অঙকপা মীৎয়েংগা লোয়ননা মুন্না য়েংলকই্ন নুপী অসিগী মায়থোংগা রাখলগা অনিগী খেন্নবশিদি লুকথদুনা ফম্লিবা তোম্বনদি কদায়দগী থঙবা ঙমগনি। মীরভানা হপ্পা খুমখি—"নত্তে. মদু নত্তে ঐনা হায়বদি। ফরে মশি তোকশি। ইচিন ইনাওদি কয়ানো ?"

"ঐ ইত্তোমতনি। ইমাসু নাবা কুইরে। ইমাগা ঐখোয় অনি থক্তনি ."

"নঙগী মীং করি কৌবা ?"

"তোম্বা কৌজৈ।"

"হৌজিক্না করি তৌরিবা ? লাইরিক কদায় কাওবা তম্লবা ?'

"কলেজ কাবক-কাবক কাবা হৌরয়গা তোক্লে। মথা তমথবদু করক তাদুনা ."

নোংস্থ থরা পাথরক্লে। মীরভানা পৈশা ময়াম মরক অদুদগী চাম্মা চংপী অমা লৌথোক্তুনা পি।

"অচোয়বা য়াওজদে।"

"হন্দ্রবসু য়ারে ঐনা পিরবনি। নোংমরক অসিদা ঐবু খিনবীরকপসি য়াম্না হুংঙাইরে।"

"ইশাগী অরামল নহুনা মীগী মত্তেং অমত্ত লৌজক্লি। ঐগীদি নুপা ২০ থক্তনি।"

তোম্বগী রাঙাং রাতাহ মীরভাদদি ভাবা য়াম্না হুংঙাইনা থোকখি। মোমোন নোক্তুনা "ইমা অমদি নঙগী পুল্লিবু থম্মোয় শেঙনা মিহুংশি পোক্তুনা মত্তেং পাংগে হায়রক্লবসু লৌরোইদ্রা ?"

"লায়রবা মীদা থম্মোয় শেংনা মীনুংশি পোকপদি থেংনগনি থাজদে। অশেংবা থম্মোয় অতুমক থেংনবা থোক্লবদি ঐহাক শোয়দনা লৌজগনি।" মীরভানা লুপা ২০ খক পিরহুনা হায়—"নঙ ঐ লাইবক অমত্তনি। নঙবু ইপ,াগুম্না নুংশিবা ফাওই। মতেংগী তঙাইফদবা লৈরক্লবদি ঐবু নিংশিংলকউ। ঐ শোয়দনা মতেং পাংগে।"

তোম্বা পাউথুম অমা পীরক্রে। হায়ফেত্তং নোক্লম্মী। পৈশাহু হাপচিল্লহুনা থোকত্রে। তোম্বগী হিংলিবা পুন্সি অতুগী দমক নুংঙাইতবা অমা ফাওখি। মাঙ্গোলগী উখোং অতুদা ঙাখরহুনা লেপহৌই।

মীওই অমদা থেংনবা অরাবশে ঐতনি ফংলিবা হায়না থল্লম্বা মীরভাগী থম্মোয়হু তোম্বগী পুন্সি খিত্তং তাকহদগী থরা য়াংবগুম তৌই। হিংনবগী লিপুন অশিনা মীরভাবু অম্পুদ্বী মত্তিক বন্না পুনক্লবোই খন্দুনা লেংজবা ফাওবা বিহুনা লৈরহনি। মীরভানা চংলুবা থেংনরুবদি অদুগুম্বা অরাং অপা লৈত্রবা শেঙ্গাও পায়বা মখোয়গী মরক্তনি। মখোয়বু পেলহল্লুবনি। ইতোমতা নত্তেকো হায়বগী নুংঙাইরবা রাখল অমদি ঙশিখক্তা ফাওরকপগুম তৌরকই।

ওফিসার ময়ামগী পাটিদা মীরভাগী ঈশৈ য়াওদ্রেংদি মপুং ফানদবগুম মহাক্তবু ময়াম্না কোয়তান তান্নে। ঙনো ঙনোবী শকফম অহুনা ময়াম মরক অতুদা নোকযেং তৌনা লেপ্লবহুনি ময়াম্না পামজরিবস্থু।

চহি থরগী মতুংদা তোম্বস্থু ওফিসার অমগী গাড়ি থোহুনা পাটি অমদা লাকখি। মুমিৎ অতুদা মীরভাবু উখি। নোংমা থেংনখিবহুগী মতুং চহি ১/২ গী মতুংদনি। মীরভানদি উদত্রা নত্রগা শক থঙত্রত্রা হন্না য়েংলমদে। গাড়ি মনাক্তা তোম্বনা লেপলিঙৈদা ঙাংনবগা চংখিবহু তাখি—"মাগী ঈশৈ য়াওই হায়হুনা লাক্লগা ইপোং পোংলদনা। ঐখোয়গী ইনাক্তা নকপা হায়বশি মাগীদি পৈশা ফংগদৌরিবনি শেল ফংগদৌরিবনি। শেল তাল্লিবা মহাক্লা পোংলবদি পোংজরেদনা।" অমনা—"মহুদনি নোংমা ঐনা শাওনিংলকপা মুমিত্তদি মাগুম্বী

অমা খুদুম চনবদি করিস্সু নত্তে। ইস্সুং ইমান্নবশিংগী মমাংদা হায়দুনা খিত্তং খন্নবগী রাতনি ”

পাটিছু লোইরমানে ময়াম খোক্লরকখি। ময়াম অদুগী তুং ওইরপ্পা অহিংগী অমম্বা অদুবু তাম্মোক্লবা থাক্লিবা মৈশাল অদুদগী হেন্না মশাল লৈনা নিংথিরবা কুচু অদুদা ফজবা ফিজেৎ লৈত্তেংলদুনা রাশি কয়া লোয়নরবা মীনোক্কা লোয়নন। মীরভা থোরকখি তোম্বনা নোংমা নোং মরক্তা থিল্লম্বী অদুনি অদুবু খেন্নবদি তশেংনা লৈরে। তশেংনা ইরাং পুনা ফজবা শাবান মুক্তিনি। থংনবা মীকুপ্পা তোম্বগী রাখলদু মুপী অদুবু হৈনদবনা থনখি। মতোমতা ফাওবা খঙনৈ হায়গদবা হঙ্গোয়রকখি। মুপী খুদিংমকশে অসুম্না লোয়ন। তৌবজাংলা ? মতোমতা চিংনজরকখি।

নোক্ল নোক্ল গাড়ি কাখৎখিবদু তোম্বনা য়েংদুনা লেপহৌখি। তোম্বনা মহাক্কী খাংপোক অদুদা হল্লকপদু কনা খেংলে। রাখলনা তুম্বা ফাওবা য়াখিদে। শক খরা ফজরগস্সু হেক্তা য়োল্লিবা মখোয়-শিবু করম্বা নুপীগী থম্মোয়নো। মখোয় অসিননি সমাজ অসিবু মশক থিহল্লিবশে। সমাজ অমা মশক কজহনগে হায়রবদি মখোয়গুম্বী মুপী অসি হান্না মাংহনগদবনি।

মোং হেক ঙানবগা তোম্বনা মীরভাগী য়ুম তম্না লাকখি। অদুবু চহি খরগী মমাংদা মহাক্না রিক্সাদা থিল্লম্বা য়ুম অদুদি লৈরমজে। মফম অদুদা মীরভাগী মা হংলুবদা কনানসু নিংথিনা খুম্বীরকখিজে। তশেংনা লৈকায় অদুদগী মহাক তাম্মোকখ্রে হায়বা খঙলে। মতুমক মত্তিক চায় খন্দুনা হল্লকখি।

লৈবাক্কী ইরাংস্সু নোংম নোংমগী কনখৎলক্লি। মহৌশানা হিংবগী ফিভম শোকচিল্লবা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা হন্দক থোক্লিবা ইরাং অসিনা অমুক্কা হেন্না শোকচিলহল্লে। ষ্ট্রাইক তৌরুদুনা মতম কুইনা থোং হাংলুল্লবা মতুংদা ঙরাং ঙশিত্তা দুকান খরা খরা হাংনরক্লে।




মতুম্নু মুমিং তাত্রিরৈঙেদা লোনশিন্নখিবনা অয়াম্বনি ... হাক হাংলিঙেদ্রে। পোৎ লৈনহৌগদবগী মীনা চিক্না চাইনদা ... চারিবা মীওইশিংদদি হেন্না অন্নাবা মায়োক্নরি।

তোম্বম্বু সাদারজী অমগী তুকান্দা ফি যোনবা য়াওরে। ওফিসার অমগী গাড়ি খোৎনবতু খুদোংচাদবা অমদগী তোক্লে। ছিংনবগী অফংবা থবক থিরকপনি। মীরভাম্বু তোম্বনা য়াওরিবা তুকান অতুদা ফি লৈবা চংলকখি। মী চিনবনরা নত্রগা তোম্ববু উদত্রা কৌরমদে। সাদারজী অতুগা য়াম্না খওনবগুম নোক্নুনা য়ারি শানখি। অতুগা অপাম্বা ফি থল্লমলগা থোকখ্রে।

মী থরা হাংলবা অতুদা সাদারজীনা তোম্ববু কৌরকই ঃ

"বাবু করি হায়বগে ?"

"পোংশি নত্ত থরা থিল্লুবা তারে। অতুগা পৈশাম্নু লৌরুকদবনি।"

"কদাইদনো বাবু ?"

"হৌজিক লাক্লম্বা সিষ্টরতুগী লৈফমদনি।"

ওাইহাক্তি থল্লুই— অতোপ্পা অমা ওইনা থাবীমু হায়গে হায়তুনা। থম্বরগা হোয় হায়রে। মীরভাগী লৈফম খওনিংতুনা লৈরকপা কুইরবনি। তত্নাতু ওশিংদি লাক্লে। অতৈমক নত্রবম্নু তৌওম্বীতুগী মচিন্দগী নোংমা তাখি—" ওশিংথক থেংনবশিংদা ঈপরাওম্না নুংশিবা কাওই। অতেংগী দরকার লৈরবদি হায়রকউ।" য়াহে অতুগী পাউথুম মতিক চানা পিরুগে থনখি।

থাংগে য়াওনা থাংলক্লিবা তোম্বগী থোংথাং অতু চপ লৈপতুনা য়েংথংলি। হায়রক্লিবা এড্রেশ অতুগদি চুম্নে। অখুবা শিড়িতু লেপত্তনা কাথংলি। অহানবগী থেকচিনবতুদা মমিং থারম্মী। কোল্লিং বেলগী বতন্দ নমই। ইকান কাম্নদনা নুপী মচা অমনা থোং হাংলকই। করি হায়না হংশিগে থল্লি। নোংমদি কৌখি ইচে হায়না। অতুবু

ঙশিদি রাহৈহু হায়দুনা কৌনিংদে। খোন রাওরপ তৌনা হংই—
'মপু লৈত্রো ?" মুপীমচাদুনা ইঙক ঙক্লিঙৈদা অমুকসু হায়রকখি।
"সাদারজীনা মী থারকই হায়য়।"
মুপীমচাদুনা তিঙক তিঙক যেংই অদুগা অপনা – "ফম্বীয়।"
মুপীমচাদু চংথ্রে। অমুক খুনা খোরকখি অদুম্বা হায়—
"চে-চেনা ঙাইহাক্তা ঙাইবীরম্মু হায়এ।"
মুপী মচাদুনা ফমকম কাদুদা তোম্ববু ফমহল্লি। তশেংনা কাদু নারবনা খোং থাংজিনবদা হঙ্গোয়বা পোকই। মমল য়াম্লবা পোৎ-চৈ কয়ানা কাদু লৈতেংই। চহি খরগী মমাংদা উখিবা মীরভাগী পুনসি অদুদি নক্তে। তশেংনা অহোংবশি চাউনা শংশংনা উরে। অদুগা তোম্বা মশাগীদি ? চহি খরগী মমাং ওইখিবদু হৌজিকসু অহোংবা লৈত্রি। হিংবগী অশেংবা অর্থ অসিবু উরুরিবা অসিনা চুমলিব্রা ? নত্রগনা মহাক মশাগী পুনসি অসিবু অশেংবা পুনসিগী অর্থ নি হায়না হায়গদৌরিব্রা ?

মীরভা খোরক্তুনা তোম্বগী মাংদা লেপই। মোমোন মীনোক অমগা লোয়নননা হংই – 'তোম্বা নঙগীদি সাদারজীনা ভলব কয়া পি ?"

তোম্বা খঙবঙম্না ঙক্লা য়েংখৎলকই। পুং খরগী মমাংদা তুকান্দা লাক্লম্বদদি "নহাক শিদা লৈরব্রা ?" হায়না ফাওবা হংলমদনা খোক খিবনি। নোমখক থেংনখিবনি, চহি ফনা য়াম্না হৌথ্রে শক ফাওবা খঙবীরমলোই শল্লুই। অদুবু তোয়না থেংনবগী মওংওম রাহংদু হংলকখি।

তোম্বদু পাউথুম পিগে হায়না খল্লুদে। মুপী অদুবু শাওনিংবনা তৌকম খঙলক্তে। হায়দবা য়াদবগী মওংদা হায়রকই—"সাদারজীনা পোৎশি খিল্লু হায়না থারকপনি।" রাহৈদুগা লোয়নননা চৎনবা হৌগৎলি। মীরভানা খামদুনা হায় "ঙাইখোদনা চা থককখিশি।"

তঙ্গা চানা থোইমুস্ সু চা কপ অনি পুত্না থোরকই। থনম্নগা চংথ্রে। মীরভানা—"চা পাম্বুশে।"

"ঐদি চা থক্কে"

তোম্বগী মওং মতৌ রাঙাং শঙাং মীরভাস্ ভাব তায়। মঙোন্দা ব্যভার তৌনা রা ঙাংনিংদে হায়বা খঙই। অদুব্ মহাক শাওদে, নোকফেৎ তৌনা হায়রকই—"ঙশিথক ঙাংনা থেংনবনি, ঙাইহাক্তং ফমখো, রারি শান্নথিশি।"

"ঐগী থবক য়াম্না লৈতৌরি।"

"ঐগী ইমাক্তা লৈথোরকই হায়বদা মথোয়গী মহাজন্না করিস্ হায়রোই।"

মীরম মচা অমগা য়াম্ন। খঙনবা শারিবা রাঙাংতু হেন্না হৈনদবা ফাও কখি। করি করম্বা রাহৈনা থিনা চৈতুনা ইকাইবা পিরমশিগে খল্লিঙৈদা মীরভানা মথা তারকখি—

"নোংমস্ নঙবু পাটি অমদা উখি। কৌনবা ফরক তাদুনা কৌখিদ্রে।"

তোম্বা তশেংনা ঙকথ্রে। মুমিৎ অদুদা মহাকপু উখি হায়বশিদি মহাক থাজখিদে। মপান্দা গাড়ি মনাক্তা লেপখিরা মহাকপু করম্বা নারোন্দা উখিবা, তশেংনা ঙক্লিংঙাইনি।

হন্দক্তি পাউথুম অমা লৈরে। থোনা লৈনা থুমখি—

"ময়ামগী মমাংদা কৌরকখিদনতু ঐগী শুইনদি ফরুবনি।"

পাওথুমদুনা মীরভাগী ধম্মোয়বু নাহনখি অদুবু নোকফেৎ তৌনা হংলকখি—

"করিগীনো?"

তোম্বতু থুমনিংলমগনি। নঙগী লমচৎ অদুগী দমক্তনি। অদুবু মহাক তুমিন্না লৈথ্রে। মীরভাগী মীৎয়েং থোরকখি। তোম্বগী পুক্লিং রাঙাং খংলে। মথা তানা হংলকখি—"নোংমা ইহান হান্না থেংনখিবা মুমিৎ অদুদদি 'ইচে' হায়না কৌখিবদায়নে। অদু ফাওবা কৌনিংদ্রব্রা?"

"মুমিৎ অত্থদদি মচে অমগী শক্তম ওইনা উখি।"

"ঙশিদি করি তৌরে ? তশেংনা অহোংবা য়াম্না লৈরব্রনে ?"

"হোয়, অশেংবতু করিনো হায়বা ময়েক শেংনা থঙলে।"

মীরভা থম্মোয়নুংগী মুংঙাইত্তবতু ফাথক্তে। অতুগা য়াম্না ইংথবা খোঞ্জেলদা হায়—"মীওইবগী লমচৎ ব্যভার হায়বা অমদি লৈ। চৎনবীগী মতুং ইন্না মথা থাবনা মথক খোংবদা থম্নবা মীঙ্গোগী চৎনবী অত্থদি লৈহন্নীংই। নঙনা ঐঙোন্দা ইচে কৌবা কৌদবা মত্থদি থোয়না কান্নবা লৈতে। তৌবত্তবু থকশি থাশি থঙবা মী অমা ওইবদি কৈ।"

মীরভাগী রাহৈ খরা অত্থনা তোম্বহ্ ইকায়বা কাওরক্লে। মশামকী রাঙাং অসিমক্তি খরা ফজত্রব্রা হায়না থন্থরকই। অত্থগা অমুকস্থ থল্লি—"মুপী অসিগী মফমদা করিগী ইকাইফম থোকপগে। ইকায়গদৌরিবশি মহাক্লা ঐহাক্লা ?

মীরভানা মথা তারকখি—"ঐস্থ থঙই। নখোয়গী মীৎয়েংনা ঐবু কম্নি করম্না য়েংলিবগে হায়বা। সমাজ অসিদগী ঐদি ইস্থোক্লবীনি। নখোয়গুম্বা থৌনা ফবা অচুম্বা পাম্বা কয়াগা তিন শিংৎফমনি। নখোয়গী মীৎয়েং নখোয়গী থম্মোয় অত্থদি স্থপনগী নোক্লনবগীদমক্তানি। ঙশি মহাক্লা ঐবু খেন্নবা নঙোন্দা ফাওবগুম, নঙবুস্থ ঐনা খেন্ননা উরে। নঙবু অহানবা খেংনবদা ঐঙোন্দা ফাওখিবহ্ ঐনা হেক্তিন্না খল্লুবা ওইরমলে। মহাকস্থ কনানো হায়বা মশক মুন্না থঙলে। নশাগী ইজজৎ অত্থক য়াম্না লৈজবা নঙনা করিগীদমক্তা ঐগী লৈফমশিদা খোং থাংজিল্লক্লি। ঙশি মোয়হ্থনা চৎলক্লবস্থ মতুংদদি অমুক হন্না মফম অসিদা থোঙ্গল.. .. ।।

মীরভানা ঙাংবা লোইক্রিবঙদা পস্থরমদনা তোম্বহ্ থোকত্ত্রে। লুকথরহ্থনা মীরভা মতোমতা কমহৌখি। হৌখিবা পুন্নমক কাওখোক্তনা লেনজরকখিবা পুন্সি অত্থ থম্মোয়গী অশেংবা সমিনা মায়থোং থম্না শন্দোরক্লে। মোংম্না খেংনখিবা মুমিৎ অত্থদগী মীরভানা তোম্ববু কাওবা ঙমখিদে।

খঙখি লাইবক তিন্নবা নশেন্নি। মরুপ অমা ফংলে খঙখি। অদুবু মীৎয়েং খুদিংমক চপ মান্নরমলে।

থোইমুনা চংলত্তুনা হংই—"নুপাদু চৎখ্রব্রা? চেচেনা ৱারি হেক-হেক শাবা নুপা অদুরা?"

থোইমুনী পাউখুম ওইনা মঙকতমক নোমখি।

## অহুমসুবা

নুমিদাং তুকান্দগী তোম্বনা হল্লকপদু শাংলবা লম্বীদু খোংনা চংলকই। করিনো মতৌশা অমুক্তা ফাওখিদবা খোইরাং খোয়শাওনবা অমা মঙোন্দসু থুংলরে। ঙশি শজিবুগী নুমিদাং অসিদা তোম্বসু ইম্ফাল তুরেল মপান্দা ঙাইহাক ফমলরে। লাপতক্লা হায়োল খরসু ক্োয়শিন্দুনা ফমলি। ময়ামদু তোম্বদা থোয়না চংলুদে। ঙশি ইখঙ খঙহৌদনা নুপী অমখক থেংনরুরে। অদুগা মথোং মরমসু খঙদনা থিমস্থ চৈথোক্লুরে। ঐগী ইথৌ করি লৈদুনা অদুগা ঐবু কমানো মীবু থিনা চৈথা ঙমলিবা। পুন্সিদা থোক্লমিবা অসিবু করিনো।" অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা পুক্নিং খোয়রাংহনবা ঈরৈ অমনা তোম্ববু মরেপ খঙদবা অরুবা ঈচেল অমদা চেম্থদুনা পুরকই। মথৌ ইরৈসু লৈতনা ঙশি তুরেল মপান্দা ফমলিবা অসিগুম্না তোম্বনা কৈদৌঙৈদসু কমখিদ্রি। অদুবু ঙশিদি তোম্ববু তোবর্ন অসিনা শুমথ্রবগুম হৌগৎপা ঙমদনা লৈখ্রে।

ইম্ফালগী মমিং লৈরবা হোটেল অমদা পাংথোক্লিবা থৌরম অমগী চৎনবা মীরভাসু থৌরাং তৌরি। চহি লোইশিল্লকপা খুদিংগী থৌরমশি তৌই। সাদারজী থোয়গী association অদুগী মীফম

পাংথোকপদা চাকস্থ য়াওনা শিল্লি। সাদারজীনা মীরভাবু লাক্কবা বাত্তোন পিরকই। সাদারজীগা খঙনরবস্থ মাপী নুপীগদি খঙনদ্রি অতুনা শক খঙননবা অতুগা ময়ামবু ওকপদা মত্তেং পাংবীনবস্থ হায়রকই। সুম খঙনরুবা হায়বতুনি। সাদারজীনস্থ মীরভাবু লুনা তৌবী। মহাক্কী অমথক য়াওজবী মচন নুপীতুগা মীরভাগা মান্নে হায়না খনজে। মচলতু ডাওরীগী মতাংদা এন্দগী চোংখতুনা শিখিবনি হায়তুনা ৱারি লি।

থোইনুনা চিঠি অমা পুরক্কুনা পিরে। "চে-চে ভামোচাগী চিঠি মাল্লি।" মীরভানা চিঠিতু হায়রপ য়েংলগা-'মানি। শেল খরা হেন্না থারকউ হায়রকপনি।" কি শেং চাবা লোইশিল্লি। "নচে মেমীতুবু ফোনস্থ তৌরক্কে। চিঠিস্থ ইরক্কে। ঐ নুংশাথিরমগনি হায়বশি মাদি খনবা নত্তেনে।" ভাংনা ভাংনা শক্কমতু মীংশেলদা তুংমাং মপুং ফানা য়েংলতুনা থোকখ্রে। থোইনুদা হায়খী—"থোং লোনশিল্লগা লৈয়ু।"

মীরভানা চংখিবদদি ময়াম লোয়না পুন্দুনা লৈরমলে। সাদারজীনা মাগী নুপীগা শক খঙনহল্লি। নুপীতু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই। চহি য়ামজরবস্থ কেরিবা খুকে অতুনা তনৌ-তনৌনা উই। নুপী অতুগা খুজি থন্না শিরিবা খুৎ অতুনা মীরভাগী শমতু হায়রপ খোমগৎলতুনা—"নঙগী শক অসিদি য়াম্না ফজেদনা। নখোয়গী দদানা হায়বদগীস্থ হেল্লি।"

থাগৎপিরিবা অতুগীদমক মোমোন নোক্কুনা পাওখুম পি। 'নখোয়গী দদানা নঙবু ষান্না নুংশিনা শোল্লি। ঐনস্থ শক খঙনগে হায়বনি।" নুপীতুনা হৌগংলগা—'অশোমদা কৌরে। চৎলুখিগে, অমুক লাক্কে, ফম্মু।"

"ঐস্থ মত্তেং পাংগে, ভাবী।" মীরভানা ত্তগা হায়খি।
'অতুম ফম্মু। করিস্থ লৈত্তেদা।" অতুগা নুপীতু থুনা মীরভাগী মনাক্তগী থোকখ্রে।

নুপী অতুগী মঙং মতৌতু মীরভাদা য়াম্না নুংঙাইনা থোকচখি। রা ঙাংবদা লাইরিক লাইসু নিংথিনা হৈবগী মমি ভাই। থুনা নুপীতু অমুক চংলকুনা মীরভাগী মনাক্তা ফমথে। অদুগা ঙাংবা হৌই। "নখোয়গী দদাশে মী কৌবা ঙাংবা কয়া তৌদবনি। অদুগা নঙগদি য়াম্না চাম্নরম্বশিদা ঐ ঙক্লিবনি। ঐসু দিল্লিদগীনি ঐনা নখোয়গী দদাদা লুহোংলক্লিবশে 'ডাউরি' পীদননি। অদুনা ঐদি য়াম্না চাঙ-থোকচরিবনি। ফজবা চংনবীতু থুগায়বগী। লানদি অমা থোকখি। নখোয়গী দদানা মতুং পাম্বগী মঙং খজিক্তং উংলম্লবদি ঐদি লুহোং-লমলোই।"

নুপীতু পাউতু তম্না তম্না লোথুপ লোকোয় লৈতনা নোকখি। মীরভাসু নুংঙাইনা রারী তারি। নুপীতুনা মখা তারকই - "ঐগা থেংনবা অনৌবা মরুপ্তা রারিনি হক্তা শানিই। মশি তম্বগী মানসু ঐবু শাগবনা লোইরিবনি।"

মীরভানা হংলকখি— "ভাবীখোয়গীসু ডাউরিশি য়াম্না কনব্রা?"

"মশি ঐখোয়গী সমাজতুগী চংনবীনি। মাগী মচলতুসু মরমতুগী শিখ্রি-বনি। তৌবগীবুদি সমাজ তোঙান্দবরবু হিংবদদি নুপী ঐখোয়শে মান্নেদা। নখোয়গীশিদসু অতুম খরদি অররবশি থেংনবা মাল্লি।"

রারি তানা তানা মীরভাদি রাখল অমদা উংখ্রে। নুপী হায়ব-শিনা খুদোংথিবদা অমুক য়াম্না মায়োক্লরিবশে মীং অসিনা ওইরবসু য়াই। অদুগা অমুকসু মীওইবগী মীতুংশি, জাৎ মান্নদবা, ধর্ম্ম ময়াম অসিগী খেন্নবা অসিবু করিনো? মীওইবগী থরম্মায়গা ময়াম অসিগা নকুবা মরি থমফম থোকপ্রা? পুনিবু হংগনা য়েংলুবদা মীরভাগী থম্মোয় অদো ইনো নৌথোরকখি। হৌরক্লিবা থম্মোয়গী অশেংবা পিতু ভাখিদনবা খাংতুনা কন্না থিংবা হোৎনরি। ভাবীগী খোজেলনা— "ফম্বীয়ু।" হায়রকপা রাহৈহুদা মীরভা য়েংখৎলকই। মশা নাল্লবা নুপা অমা মনাক নক্তা লৈরম্মী। "রারি শারম্ম হায়তুনা ভাবীতু চংখ্রে।"

মুপা অতুনা— "শোমগী মীংতু ... ...।"
"মীরভা কৌজ্ঞে।"
"মীংবুদি তাজরে। শক উবদি ঙশিনা অহানবনি। শোমগী ঈশৈদা ময়াম য়াম্না ঙাওনখ্রে হায় ...।"
"কদায়দগীনো, ময়াম্না হেন্না হায়জিনবীবনি।"
"ঙশিদি খুদোংচাবতু পীবীয়ুদনা।"
"ব্বারোবীমু ঙশিদি ... ...।"
মীরভাগী ব্বা লোইহন্দনা— "প্লিজ, ... ...।"
লাপুব্বা ফম্নম্বা মুপা অমসু চংশিল্লকই। অতুগা হায়রকই— "ময়াম অসিবু খজিক্তেং মুংঙাক্টহনবদা য়াম্না কায়রব্র?"
"অতুগী মচদে।"
ময়ামগীদমক ঈশৈ অমথক শকপদি করিসু নত্তে। অতুবু ঙশিদি মীরভাসু ইনভাইতিজ ওইনা লাকপনিনা ঙাইহাক্তেং ওইরবসু পুন্সিবু মনিং তমহন্নীংলুবনি। অতুনা ঈশৈদি শকলোই খনখি। মুপাশিং অতুগী অনম কনবা মওং মতৌতু মীরভা তশেংনা হৈনদ্রে। শেং চারিবা নাম্নবা ফিজোল অতুগা খল্লিবা রাখল, য়েংলিবা মীংয়েং অতুবু নোক্লিংলকই। মখোয় অসিবু পোকপদগী মুপী হায়বগী অহিংবা শক্তমতু উদ্রিবা জাংলনে।

মুপাতুদা ব্বা খরা হায়নবা তৌবমক্তদা কদোমদগীনো অহৌবা খোঙ্গেল অমনা মালেম অসি মনিল নাইনা নিক্লকখি। ময়াম ঙকনতুনা লৈরিঙৈদা লেপ্পা লৈতনা নোংমৈ মখোল তাবকখি। অতুদগী কুক্রুক-কুক্রুক মী চেনবগী খোংঙূপ মখোল তারে। থংনরিব্বা তুকানশিং থোং থুনা লোনশিন্নখি। মখোয় খরা ময়াম লৈরিবা হোটেল মমুংদা চেনশিল্লকখি। তৌকম খঙদনা ময়াম তুমিন-তুমিন লেপ্নুনা লৈনৈ। অতুদগী ইকান কাম্নদনা আরমী ময়াম থোমজিল্লকখি। করি থোক্ক-দগে হায়বা ফাওবা খনবা নঙস্লিঙৈদা থোকহন্নীংদ্রবা থৌদোক অতু

খোকখ্রে। ঙায়োক চকুদগী ঙা ফাবগুম মখোয় ফানবা হোৎনরকপদা মখোয়স্থু খোনা উৎলকখি। ঙাইহাক্কী মমাংদা তনাল-তনাল লৈরম্বা হোটেলগী কাহু লানকম মচা অমগুম্বা অতেক অকায়তনা থমখ্রে। লৈমায় অহুদনা অঙাংবা ঈনা তৈখি।

মীরভা জ্ঞান মাংলুরে। মিং পাংখোরকপদা হোসপিটালদা লৈরমলে। খোকখ্রিবহু নিংশিংনবা হোৎনৈ। ইহান হাম্না তোম্বব উবদা ঙক্লবস্থু লুংঙাইবদি ফাওখি। নোংমা শাগুনা মীরভাগী য়ুমদগী খোং থাংদোকখিবনি। ঙশি চিরব: মতম অসিদা মীরভাগী মতেং পাংলবশি উবদা তোম্বব থাগৎনিংখি। অদুবু তোম্বদি দন্দি অমখক্না ফাবগুম হৈনিংনা উদে।

মীরভানা কোক্কী অশোকপত হায়রপ নাল্লহুনা – "ঐবু কনানা পুবক্লি-বনো?"

"ভাবীগা ঐগবা পুরকপনি।"

ঙাইহাক তুমিন্না লৈখি অদুগা তম্না অমুক হংলকখি—

"মরামহু কয়াম খিনা শোকপা য়াওবগে?"

"ইচেগা মুপা অমগা থরা খিনা শোক্লে। অতৈদি মাইনর ওপারেশন ঙাক্তনি।"

তোম্বনা ইচে হায়না কৌরকখিবা অদুদা ঙউরমানে মীরভাগী মিং অনি তম্না উইশিনখি। অদুগা পুক্লিং লুংশিবগী ইঙ্গিৎ অমস্থু লোয়নখি। মীৎ পাংলহুনা তম্না হায়রকখি— "নঙগী লমন অমা তোনশিন্নেদনা ঐদি।"

খোদোক খোকপা মতম অদুদা তোম্বস্থু তুকান্দা লৈরি। লাদারজীনা operation লোইখ্রবা মতুংদা তোম্বব কৌরকপনি। তোম্বনা মকমহু য়োবা মতমদদি মীরভা জ্ঞান য়াওদনা লৈরমখি। অদুগা ভাবীদি মশাহু নিকখিবনা রা কাওথা ঙাংবা খোকখিদে।

নোংমৈ মরুনা মীরভাগী খুবোমদা পাল্লগা ফাওদোকখিবনি। অতুদগী তুথরকপদা অকায়বা মীংশেল মচেঙা কোক্ত য়েশিন্দুনা তুবনি।

"ভাবীদি ... ?" মীরভানা হংলকখি।

"হনখ্রে। ইচেবু জ্ঞ্যান লাক্ত্রিফাওবা লৈয়ু হায়দুনা ঐ লৈরিবনি।"

"থোইনুতুবু মুংশা থিরমগত্রা? পাউ অমতং হায়বীগেরা?"

তোম্বা হোয় মায় হায়দনা মীরভাদগী ফোন নম্বর লৌদুনা থোকখ্রে। তোম্ববু য়েংহৌরগা খল্লি— "মশি ওইবা তাই মীওইবগী মীনুংশি হায়নবদো। নত্রবদি মহাক্না ঐগী মতেং পাংলফম থোকপ্রা।"

মীরভানা ফত্রিফাওবা য়েংশিনবগী থবক্ত তোম্বনা ওইরে। অহানবদদি খল্লম্মী— "ঐনা করিগী মতেং পাংলুফম থোকই।" নোংমা নিনি লোইনরক্লবশিনদি খল্লুবতু খলহৈদনি হায়না খল্লকখি। মীওইবগী মতেং পাংববু লেম্না মাংবা হৌনত্রা? তাইবং মীওইবা হায়বশে অসুক্কী মতিক ওইজবা খি। কনা লৈজ্জদবা তোল্লবা মীগী মতেং পাংলুবশিনি ঐখোয়না মায়া ইকায়রিবশে। ছশি নোং-নিনিথক থরা লাকথোক লাকশিন তৌবশিদা মীরভাগী পুন্সি অতুবু খঙনিংবনা লাংতক্লরকখি। ময়াম্না মহাকপু করিগী ঙাংনবীরিবনো ? লম্বী অসিদনা পামজনা করিগী চংলিবা? রাহং কয়া মতোমতা হংজদুনা থোং থাংলি। হন্দক তোম্বগী রাখল পুক্লিং কন্না চিংশিল্লক্লিবশি মুপী তানিখক্কী হিংলিবা পুন্সি অতু উবদা মীনুংশি পোকলকপননি। অতুগা তোম্বনা অসুম্না ঙাইহাক্তং লাকপশিদা মীরভানা য়াম্না মুং-ঙাইজে। মরুপ অমা ফংবগী নুংঙাইজবা মতৌদুনি মীরভাগী মায়-থেংদা ভারিবতু। তদুগুম্বা মাগী লিচৎ অতু উবদনি তোম্বনা মতোমতা পেঞ্জদনা খনখিবা। "মী অমবু ঐনা পেলহনবা ঙম্লবদি ঐ অশে মতিক চারবনি। মশি ফাওবা ঐদি লৌশিং লৈজদে।"

তোম্বনা কা অতুদা থেং থাংজিল্লকপা মতমতুদা মনুংদগী থোইনুনা হরাওনা হায়রকখি— "ঐনা হায়বা চুমত্রা?" মীরভানা মোমোন

তৌনা কৌশিল্লি— "তোম্বা চংলকউ।" তোম্বনা ফমথবগা হংই—"মুংঙাইতবা করি ফাওরি, ইচে।" "করিসু ফাওদ্রে। ঙশিদি ফনা শাংনা চৎপা ঙমলে।"
থোইনুবা— "দদা লাকনি লাক্লোই হায়জুনা ইচেগা হায়নরম্লিবনি। ঐনা শোয়দনা লাকনি হায়বগা দদানা চংলকপগা মপা চান্নবগী রানি।" "অতুদি নঙনা চুমলেদনা।"
মীরভানা — "ঐদি য়ুম্বদা চৎনিংবনা লোইরে। ঙশি চৎলগে খল্লিবনি।"
ডাক্তরনসু অয়াবা পীরক্লে। তোম্বনা মহেং পাংজুনা য়ুমদা লাক্লে। মীরভাজু মাগী লৈফমজু য়োবদা শয় অমা হোন্দোকচৈ। তোম্ববুসু মীরভানা হনগে য়াদ্রে। চাক চারগা চৎখো হায়জুনা খাম্মী। অতুবু তোম্বনা নোংমা চারগে হায়জুনা চৎখ্রে।

তোম্বগীসু হৌজিক্তি কনা লৈজদ্রে। মতোমতা ঙাইরে। মমা লৈথিদবগী ফিরোই শোনখিবতা ঙাইরি। মমাজু অকুবা লায়না অমনা মতম কুইনা নারম্মী। অনাবজু লায়েংবগী শেল খরা মীঙোন্দগী লৌকজুনা মজুগী শেন্দায় জুনবতদা তোম্বজু রারবনি নুপানিদনা ঙম্নবদি হোৎনরি। সুখম চৎফম লৈতবা ঐখোয়গী লমদমশিদা হিংনবগী লম্বী তাংনা ফংই। অতুগীসু মথক্তা নোংমগী চরা তাল্লিবা মখোয়দা লৈবাক্কী ইরাংশিনা হেন্না অমুক চৈথেং ওইররি।

হিংবগী কল্লবা লাম্হেং মরক অসিদা মীরভাগী পুন্সিগী মশক খরা উবা ফংলুবদগী অশেংবজু খঙনিংবনা তোম্ববু রাখলনা নমজুনা নুপী অজুগী পুন্সি নৈনবা হৌরকই। অজুগা মথৌ অমগুম্না নোংমগী মীরভাগী মনাক্তা চৎহৌদবদা মুংঙাইতবসু ফাওররে।

ঙশিদি তোম্বজু রাখল খন্না লাকপা মাল্লি। মহৌশাগী মতৌগুম্না মীরভানা চম্না কৌই— "চংলকউ, ফম্মু।"
খন্দুনা লাকখিবা পুরিংগী রাকমজু মন্নি লৈনবা লৈনদবা হায়দোবখি—"ইচেগী রারিশি করিনো?"

মীরভানা নোকফেৎ তৌনা— "ঐগী ৱারী ?" তোম্বদা মুন্না য়েৎলদুনা মখা তারকই – "সুখঙমক খঙক্ত্রিব্রনে ?"

"অচুম্বদু খঙনিংই। উরি তারিবশিনা পেন্দে।"

"উরি–তারিবদু অচুম্বনি।"

"ঐদি থাজদে।"

"করিগীনো ?"

"ঐনা ইচেদা হংনিংলিবস্তু করিগীনো হায়ৰা ৱাহংশিনি। মীয়াম্না লান্না উহল্লিবা করিগীনো ?"

"ঐগী তম্নকপা লাইবক্লনি।"

"ঐদি মতু য়ানিংদে। ময়ামগী য়ানিংদবা করিগুম্বা খরদি তৌরে হায়না খল্লি।"

"মুপী ঐখোয়না তৌরুবা থাংলুবা খোংথাং খুদিংমক সমাজনা লান্নঃ লৌবীবা হায়নশিদি শোয়দ্রবনি।"

"মতুমক হায়বসু লাল্লি। ইজ্জৎ হায়বা অমদি ঙাক্লুনঃ থমফম থোকই।"

'ইজ্জৎ হায়বশে কনানা থম্বীগদৌরিবনো ? ইশানরা সমাজ অসিনরা ? সমাজ অসিনা পামল্লিবশে ইজ্জৎ অদুগী মরুম থুপ্লগা নুপী ঐখোয়না শোম্বনা হিংবদুনি. ঐনা হংনিংলিবদি; হিংনবগীদমক লম্বী তোঙান– তোঙাম্না শেম্বীরমল্লিবা করিগীনো ? মওং অমত্তদা পুন্সি অমত্তদা হিংবদি য়াদবজাংলা ? নোংমা নও রিক্সা খৌরম্মী অতুদগী ওফিসার অমগী গাড়ি খৌখি। ঙশিনা সাদারজী অমগী তুকান্দা ফি য়োনবা য়াওরি। পুম্নমক অসি করিগীনো ? নুপা নখোয়না ফাওবা হিংবা ৱারবা মতম অসিদা নুপী ঐখোয়না করম্না হিংঙ্ হায়রিবনো ? ঐগী অঙম্বা হোৎনতুনা হিংবশিবু য়াম্না লাল্লব্রনে ? ঐদি ইতোমতসু নত্তে, মীওই অনিগী খৌদাংসু নল্লিবনি।"

তোম্বনু মমিৎ শংদোক্লুনা তুমিন্না ভাহুনা ক্ষমলি। খুমদবা য়াদে হায়বগী মওংদা হায়খি—"অদুগা খেন্নবা মওং খরদি লৈ" মীরভানা পুক্লিং মুংশিবগী খোজোলগা লোয়ননা— "মী খুদিংমক মশা মশাগী পামজবা পুন্সিগী মচু লৈনরিবা ভাক্তনি। অদুবু ওয়্যনা তম্বীরম্নবদি মদুবু কনাগী মরালনো? সমাজ অসিনা হৈরিবশে লোক্লবা অসিখক্তরা? মী অদুগী লাইবক অদুবুম্নু নোক্লফম থোকপ্রা?" হিংনবগী হক অদু ফাওবা ঐখোয়গী লৈজত্রবা?"

তোম্বগী পাউথুম পিররুবা খৌনা লৈত্রমানে। লুকখহুনা লৈদ্রে মীরভানা মথা তারকখি— "নঙগী রাহৈ অমখক ঙসিম্নু নিংশিংলি "হিংনবগীদমক্তনি" মহাগী রাহৈ অমদা নঙনা শাওনা থুম্নকখিবা— "লাইরবা ঐখোয়না হিংবশিবু ইচেখোয়্যনা নোক্লিংত্র?" রাহৈ অদুনা ঐবু ঙশিম্নু মুংঙাইহনবা ঙমদ্রি। নঙগী খম্মোয়দা ফাওখিবা চৈনা অদু ঐঙোন্দম্নু ফাওরি। রাহৈগী অর্থ লান্ন হন্নখিবননি। নহাক্তুম্না ঐম্নু ইতোমতা ওইরম্নবদি মনিং তম্নমগদবনি। হিংনিংলিবা মথৈ হিংলগা তল্লকপা মীকুপ অদুদা হেক্তা শিখিবা য়ারম্বনি। মথোয় অনিথক্না ঐবু খৌনা কৰী শাহুনা নমহুনা ভিংহনখিবনি।"

অমকপা মচু কয়ানা য়োম্নশিন্নবা মীরভাগী পুন্সি অদু তুপ্না তপ্না হায়দোক্লুনা তোম্বনা য়েংলি। থোৎবা মঙাল লৈরবী মীরভাগী হকচাংগী মঙাল অদুনা তোম্বগী মিত্তা য়ৈরখি। ময়াম্না ভাংনরিবশিদি কল্লকুনা হায়রিবনি। নিশা পামজবা কয়ানা থক্লিবা ময়াই কারবা নিশানি মহাক্তি। মুংশাগী মৈশাদা ভাইহাক খুইথরুবা লৈরাংদো অহিংগী লিক্লা লাকপদদি পোমশাৎনরিবী গুলাব ওইরমলে। মেংনা নুংশিরবা লৈনম ফাওরক্লে।

রাখল হায়বশে মহা পাপ্পি। তোম্বা মতোমতা খম্নরকখি। ধারি শানা শানা মীরভাগী খুদাংদা পি মতুম অনিথক চৈরং লংনা

তারকখি। অদুগা পুক্লিং নুংশিনা হায়রকখি—"ঐদি কনাদস্মু লানখিত্রি। অদুবু ঙশি হিংলিবা মীরভা অসিদি থরায় য়াওদনা উবীরবা মচু কয়া তৈশিল্লবা মীরভানি।"

রারি হৌদোকলুবা তোম্বদু তৌফম শঙদনা কমখি। মীরভাগী অশোকপা থম্মোয়গী মমি অদু মহাক্কী থম্মোয়দস্মু তাবা হৌরকখি।

শজিবুগী শেংফাত্তবা থাবলনা তোম্বগী লাইর খাংপোক মথক অদুদস্মু কুপ্লরে। অতিয়াগী শেংফাত্তবা থরানমিচাকশিংনা তোম্বগী থম্মোয়বু তুমিন্না কাইহৌররি। থোংনাঙদগী উরিবা অতিয়াগী শক্তম অদুবু মীৎকুপ্তনা য়েংলি। নোংমন্তা অস্নুম্না মহৌশাগী শক্তস্মু মীকুপ অনতং কায়থোক্তুনা য়েংখিদে। ঙশিদি তোম্বগী পুক্লিংবু শুমহৎপঙম তৌরে। করিগীনো মহৌশা কৌবী মাবু শকথঙলুরিবা। পুন্সিদা থোক্লরিবা অসিবু করিনো? অদুগা লোয়নবা উপায় লৈত্রবী নৈহৎপিরবী অমগী চেন্থরকখিবা ঈচেল নাইরবা পীরাং অদু মীত্তা উরকখি। তোম্বগী হকচাংপুম্বা তৌফম খংদবা অমা ফাওরকখি। হিপলম্বদগী হৌগত্তুনা থোংনাওগী বার অদুদা কল্লা পায়শিল্লকখি। পেন্দবা অমা লোইনরি। থল্লকখি—"চিন অসিনা করিগীনো অদুক হৌন শঙদনা হায়রুরিবা। তুমিং অদুদা ঐ লাম্লে হায়জরম্বনা ফবনি। লৈবাক মচা তাদবা মীদি ইশামক্লি। অদুগস্মু ঐনা পোংজরুরি।" তোম্বগী রাখল পুক্লিং অঙকপা অনৌবা তাইবং অমদা তিনখিরম্মী।

## মরিদ্দুবা

তোম্বস্মু থবক চিনখ্রনানে লাকখিত্রে। রাখল মান্নরুবনরা তোম্বগী রারি ঙাইহাক [illegible] মীরভাস্মু নংঙাইজে। নোংমা মথোয়

শাওনখিবতু হৌজিক্তি মাংখ্রে। অতুগুম্বা মলোম লৈথি হায়বা ফাওবা উবা ফংদ্রে। মীরভানস্তু মৌপ.াগুম্বা গুকপিশ্রবনি।

অশোকপা অতৈদি ফথ্রে। খুবোমগীতুদি অথোংপা জগাগা ওইরে ঈহৌতুবা লৈরে। হন্দক খরস্তু চৎলুরে। থোইন.না হিদাক হাপ্ত.না অনাবতু বেগেজ তৌরি। মীরভানা থোইন.বু পোকমিন্নবা মনাওগুম্না লুবা চান্না তৌজে। মীরভাগী নোংমগী পুন্সিদং থোইন.না পাংলিবা মতেং অসিদি তরাইনা লৌবা চুম্লোই খজে। থোইন. চিংমী নিংভোলনি। মনে থোকপী অমনা মীরভাদা শিন্নরম্বনি। মীরভানস্তু মাগী মতেং খরা পাংবীরবদি হায়তুনা লুনা তৌতুনা লৈ-মিন্নরকখি। সভাইংথেলদা মবোক অমা লৈহৌরি হায়না তম্মী। মীরভাবা তোয়না হংখি— ''নবোক অতু উনিংব্রা খিববীয়ুরা ?''
থোইন.না তপা খুন্নকখি— ''ঐশিদা স্তুম চে-চেগী খবক তৌতুনা লৈগে। হন.বীতুস্তু ফত্তেদা।''
''ফরে ফরে, নঙনবু য়ানিংদ্রবদি। অস্তুম্না মখোয় অনি মরুপ ওইতুনা লেনমিন্নরকখি।

ন.মিদাংগী চাক থোংনদা থোইন.না থৌরাং তৌরি। থোংদা কোক-কোক তৌরকপা অতুদা রেংথোরকপদা তোম্বনা লেপ্লম্বতু উমদা হরাওনা কোই— ''এহ! দাদা লাকপ্রা ?''
তোম্ব মোমোন তৌনা খাউ অমা পিরতুনা— ''সে হাওনা থোংলকউ। ওশিদি নখোয়গা চামিন্নকগে খন্দুনা লৈরকপনি।''
থোইনুনা খাউ মমুং অতুদা করি য়াওবগে য়েংলতুনা মরোল খোইরি-খোইরি হায়রকই—''এঃ! মশিদি শরেংনিনে। ঐদি হৈগদ্র দদা ?''
''নঙদি খোংবা থাকপা য়ায়া হৈবদায়নে।''
''এ, শরেংদি থোংবা লুবনিনে। ঐথোয়গী খুখোংস্তু চে-চেদি চাবা হৈরোইনে।''
''অতু ওইরগনা ঐনা তাক্লগা লোইরেদনা।''

"হৈব্রা, দদা ?"

"য়াম্না হৈবজাংনি।" নোক্তুনা খুম্মী।

"অদুদি থোংবীগেনে।"

তোম্বনা ঙা শেম্বীরদুনা থোইনুদা থোংবগী মওং মচল তাকই। ঙা শেম্না শেম্না হংখি— "থোইনু, ইচেনা খ্বায়দগী পাম্বা ঙাশি করিনো ?"

"করিগীনো, দদা।"

"খঙলরদি নৈরকপদু নুংঙাইদনা।"

"চে-চেশে নুংশিব্রা ?"

থোইনুগী চম্না হায়রকখিবা ৱাহৈ অদুনা তোম্বদদি অরুবা পাউখুম ওইনা থোকখি। নুংশি হায়রুরগনা থকশি খাশি থংদবা তাব্রা ? নুংশিদে হায়রগনা তংশংনা সুকনুংমক নুংশিদব্রা ? পাউখুম পিরুদনা অমুকম্সু হংজিনখি – 'করি ঙানো ?"

থোইনুনা চম্না নোক্লদুনা খুম্নকখি – "ঙারি ... ... ।"

নোক্লিংনা হা হা ... হায়দুনা তোম্বদু হৌনা নোকখোরকখি ; কা অদু পুমনিল নিলখি।

থোইনুগী মনাক্তগী খোরক্তুনা মীরভাগী মনাক্তা চংলকখি। অঙাংবা কার্পেট মথক অদুদা থম্বৌ মতাং মানবী খুবোম অদু তিং-খোক্তুনা অশোকপদু হিদাক শিল্লম্মী।

কোয়রাওনবী মীৎকী অশাংবা পা অদু থাংগৎলদুনা হায়রকখি— "নখোল তাখিবদি কুইরে, খোইনুগা করি ৱারি শারুরিবনো ?"

পাউখুম পিগে খল্লুদে। তোম্বগী মীৎয়েং ৱাঙাং কল্লকপোই শাওনিং-খোই হায়রকখি— "খোংদুবু খরা ফহৌরবদায়নে ?"

মীরভানা চম্না নোক্তুনা হায়— "চত্তবা য়াদবা প্রোগ্রাম খরা চংলুরে অদুনমি।"

মীরভাগী অচম্বা মীনোক অদুনা মশাগী অশোয়বদু ময়েক শেংহল্লকখি। পুক্লিংগী অশেংবা মমিদু উংথোকলুবগী হেম্না ইকায়রকখি।

মীরভানা—"থোইম্নগা কয়ি ৱারিদনো অহুক ফৌনা মোল্লিবহুবো ?"
"শরেং থোংবগী ৱারীদনি।"

মরি লৈনদবা ভোম্বগী ৱাহৈ অহুদা মীরভাহু ঙক্না লৈখি।
অহুগা— "কদায়দগী শরেং ?"

"ঐনা ইচেগা চাম্নিনগে হায়হুনা লৈরকপনি।"

"ঐনা পিজগে থল্লিভৈদা। অহুক ভাংবা ঙা কনান লৈরকউ হায়বগে ?"
"তান চারুবা হায়বহুনি। মৈতৈ শরেং য়োল্লম্বহুদা ইচেবু পিজনিংমন্দুনা লৈরকপনি। কৈথেল মুপীশিদি ঙকথ্রজাংনিকো। মমল থর ভারেং হায়রুববু ফলা অনি পুখোরকইনে। অহুগা ইবুংঙো মমল অভাবদা ওল্লুরা অহেনবদা ওল্লুরা হংইনে। হমুবীনি হায়বতনি ঙকথ্রজাংনিকো। ফলাগী অরুম্বকাশি মখোয়না হেক্তা থুগায়বীনিনে।"

ভোম্বনা থম্মোয় শেংনা পিজনিংবহু উবদা মীরভাসু পেঙখি তপা হায়— "নঙগী পৈশাসু মাম্না ফংদনা, ঙাগী পৈশা ঐ পিগে।" ৱাহৈহুদা ভোম্বগী মীংয়েংহু শাগুনিংবগী মমিগা লোয়ননা মীরভাদা য়েংলকখি। মীংয়েংহু ঙশি ফাওবদা মুপা অনভুনা য়েংখিদ্রি। লান্না খোঙ থাল্লুরবা মাগী মুপীদা খোংথাং অহু চুমগোকউ হায়হুনা মপুরোইবনা য়েংবা মীংয়েং অহুমক্কি। মীরভাসু ৱাহৈ অহুমক শোয়খ্রে থঙজরকখি।

"ঐনা লৈবা চানিংদবা ওইরগদি ... ...।"
মীরভানা থুনা খুম্নকখি— "অহুগী নত্তেদা, ঐগী ৱাহৈ থরা শোম্ন-থ্রমানে।"

মী অমনা হরাওনা পিজনিংহুনা পুরক্লিবা ঙা অহু ৱাহৈ অমখক্তা শেরাম্বনা লৌখিহুনা অরেম্বদা তাথ্রগদা হায়হুনা ৱাজখি। তোম্বগী মীনুংশি অহুবু মীরভানা মমল ম্নাম্না লৈনা লৌজরিবনি। ৱারি

শারিবৈভেদা খোইম্বুনা চাক লোইরে হায়তুনা পাউ পিররে। মখোয় অহুম নোক্তুনা থরায় তানা চামিন্নখি। খোইনগী শরেং খোংবগী মহাও অতুনা কাওদনবগী মরম অমসু ওইখি।

অযুক অতুদা রাখল নংঙাইনা ঈশৈ ঙংলতুনা মীরভানা কাগী চায়রিবা ময়ামতু লোইশিল্লি। খোইননা ফোং ফোং শাবা মীরভানা থক্লবা মহি শেমতুনা পুশিল্লকই খোইন মখোয় অনিগী হিংলিবা পুন্সিশে তশেংনা নংঙাই। মনিং তম্মী। জাৎ মান্নদবা মীওইবনা অম্মক নংশিননা থম্মোয় শেংনা লোয়নবশিন্দি ত্তাংনা উবনি হায়বা য়াই। হৌজিক্তি হৌখ্রবা মীরভাগী পুন্সিগী মমিতু তশেংনা মুৎথিবগুম উরে। হিংলিবা মশাগী পুন্সি অতুদা পেনথোক্লবা হোৎনজে। খোইমুসু মচেগী মতেং পাংশিল্লি। তঙ্গা অসিদা মপান্দগী থোং থিল্লকখি। খোইন্নুনা থোংতু হাংলুবদা মুপা অনিথক লেপ্পুনা লৈরমখি। মীরভাসু ঙক্না য়েংতুনা লেপখি। মুপা অনিতুগী মরক্তুগী অমনা—'ইমুং অসিদা মী কয়া লৈবগে ?"

"ত্রেখোয় অনিথক্তনি।"

"মুপাদি ?"

"ইপা অমা লৈ। মপান্দা লাইরিক তমলি।"

'ইচেগা রারি থরা শান্নবা পাম্মী।"

মীরভা থরা চিংনরপ তৌনা—"করম্বা মতাংগী ওইরবনো ?"

মুপা অমনা—"ইচেহোয়না ইশা ইতোমতগী খল্লগা হিংবীরিধং করিগীনো ?"

মীরভা খুমলুদে। হায়নিংলিবতু করিনো মুন্না তারি।

মথা তারকখি—"লৈবাক অমা কনবদা মুপীশিংগী চাউরবা থৌদাং লৈ। ফমনাইবশিংগী মচি ময়া নপকদৌবগী মহুত্তা থৌনা লৈনা চোংথেক্তুনা হক অতু তানবীয়ু। মৈতৈ মুপীগী থৌনা অতু কদায়দা

চৎখ্রবগে। থৌনা 'দু লোৎশিল্লগা ইরাং কৈথেল কাবনদি সমাজ অশি মশক থিহনবা নত্তনা করিস্থু ওইরোই।"

তপ্পা হংলকখি – "ইনাওখোয়না হায়নিংলিবদু করিনো?"

"অকবা, ফজবা সমাজ অমা ওইহনশি। লম্বী অতুদগী হন্দোকপিয়ু।"

য়ারিবমখৈ ফাথরতুনা খুম্মী – "হিংনবনি চৎলিবা লম্বীদুদি।"

"হিংবগী লম্বী য়াম্না লৈ।"

"নখোয়না হায়রিবদু য়াম্না চুম্মী। অদুবু য়ানিংদবা অদু থিংবদগী হেন্না করম্না তৌরিবনো? করিগীনো হায়বা রাহংদি য়াওদে। মদুস্থু হংফম থোক্কত্রা? সমাজ অসিগী নুপী হায়রগদি ঐগুম্বী নোংমগী ভিংবগী মানা মায়োকরিবী অসি থক্তরা? নুপী হায়রগদি মস্থি, ওকিসারশিংগী নুপীশিংস্থু ওইগনি। মখোয়না করি তৌরিবা? মখোয়গী মথক্তদি নখোয়গী মীৎয়েং চংফম থোক্কত্রা?

— "সমাজ অসিগী মশক খিনবা, মাংনবা তৌরকপা থবক্তা ঐখোয়না ভশি ফাওবা য়োকখৎখিদ্রি। ঐখোয়গী মীৎয়েং মিচং মীথয় নাইরোই"

— হিংলবা মীশক অদুনা থাংলকপা খোংথাংগা হিংনবগীদমক থাংলিবা মীশক অদুগী খোংথাংগা খেন্নগনি। ঐখোয়দি সুপ্নগী ফংফম থোকপা চরা তদু ফংনবা থাংবনি।

— "লম্বী অদু চুম্মী শিরা?"

— 'ময়ামগী মীৎয়েংনা করম্না লৌরিবা মদু ঐদি খঙদে। অদুবু ঐ তরানবা থবক্তি তৌখিদে। হিংলবদি মীওই অনিথক্কী থৌদাং লৌবা ঙম্বা ভিংনিংই।"

— ঐখোয়না তৌরিবশে ইশাগী নত্তে। লৈবাক্কীনি। মীয়ামগী ওইনা খনবীবস্থু পাম্মী। নহানগী থৌদোক্তু অচুম্বনি ফজবনি হায়না লৌবদি ইচেস্থু লানগনি। মদুগুম্বদু মতুংদা অমুক হন্না থোকহনবীদনবা তৌবীয়ু। মতুংদা হেন্জিনবা পাউ তারবদি মদুগী দায়ত্বদি ইশানা

লৌজবা তাবনি।” নুপা অনিচু চৎখ্রে। মখোয় অনি চৎথ্রবা মতুংদদি খৌনা ফবী শাখিবচু শোম্বরক্লে। থম্মোয় পেম্না কপচরকই। থোইন্‌না তৌফম খঙদনা মনাক্তা লেপই। মচেগী মতৌচুসু য়েংবা ঙমখিদে। মীরভাগী থম্মোয়গী মৈরি নেমথখিবগী মহুত্তা হেম্না-হেন্না কনখৎলকখি। খুমজিনখ্রবা পুন্সিগী চেনাচু নমতুনা অমুক হায়দোক-পিরমলে। মহানগী খৌদোক অচু অচুম্না ইরাং তমা খোক্লকনি হায়বা মীরভাদি খঙজবা নত্তে। চুম্না ঈশৈগীদমক ওফিসার ময়াম চাক চান্নবচু মহাকসু য়াওখিবনি। অচুদগী ফরক তাবা খরা য়াওনম্বকপদগী মকমচুদা ইরাং অমা থোকখ্রে। চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা ঈশৈ হৌনবা হায়নরিঙৈদা মুপী অনি অচুগা ওফিসারচুগা ফাহুনা পুথোরকখি। ময়ামগী মরক অচুদা য়াওরুবনিনা মীরভাসু অখিবা ৱাহৈশিংশি তারিবনি। পামদে হায়চুনসু অসিগুম্বা ৱদনাম চানিংদে হায়চুনসু মহাক লম্বী অসিদদি চত্তবা ইয়ামক য়াদ্রবনি। অসিগুম্বা মরক্তা মহাক্কী ঈশৈ শকফমনি। নত্রবদি কদায়দা মহাক্কী চম্লফম লৈগনি। অসিগুম্বা অসিদি থোক্লকখিগদবা থেংনম্লকখিগদবা ভাক্তনি। কদায়দা চেনফম লৈরি। অচুবু মাওইবনি, অচুগীসু মথক্তা মুপীনি থাংবা ওম্লবা মীকুপ অসি লাকপদনি মীরভানা লাইবক মাবু নিন্দা তৌরিবা। হৌখ্রবা পুন্সিবু য়েংজরগা লেপ্পা লৈতনা পিরাং শিম্ভরিবা।

অহোংবা হায়বশিগী তমখিবা মশক অসিসু অঙকপনি। মতম মানা পুচুনা লাকখি, লৈথোকপা য়াদ্রবা লাইবক্কী তম্লকপচু। মশাগী পামজবা মচু লৈখি অচুবু মহাক ফংবা ঙমখিদে। চৎখি লম্বী অচুদা খোংনেৎনচুনা পামজদ্রবসু থম্মোয় মানা। লোম্বাক্তবী গুম কনাদসু মহাক্কী ৱাকৎ থাংগৎখিদে। অচুবু থম্মোয়মুংদদি কনাবুনো মহাক শিংনখিমানে। ওইরম্বসু য়াই, মশাগী পুন্সি নত্রগনা লাইবক্তা ওইরম্বসু য়াই।

মমা মপা অনিগী তাংনা ফংজবী মচা মুপীনি। মীরভাগী অৱাংপা লৈতনা ফজরবী শক্তম অতু য়েংজরগা মমা মপাগী পোথাফম ওইজখি। মীরভানা পুংকক চাওরকপা মতম অতুদা মৌপ্লা অমগা মনাও মুপী অমগম্ভু ফংজখি। সরকারগী কেরানী মচা অমা ওইজতুনা বীরেনকুমারনা মাগী মুপী অতুগা মচাশিংগী পেন্নবা অরৈবনা হোৎনজে। বীরেনকুমারনা মাগী মুপীশি লৌরকপা মতমদা রাখোক অমা ওইখি। মকুবোক্লা মথুৎ চাদনা ইন্থোক্লনা থমখি। থাজামানবী লুখ্রাবী মচানি। কাবারদগী লাক্লনা মক্ষমশিদা শৈদাংলবনি। মথোং মরম খঙদবী মুপীঙ্গ পুতুনা লাকপগী মপানা শাওখি। অতুবু মমৌগী লাঞ্জদবা মতৌঙ্গ উবদা কোন্নদি মকুবোক্লা থাজমানবীবু লৌশিনবিখি। মতমতু মীরভা পোকপদা ঙাইরি। অতুনম্ভু মচাম্নুপীবু হেন্দোক্লা লুনা তৌজে। করিগুম্বা কান্দা মচাম্নুপীবু মমা-মপা অনিগী মরক্তা ফমহল্লতুনা মশা-মশা থাগৎনৈ। ইকায়বা খঙলবী মীরভানা মমা মপাগী মতৌঙ্গদা হায়খি— "মখোয়গী হৌনবী তৌরদৌনি।" মচিন পৈরতুনা মপাদা হায়— "বাবানা মী খুদিংগী ঐবু পন্দুনা রারি হেক্তা শারিবতু ইকায়ব্রো। ঐদি ইকায়জেনে।"

মচাগী রাহৈতুদা বীরেনকুমারনা হৌনা নোক্লতুনা—

"ইকাইদে। ইচা মশক ফজবগী থাগৎচরিব। কল্লকহল্লিবনে"

"অতু ওইরবদি হয়েংমখে ঐদি মুকথোক খোক্লকওই।"

মপানা হেন্না লক্করতুনা— "এ, অতুগা য়াব নত্তেদা ... ...। মখোয়গী মচাশিং অতুদিনে অমুবী অথিবী ঙাক্তা ... ...। ইচাদৌনা কজবম্ভু য়াওদে।"

মপাদা ওইনজতুনা "হুং।" হায়তুনা থোকখি। মপানা পেন্না থরায় তানা নোকচহৌই।

মেত্রিকী পরিক্ষাদা মীরভা থাক রাংনা লাকখি। মপানা আশা অমা শাগৎচখি। মুপীনা ওজা ওইবা য়াম্না পামজখি। মচামুপীবু শিনফমতু ফংনবা মহৈ মতিক চানা তমথহনগে থনখি। হৌজিক্তি

ট্রেয়েলব ক্লাস তম্মলে। মশাগী মপুং মরৈ ফারকপগা কে মৌবা হৈরকপগা মহৌশাগী ফজবা অতুদগী হেন্না য়েংবা মুংঙাইরকখি। লৈকায় অতুদা তোমখিন ঙাল্লকখি। মায়থোংগী ফজবা, অসিনি হায়ত্তুনা চাং-দম্নবা য়াবা অমা লৈতে। ফজৈ শককমতু! মহুৎ কুপ্পা ঙৌরবা শাংতক তাবা ঙকশমত্থু শিংলিদা ঈ চেনবা উনা ফজৈ। কুৎতক তৌনা লৈরিবা লেংবানগী শরু অতুদগী হায়থরক্লগা যৌবনগী নিংথিজবা পুম্নমক্কা তাশিন্দুনা শেম্নবা লেমজনিংঙাই ওইরবা খবাকী শরুক অতুদগী চথরক্লগা চেংতক তৌনা লৈরিব খ্বাংগী শরুক ফজবা পুম্নমক্কী শক্তি ওইরিবা নিংয়ান তাবা মতাংতু ফজংগী শক্তি ওইররে। তুমতক তাবা নাতোন্দগী চৎথরক্লগা নৌনা চোংথৎলরিবা পিদাফমগী শরু অতুনা হেন্না মায়থোংগী রাশি হাপকৎখ্রে।

নোংমতা ময়ামগী মরক্তা চিম্বাল কাথোক্লুনা নোকপা য়াওরুদে। থোংথাং খুদিং মক-লুক্কা থাংজখি। কলেজদগী মমান্নবীশিংগা য়াবী শাতুনা হল্লকপনি। মথোয়-মশেল লাংবদা তুং মাং য়েংলুদে। মানা মানা ওইনিংবা তুংগী আশা শক্তম অতুনি ঙাংনরিবতু। ময়ামগী রাতু তারগা মীবভানা ইত্তপ তপ্পা হায়রকই— “ঐদি লাইরিক মথা তমথবা ঙমগদৌবা মাল্লে। অঙাং অনিগী স্কুল চৎপগীনে ইমাগী শেবানে লাইরিক পানবা মতম্ম ফংল্রেদা।” ইয়াং লাংবী মমান্নবী অমনা— “জ্ঞান য়াম্না তাবা মী শারকনদা। লৈশাবী মাঙ্গদে।”

ময়ামতু নোকপগা ঙাংবগা মীরভাগী রাগতু থোইনা চংনদে। নোংচুপিবগী লম্বীতু ইনাল নাল্লি। হাইজিল্লকপা শংবামবা মচুগী কার অতুনা থেংজিন্দুনা মীরভাতু উপথুননা তুশিনখি। তপ্পা থোরকপা ওইবগী শাফুদি ইকল কলহৌদ্রে। গাড়িতু ব্রেক খঙফা ফাতুনা খামখি। অমুবা মীংশেল ওইবনা কনা-কনা তোংলিবগে উদে। নুপি মচা মঙাতুনা য়োমশিন্দুনা চৈনিংবা মওংদা চৈরকই।
— “নমিত্ত উদ্রে ?”

অমনা— "ৱার্কশোপ্তা য়াওবা ওইরমগনি। থৌদোক্তনা থৌবনিনা হৈতবা"

—"হৈত্রবদি করিগী থৌরিবনো?"

অনকপদা ফম্লম্বা নুপা মচা খৱস্থু চংশিল্লকখি। ময়ামগী মতৌ অদুদা ফুবীগ্রনি পাখক্তুনা ফুক হৌগত্তুনা মীরভাস্থু লৈখোম তৈরিবদু তৈখোকই। "ঐ করিস্থু শোক্তে।"

গাড়িগী থোং হাংলদুনা মশা নাল্লবা নুপা অমা য়াম্না মোং হাদনা কুমথরকখি। চহি মতাং অদু চিংলেমলিবদুগা চাশিন্নে। ঙশাইমখৈ ঙাংলম্বী নুপী মচাশিংদু নুপা অদুগী মওং মতৌদু উবদা ময়া কাদুনা য়েংই, তুমিন্না লৈনখ্রে। অহল অমস্থু চংশিল্লকই। "ইবুংঙোস্থু কল্লা থৌরকপা নত্ত্রেদা, থোয়না অশোক তপন য়াওদ্রবদি ফরে-ফরে শোয়খিবা হায়বদুনি।"

নুপা অদুনা চংশিল্লক্তুনা হংই— "কদায় কদায়দা শোকপগে?"

"করিস্থু শোক্তেদা" তপা খুম্মী।

করিস্থু থোইদোবপা তৌদ্রবনিনা নুপা মচাশিংদু চৎনখ্রে।

নুপাদুনা— "ফিরোলদু লৈখোম তৈরে। চৎপদু নুংঙাইররোই, গাড়িদা খিঙ্গরমগে।"

মীরভানা— "য়ানি, য়ুম য়োরে।"

"ঐদি হোর্ন পিজবনি ময়ায়া তাবীদবননি।"

মমান্নবীনা ওক্তুনা খুম্মী— "মীনা হোর্ন পিরগা মীরভা নওদি ননাদু অদুক থিনা পংলুরিবদু করিগীনো?"

নুপাদু নোক্বিংলমানে হায়রপ নোক্লকখি।

মীরভাগী ইত্তপ তপ্পা রা য়াম্না ঙাংদবা মতৌ অদুদা কমস্থু হায়ত্রে। মতাং চাবা অমদা নতেং পাংজরগে হায়দুনা নুপাদু গাড়ি কাখৎত্ত্রে। মখোয় মশেল ঙাংনহৌই— "চোপইহে। ঙশাই ঙাংলুবদু।"

অমনা— "অসুক য়াম্না চিং লেমলমগনি হায়বদি খঙলুব্রা ঐখোয়না"
মীরভাদা ওনশিন্দুনা— "শোক্ত্রবসু নাশিন্নবা য়াদ্রে৷ অশেংবা হেক্তা হায়নে।"

মীরভানা চন্না - "শোকসু শোক্তনা"
মখোয় পুন্না— "অতুনদি য়ারোই। অতুক পংলবদবু"
ময়াম হৌনা নোকই। মীরভা ইঙক ঙক্না মমান্নবীশিং অতুদা করিনো হায়বগী মওংদা য়েংই।

## মঙাসুবা

চহি কুইরবগী মতুংদা মণিপুরদা থোক্লকপনি। ঙশিগী মুমিৎ অসিমা গাড়ি থৌতুনা মমান্নবশিং মথং মথং উন্নরুবনি। ঙস্তোকপা মতৌদা থাজননা নুপী মচা অমা খেংজিল্লুরে। করিসু শোকহৌব্রবসু ইনুং মুংঙাইতবা অমদি ফাওরি। তুমিন্না হেক লাকখিবতু ফজমন্দ্রব্রা? ন্‌পীতুগী ইতপ তপচবী খোঙ্গেলতু নাকোংদা হঞ্জিন-হঞ্জিন তারকখি। অতুগা লোয়ননা পুন্সিদা নোংমতা থৌশা-রাশাখিদবা মরমতুসু খল্লকখি। নীশেশকী রাখল খোংথাংদি তোপ-তোপ্পী। ফংগে থম্না তাল্লিবা পুন্জিগী শক্তমতু ফংনবা চৎপনি। মশাগী শক্তম ঙাক্না কায়হন্দনা চৎপা মীনি। রাখলদি মীয়ামগীদমক করিগুম্বা খরা তৌনিংবনি। ইমুং মন্‌ংগী শেল-থুম, শাগৈ মাতৈগী মরম চাদবা লিপুন্না মহাকপু কৈদৌঙৈদা পুনবা ঙমখিদে। মমানা কয়া হোংনৈ অহুবু অরেম্বা তাখি। মরমশিনা রশিয়াদা লেংদনা নৈথোকপা ঙমলিবনি। হন্দক মচান্‌পানা থাজদমা থোক্লকপা অশিদা সনাজাওনা হয়াংলৈজ। ভোতসু

খজিক্তা ৩াইরে। মপাবুংগী রাখলগা মচাগদি অশুক্কী মতিক থেন্নখ্রে। লমদমশিগী রাজনিতিগী চৎনবীশি নীশেশনা সুকহৈ হৈনদে। নিয়ম থুগায়রিবা অরানবা ময়ামগী মরক অসিদা মপাবুংসু মকোক ওইবা য়া৩রিবনি। মপাবুংনা মত্রি ওইরবসু মতুগী মমি মচেৎ অমা ফাওবা নীশেলকী থম্মোয়রদা তাদে।

রাখল খন্না গাড়িদু তপ্না থৌজিন্নকই। ইমুংদা চংলকপদু মমানা কোইন ইন্নদুনা হংই — "কদায়দা চৎলুরিবনো? ওশিগী নপাবুংনা নওগা রারি শান্ননি হায়দুনা অনিরক্কি হংলমলিবা।"

কুরিং লৌথোক লৌথোক্না খুম্মী— "করি রারিনো?"

"রারিবু করিনো, শান্ননিংঙাই ঙাক্তনি। নঙশে ঐখোয়গীদি ইচা কোকহল লাইহন্নীনে। চহি মরি মঙাগী মতুংদা য়ুমদা থোরকপনি। তান্নগদবা রা য়াম্না লৈরিবনিনে।"

মমানা হায়রিবদু মুন্নদি তায় অদুবু পাউথুমদি পিরুদে।

মমাদা তম্মী— 'মী অম: থেংজিল্লুদুনা ... ... ।"

মচাগী রা লোইত্রিঙৈদা মমানা পাখৎচনা— "নঙদি শোক্তেকো "

মমাগী রাঙাংদু খঙই। মচাবু লুনা নিংজবা মমানি। মতাং চাদনা কাহেম্না মুংশিবা উৎপশিদনি মহাক্কা মঙ হেক হেক চান্নত্রিবশিসু। মমাবু জ্ঞ্যান তানবা হায়রকই — "ঐগী গাড়িনা থেংজিল্লুই হায়বনি। ঐঙোন্দা থেংলকপা নত্তে।"

"অদুবু হায়বা।" মমাদু কাদগী থোকখ্রে। মমাখোয়গী মীৎয়েং, রাখল অদুবু চুমথোকসুবসু ঙম্বা নত্তবনিনা তুমিন্না লৈবা তাখি। লনাতোম্বীসু অচৌবা শাগৈদগী লাকপনি। মপুরোইবনা মত্রিগা ওই-শিন্নে অচৌবা অরাংবা রাখলতনি থিল্লিবা। লৈত লাইরগী পুকচেল পান্দে। মীনা লৈতে হায়রগা কন্নিগী লৈত্রিবনো হায়দুনা হংবা মীতামি। মচাগী চানবা উহৈ খরা পুদুনা অমুক থুনা চংলকই। ফমথরদুনা মচাগী চানবা মকু খোক্তুনা শেননি।

"নঙনা ভুঙ্গা চানা থোক্লকপশি ফগ্রে। হন্দক্তিনে ভোংশি য়াম্মা লুগদৌরি। নপাবুংস্থু মথা শাবনা লোইরবনি। প্রভাশিং অসিনস্থু পেন্দবনা ... ... অসুক য়াম্মা ভৌরিবশিবুনে মীয়ামগী থস্রে, মশাগীতা থস্রে. আ অতুনি আদানি হায়তুনা থবরশিংদা ইরকখিবশিনা .. .. ।"

'পাবুংখোয়স্থু থরদি হাকমল্লিদা। মীয়াম্মা পামলিবশি করিনো হায়না থরা থস্থবদি ফবনি। লৈবাক্কী অসুক লুরবা ভানকম অসিদা লৈবাক্কীদি থস্রে, মখোয় মশেল মস্ত্রি ফম মুম্নবগা সরকার শেমদোক শেমজিন তৌবগা .. ... মতুবু লৈবাক ভাক্লিবা হায়বতুরনে।"

মচাগী খুমদোরকপা রাভাং অতুনা ভক্না য়েংলকই অতুগা—

"মী তানিবে। নঙনা অতুম্মা ভাংলবদি নপাশি ভোং ফংখিগদ্রা?"

"ঐগী রাদি পাবুংবু রাজনিতিদগী পোথাহন্নীংলবনি। মুংভাইনা পোথাতুনা লৈহন্নীংলবনি।"

মমানা পাখংনা – "নপাবুংদা অতুম্মকা হায়রুম্নুকো। মশানা পামজবনি। হন্দক ভোং লেপকন, হায়তুনা মীওই থরনা খিংলম্বগী মথা য়াম্না শারিবনি।"

"ইমা. মতুবু হিংবগী নংঙাইবা হায়বতুরা? হিংববু চিংননা হিংবা হৌনদে। ময়াম্মা পেল্লবদি পাবুংস্থু সেক্রিফাইজ তৌবা ভাবনি। শান্তি ওইনা হিংবনা কত্তুনে।"

"সিংহাসনবু কমনিংদ্রে হায়তুনা কুমথজখিবা কনা লৈ।"

"করিগী য়াওদরি ইমা। অতুম্মা থাদোকপা ভস্থা মহাক অতুনি ঐখোয়না ঈশ্বরগুম্না লাংনরিবশে।"

"হৌজিক্কী মতমদবু মতু চংনবা য়াবা নস্তে। ইক্কং হাম্নবা অমা লৈরিবনি। নপাবুংনা তৌরিবশিস্থু নখোয়গী ভাক্তনিনে।

'মতুদা নচানা পামজবা করিস্থু লৈজদে। মীয়ামগী ফংকম থোকপতু নচাথক্কগী পৈশিন্দুনা থম্মীরম্বতু ঈশ্বরনস্থু য়াকম থোক্তে। ঐগীস্থু

খোং-খুৎ পাল্লি। লৌশিং মতিক চানা লৈ। ইশাগী থৌনা-লৌশিং অসিগী শিজিন্নফম লৈহন্নীংই।"

"ঙাওরেদনা। ঐথোয়না খল্লিবশিগা ওস্থোক্লা খেংনথেৱদকো। তুং মাং গার্দ তৌদুনা চৎলম্লগা হয়েং ভোৎ কাব্রগা নপা অসিনা তয়ক-তরক মতোমতা চৎপদু নত্তবু নংঙাইগদ্রো?"

"চন্না হিংবগীসু তোপ তোপ্পা মহাও অমা লৈরমগনি।"

ঙাংলু, হায়রু খুদিং মচানা থবৎ-থবৎ ককলকপদুদা সনাতোম্বীহু মথরায় মুংঙাইত্রে। মমাগী রাখলদি মপাগীদমক মচানুপানা চোংথোক্লুনা থরায় য়াওনা হোৎনহন্নীংবনি। অদুবু ওন্না তৈনথে। নীশেশনা তশেংনা মতেং পাংদ্রব্রা? মদুদি নত্তে লৈবাক অসিগী অচৌবা অশোয়বা রাজনিতিগী থৌওং অসিদগী মপাবুংবু থৈদোকহন্নীংবনি। মমানা ঙাংনিংবা থরা পেদ্রোং-পেদ্রোং ঙাংলম্লগা থোকথে। খুৎ অনিনা মোন খাংলদুনা লোংনা হিপথৈ। ঙাইহাক্কী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক অদু নিংশিংই। নিংশিংলিবা অদুনা মপুং ফাররবদা রাখল হুকচাং মুংঙাইবগী ইথক অমা ঈহৌরকখি। লাংতক্লবসু হেনগৎলকখি। রাংলবা চীংজাও কয়া পাক্লবা সমুদ্র কয়া লান্দুনা চৎলুরবনি। মীওই মথল কয়াসু উরক্লে। অসুম্না মহাক্কী থম্মোয়বু লাংতক্লহনবদি অমুক্তা ফাওখিদ্রি। শিক্লিৈতদগী রশিয়াদা লৈরকপনিনা মফম অসিগী ঈশিং মুংশিং অশি মহাক্কি সুকহৈ হৈনদবা ফাওরে। নীশেশতা থমলিদা মুরা মপাগী আশা অদু ওন্ন-তৈননা উবশিদদি মপাবুংসু নিংবা কায়রে। ময়াম্না ঙাংনিংবা মথৈ ঙাংলবসু নীশেশকী মশিং য়ামদবা পাউথুম অদুনা মমা মপাসু মথা তাবা ঙমদ্রে। নীশেশকী রাখলসু মী অমগী অনিংবদা অপনবা পিরক্লমু। নিংলিবতুগী অরোইবতু করিনো য়েংশি মশিনি। মশিংদনি মমানা তৌফম খঙদনা রাজবিবা। মপাবুংনা মন্ত্রি ওইরি হায়দুনা মপাবুংগী মরুমদা

হিংবা, চাওখোকচবা মতৌহ্ মহাক্কী লমচৎ নত্তে। মহাক্কী পুক্কিংগী অচেৎপা ফিরেপ্তী 'ঐ মুপা অমনি' হায়বশিংগী খোংকম অতুদনি লেপচন্নিংবা। য়ুম কৈ পান্নবা ম্না হৌদোকলুরবদি ম্না ঙাংলমদনা হৌগত্তুনা থোকখি। মমানদি মচাগীদমক শাগৈ জাৎ কবী, ইনাক খুনবী. মখোয়গা লেং মান্নবশিংগী মচা মশু হায়নশিংনহুনা থম্লিবনি। উষ্টরোল-উইরোল তুমথরুরে। অহিংগী পুং অমা তারে। মিৎ উই-শিল্লু হায়বসু য়াদ্রে। থম্মোয়নুংদগী লোম্না মখোল থোক্কনা কৌখি— মীরভা! অতুগা মোমোন তৌনা শর শাংনা হোনখি। নাকন্দা থম্লিবা ফোন্দু মখোল হৌনা খিংলকখি। পাখত্তুনা— "Hello ! yes hi Swsanta oh ! OK yes.. yes...I understand —no problem. OK, OK tell me how many days can you wait for me ? I' ll try, I' ll be coming positively. OK Good night." ফোন থয়গা ঙাইহাক রাখল তৌহুনা ফম্মী। অতুদগী কলম পায়তুনা করিগুম্বা থরা ইবা হৌই।

অয়ুক অতু মমানা কাদা চংলকপদদি মচানুপানা ঙম্না হৌগত্তুনা চৎথোকদবগী কি হোংলম্বা অতুদা হংই— "কদায়দনো ?"

"ঐ হয়েং চৎপা তারে। শন্তোষ উম্নরুগে। নাই হায়, ঙাইহাক চংলমত্রবদি য়ারোরনি।"

মমানা খোইরাংনা — "করিনো হায়রিবহুবো। হন্দক্তি ভোংশি লুগদৌরি হায়রগা ---। চৎখিনু চৎখিনু। নপাবুংনা শা ওবনা লোইরনি।" "রাজনিতিদি পাবুংনা তৌবনি। ঐগীসু অশোমদা থবক অমা নান-থোকখিগদৌরে। U.S.A. চৎকদবনি। থুনা চংদবা য়াদ্রে।" শমগী মওং শেম্না শেম্না খুম্মী— "ভোৎ কাবগীবু ইমাহোয়না অতুক য়াম্না রাম্লিবা করিগীনো ? হান্নসু ময়াম্না পামহুনা পাবুংবু থাগৎলি। মীয়ামগী অপেনবা লৈরবদি হন্দকসু শতুম থাগংচগনি।"

—"ভোংপু মতুনা চৎনবা য়াম্না নঙ্ঙনে। ঐখোয়সু ভোত্তা চংখ্রিবা শোল ময়ামচু হাল্লা হল্লিরবা ভোরবা য়াদবনিনা থরা ভৌরেদনা। অতুনা হন্দকী অসিমতংগা খাগৎপিয়ু ময়ামগী পেল্লবা তৌগে হায়দুনা মুংশিনবা হায়গদৌরিবনিনে।"

নীশেশনা তপ্না খুম্মী— "অদুবু রাজনীতি কৌব্রা ইমা?"

"রাজনীতি ভৌবা হায়বশিদি মতম মতমদুগী য়া খুম্বা হৈগদবনি। লানগেরা চুমগেদা ভাংলিবা অদুনা প্রজাবু থাজহনবা শুম্বা হৈরবদি মতু রাজনীতি হৈবা কৌরে। হৌজিক্কব অচুম্বা ভাংলবদি কনানা থাজবীগনি।" মমানা ভাংলিবদুগী পাউখুম পিরমদনা,

নীশেশ গাড়ি থৌদোক্লগা খোকখ্রে। মমানা উপায় লৈত্তনা লেপ্লুনা য়েংহৌই।

সনাজাউবা হন্দক্তি মথা য়াম্না শারি। ভোংকী চয়েৎনবা থরা লৈবনে। ওর্গনাইজেশন থরকী দিমান্দনে ভৌকম খঙদনা লৈরিবনি। মচান্নুপা লাক্লে, শেগা-মাইগা তান্নদুনা থর: রাখল পোথাগদবসু মপাগা রাখল শন্না তৈনখ্রে।

তশেংনা লৈবাক কনগে হায়দুনা কৎথোকপগা লোয়নননা চোং-খোরকপা নেতাদি লৈবাক অসিদা মশিং য়াম্না পোক্ত্রি হায়বা য়াই। লৈবাক অসিগী রাজনীতি ভৌরিবশিং অসিগী রাখলদি অয়াম্বনা অচৌবা জ.ার শাম্নবগী হৈনবীগুম লৌবনি। পেন্দে, প্রজা মীয়াম্না পেন্নদে। লৈবাক শাশন ভৌরিবা মখোয়গী রায়েল থৌদা, খোংথাং স্নুকপেন পেন্নদে। অতুননি লৈবাক অসিদা মোংমগী মীশিং মীনা খোক্লিবা। মশিংদি থরবু ফরি, লৈবাক কাওরা মচেং মচেং থুগাম্ন-দৌরা কাওবা করিস্নু নাচুংত্রি। মখোয়না ফম মুন্নরিভৈ, শেনগাও শেন্নরিভৈদা লৈবাকীদমক্তদি মীচম প্রজা কয়া থরায় কৎথিবনি। লৈবাকী মপী-মপা ওইবশিংদুনা থুং লোম্নদুনা মীয়ামদা হায়জখিবনি।

কয়া ইকায়নিংঙাইনো ? অদুবু মখোয় হনবা লৈতে । হৈনখ্রবা শাং-জংনিনা । অসিগুম্বা মওংগী লৈঙাক-শাশনগি মীশেশনা খ্রায়দগী হৈনজদবনি । ময়াম অসিগী সুচিং পুরেল ওইনা মপাবুংনা লৈঙাক্লিবনি ।

লমদম তাম্না লৈজরবসু ইকুই কুইদনা খোকথিবা জুন ১৮ গী থৌদোক অদু মীশেশসু তাই । তশেংনা থম্মোয় শোকথি । মুমিদাংদা থৌনা করবী মৈতৈ মুপী কয়ানা খুত্তা মৈয়া পায়দুনা হৌখিবা লাল অতাংবনি । তাবদা চাওখোকচবা অমদি কাওখি । অদুগা মতোম-তসু ইকায়বনা তৌকস থঙখিদে । লৈবাক ঙাক্লিবা মখোয়না লোত্তুনা লৈবদগী মীয়ামা চিংথোরকখি তাবদা । অদুননি মপাবুংবু রাজনীতি-দগী পোথাবা পামলিবা । অদুবু থিংলুনবগী থৌনাদি লৈতরনিনা অনিংবা থরতং মম.দা ফেংদোক্লম্বনি ।

মচানা হয়েং চংখ্রনি তাবদা সনাজাউবদু হেন্না শাওগৎখ্রে । তাইনফম খঙদনা মাগী মুপীদা হায়— "নঙনা য়াদুনা তৌরিবা ঙাক্তনি ।" মীবু শিংথানদবা ঐ মঙাইরে হায়দুনা চৎচবা সনাতোম্মনি । অদুবু মপুরোইবদদি ব্যভার কায়দে । ফরবসু ফত্তবসু মপুরোইবনা থাংবা খোংথাংদা মাসু থাংদুনা চৎচৈ । শম্না মপুরোইবনা পেনবদু মাগী অপেনবনি লৌজৈ । মপুরোইবগী মীহুল খঙলবীনি তদুনা খুমলুবা তৌদনা তপ্না থেমজিনজৈ ।
— "শাওগৎপিরমুশে । নচামুপাগী রাথলদি পাবুংনা হেন্না থঙবীরিব-দুনি ।"

শাওনিংবদু থরা হস্থরমানে অশুম্না হায়রকই— "ইচামুপা ঙমথক য়াও-ববু হেক শোইদা ।"

সেক্রেটরি চংলকুনা হায়— "সারবু উন্ননি হায়দুনা মী অমিথক ফম্লি ।"
থোল কত্তুক্না হায়খি— "রামোম্বগী ওইরবদি কমহৎম্মু । ক্লবকী ওর্গনাইজেশনগী ওইবগনা কোম্না লাকউ হায়খো । য়ারি অরুবা অমা শারি হায়খো ।"

সেক্রেটরি— "দিমান্দ লেটর পিরম্বা অতুগী মাঙ্গি। ভাইছাকং খোকপিরগা ... ... ।"

মহৌশাদগী খোন্দা কজদবা মনাজাউবনি। অতুগীসু মথক্তা ভশি ভরাংশি খরা শাওনিংনা লৈরিবনি অতুনা খোন্দাহু ইহাও হাওত্তনা হায়— "ইবুংঙোখোয় করি তৌশি হায়বা।"

অমনা— "পাবুংগা হায়নখিবতু ভশি ওইরমানে।"

"খঙত্রেনে। নখোয় ময়ামগী পেন্নবা তৌবদা ঐখোয়দি কাংক্রম ওনবা হায়বহুনি। ভোৎ ময়াগা ওইশিন্নকপনে ঐসু মখা শায়নে। অমগী পেন্নবা তৌরুরে অমনা হেক্তা পেল্লক্তে। হায়নবতুদি সুবা ভস্নোই-দৌরি। ভোংশি লোয়রগা মতেং অমুক পাংগে।"

মাহৈ রাতাতু হাওত্রবসু য়ারিবমথে নহা অনিহু তপথৈ। অতম্না খোঙ্গেলদা অমনা— "পাবুংগী অহেনবা একাউন্তসু খঙজে। কুইনসু ভাইরক্লে, হায়জখিবতু সুত্রবদি ... ... ।"

" ঐগীদি উপাই লৈতে, মশিদা য়ামরগা য়ানরে।"

অমনা খরা ফিংগৎনা— "য়ানত্রবদি পাবুংগী অপাম্বশি করিনো ? পাবুংগী ফুরিংথাউদগী পীবসু নত্তে। মীয়ামগী ফংকম খোকপা অতুগী পিয়ু হায়জবনি। হন্দক্তসু চাওখৎ খোরাংগী শেল কায়থরকখিবা ময়ামতু পাবুংনা করম্বা করি পায়থৎপা হৌখিরবগে।"

"পুম্নমক অসি নখোয়না লোয়না খঙলবতু ভাইখ্রে। ঐখোয়না তৌরি-বশে রাজনিতিনিনে।"

"পাবুংবুসু মুম্না খঙজে। ঐখোয়না তৌরিবশিসু লৈবাকীদমক্তনি মশিদা পাবুংনা মরৈ অম্নক য়াম্না তৌবীরিবা করিগীনো ?"

" ঐসু মতেং পাংলোই হায়বদি নত্তেদনা ... ... ।"

ছুপা অনিহু ইঙ্গিৎ তৌহুনা হৌগৎখ্রে। "মশিদি ঐখোয়না ভম্বা

নুঙ্গ্র। অহলশিংগী বা লৌরুখিগে।" অতুগা থুনা খোকল্লে। সনাজাওবা মথা শানা ফমহোই।

তপ্পমা খোরিবা গাড়িতু কদোমদা খোংগদবনো থগুন্রে। খোনা কনা কলেজগী গেটতা থাবগে থনখিবনি। মতোমতা অমুকস্থু থঙ্ক-বকখি, কনা খঙনতুনা কনাবু ভাইরুগদোরিবনো? মতেং পাংবীবথা মরুপ অমা য়াওদে। কুমথঙ্কনা লেম্নিভৈদা ওয়াং থেংনখিবী লৈশাবী মচাশিং অতু নোক্লতুনা গেট বাংমা লাম্বোয়াক্লে। হায়কেৎ লোকখি। লৈশাবী মচাশিং অতুগী মনুংদগী অমনা শোম্বাংবনা হায়খি—"ওয়াংগী মুপাতুনীনে।"

অমনা— "খোনা ফাজ্রা মতোমতগা?"

অমনা— "শেয়গা থাবিশিয়া?"

অমনা অমুক— "হুং তৌরুহে। চোপচনি, মীভাশি ষ্টাণ্ডর্ড লৈবা মান্নি।" মখোয় পুন্না ভুকান অমদা চংখি।

নীশেশস্থু চংশিল্লতুনা হংই— "ময়াম কয়ি লৈবিয়িবনো?"

অমনা— "হংখিরিবত্রু লৈবীগে হায়রিয়ো?"

"চানিংবনু য়াওরবদি লৈজগে। লৌবীয়ু।"

"ওশিদি দাও য়াইকো।" হায়রগা মখোয় পুন্না নোকখি।

"অতুগা রা অমত্তা হংজহোগে।"

"চানিংবস্থু পিজরবনিনা অমত্তা নত্তে হংনিংদিবা মথে হংবীয়ু।"

"য়ায়স্থু হংজরোইদা।" রাহৈতুগা চিং লেয়া নোকফেৎ তৌখি। অতুগা— "ওয়াংগীতু করিস্থু থোক্লিনোকপা তৌরেকো।"

অমনা থুনা খুন্না— "নীয়তারা? ওয়াংদি করিস্থু তৌদবা মান্নি। অতুগদি ওশিদি মখোংতু থাংতুনা চংপা য়াদ্রে হায়তুনা কলেজ লাকপা ওমদ্রে।"

"ঙরাংদি করিম্ তৌদে হায়বত্না ...... । করাম খিনা শোক্লগে ?"
অমনা মঙং মাল্লা নুকখনা— ঐখোয়স্ ওক্লিখদ্রি । অদুক খিনা শোক্লগা করিগী মীখু মইক্তা কল্লিবনো হায়দুনা ।"
নীংশশতি তাশংনা অশেংবা ওইনা লৌথ্রে । "হায়রীরিবা অদুবু অশেংবা ?"
"থাজবীত্রগনা চংলগা হংবীরুরে । ময়ামদু ইরাং লাংলদুনা চংথ্রে । মখা তানা হংবসু ওমদনা তুমিল্লা লৈহৌরে ।
পুং ৪ গী ক্লাস লোয়রদুনা মীরভাগী মমাল্লবীশিংদু খোরক্লে । মীনা ভাংলকনি চৈরকনি হায়বগী অকিবা লৈতবা চহি মতাংনি । মনিং তম্বা পুন্সিগী তাঙ্করি । মুপাদুনা হৌজিক কাওবা লৈরম্বা অদুদ, হেম্না ওকথ্রে । অদুবু মুপাদুনা হঙ্গোয়রপ তৌনা— "ইচলশিং রা অমত্তুগা ।"
মংখোয় পুন্না নোক্লদুনা— "হাইমা ! কৈদৌঙৈদগী ওইথ্রিবা মরিনো ?"
নীংশেশনা হায়রু খুদিং কাপিক্তা তাথ্রে । তুপিমচা খংশিনা মহাকপু কজনা শারবীরে । হন্দক্তি শককম হজিন্না— "প্লিজ, আই'ম ভেরি সেরিঅসলি অগ্লকীং ?"
মখোয়সু নোকপা লেপখি । অদুগা অমনা— "ঐখোয়না কাপি তৌবনি । মহাক করিম্ তৌদে । মখোয়গী ইমা নাদুনা কলেজ লাক্কবনি ।"
নীংশেশতু খর ওপ্পা হোনবিজানে । "ময়াম্না ঐগী মঙোং অমখক্তা পাংবিয়ু । ঐহাক হয়েং মীরৈবাক্তা চংগ্রগদি । খোদোক অদুগী মাইহে অমখক্তা হায়জরমগে । অমুক্তা কৌখোকশিবা য়াগব্রা ?"
মখোয় মশেল অমনা অমদা য়েংনৈ । পাউখুম পাক পিনদে । খরা ওাংবা হৈবী অমনা— "মীরভাদি মখা মপামা য়াম্না চোকশিজবদি । তুম্না পাউ পিবু হায়বগীদি ঐখোয় হায়জরমগে ।"

মীশেশনা পিক্লা থুপ্লকা চে অমা শিন্নরদুনা— "শোয়দনা পিবীয়ুকো।"
"ঐখোয় শোয়দনা পিজগে করিগুম্বা মহাক্না লৌ হায়বা য়াত্রবদি ।"
নীশেশনা— "মহাক্কী অনিংবনি। অদু ওইরবদি ঐবু মীরাইবীরে
হায়না খঞ্জরগে।"
অমনা— "পাউখুম পিরক্ত্রগা ঐখোয়না য়ৌহন্দদুনা পিরক্তবনি হায়না
খনবীগনুকো।"
"ঐহাক খঞ্জরোই। ময়ামগী পুকচেল খণ্ডজে।"
মুপী মচাশিংদু চিংৈদু পুরদুনা তুমিন চৎনখ্রে।

## ভক্ৰকসুবা

ইমুংগী থবক্কে, অঙাং অনি শেন্নবনে মচামুপীগী মহৈ তম্বদা শোয়ংনি হায়বা খঙলবসু মস্তেং পাংবদি ওমদবনিনা থাজমানবীদু মগ্নায় হেন্না মুংঙাইত্রে। মনাওমুপী অতোপ্পীদু পোকপদগী মমাদু শোন্দুনা লৈরিবমি। মমাগী শেবাম্ন মীরভাগী মথক্কা তারিবনি। অদুবু মশানা পামজবনিনা ঙাইহাক শংলকপা মতমদদি লাইরিক পাকমদা ফমদুনা লাইরিক য়েংজে।

ওশিদি পুক্লিং ইরাং লাংই, লাইরিক্কা পুক্লিং চংনিংদবা ফাও-রকথি। পুন্সিগী অহানবনি। শঙম অদুগী মনাক নক্লা লেপ্লবদা মায়খোং অদু তঙাং-তঙাংবগী মমি তারকই। মশা খচজদনা মোমোন নোকচথি।

মমায়বীশিং অদুনা থয়ম্বা— চিঠিদু লাইরিক মরক্তা লেংদনা লৈরি। লোবা ঙম্নোই হায়দুনা ফনা কন্না হায়জবনি। অদুবু তৌওম্বী মমাম

অহুমা ঙাংবগু-শকপগু নমহুনা হাপচিল্লম্বমি। অহুগা হায়রম্মী—"পামল্লগা হেক লংখোকখো। ঐখোয়দি মপুদা পিথ্রে হায়রগা লোইরে। অমুক হনবকাদি ঙমজররোই। মহাক্না লৈবা পোৎস্থ চাখোকলুরে।"

অমনা— ইথেম্মা, লঙগী রা হায়মিংবনা পুং ১০ দগী ৪ কাওবা ঙাইবা মুপাশিদি খেংনরিবশিনা অহানবনি। মশিদা য়াম্রবদি নহাক পাপ পুজনি।

ঙাংনবা ওমদবী মমান্নবীশিং অহুনা মীরভাবু বন্দি ওইহল্লম্নগা হম্নখ্রে। ভেন্তক তৌবা মাহৈ পরেং অমা অনিখকতং ইরম্বনি। কনাগুম্বা অমগী অশেংবা থম্মোয় ফোংলোকপনি। তশেংনা হায়জবনি। অহুগা মহাক রশিয়াদা চৎলে হায়বগী পাউ তাক্লম্বনি। পাউথুম ঙাইবগী খোরাংবা অহুতদি কোকহনবীয়ু হায়না নিজরকপনি।

মীরভাহু অমুক্তা কাওগ্রিক্লিবা থম্মোয়গী লাংতক্লবহু তপ্না কাথজে। পাউথুম অমা পিখিবদি চুম্মী থঞ্জে।

মপাগা মমাগা কমহুনা রাক্সি শানহৌবমি। খোং খিল্লকখিব-হুদি মীরভাস্থ মাগী কাদা ফম্না ফম্না তাখি। ইকান কান্নদনা খোং হাংখিবগী মখোল অহুগা মীওই থরগী খোঞ্জেলগা মপাগা বারি শারিবহু তাখি। মপাগী রাতৈদা— "ঐগীশিদা মুংঙাইগল্লনে?" খুম্নকখিবহুস্থ মীরভা তুমিম্না তারি— "ঙাইফদহুনা তৌবনি অহিং অসিমতংনি।"

অহুদগী মখোয় থম্না চংলকখিবগী খোংঙুপ মখোল তারে। লোম্বননা খোং খিংজিনখিবগী মখোলস্থ তাখি।

মীরভা হৌগত্তুনা য়েংলুশিরা থল্লি। অহুবু মহাক তুমিম্না লৈরে। ভাবস্থ তারে। লৈবাক অদিদা মচি-মচিদা খোল্লিবা খৌদোক অহুগা চাউনা মাংদা তাহুনা লৈরিবা নিংতম্বগী পোৎশক অমথক উক্লকপগুম

তৌই। নৌরিবা রাখলশিনা মোংমতবু খল্লুদে। অহুবু ভশি মহাক্কী যুমলসু শরুক অহু থুংলবগুম খল্লে। ভাইহাক্কী মমাংদা থশোম খুম্মা ফাওখিবা যৌবনগী ইথক অদো মীকুপ অসিদা মাংখিবগুম ফাওরে। ফাওরক্লিবা অসিনা হেন্না তৌকম খঙহনত্রে। মশিদি খল্লুবদা ইশাগী নিংতম্বা ফাওবা কাজিনবগুম তৌখি। হেন্না রাবসু ফাওখি। মীরভাগী রাখলদা পুন্নমক মচে-মচেৎ তানা কায়খ্রবগুম ফাওরকখি। অহুগা লোয়নননা মহাক্কী মুংশিবসু মাংখিবগুম তৌই।

গুমিৎ থরনি লেপ্ল্রবগী তুংদা মীরভা কলেজদা লাক্লে। মহাক উবদা মমান্নবীশিং অহুনা হংলকখি— "রোমীওগী পাউথুম পিখ্রব্রও?" ইঙক ঙক্না খুম্মী— "কনাগী রোমীওনো?"

"মোইরাংগী খম্বা মানবা অপংবাও অহুগী।" অহুগা ময়াম হৌনা নোকখি। ময়াম্মা থোন্নীংবা মমিং থোল্লকখি। হৌজিক্তদা মীরভা ভাব তারকখি। নোককেং তৌনা— "নখোয়শিদি।"

"নোকশিন্নবনা য়ারোই। অশেংবা হায়য়ু। ইন্দ্রগনা ঐখোয় ইবীগে।" ময়ামগী মত্তো অহুদা মীরভাসু নোকুনা খুম্মী— "ঐগীসু খুৎ পাক্লেএ।" ময়ামছু অমুক্তদা হৌনা নোকখি অহুগা— "মাগী মাগী মতম য়ৌ-রক্লবদি মরোল লোল্লক্লেদনা।"

অমনা— "হৌজিক ফাওবা ইত্রিবা করিগীনো? অমদি ভাইবদা নোংগৌবী ওল্লম্মনি।"

মীরভানা তপ্পা মোং হাদনা— "পাউথুমসু তরাই তরাই হেক পি-থোকত্রো।"

"ও, য়াংগেরা, লুমগেরা। পাউথুমদি পিথো। মথং থোরকপদা অচাপোৎ থোরক্লবদি নঙ ওইনা শিংহল্লনি।"

ময়াম অহুদগী নাহোরবা মীরভা মশানা সরেংগুম তৌজরে।

অহিং অমথক য়ারেক্লগা চংখিগদ্রা খল্লম্বা মখোয়দু মুম্বিং মরি-মঙানি সুঞ্জিল্লক্নে। থাজমানবীনা পাখৎচনা মপুরোইবদা তম্মী। লৈকায় খঙলক্লগা কমদৌনি। অত্তোপ্পনা খঙখ্রগা করি থোক্কদগে হায়দুনসু রাক্তে। বীরেনকুমারসু খঙলিবনি অদুবু করম্না হায়রুনি। মখোয়নসু হেন্না খঙলিবনি। অদুবু রারি শাবা ওইনা বীরেনা হায়—"ঐগীশিদি মচি মরুম অমা লৈতবনিনা মীনা খঙথিবা থোক্লবদি নখোয়গী হেন্না খুদোংথিগনিনে।"

মখোয়না হেন্না ভাব তানা খুমলকই — "তামো ঐখোয়সু খঙলিবনি। য়াদত্তুনা তৌরিবনি। থবক অসিনা হেক য়ারবদি খুদক্তা চংখ্রগনি।" তৌবগীদি অঙম্বা মত্তেং হেন্না পাংবীকম থোক্লিবনি। খুদোংথিবা থোক্লক্লগা মায়োক্লবা ওমলোইদ্রা হায়দুনা রাকবগী রাক্তনি।

নুম্মিদাং অত্নমদি ফনা থেংলবা ফাওবা মখোয় হল্লক্রে। অরাপ্পদা নোংমৈ মখোল থম্মা তাখি। কদোমদনো থল্লি। ঐখোয়গী লমদম অসিদদি তুম্নকান্দা নোংমৈ মখোল তাবশিদি তুম্বা ফনতুম সুংঙাই। হৈনরে, অঙাংগী নাওশুম ঙৈশেসু নোংমৈ মখোলনা শিল্লে।

ঙাইহাক তুমথরুরে। থোং থিল্লকপদুদা হাংখি। মখোয়দুনি অমদি মখোংদু ঈনা পুমঙাং ঙাংলে। খুৎলাই লৈহৌবদুদা লৌবা চংলকপনি। অশোকপদু হিদাক তৌদুনা নিংথিনা পুম্বিনবীরে। অমনা — "ঐখোয় চংখ্রগে। লৈথবা য়াদ্রে।"

হংলুদ্রবসু মখোয় করি তৌরম্বগে হায়বা চাওরাকপা অমদি খঙলে। আমিগরা নত্রগা কাংলুপ মশেল্লা মতুদি খঙদে। লৈরিঙৈদদি কৈদোঙৈ চংখিগদগে খল্লম্বদু তশেংনা চংলগে হায়রকপা মীকুপ অসিদদি বীরেনসু সুংঙাইতবা অমা ফাওরক্লে। হংখি— "মাদি কমদৌনা চংকনি?"

"ঙামোগী গাড়িশি পুজখ্রগে। থুনা থিল্লকে।"

রা ঙাংদনা গাড়িগী শো লৌথোকলতুনা পিরে। মখোয়দু চৎখ্রে।

নোং ঙানফাত্তি, ময়াম লাংনবা হৌরকই। "ঙরাংগী নোংমৈ মখোলদু কদোমদনো ?" রাকিং লাকপা অহল অমনা হায়রম্মী— 'মন্ত্রি সনাজাউবদু কাপ্পমমালে। অরুবা ফিভমদা লৈরি হায়নহৌই।" পঙাং ঙাংনরকখি। "ভৌশমু মরালগী দন্দি যংঙবনি। শেল চাবনা হৈরিবা। লৈবাক অসি মখোয়না মাংহনগদৌরবনি। থরা থঙহন-বদি কৈ। মন্ত্রি ফম্বু পিবা কমদু ঙাইরে। থরদি হাকমনবনি।"

"লৈবাক শাশন তৌরিবা মখোয়না পুকচেল শেংদবদগী ঙশি ঐখোয়গী লৈবাকশিনা রারিবনি। মখোয়নবু মীয়ামগী করি থনবা য়াওথ্রবগে। য়ুমলোন্নবনা লম খোপচিন্নরা ফাওবা মখোয়গী চৌত্রি দুনা হেন্না মমল য়াম্মী থন্দুনা কোন্দুনা লৈনৈ"

অহল অমনা "হোয় কমদৌনি। মরানগী মত্তিক চাবা দন্দি ফংজ-বনি। মচা মুপা লৈহৌরিবনিনা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা খোকচরকনি।"
—"অতুদগী অতুম শোয়বা হৌরবনি।"

ময়াম মচি মচিদা ঙাংনৈ। চৎনা চৎনমু শাম্নখি।

ময়াম্না ঙাংনরকপা অতুদগী থঙলকখি। মন্ত্রি সনাজাউবগী মচা মুপাদু নীলেশ কুমারনি হায়না। মীরভাগী মুংশিবদা অচৌবা পোং-লুম অমা নম্বুরকখি। পাউথুম পিগে থন্না ইরুবা চিঠি লাম্বোকপা ঙমদনা লৈখি। হিংবগী অনেম অরাংগী থাক অতুবু মহাক কাম্বোকপা ঙমজখিদে।

মুনিৎ থরনি লৈরগা থববদা মন্ত্রি হাংপা মীওইশিং অতুগা ওর্সনাইজেসনগী মমিং হাপ্লকখি। বীরেনকুমার তৌকম থঙখিদে। করি খোল্লগদগে থৈদ্রে। লেক চাদুনা লৈরম্মী হারবগী পাউ ফংবনে অতুগা গাড়ি অতু চেন্নবনে বীরেনকুমার পুলিসনা ফাখ্রে। মীরোল লৈজদবা চংজ-ফম লৈজদবা মীরভা মমা মচানা তৌকম থঙদনা কপচখি অরৈবা লৌ য়োম্বোকুনা কেশ অতুতবু কক্কা হোৎনখি অতুবু অরেম্বা তাখ্রে।

আইমা য়াদবা মীওইশিং চংজকম পিরম্বগী থোদোক অদুদা চেন্নবগীদমক পুন্সি চুপ্পা জেলদা লৈবা তাখি। মচা অহুম অদুগা নারিবা মাগী মুপী অদুগী থনবদা বীরেনকুমার ছিংবগী থোনা মাং-শিল্লকখি। কেরাণী মচা অমা ওইজদুনা ফংলকপা তলব অদুনা ইমুংগী মীওই খুদিংমকী পেন্নবা শিঙ্কখিবনি। পিক্লবা শেন্তোক অদুগী মরুমদা মচাশিংগী চাউরবা আশাসু শাগৎচখিবনি। থবকুগী 'সসপেন্দ' তৌরে তাবদা রাখল নুংঙাইমন্দদুনা তুমখিবদগী অরোইবা শর হোন-খ্রমানে, খিৎ অমুক হন্না পাংলকখিদ্রে।

ইথা থাজদনা মুমিং থরনিগী মতুংদা মপাগী থরায় য়াওব্রবা হকচাং অদু অঙোবা কিনা কুপ্পদুনা য়ুমগী মুমাংদা থিল্লকখি। মপা কায়নবগী নুংঙাইত্রবসু হিংলি হায়বগী থজিক্কং চাউথোকচরম্বা থম্মোয় অদু খুদক অসিদা মাংখ্রে। মীরভাগী পুন্সি মতম চুপ্পগী ওইনা মুমিং তাখ্রে। থরায় য়াওরবা মপাগী হকচাং অদুবু কোল্লদুনা কপচরকই— "বাবা নহাক চৎখিনু ...।" থম্মোয় শোক্লবা মীকপ-খোল অদো অরোইবদদি খোঞ্জেল খোক্লকখিদ্রে। মমাদি ডাক্তরনা হিদাক কাপ্পম্বদগী হৌজিকসু মচি লেংদ্রি।

মপাগী কর্মা লোইত্রি ফাওবদি লৈকায়গী অহল-লমনশিংসু লেপ্পনা চংলক্লমী। কর্মা লোয়খিবা মতুংদগীদি অততায় নত্তবনিনা চংবীরক্লম্বা মখোয়সু নোংমা কাদোক হংলবদগী হেন্না চংলকখিদ্রে। হৌজিক্তি ইমুংগী থোদাং পুমনক মীরভাগী মথক্তা তারকখি। লাইরিক তমথ-বগী আশা মাংখে। মনাও অনিদি উপায় অমা তৌদুনা তমথহনগে খল্লি। মীঙোন্দা রাহৈ অমা হায়জবা ওম্বগী মায়থোংসু নত্তে। মরি-মতা লৈদুনা চংজফম, মতেং নিরুনি হায়বসু লৈতে।

য়াচংলকপা খুদিংগী মপাবু হেক হেক নিংশিংই। মুংতি মুমিং খুদিংগী ওকিম হল্লকপদা থোঙ্গালদগী 'মীরভা' কৌদনা নোংমতা চংলক্কে।

মচা মুপীনা খোঙ্গাল হাংলবকান্দদা ভেস্পা মনতক তৌখত্ত্ হেক খৌজিল্লকপনি। বীরেনকুমারনা মচানুপীবু অস্কী মতিক পেখ্রে। রারুবা খুদিং মচানুপীগী মায়খোং উবদা মোমোন নোকচখিবনি। মপাগী খোঞ্জেল অত্থুনা কৌরকদ্র। খন্দুনা মপান্দা ঙাইহাক লেপলুই। খংনবা মীকুপ্তা পি লেপ্পা নৈভমা চেস্নরক্রে।

হৌজিক্তি ইমুংগী খোঁদাং পুম্নমক মীরভাগী মথক্তা তারকখি। ইমুং অত্থুগী অহল শারিবী মীরভা তৌফম খঙদনা চপ-চপ লেপই।

ইমুং অত্থুদা উরুম পিরম্বা উজাও অত্থু য়ানথৎপিথ্ বদা মুংশা থুপচরম্বা নৌরিবা পাম্বীশিং অত্থু কংশিনবা হৌরকখি। পিক্রিবা মনাও অনি অত্থুবু উপাই থিত্থুনা মুংশা খঙ্গনবা হোৎনখি। নৈকায়গী অঙাংশিং প্রাইভেৎ ভম্বীবা হৌই। মত্থুদগী কংলকপা থরা অত্থুনা মনাও অনিগী মমা নাবগী ইমুংগী অরাৎ-অপা পুম্নমক অসি পুবদা মীরভাদা রানা থোকখি। পুস্কি হায়বশি মশিনি হায়থুনা মীরভাবু জ্যান তাগল্লকপগুম তৌই। অহিং কয়া মপাবু নিংশিংথুনা কপচখি। চিক্লা পাঙ্গরম্বা ইমুংথুগী হৌগ্রবা রারি কয়া নিংশিংথুনা অশাবা পি মথুম শিম্বজখি। মমা উখিনি হায়বগীসু রাজখি।

মপাগী চহিগী কর্ম্মা লোইখ্রে। ইমুংগী ফিভম মওং অমা চাদনা শোকচিল্লে। মনাও অনিসু ঙশি মরি-মঙানি স্কুরে স্কুল চত্তবা। রাখল অমথক লাকখি অত্থুনা তৌরম্বা থবক খুদিং চপ-চপ লেপহল্লি। অনিংবা অমথক্তনা চপ য়ুংনা খন্দুনা নৈখ্রে। অত্থুবু কনাদা হায়জ-রুগনি? কনাদা চংজরুগনি? ওইথোকদ্রা? খনফম খঙদনা মুমিৎ কয়ানি হৌখে। নিংলকপা অত্থুনা হেনখিত্থুনা মীরভাগী খোঙ থাংদোরকখি।

নৈকায়না হিদাক ঙাওই হায়থুনা মরা থোইনা চৎপিগ্রবা চাউবনি। অত্থুবু ঙাংথোরকপদদি অচুম্বা আইনগা লোয়ননা ঙাংলকপা রাগৈ অত্থু

ককপা ওন্না লৈকায় অমিদা মী য়াওজ্রি। ও সি ওইনা থবক পুরম-লবনি। মু থকমন্দুনা মখোদা পুক্নিং চংলক্লবদগী কম্ম মথং মথং ভাগরককখি। মমৈথংদদি থবক্কগী লোখোয়ককখি। য় ভাগুজরবস্ত মীনদি মহাকপু মুংশিনৈ। অচৌ-অশাং নম্বদা মাগী তোপ তোপ্পা গুণ লৈজে। মন্ত্রি. ওফিসায় মহাক্না খঙনদবা লৈতে। অদুনা য়ানোমং-থীনবা চাউববু নপৈ।

মীরভাস্থ মাম্মা চাউবগী থোংজিন্দা লেপ্লরে। ইকায়না তপ্না কৌরকখি "মাম্ম। ... মাম' চাউবা ?"

ইমুংদগী চাউবনা খুম্মকই— 'নখোয় নিশা বন্দ মুপীশিংশে নখোই লৈরেমদকো।"

"মাম্মা ঐনে...।"

"কনা হায়বা ?"

"ঐ মীরভানে।"

চাউবহু থোরকুনা হয়াওনা কৌই— "চংলকউ. চংলকউ, ইচ: লাকপদি করি হায়নিংই ?"

"মাম্মাগা য়ারি শান্নজনিংহুনা ... ...।"

"করি য়ানোনে ?" মুংশিনা হংই।

মীরভা লুকথহুনা ভাইহাক থল্লি। অহুগা তপ্না হংই— "ঐখোয় বাবাগী থবক্কুগী মহুৎকা হঞ্জিনবা য়ারোইব্রা ?"

চাউবহু জ্ঞ্যান থঙতা তাবা মাল্লি। "মঙবু থবক তৌগে হায়বা।"

"হোয়। উপায় অমা থোংদ্রবদি ... ...।"

চাউবহু য়া ভাংদনা ভাইহাক তুমিন্না থনখি। মহাকস্থ মীরভা মমা-মচাগী অন্নাবহু থঙই।

"অহুদা নঙগী বাবাহু থবক্কগী সস্পেন্দ লৈখিবনিমা করি লৈবগে হায়রা অমদি থঙবোকপা দরকার লৈ। অহুদা নঙস্থ XII class

অচুম্ থাজ্রিদো। ঙাইহাক থল্লগা. হোয়, হোয় য়েংবা হায়রবতুনিদনা।"
"য়াম্মানা ফনবা শিনবীয়ু।"

"হোয়, হোয়। নমা অত্তুনা খঁরা কঞ্জরবম্ হেক ফগদৌবা।"
থাজবা আশাগা লোইননা মীরভাগী চিম্বাল অচু মোমোন মীনোক মচা অমথক ফাওরকখি। হিংনবগীদমক মহাক নমতুনা লান চংনবা শেম শাবা তাখি।

## তারেংসুবা

চাউবগা শান্নরুবা রাবিক্ত মমাদা তম্মী। থাজমানবী করি থল্লুরুবনো মমিত্তা পি চেন্থরকখি। লোম্না ফিজিনা তৈথোকচৈ। কৈফত্তে হায়রবগী মত পিরক্কে। তগা হায়রকই— "ওইগত্রনে ?" তৌবগীদি মীরভাম্মু য়ায়া থাজবদি নত্তে। উপায় লৈতবনিনা য়েংলিবা হায়রবতুনি।

চাউবগী মতুং ইন্দুনা অহানবা ওইনা হিংনবগী লম্বী থিবা লাকখি। চাউবনা চংবা মফমদা মাম্ চংই, লেপ্পা মফমদা লেপই। অফিসতুদা হেক চংখিবদগী চাউবগা থঙমদবা কৌনদবা মী য়াওদে। অহানবা হেড ক্লাক অচুগা উন্নবা মতমদা চাউবনা ঙাংলিবা ময়ামচু ভাবদা মীয়ভাচু পুমঙক চকই। য়ামোম্বা হায়বশি অমুয়া থাজবা য়ানবা সুংশিবানবা পংহায় হায়জিন্নব্রা থনজে। ঙাংন শক্করিবা রাস্তা, উরিবা খুদিংমক মীয়ভাদাদ ইনৌ নৌবনি। অত্তোপ্পা সংশার অমদা চংলকপগা মান্নয়ে। চাউবগী মী সুংশিন্নবা হায়বা অচুগা

হেঁড ক্লাক অতুগী হৈশিংবা অতুগা মান্নবগুম তৌই। ক্লাক অহুনা— "ঐস্মু অঙম্বা মতেং পাংগে, সারদা অমুক্তা হায়হুনা য়েংঙ.। চুংশিবীরকপস্মু য়াই।"

মীরভাগী থম্মোয়দা ফাওরকখি – "ভীক্ষগুম্না নিরিথা অসিবু হাপ্পী-রকত্রনে?" চাউবগা মীরভাগা থোকখিবহুদা ক্লাক অহুনা নোক্তুনা, "চিনগা খুংকা মান্নবদি কৈকো, চাউবা।"

চাউবস্মু ওনশিন্দুনা থুন্নম্মী,— "বিলিফ মী, ঐ চাউবনিনে।" চাউবনা লমজিংহুনা ডিরেক্টরগী কাহু তম্না লাকখি। মীরভাবু ঙাইহাক্কং লৈরম্মু হায়রগা চাউবা চংখ্রে। মীরভা মরোল থোক্তবা লাই ওইখ্রে। ইকান কান্নদনা চাউবনা মীরভাবু কৌশিনখি। হঙ্গোয়রপ তৌনা খোং থাংজিল্লকখি। পাল্লবা তেবিলতুগী রাংমদা মশা নান্নবা মুপা অমা ফমলি। অচৌ অশাংনি হায়বগী মগুণদি অতুম য়াওজরি। মীৎয়েং নায়েং অহু ইনথৎলকপগী মতৌগুম ইঙাও ঙাওনা উই। মীরভাবু ফম্নবা হায়রহুনা চাউবদা হায়খি—

"য়াম্না অঙাংনিনে। ঙা-চাউবা"

"মানি সার। কনাগুম্বগী ইন্নুংদা ওইরবদি চরা রান্দুনা করিস্মু খঙ-জদনা লৈবা য়ারিবনি। মনাও অনি অতুগা মমা অশোনবী অতুগী য়েংহুনা অহল শারবনি। সারনা উপায় অমা য়েংবীয়ু।"
মুপাহু অম্বকী মত্তিক ইংনা চিক্লা, তপ্পা রা ঙাংই—

"তৌদবা য়াত্রনে।"

ইরাই লাইনা থুমদোরকপা পাউথুম অহুদা অহানবা ওইনা য়েংখৎলুই।
"মীংহু করি হায়বা?"

"মীরভা কৌজৈ।"

"নঙদি করি তম্নবা?"

চাউবনা খুমখি — "সার মেত্রিক্কি ডিভিজন ৱাংনা পাস তৌরূপোংনি। XII থারমতাইদা ইমুংগী দযা তাশিন্নকপদগী ... ... ."

মুপাতুনা পুকচেল চাউনা হায়রকখি — "ভতুসু থবক তৌনা তৌনা থাদোক্লগা লোইরেংনা। টবেম্মা নঙদি তাইপ ফুবদি থরা হৈব্রা ?"

"ঐদি করিমত্তা হৈজদে।" শেংনা খুম্মী।

"হোৎনরগা তম্লগা হৈতবা হৌনদে। তা চাউবা মাগী থবক অমদি হাপ্লগে। ঐখোয়সু লৈত লাইরগী মতেং পাংনিংলিবন্নিনে।"

মীরভাগী থম্মোয় মকা লামজরকখি। থঙ্গে— "ওস্তোক্লা মপুক ফত্রেদা।"

চাউবনা— "সার শেল নুংকাদি .. ... ."

"হেরা, তা চাউবা। ঐখোয়বু অতুক হাক্লা শেল পাম্বা ওইনা থনবীরুসু। কয়ম্না তা-চাউবা হোয়দগী শেল লৌগনি।"

মুপাতুনা মোম্মোন তৌনা মীরভাদা হংলকই— "মশিদা করি নিংবা থুংবা লৈরি মীরভা ?"

"সার, ঐগীদি লাইবক ফবনি।"

চাউবগা মুপাতুগা থোকমিন্নখি। ঙাইহাক লৈরগা চংলকখি।

চাউবনা— "সারনা নঙগী থবক্কী মী অমা উম্নরুশি হায়রি। মাবা থরা হাক্লগে।"

করিগুম্বা থরা হয়নিংবগুম্না মীরভানা হৌগংকে তৌবদা সারতুনা — "তা চাউবা হনথ্রসনু। কুইরোইদা থেংগদবা নত্তে।"

করিননো মীরভাগী চিন-য়া ফাজিনবগুম তৌখি। অসুক্কী মতিক শোম্বখি। ৱাহৈ অম্না ফাওবা কাংথোকপা ঙমদনা লৈরি। মত্রনা সুম্লবা মীগুম্না ওফিসার অতুগী মতুং ইন্দুনা গাড়িদা কাখৎখি। থন্দি থনখি, "চুম্লিব্রা লম্বী অসিবু ! খোংথাং অসিবু থাংদোক-হৌবনা চুম্লিব্রা ?" অদুবু থাংদোরকপা খোংফমতুগী লেপকমতুসু পুথরগদবা জগা অমদনি।

"বারি থবা শারকউদনা।" সারহুনা হায়রকখি। বাহৈহু মীরভাদদি ঙনথোক্না হৈনদনা থোকখি। গাড়িহু ভাইচাক থোরবা মতুংদা থাম্মী। নাল্লবা মকম অমদা ঙাইরম্মী।

লাঙ্গোল চীংগী নাপোমদা শারিবা ক্যাটরশিংহু লাপতক্না য়েংলবদি মীওইবনা শেমগৎলকপগী ফত্তরবা শক্তমহু পুক্রিংদা ফাওগনি। মহৌশাগী তম্পাক্তা মীওইবগী থুংশেম্মা নাচোম শেমজবনি।

হাম্না হায়নবঙুম নুপা অমনা মথোয়বু ঙাইরম্মী। মফমহু য়োরগা উরুরিবা ওন্না ঠৈনবা থৌওং অহুদা মীরভা করিনো খঙদনা তুমিন্না ফমলি।

লৈরমলিবা নুপা অহুনা মীরভাদা য়েংলগা - "সে সুইট।"

অহুগা হংলকখি — "ইবেম্মা, কৰি মীং কৌবা?"

"মীরভা কৌজে।"

"নাইস নেম। অহুগা সারহুদা ওনশিন্দুনা—"সারগীশিবু করম্বা মওংনো?"

ওফিসারহুনা মোমোন তৌনা—"এজ এ থাউ রাইভ।"

রাহৈ অহু ভাবদা মীরভাগী মশা পুম্বা অশাবা ঈ চায়থায়রকখি। পুং থরগী মমাংদা ওফিসতা ভাংথিবা থোংনৌরবা রাহৈ অহুনা করিমো? কনাদনো হায়রিবশিনা? ঐভোন্দবু রাহৈ অসিমক হায়রিবা করিগীনো? মীশক অনি অহুগী মরক্তা ফম্না-ফম্না মীরভা থাজদনা মশা ফাওবা মীনম-লথোই থঙখি। মীরভাগী পুক্নিদা মী ফত্তবা হায়বহু মশক থংজরক্তে। মীওই খুদিংমক ফনতা উখি। "মীওইবনবু মীনুংশি চেন্দবা তৌনব্রনে?" চমজরবী থম্মোয়দা থনখিবনি। অহুগা ওশি থেংন্নরিবশিনা করিনো? নুপা অনিহু পোক্নুনা বারি শান্নরি। মরক্তা গ্রাস অনি থেংনবগী কেং লাওবা মথোল অহুদি তারি। মীরভা রাথল থল্লি —অচৌবনি তৌবা ঙম্মী হায়হুনা মথোয়না হায়রিবা খুদিং ইল্লগব্রা? মশক-মওং অমত্তা লৈজব্রবী উপাই লৈব্রবী মীরভারা? অসুক লাকচখিনা খুহুম চনখিববুদি

শিখিবনা হেন্না কৈ। শারাক হৈরবা নোংশা অনিগী মফমদা উপায় লৈব্রবী শক্তি ওইবা তারব্রা ? থম্মোয়মুংদগী থৌনা পিরদুনা কন্না হৈনশিল্লকখি। "নঙদি মী নত্রা ? লুপী হায়রবদি হেক্কা শোম্বগদ্রা ? নচিন পাদ্রে ? পাংজব্রবদি ওইথিবা তাইদনা।"

"সারনা হায়বীরিবা অদুবু করিনো ?" মীরভাগী অহানবা খোঙ্জেল তারদা লুপা অনিদু হুক্না য়েংখৎলকখি।

ওফিসারদুনা গ্রাসতগী মহিদু অমুক্তং য়োৎশিল্লদুনা—"রারিনিদা।" মীরভা ফুক হৌগৎতুনা খোংথাংগে তৌবদা সার অদুনা কাদুনা নমদুনা ফমথহল্লি। থাজদনা ওইরিবা মওং অদুদা মীরভা অকিবসু পোল্লকখি। তুমিন্না অমুক ফমথবা তাখি।

লৈরম্বা লুপা অদুনা থেম্বলকখি "অদুক য়াম্না পংলিবা করিগীনো ? চৌজিক্কী মতমদা থবক অমা য়ৎবা হায়বশিনু অরাইবরো। শেল্পী মতাংনা শেলনা। শকী মতাংদা শক্ক।। শিংঙ্গেন"

লাংদা থুরবা শজিনা নাম্ভোকপা য়াগত্রা খন্দুনা মখোং কাওবগুম মীরভাস্থ খুম্মী—"ঐদি অদুগুম্বী নংচাদে"

"মী লুংশিনবা লাংঙনে।" অদুগা লুপাদু হৌগৎখ্রে।

ওফিসার অদুনা "অভাং খুরা ওইরি অদুননি। ভাব তানা রারি শাশিশে।"

হান্না লৈরম্বা লুপা অদু থোকখ্রে। অদুদগীদি পোমশাৎনরিবী লৈরাং অদু নমদুনা শাংকায়নবা অকনবা থুং অদুনা নৈথায়বা হৌরকখি। মীরভাগী থরায় হকচাংদগী থায়দাকথ্রবগুম তৌখি। ইজজং কনবীনব-গীদনক লুপা অদুদা হায়ভবা তাখি। কৈ অদুনা মখুং চল্লবা শক্তি অদুবু অনুক্রমদা চাথোকপা পাম্মবগী মতৌঙন্না ভাইহ ক থদোক্নুনা মমিং তমহল্লি। নত্রগনা মীওইবা হায়বদিগী শক্রমদুগী মগুন ভাকপসু ওইরম্বা য়াউ। মীরভা উপাই লৈতনা কপচে। সংশার হায়বসিদি ইচম চম্না খোং থাংবা ম্লাদবোইরে। লুপাদুনা খেঙ্গী। "হয়েং নোং ভানবদা নঙগী

ওদর থোকপা ওমন্নবদি ঐ থবক তোকে।" হায়ে অদুনা মীরভাবু পেলহনবগী মহুক্তা মৈরি হেনগৎলকখি। অঙম্বা থৌনানা হুপা অদুবু মেৎথায়দুনা হ্যাৎনিংখি। অদুবু থৌনা ফরবা নোংশাগী মমাংদা শজিনা থৌন্না উৎলুবগী তোংজবসু লৈরোই। করি মুংগী থবক তৌগে থল্লুরবনো? ল্যায়রবা হায়রবা অসিগী মীংদা থুদোংচাবা লৌদুনা পুন্সিবু করেম্নবা রকপা অসিদি মীরভা থাংবা ওমখিদে। ওশি মীরভাবু নমফুদা য়ানিংদবা থবক অন্না তৌবা তারবা? পুনসিগী মশকস্ত হোংখিবা তাবা? লেংদনা থমনিংই হায়দুনসু মীওইবগী লাইবক অসিদদি পুন্নমক কায়দুনখিবা তাবনি। মীওই অনি অদুনা হায়বা হৈনবা তাখি।

চাউমগী হায়ে থরদা থুদোংচাবা লৌদুনা ওফিসার অদুনা মীরভাবু লমদুনা লৌগে তৌবনি। য়ুমদা চুপী অচিম্ব লৈরিবনি। মচা চুপা অমম্ভ পোক্কে হায়দুনা খোংদাঙবা লেংনরবদি চুপী খিৎকিগে থল্লিবনি। ইমুংগী লৈক লইরা য়েংবীরগা লোইনা থকলুবনি। অদুবু মীরভাবু ওরাইনা মওং অমদা লৌবদি ইরোপ চোংব তারে থল্লি। অদুনা ওপ্পা-ওপ্পা মহাক্কী অপাম্বা লম্বীদা পুশিন্নকে থল্লি। অদুনা মুমিৎ অসিগীদি মীরভাবু ইশৈ শকহন্দুনা চুপা অনিদু পেম্মোকপা তাখি।

পীশক পিল্লিইঙদগী ইশৈদু পানজরকখি। মচাতুপীনা ঈশৈ ওংবা হেক হেক তাবদা মপানা হরাওজদুনা "সীতার" অমা মচাগীদমক লৈরকখি। অশেংবা থম্মোয়দগী থোল্লবখিবা সুরগী তাম্বাদু ওশিদি পাপকী জগা অমদা হিংনবগীদমক য়েংহরে মোমোন তৌনা মীৎ উইশিনদুনা তার অদুদা থুৎনা থৎলদুনা শাগৎচনিবা রাগ অদুসু পুমমাং মাংখ্রে।

শোলি শোলি মচানুপী হল্লক্রে হায়দুন থাজমানবীনা মপান্দা ফমদুনা ওাইরি। মমানা—"থেংইদা, নঙ্ নাম্মা চাউবদি? হায়ে অসি হায়রকপদা মীরভাগী মাইথোংদু ওঙাং-ওঙাং কপ্পীংবনা স্বর ফুনসংলকখি। অদুবু মহাক লোৎশিন্নবা হোৎনজখি।

অঙাং অনি পিজ পিথক তৌহ্নুনা হিপহনখ্রে। মমাগী শেবা লোইরহ্নুনা মশাগী কাদা চংহ্নুনা হিপখরে। মতোমতা পেন্না কপচখি। তৌরিবা অসিবু করিনো ? হিংনবনি হায়হ্নুনা পুনসিবু অস্নুম্না ওইখিবা তারব্রা ? লাইবক্তা মশিমক ইবীয়মব্রা ? মসি ওইরবদি হিংবগা শিবগা কন্নিবু খেন্নরিবগে। অদুগা পিক্লিবা অঙাং অনি অসিনা কমদোহৌবা ? খল্লুবদা তশেংনা মীরভা খাংবা ৱাখি। পিনা ফনেক মচি অদু পুমচোৎ চোৎখি। মীওইবগী অৱাবগী পনখৈ য়ৌরবদি মুংঙাইবা অমা লাকই। কপথোকথবা মতুংদদি মুংঙাইত্তবদুম্সু খরা হনখখ্রে লোইননা মায়খোং অমখক নিংশিংলকখি। ৱাখলনা চোকথরবা তঙা অসিদা মহাক অদু লাকহন্নীংখি। অদুগা থংনবা মীকুপ্তা নিংশিংলকখি — পাউখুম শোয়দনা ঙাইরমগনি। অদুদগী মীরভাগী মশাদু হৈনিংবা পুম্নমক মাংখিদুনা মিৎ উইশিন্দুনা ফমুং মথক্তা লোংনা হাইখখ্রে।

নোং ঙানবগা মান্মা চাউবগী মনাক্তা লাকই। ঙরাং ওফিসার অদুনা পুকচেল চাউবা শাদুনা নমছুনা পিরকখিবা শেলদু চাউবগী ফমুং মচিদা থমলদুনা মীরভাদু পুক্লিং নুংশিনা কপদুনা লৈ। হিপ্লমবদগী হৌগংদুনা চাউবদু ফম্মী। মীরভাগী মতৌদু ঙক্লা য়েংই অদুগা তপ্না হংই— "করিগী পৈশানোনে ? করি তৌরে হা ?"

পিদু তৈথোক্লদুনা — "সার অদুদা পিথোকপিখো।"

"সারনবু করি হায়রকপগে ?"

অশেংবদ খরা লোৎশিন্দুনা তম্বা য়াবা থৌদোক খরা তম্মী। চাউবদ ৱাখল খন্না তুমিন্না লৈখি। ঙরাং মুপীমচা মতোমতা থাদোক-খিবদ চুমদবনি খল্লি। ওফিসার অদনদি চাউবা য়াওনা চংপদি পামখিদে। থবক খিরিবনিনা মখোয়না হায়বসু ইনবা তাখিবনি। অদগা মীরভানা হিংগদোম্নিবা পুন্সি অদসু ‘উই। খেমজিনবীবা ওইনা—"হিংনবগীদমক শক্লোন লৌবা তাবনিরে। অঙাং মখোয়ত্তনা

প্রোজাবু ঙমতুনা চাহনগদ্রা ? অঙম্বা শক্তিনা থবক্তু মুন্দুন। পায়হোগদ–খবিনে । ঐস্সু করি হায়গদবনো খঙজ্রে। নঙনদি করি শুরুনি । তুরেলদা মুঙ পেকলুরবস্সু মফম অমদবু চংলবস্সু নঙগুম্বী অমগী চহি মতাং অহুদদি লোয়নমক থেংনেগনি।” মীরভাদা ওনশিন্দুনা– “পুন্সি হায়ব-শিদি অসুম্মা কয়া কয়া থেংনবনি। অহুগা মশিদা হিংবা হায়বা অমা য়াওবশিদনি মিসুংশি হায়বদ্ কাওথোকুনা শেংহুনা চানরিবশে। নঙমা নপ্পা হৈরবদি কন্নিস্সু নত্তে। নোংমা নিনি মঙাই অহুদগী ওডর অহুম থোকচরকনি। মহুনা মীওই মন্নিগী পুন্সি কনগদৌরিবনি। থল্লুনে।”

মীরভাস্সু রাখল খম্বা তাথি। ইমুংগী ফিভম, অঙাং অনি স্কুল চত্তবা নিংশিংলকই। অতোপ্পা লম্বী য়েংই, থোক্লকই য়াথিদে। য়ানিংলবস্সু য়ানিংদ্রবস্সু ঙরাংগী শাংখ্রবা মতম অদ্ মখোয়গী মতুং ইন্দুনা হোৎখ্রে। নুমিৎ অহু ঐগী পুন্সিগী চেনাদগী মুখৎখিবা য়ারদ্রা ? ঐগী লাইবক্তা অসুম্মা ইরমলবদি ঐনা নানথোকপা ঙমগদ্রা ? নুপী হায়বশিগী শোনথবা অসিনা ঙমহল্লগদ্রা ? অহুগা নুপীবু তশেংনা শোন্থব্রগে ? মহোশা লাইরেম্বীগী খুৎশেমনি হায়রহুনা নুপা ওইবশিংগী লুনলাবা পোৎলুম অহুবুদি থা তরা শিনয়োম নুংবা পুবদি ঙমলগা মপানখোংগী মীৎয়েং অসিবুদি কিদ্না চেনগদ্রা ? ঐনা অরানবা তৌগে থনখিবদি নত্তেদনা। উংদ্না লেপলিবী মীরভাদা চাউবনা— “মাম্মানা হায়রিংশে ভাব তাওনে। শেলশি লৌশিল্লুনে।”

রা ঙাংদনা চাউবদা মুন্না য়েংই। অহুদগী তপনা শেলহু লৌরদ্না থোয়ক্লে।

শেল থরহুনা ইমুংগী অরাং অপা মেয়ে। মীরভাগী ফুনগৎলপ্পা থরহু চনিং তানা তপনা হোন্দোকচৈ।

নোংমা নিনিগী মতুংদা সারহু উন্নবা চৎলি। মীরভাবু তরাম্না কৌশিল্লকই। নহানগা ঙসিগা ওনথোক্না থেন্নবা উখ্রে মরাল অমৎতা লৈজদবা হেক মাল্লি।

চেদা করিনো অম। ইরহ্না—“নহাক লাকউ হায়রগা করি তৌরে” মীরভানা খুমম্রবা অদ্দা মখা তারকই— “নঙগী চে-চাং লোয়না য়ারে। নঙগী থবক অসে ঐনা য়েংলগা হাপনীংবনি। মেত্রিকী থাক অদ্দম্ হেক তৌহনীংদবনি। থবক তৌনা-তৌনা নঙগী পরিক্ষাসু থাদোকখি। ঐনা নিঙ্গিনগী হন্নরগা ওভর থোক্লগে। থবকোদি করিসু থমুরম্ম।”

মীরভা শাওখুম্ন পিরুদনা তুমিন্না কমলি। থম্মোয়দদি ভকপা পোকই। শরোন নাইরুবা সুপা অহুগী মঙং মতৌ রাঙাং শাঙাং অহু ওক্লা তারি। সুপা অহুনা মশাহু নেতানা পিক্ক তাথরহুনা হায়রকই— ‘হয়েংশি প্রোগ্রাম অমা লৈ। নঙগী ঈশৈহু য়াম্না কজখ্রে। ঐগী মায় তাকপা ওইনা অমুক্ষা শকপা তারে।

মীরভা হোয়স্ত হ.স্কদ. য়ানিংদবসু উংহে। সুপা অহুনা— “য়ারে হায়না কৌরেকে। মক্ষামগী মরক ভিনকসু ভমগদবনিবে নহাকপু লৌরনবা গাড়ি থারকে।”

তপ্না খুমলকখি— “ঐ অহুম লাকচগ।”

## নিপালশুরা

পুন্সিগী মচুদি মীকুপ খুদিং ওনবহুনা অশেংবা পুন্সিগী মচুনি। পুন্সিংগী অপাম্বগী নোংলৈ-নুংশিত্তা অফ-ফত্তা থলবা ভমদনা চংবখিবসু কয়ানি। অহুবু মমথাক লৌমম্বু হরাও-হরাও কৌশিন্সুনা মশাগী পুন্সিগ; লোয়নহুনা চংনিংবা মী য়াওঃ মগনি থাজদে। অহুগা মীরভাদদি খুদিংমক মীমম শাশম নমফুগী শিচিংহুনা নমহুনা লম্বী অহুদা থাংবিদে-কোংথাংদা থাজলকখি। নমহুনা মহাকপু হোংহনখি— মহৌশাগী

টকাইখিবী, য়া কয়া ঙাংবা ঙমজদবী মতৌদুনত্রে। শকথঙদবা মুপা উবদা মমায় তঙাংনা মায়থোং থাংগৎপা ঙমজদবী মতৌদুস্থ মাংখ্রে। নোংমা মুপী ওইবীগী ইজজং কনবীনবগীদমক শকথিবা ঈশৈ অতুনা মীরভাবু লক খঙনথ্রে। সায় অতুনা চংশি হায়বা মকমদা মহাক চংখি। লেংমায়বা কয়া পুনবা পাটিদা মীরভাবু পুথুনা চংলি। ঈশৈগী নত্তনা ময়াম মমাংদা লেয়জনিংবত্থুনি। মীহৌচাওবা ময়ামগী মীতানফম ওইখি। হকচাং অতুবু অমুক্তংদি হায়দ্রনা মতিন য়োৎতুনা থাংনখি। পাইশিল্লকথিবা লৈহি পাম্বা খোইমু কয়া তিঙ্খংনা য়োমলিবী কেতুকিনি কাওরুদুনা মায়থিদ্রবা হনখি। হৌজিক্তি মীরভাস্থ ময়ামগী পুক্লিং অত্থু করিনো খঙবা ঙমলক্লে। মতৌমতা থম্মোয়দা মোমোনস্থ নোকনিংলকখি মুপী হায়বশি মখোয়গী মমিত্তদি লশিংনা শাবা লাইফদবীনি। অদ্রননি পায়দ্রনা শায়নিংলিবা। ময়াম্মা লাম্মা উরবস্থ মশানা মশাবুদি মীনমজখ্রি।

মীরভাগীদমক চংনবগী লম্বী চাঙনা শেমথুনা লৈরমলে। মহাকী ঈশৈগা শকফমগনা হিংনবগী খুৎলাইনি। মীতাগী ঙরাদা থৎতুনা খোক্লকপা মংশারবু মুম্বা ঙম্বা শান্তি পিবা মুরত্থদি নত্তে। মীওইবগী পুক্লিং পেরবা শকপা ঈশৈগী মুরনি।

হৌজিক্তি অশেংবা পুন্সিগী মশকস্থ খঙবা ঙমলে। পুন্সি হায়বশিদি থুত্তা শেল লেপ্তুনা লাক্লগা ওইবা মওং অত্থুনি। হৌজিক্তি শেলস্থ কোয়া শিজিন্নবা ঙমলে। মচাম্থুপীগী অহোংবা শাজং অত্থুদা থাজমানবীথু মথায় নুংঙাইজদে। অতুবু করিস্থ হায়বা ঙমদে মরমদি ইমুংগী ভার মীরভানা পুরিবনিনা।

অতুবু মচাম্থুপী হয়রকপদা হায়— "খেংমজিনে, নঙনা হেক হেক হয়রক্লিবথু ... ... মীনা ফজদনা ঙাংননিবে।"

মীরভাগী অশাওবীদি— মীনা ভাংনগনি হায়বশিনি। খঙশাও শাও-নিংলুরে, খুম্মী— "মীনা ভাংনগনি হায়তুনা ঐখোয় চন্না হেল্লশি হায়রও ? ঐ-ঐগী হিংনবা হোৎনজবনি। মীঙোন্দা লাল্লুবা নত্তে।" "মী হায়বশিদি ভাংননিংবনা হেনবনিনে।" মমানা শোল্লি-শোল্লি হায়রকই।

"মখৌ লৈতত্নবা তৌরিবনি। মশা-মশাদা চৈনা কংত্রিত্নুনা খঙত্রিবনি। য়াম্না খজিল্লুফম থোক্কে, ইমা।"

"মতুম্ভ হেক য়াদবনিনে।"

মীঙোন্দদি ভাইনবা ঙমদবনিনা অস্তুম্না মমাগা হেক-হেক ঙাংনৈ। মতোমতম্ভ খনখি— "ঐসে হায়বা ইন্দবী অমম্ভ ওইরেকো।"

চাউবনা ওফিসার অতুগী পাউ পুত্নুনা লাকখি। মীরভাবু ওফিসতা লাক্কবা য়াদে হায়রকই। অতুগা রাফম অমম্ভ চাউবনা হৌদোরকখি। মীরভাগী মৌংদা তুকান অমা পানগে। ঈজ্খোল তোঙাম্না লৈগে হায়খি। ওফিসার অতুগী পুকচেল চপ চানা খঙলে। শাওনিংলবম্ভ অহল অতুদগি উংলুত্রে। থম্মোয়দদি ফাওখি— মখোয়না লাইবক ফবদগী অচৌ-অশাং ওইজরবম্ভ মখোয়গী থম্মোয়, য়াখল অতুবু করেম্মনিংখি। তপ্না খুমখি— "মাম্মা, ঐ অহুমম্ভবী ওইনা লৈবা ঙমলোই। ঐবু মুংশিরবদি য়ুমদগী অনিতু হান্না থায়নখো হায়বীয়ু।" পাউখুমতুদা মথা তারক্লরোই খল্লি। মথাম্ভ তারকখিত্রে। অতুবু লাইনা নাম্বোকখ্রবা পেবেৎকুম্না হৌদোং লম্বোইবা শাত্নুনা তঙাখি ঙাইখি।

খন্না কুইরবগী তুংদা মীরভাগী খবক্ত য়ারনি হায়না পাউ লাকখি। মীরভা থোয়না হরাওখিদে। চৎলুবনা চুমলিত্রা? হাপকদোরিবা খবক অতুগী মরুমদা য়েংলকদবা মীৎয়েং, চয়েৎনগদোরিবা তাল্লকদবা দাবী পুম্নমক অতু খন্তরুবদা মহাক খবক্ত তশেংনা পামত্রে। খল্লি—

থবক তোবা হায়বশে হিংনবগী লম্বীছু নজ্রা? ঙশিদি ঐশু অহিংবা মীশক অমা ওইয়ে। হিংলবা ঐনা খুরৌ চেনবা পুন্সি অছুদা চংবদি চুমলিব্রা? ঐনা চৎলিবা লম্বী অসি ঐগীদমক ঈশ্বরনা শেম্বীরম্বছুনি।

মীরভাগীদমক মীওই মশিং থঙদনা চোংথোরকখি। থাংলিবা খোংথাং অদুগী খোঙকম শোয়হন্দনা মশানা য়াংচবা চগোর অদুগী লৈই লাম্নোক্তনা চৎনব। হোৎনজে। মহৌশা মমাম্নবীশিংনা মীরভাবু ইকায় খিগল্লি, ম্না ঙাংগন্দে হায়রদুনা মন্নাম চংছুনা লক্লবীখিবনি। মমাম্নবীশিংদুগী ৱাঙাং অদুদা কম্না হৈনদনা লৈথোক্লবা হোৎনজখিগনো। অদুগা ঙশিগী মীরভা অসিগদি কম্না খেৎনরবা! মশিনি অহোংবা পুন্সি হায়নবদো।

তশেংনা হায়রগদি মীরভানা থাংলকখিবা খোংথাং অরাইবা নত্তে। ইজ্জৎ লৈনা হিংজনিংবা মহাকী পুন্সি ঙশিদি ইজ্জৎ কায়বশি তাবদা মশামক হৈনরক্লে। হিংলবদি মায় পাকপা অদুনি অচুম্বা। অদুবু শেলতমক লৈরগা টম্নাই-লাইনা চৎপা য়াউ থল্লুবা হিংবগী লম্বী অদু অসুক্কী মতিক লুরমখি। লানফম অসিদি ইচম চম্বা লানফম ওইরমদ্রে। চংশিল্লুরগা হেন্না হেন্না লুশিল্লকখি। চক্রীহুগী লাল্লোংগুম্না হন্দোকফম থঙদনা লুরম্মী। অদুবু মহাক কিদুনা হন্দোকে থন্দ্রে। মুপীগী থৌনা উৎনিংলকখি। অদুগা হক অমম্ মন্নামদা মশক তাক্লিংলকখি। নাকল্গী অত্তবা মখোয়না লাওশিল্লকখি—নমথাক্লি, তাংনি। নঙবু থাজবা ঙমদে। নঙগুম্বী অমনা মায় পাকপা ঐখোয়না থাজদে। মুপাশিংনা হায়রকখি— ঐখোয়মক্লা লান্দেংনবদা ন্নারবা মতম অসিদা নঙনা মায় পাকপা ঐখোয়না য়ানিংদে। খোল্লেল কয়ানি লাওশিল্লকখিবা। তাবা ঙমদনা মীরভা মাকোং মেনশিল্লে।

মন্নান্না থাজমানবীদা মচানুপীগী মরমদা করি করিনে। হায়জিন্দুনা ঙমশিল্লবা অদুদা মমানা মুংঙাইতনা হায়—

"নঙগী চৎপদু তোক্লো। ইমা তাহৈ ঙমদ্রে।"

মীরভা থুমদে। সীতারত্তুদা কোক্লা হায়রপ ভাখরতুনা মখোল সুংশিনা খুৎশানা তপ্পী-তপ্পী খংতুনা লৈ। রাখলদদি মমানা হাম্বরিবত্তু চংখি— মমানা মাবু মী খ্বাইগী মচা মশুগুম্না ফজহন্নীংতুনা তৌরিবনি খঙ্কে। অতুপা থেন্নবা লাইবক অত্তুবুদি খল্লুদবস্তু ওইরমগনি। মীরভা কনাদস্তু শাওনিংলুদে। লৈকায়গী মচে-মনেমশিংনা ভাংলৈ-চৈরে। "ইজজৎ হায়বা অসিগীদমক্তা নত্রো মীনা হিংনরিবশে। মী খ্বায়না শক্লরিবা ঈশৈ অসিগুম্না শক্তেনে। ইচা ইস্তু লমদম্নরকনি হায়না পাখৎলেনে।"

মীরভা থোইনা তাশিন্নরুত্রে। ভাংবীররিবত্তুস্তু মাবু ফজহন্নীংবদগীনি খল্লি। ময়াম অত্তুগা ওনশিন্নতুনা চিন্দা পাওদানবস্তু মতিক নত্তে খঙ্কে। মাম্মা চাউবা চংলত্তুনা মমা মচাগী মীচংদা লেপ্পীরখি। অতুস্তু ময়াম চংতুনা চাউববু চাগে তৌই। চাউবনা ময়ামদা হায়খি— 'ময়াম্না অত্তুক য়ান্ন: য়ানিংদ্রবদি মমা-মচা মখোয়গী হিংনব লম্বী অনা শিনবীরশিদনা।"

ময়াম্না য়ৌ-য়ৌ তৌরতুনা— "মখোয়দি মী নত্তো। ইচা ফাওবা মবুক থন্নব পিজবা ঙমদ্রি।"

মত্তুদগি চাউবনা খঙলাও লাওখিবদো। হে মীওইবা নঙশে ঙকখ্রে দকে। খল্লুবদা মীরভাস্তু মশাবু ঙকচরিবনি।

মমানা খরা কগত্রা খন্দুনা মচা মুপীদা বারি শাকে। "ঙরাংত্তু ননে সুংশি লাত্রম্মা। মীনা থিনা ভাংনগদবগী মহুত্তা মাগীদা ফুরিৎ তুবা য়াওরুলাও হায়রম্বনিনে।" হিংনবগী তোঙান-তোঙানবা লম্বী মহাকস্তু খঙই। হৈরুদবগী রাত্তনি। নোক্লিংনা মোমোন নোকই অত্তুগা হংই — 'ফুরিৎ তুবত্তু হৈরবস্তু হৈত্রবস্তু ইমুংগী কোন্নবা শেল পিগে হায়রমত্রনে ইমা।"

"অছুম্নদি পিনব্রনে? মতেংগী ৱানিদনা।"

"ইত্তোমতস্মু নত্তনা মী মম্নিবু মত্তেংনা ছিংবা য়াবা হৌনদে ইমা। ঐনা অৱানবা ভৌতুনা শেল ঙানবা নত্তে। মীনা ঙাংনিংতুনা ঙাংনজবনি।"

মীয়াম্না মহাকপু য়েংনিংবা মীৎয়েংনা য়েংজরবস্মু থুদিংমক মীরভাগী থম্মোয়দা চৈনা অমমমগা লোয়ননা থাংবা তাখি মপানা শাগৎচরম্বা আশা অতু মনাও অনিবুদি য়োইহনগে হায়ন লেপখি। অতুনা মহাক থাংবা তাখি।

নোংমা মীরভানা থরা থেংনা হল্লকপা নুমিৎ অংদনি মমাবু ময়াম চংতুনা হোৎনবীরম্মী। হল্লকপগী ফি হোংলুদনা মমাগী মনাক্তা চেনশিনখি। পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ লাক্লমানে থাজমানবীতু ৱা ঙাংবা ঙমদনা মচাম্নুপীবু য়েংলগা পি লেপ্পা লৈতনা চেম্তরবখি। অতুগা য়েংবগী পেনবা নাইত্রবা মচাগী মায়থোং অতুদা তপনা নাল্লকখি। তৈরিবা অমুবা বদনামশিং অতু তৈথোকপিগে থন্না নাল্লকখিবস্মু ওইরমগনি। পাঙ্গল শোল্লবী অতুগী থোনাগী ৱাংমদা ওইঞ্রমানে কোকহনবা ঙমদনা খুৎ অতু তপনা লেকথখ্রে। অতুগা তরু-তরু পাংলখ্বা মীৎ অনি অতুস্মু উক্তশিনখ্রে।

লৈমায়দা ওন্দুনা থম্মোয় যুক্না মীরভানা কপচখি। শোল্লবস্মু শোম্না মমা অমা লৈরি খনবগী চাওথোকচবা থম্মোয়, থাংখিবা মীনোক মৈশা, হৌজিক্তি পিদৎ-পাদৎপী ওক্তরে। থেম্বীনবা কনাস্মু লৈখিদে মনাও অনি অতুতদি চংশিন্দুনা মচেগী মনাক্তা লেপ্লখি।

কপ্পা য়াবা কয়া কপখ্রে পুন্সিদা। থাংবা য়াবা চৈনা চৈথেং কয়া থাংখ্রে। হৌজিক মথা তানা অমুক কপলুতুনা করি কাম্নখিগনি। হৌজিক্তি থওলে, ঈশ্বরনা মীরভাবু চাং য়েংলিবনি। মহাক্না ৱায়েনবীবা অরোইবা থোংকম অহান মীরভানা ঙাইরিবস্মু। মীওক্তবগী থেম্নবা

লাইবক্তি লৈফম খোকই। অহুবু করিগীনো অস্থক খেন্নবা মহাক্কী লাইবক্তা ইবীরমলিবা। চিন্তনা পোৎলুম ওইরিঙৈ যৌবনগী পুন্সিবুস্থু নিংশিংলুরে। অহুবু থম্মোয়নুংদা মীশক অমথক নিংশিংলকপা মীকুপুদি থম্মোয়নুংগী ভক্তিগী লৈরাং খুজোক থন্না কৎচরকই। লোইননা খুৎ-লোন্নহুনা নিংজরকই— "পুন্সিদা অমুক্তদি থেংনহনবীয়ু। মখোং পায়হুনা শেবা ফংজগে।"

মমা লৈখিদ্রবা মতুংদগীদি মীরভাগী পুন্সি হেন্না অরুবা ফিভম অমা ওইরে। খোংথাংস্থু হেন্না লুশিল্লকখি। রা য়াম্মা ভাংগন্দবা বীমোলনি। মমান্নবশিংগা শান্নবদা মচেগী মরমদা রা ভাংলক্লবদি মীশক্তু ফুরমদনা তোক্কে। অহুগীস্থু রাথোক কয়া ওইররে। মরাল লৈজদ্রবা অভাং অহুগী থম্মোয়দা ভারকখিবা মমি অহুনা শেরান্নবা লম্বীদা লমজিংখিগদ্রা হায়হুনা হেন্না রাজখি। অভাং অহুদা রারি পুন্নমক অহু করম্না শারুনি। চাওয়ল্লগা মশাগী রাথল লেপচবা ভমলবা মতম অহুদা থঙলকপা অহুদি করিস্থু কিদে। মেমীদি অহুক হাক্লা মীৎশিং নাশিংবস্থু ওইদে। থনবা মখৈ থললগা মনাও অনিহু বোর্ডিং অমদা থমগ্রগে হায়না লেপলে।

মনাও অনিবু থিল্লবা মুমিৎ অহু মীরভা থম্মোয় শোক্লা কপখিবনি। পুন্সিগী ওইনা কায়নবগুম ফাওখি। অহুবু মহাক মনাও অনি উদনবা পিদি লোৎখি। মতোম্তা রাশকচখি, মখোয় অনিগী মমাংদা মুংভাইভবা, থম্মোয় শোন্থবা মতৌ উহল্লোই অহুগা পিস্থু শিন্থরোই হায়না।

মপা-মমানা শাবীরম্বা মুংশিরবা মুম অহুদা মতোমতা ভাইহৌরে। নিংহন্নরকপা মীকুপস্থু য়াওখি। খাংজিল্লগা হিংবগী থৌনা শাগৎচখিবনি। মীরভাগীদমক লেপ্পীরিবা মাম্মা চাউবস্থু নাহুনা লৈবা কুইরে। চাউবনা ও সি. ওইরিঙৈদা মাগী মুপীহু অহানবা অভাং উন্নবদা লৈখিদবনি হায়। অহুদগী নীংবা কায়হুনা যুদা ভাইনখিবনি। ময়াম্বগী মচাশিং লৈ, হন্না

য়েংনরে। ইঙ্খোলগী শাওনথনি। মীরভানা তৌরিবা শেবা অহুদা পেল্লহুনা বর পী— 'ইচাদি য়ানিগুম্না হুংঙাইয়ুকো। ঙমদা ঙমদনা তপনা হায়— "নঙ, মামবু য়ায়োত্রনে!"

"ঐহাক য়ারৌজদে মাম্মা। ঐগী লাইবক্তা ঈংম্বা লম্বীনি। মাম্মানা মায়কৈ তাকপিরম্বতনি। ঐনা চৎনিংদে হায়রহুনা লৈথোক্লাবস্থ ইরম্বা লম্বী অহুদদি নোংমা য়ৌরকপা তাবনি।"

"ঈশ্বরনা ইচাগী পুকচেল শোয়দনা উবীগনি। ঐগী শাগৈ নাতে ফাওবনা য়েংবীত্রবা য়ু থকপা ঐবু করিগী শেবা তৌররিবনো?"

"মাম্মা, মীওইবগী খেন্নবা করিনো নচাদি থঙজদে। মীওইবগী অত্মাদি চপ মাম্নফম থোকই। অত্মা'হুবু ইকায় খুম্নজবথক্তনি।

চাউবগী মীত্তগী পি চেম্মরকখি। অহুগা হুংশিনা হায়রকই— "নঙ য়ুম পান্নবা তৌ। নত্রবদি মীনোক মৈশা অসিদা নঙ হিংবা য়ায়া রাগনি।"

কাওথোকলুরবা থৌদাং অমথক নিংশিংহল্লকখি। লোয়ননা শকফম অমথক মাংদা চোংথোরকখি। থংনবা মীকুপ্তা শকফম হোংখি। নিং-শিংলুবহুনা হেন্না য়াহনখি। চাউবস্থ য়ারি শারকখিত্রে পোৎথাত্রমানে। অতিয়াদা মংহুনা লৈরম্বা নোং অহুস্থ অথাক অরাওগা লোয়ননা কন্না চুথবা হৌরকখি।

অকনবা নোংলৈ হুংশিং অমগা লোয়ননা চুখিবা অহিংহুগী নোং মরক অহুদা চাউবস্থ চৎপ্রে। থম্মোয় শোক্লা কপচখিবদি মীরভা মতোমতনি। নাইতোম হিংবগী চৈথেং মহাক কংলে। অহুবু লৈকাইগী মচে-মনেম্না মহাকপু করিগী অসি য়োনা শাওরিঘনো? হুকথঙমক থঙদবদি নত্তে। অচৌ অশাংগী মতুং ইনবা শাজৎ অসিগীনি। হংনিং-লিবদি করি লানথ্রবগে হায়বা রাহং অসিনি। পাওথুম পিবীনবা লৈরোই থংবনা থম্মোয়হুংদা ফুম্বা তাখি। নোং কম্না চুবা হুমিদাং অথেংবা অহুদা তোম্বনা য়ুমহুদা চংলক্লম্বহুনা হেন্না কজদবা মওং অমা ওইনা উনপ্রে। নোংঙানবদা মরাম চংহুনা তাংখীরবনি। ময়ামদা রাহৈ অমা ফাওবা

ফোংদোক্লুদ্রে । থাস্থু থাজবীরোই, অরোইবা মখোয়না লৌনিংঙ্গা ফিরেপ লোৌরশঙ্গু থল্লে ।

ময়াম্না য়ানবা চৎকদ্রা নত্রগমা । থংনবা মীকুপ্তা মতোম্তা লেপচরকই— কিতুনা খোংফম অসিদগী হন্দোকখিবদা তাত্রা ? ঐমা হন্দোকখিবদা ঐগী মরুমদা মুংশা থাংজল্লিবা তনো°তনৌয়িবা মরোল অমি অহুদি কংখিবা তাবনি । অতু ওইরবদি পুক্সিনা মশক মচু ওন্দুনা খোং থাংজুবগী পান্দম্ন করিনো ? থনবা মথৈ খললুরগা হোৌগত্তনা ফি শেংচিনথি ।

ময়াম্না হাম্নবা ইন্দবী ওইনা উমবী মীরভাবু লৈকাই অতুদগী তাম্ফো-রকখি । থনদি থনখিবনি হাম্না চৎহৌশিন্না ? অতুবু কন্নম্না খোং থাংদোকপা ঙমলুগনি । ময়াম অতুদা কপ্তুনা রাহৈ অমা ফাওবা হায়জখিদে । মতুদস্থু ময়ামগী হেন্না শাওনিংনবা ওইখি । ময়ামগী মাংদা থাংবা ভম্বগী পৌনা থমলগা থম্মোয়নুংদা লোম্না কপলিবা অতুবুদি কনানস্থু উবীখিদে ।

কনাদা চংজফম লোৌরুগম্নি ? মরি মতা অমা লৈতে । মহৌশাগী মমান্নবীশিং অতুস্থু মরি তৎনখিবা কুইরে । মশানা থদৎচখিবনি । মুম্ন অতুদগী খোং থাংদোরকখি ।

## মাপলস্নুবী

খোং থংচু চুরমলগা হাংখিবগী মুংশাস্থু য়াক্না শাগৎলক্লে । লম্বী ময়াইদা লৈরিবা কোংকুংকী লৈনাং পোক্লবা ঈশিংচুম্ন কংশিনবা ভমক্তি । লম্বীগী নাকঙ্গা হৈদোক্লিব অপুম-অশা অতুদগী প্রায়থোম্নকপা হম্নিবা

চামা থক্লবা য়োল্লিব। পোৎ অতুদা ইমু-মুনা হোংলি। চাওথংপা মকম, জপা হায়বশিদি অমোৎ অকাই, অপুম অশাতনা থনবোইয়ে। কদায়-দগীনো রাখল অসিম্ থল্লুই। রাখলনা লুম্মনখিবনা কদোমদা থাংলিবা খোংথাংনো হায়বা ফাওবা থঙজদবগুম তৌই। শামু মখোংগী মী ইন্নবা অদুদদি জ্যান তারকখি। তশেংনা চংলুগে থম্না থাংলকথিবদি নত্তে। চুম-থ্রিংআ মীরভানা ফি হেক হেক লৈবা চুকান অদুদা চংলকই। তিম্নরুবগী মীহুংশি হায়বদু ওইরমানে সাদারজীনা মীরভাবু লুনা তৌবীখি। পৈশা ফাওবা পুক্নোক পুশিন তৌনৈ। মতেং হায়রুবদা হরা-হন্নাও কয়ানো হায়দুনা খুৎতিংথোরকই। মদুদা মীরভানা ইকায়না হায়রম্মী—

"থুনা শিংলকে।"

ওশিদি মহোশাগা মায়দথা মতৌদুদা মী থম্না কোমলকপা তনজাদা হংলকখি—"চে, চে করি তোরে? ফি য়েংগেরা?"

"য়েংলোই।"

"পৈশা হায়মিংব্রা?"

মীরভানা হায়রোই হায়বগী মৎংদা মতকতমক নোম্মী।

"অদুদি করিগী সুকথবনো?"

"ঐগী লৈফম অমত্তা থিদবীগেরা?"

সাদরজীনা মকোয়দু নাল্লদুনা—"ঐগীদা লৈদ্রুনা। ঐগীদি দিল্লিদদু অচৌবা ফ্লেট অমা লৈ। ভারা শাল্লি।" ফাগি তৌই।

"কায়গী নৎত্তে।"

"নঙগী য়ুম লৈরিবদুদি।"

"ঐনা লৈবা য়াদ্রে।"

"কনানা।"

"লৈকাইননি।"

"অহুদি আইনগী মতেং লৌদনা।"
"মহুগী কান্নবা লৈরোই। লৈবাক অসিগী আইনদি মীয়াম্বি। মখোয়বু য়ানবা চৎপস্তু ঙমখিদে। অহুননি ঐবু তাম্বোক্লক্লিবা। লৈবাক অসিগী রাংম্বা লান্না তাম্বোকপিরক্লিবা অসিমক লাইবক ফরবনি।"

সাদারজীহু রা মখা তারকখিত্রে। অহুদগী কোন্দা বারি শাব্বখি। কোন থম্নগা হায়রকই— "খুয়াখোংদা ঐগী মরুপ অমগী য়ুমগী কা হাংলি। মখোয়স্তু কলকত্তাদা হনগ্ৰগদবনি। মাগীদা লৈনিংলবদি কা লৈ।"

অপাম পামদা থিরুদনা হায়রিবহুদা য়ারে। মুমিৎ অদো মীরভাগী পুন্সিদা থেংনরকখিবা থাংঙমদবা ময়ামগী মমুংদা খায়দগী পুক্লিং মুংশিখিবা মুমিৎনি।

শেমজিন্দ্রীবা কমুং অহুদা মীরভা থাংকম থঙদনা তুথখি। মুমিদাং চাক চরা অমা চায় হারবা কাও কাওখিবনি। মুংশিরবা য়ুম অহু কায়নরকপগী মুংঙাইতবহু অহিং অসিদনা হেন্না মরেক শেংলকখি। নিংঙোলনা লুহোংহুনা পম্মোগী শঙ্গায় থাদোরকপগা মীরভাগী চৈনা অসিগদি করম্না মান্নগনি। অনৌবা কা অহুদা লেনখিবা অহানবা অহিং অহুমদি কাউদবগী চৈনা অমনা চৈফম তানা থমখিবনি।

হিংলিবা হারবহু ওইরমানে, নোং ঙামবদা মীৎ অমুক হন্না পাংলকখি। মনাও অনিবু নিংশিংলকই। কুক হৌগহুনা কা শো লোম্বম্নগা থোকখ্রে।

বার্ডেনদগী অয়াবা লৌহুনা মনাও অনি উংনবা ভিজিত্তিং রুম অহুদা কমহুনা ওাইরি। মচে লাকই তাবদা মখোয় অনি মোমোন

ওইদবা অমুক হন্না তাহুনবীরমু। দথতি মীরতাগীসু মত্তে। শেমজিন শাজিনবা রাহৈ থরা হায়রমন্থু থাজত্রা থাজদত্রা মখা তানা মচেদা হংলকখিত্রে।

হন্নকপদা থেংলে। ওরাংদগী চাবা নকপা নিংশিংত্রি। চোকথবনা চানিংবসু কাওত্রে। পোথাবা ওইনা হিপথৈ। থোজেলশিং অদু নিংশিংলকই। "ঐসু মীমি। মীওইবগী থম্মোয় হায়বশে অসুম্না তৌনত্রা? অদুবু ঐদি কনাদসু লামখিদবনি।"

য়ুম অদুগী মৌ অদুনা থোংজিন্দা লেপ্লদুনা, নোককেৎ তৌবা, মৈতৈলোন ইসু সুদনা— "দিদি চংলকে।"

য়েংথোকখিবদা শাড়ি অওাংবনা মকোক খুম্নদুনা কুচু মুরপ তৌবী মৌ নহা অমা লেপ্লম্মী। মীরতানা কৌশিন্দুনা কমহল্লি।

মৌদুনা— "দিদি বেঙ্গোলি থওত্রা?"

"ঐদি থওদেদা।"

হিন্দিগা মৈতৈলোনগা য়ান্নদুনা হায়রকই— "ওরাং ওন্না তুমত্রা? ঐনা তল পুদুনা লাকপদদি থোং লোন্নরে।"

"ঐগী! ওঙ্কা হংখি, অদুগা— "ঐদি তল চাবসু হৈতনা।"

"অদু ওইরগা চাক ওইনা থোংলবসু য়াই। সাদারজীনা বাবুদা ফোন তৌরকপনি। দিদিবু থরা য়েংবীয়ু হায়।"

রাহৈদুদা মীরভাগী থম্মোয় ঙনৌ নোংথোরকখি। মৌ অদুনা মখা তারকখি— "সাদারজীগা বাবুগা য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপনি। দিদি করিসু চারমখিরোই, ঐ চানবা পুরকে।"

"য়ারে। ঐ চারে।"

"দিদিগা কুইনা লৈমিন্নরবদি নুংঙাইবনি। অদুবু ঐথোয়দি হয়েং চৎলনি।"

"লোইনমক্না।"

"উম। লুহোংবা অমা য়াওরুনি। ঐখোয়দি হল্লক্রোই। বাবুদি হল্লকখিগনি।" মানা বাবু হায়রিবশি মকুবোক্লনি।
"কৈদোরে ? লৈবা মুংঙাইত্রব্রা ?"

"মুংঙাইদা। ঐখোয়গী অচৌবা য়ুমছু শাবা লোইরে।"
মখোয়ছু ভাসবা য়াবা শেল ভাল্লবনিনা শান্তি ওইনা হিংনিংলকপা ওইরমগনি।

নাইতোম তানা শাংলবা চহি খরা হৌখ্রে। মীওইবদি নাইতোম হিংবা য়াদে ঈশ্বর মহাক্কী খোঁদাংনি। চিক্লবা মীরভাগী পুন্সিদা থোইছু থেংনরে। কয়াদা পুকচেল-খোয়জেল ভিল্লরুধনো অমনা অমগী মতেং পিনছুনা হিংলকখি। বীমোলগা মেমীগমু মহৈদা পুক্লিং চংখ্রে। বোর্ডিংগী মতম লোইরছুনা বীমোলদি ইঞ্জিনিয়ার ওম্বা থাখ্রে। মেমীনা প্রাইভেট হোস্পীটাল অমদা নর্স ওম্লি।

মপাম্না শাগৎচরম্বা আশানি। মমানা মতম কুইনা শোন্দুনা লৈখিবনিমা মচিন্না হায়রম্বী— "ইচা অতোম্বীদি নর্শ ওমহনগে। ঐদি য়াল্লা পামজে।

মপা-মমাগী অমিংবছু থুংহনগে হায়ছুনা চপ য়ুংমা থনখিবনি। অদুমক্কা খোংথাং অসিমু থাংলিবনি। ঐ অম মাংখিবদি করিমু নত্তে। লুরিবদি হয়েংগী মুম্বীরেল অত্তুনি। ঙশি নিংখিনা মখোং শোম্বীহৌদ্রবা পাম্বী অদুদগী করম্না অমুনবা মহৈগী অশা তৌরুগমি।

পুম্নমক অসি থল্লুরগা মীরভা খর অমা ওপ্পম্না হোন্দোকচৈ।

অদুদগী মীরভাগী পুন্সিদা মরুপ অমা ওইনা ত্তোম্বা অমুক হন্না থেংনরে। মীরভা তশেংনা মুংঙাইজখি। অশংবা মতমদা ঙাইহাক হেক-হেক লাকই। রারি শানছুনা নোক্কুনা মতম লেনখি। অদুদগী থেংলে হায়ছুনা হোবে হোবে সাইকলছু কল্লা থৌরগা হনখিগমি।

মীরভাগা থোইমুগা তোম্বগী মতৌচু য়েংলগা নোকুনা লৌরেতি। থোইমুনস্থ তোম্ববু মবুংগুম্না লুনা খঙে। রারি শানবদা মীরভাদা ত্তম্মী— "দদাশি কৈকো।"

"কত্রনে? নঙদি করম্না খঙই?"

"দদাদি শাওস্থ শাওগন্দে। অদুগা মীগী অরাবস্থ উবীবনিলে।" চে-চে মৈতৈ মুপাশে দদাগুম্না মপুক লোইনা কত্রা?" মীরভাচু থোইমুগী রাহৈ অদুদা নোকবা ঙমদ্রে।

"থোইমু, নঙ তোম্বশি রাম্না মুংশিবা মাম্নিদা।"

"মুংশিনে।" মখোয় অনি পুক্লিং মকা লাম্না নোকচৈ। মীরভাগী হৌথিবা মুংঙাইতবা পুন্সি কাওখোকখ্রে। পুক্লিং মক লাম্না মনিং তম্না হিংবো ফংজরে।

ত্তম্নাশুবা

সাদারজীগী চুকান্দা য়াওতুনা ফংলকপা শেল থরজুনা তোমালম্নাগী শেন্দোয় চুম্নবা ফাওবা রারে। অদুনা অতোপ্পা থবক অমা থিরগে থরে। থনবা মথে থল্লুরগা তোম্বচু তোমালম্নাগী শঙারদা লাক্রে। শেন্দোয় চাওনা চাবা তোমালম্নানা অরংবা অনোক মমুংদগী হংলকই— "কমদৌরে?" রাগোল কাথং কাথংনা থুর্মী— "থুডাইবুংতোনা তাকপিবা অদুদা নচাস্থ রাজরে।"

"থুডাস্থ থল্লগা হায়রবনিনে। মঙস্থ শেন্দোয় তচুতা চুনবদা রাজরে। মঙনা ঙম্নবা কান্দা অমুক হন্দোকউদ।"

তোম্বগী ঈখোলদু লৈবা-য়োনবা হায়দুনা ইনরে। শেল খরদি তোমালম্মানা হাপ্লকখি। সয়াদু ওশাইদগী লুমদুনা তারিমানে মতাংদুদা খোরুনা মপাবুংদা হংই—

"পাবুংনা তৌবিরিবশি করিনো ?"

"মওনা খওলোই। তোম্বা এখোয় অনিগী রারিনি।"

সয়াদি পুকচেল চাওবা মীনুংশি চেনবীনি। মীওোন্দগী শেন্দোয় লৌরগা মীগী মতেং পাংবীবা সয়ানা শাওই। শিকিদা কুপচবা মপানা মচানুপীবু অপংবী হায়দুনা থিনা থিনা চৈবী। মীনা শেল লিংবা লাক্লবদি মচানুপীবু মপান খোক্লকনবা মাগী মুপীদ হায়।

সয়ানা তৌফম খওদনা— "পাবুংনা ইখোলদু লৌরবদি তা-তোম্বদি কদায়দা লৈদোইনো ? অদুগা তোম্বদসু হংখি ঈখোলশি পিখোক্লগা তা-তোম্বনা কদাইদা লৈরুদোইবা ?"

তোমালম্মানা মচানুপীবু চৈরদুনা— "মদু নওনা উবীকম খোকপ্রনে ?"

সয়ানা পেরি-পেরি হায়রকখি— "তাতোম্বা নওদি মুপা মাঙদেনা।"

লৈশাবী অমনা রাহে অসি হায়হনগদবগী শরুকপুদি হিংদবনবু হেল্লা লৈ।

তোম্বদু লুকথদুনা কমলি। মহাকসু খওই, সয়ানা খঙব মুংশিজবা। তোম্ববু নমদুনা বি· এ· সু থাদোকহনখিবনি। লাইব্রিক ফাওবা সয়ানা লৈরকখিবনি। লৈকায় অদুদা মচিন চৎপা তোমালম্মাগী মমোমনি। কুলৈ কুচুদা লম য়োনা কজবীনি। মহাক খকী পাখঙ কয়া রাখোক ওইনরিবনি। তোম্বনা থাদোইগুম্বী সয়াবু মুংশিবা ওমলোই খজবি।

সয়ানা— "পাবুংবু মীওইবগী ধর্ম্ম হায়বদু করিমত্তা খওবীব্রো ?"

"মশানা অতাবী লৈজরম্বনি। মখোয়না শিগদৌরবা মতমদুদা ঐনা মতেং পাংবীখিবা নত্রনে।"

"মীগী থরায় কনবীখি হায়দুনা মী অদুদা নওগী থরায়বু পিয়ু হায়না নিবা হৌনব্রা পাবুং ?"

খুড়া য়োজরে, হায়দুনা তোম্বদু হোৌগৎলগা খোকখ্রে। সয়ানা থুংঙাই-ভনা য়েংদুনা লেপহৌই।

তোম্বনা পিশক পিক্লিনৈদগী য়ুম অসিদা চাউরকপনি। মপা মশক খঙহৌব্রবা তোম্ববু মমানা মতু নাম্মা তেক্কনা য়োকচরকপনি। লাইবক থিবনা মমাস্তু তমখিরবা লাইনা কেন্সরনা নাদুনা সংসার থাদোকখ্রে। হিংনবগীদমক অদুগা মীগী শেন্দোল শিংবা ঙম্ববা অফংবা সু-নোমদুনা হোৎনজবনি অদুবু স্থুর স্থুরগা মনিংদা ওইনা হল্লক্লে। শেল্লেপ লৈতনা শেল তানবা অম্নাইবা নত্তে। চোকথরবা ম্নাখলনা তৌভম খঙদনা কম্লিনৈদা কদোমদগীনো সয়াদু তোম্বগী মাংদা চপ লেপলে। তোম্বনা খংবগুম হায়থি— "করি তৌবা লাকইবনো, সয়া?"

সয়াগী মত্তৌদু শাওনিংবনা তৌফম খঙদবা মাল্লি। মওং ইকায় কায়দনা খুম্মী – "নঙনা চৎপদু য়েংনিংলকপা।" পাউখুমদুনা খঙলে, সয়াদু বা ঙাংনবা য়াররোই হায়বা। অদুনা তোম্বা তুমিন্না লৈখ্রে। মান পুগদবা পোৎচৈশিংদু তপ্পা তপ্পা লোইশিল্লি।

সয়ানা অমুকস্তু— "তা-তোম্বা, কদায়দা চত্তোয়নো?"

তোম্বদু খুমদে। তুমিন্না মাগী মথো তৌদুনা লৈ। সয়ানা শাওনিংনা "মীবু উথক-ম্নাথক্তা য়ারেকপা য়াব্রো?"

তোম্বনা তপ্পা— "ঐগী করি উপায় লৈ।"

— "অদুম্না খল্লগা হেক্তা য়াব্রা? তা-তোম্বদি মীওইবনি। থুংলুবা মফম অমদা হেক্তা য়ারেকপা য়ারোই।"

— "অদুম্না লাইবক্তা তম্মম্নবদি।"

তোম্বগী পাউখুমদুনা সয়াগী থম্মোয় শোকহনখ্রে।

লোম্না পুরকপা ঈখোল পট্রাদু পুথোক্তুনা তোম্বদা পি। সয়াগী পুকচেল, সয়াগী ম্নাখল খঙলবস্তু মাবু থেমজিন্দুনা হায়— "মন্থ

তৌবা চুমদে। হায়দোকপ্রবা য়াদি ঐস্নু ঙাকনিংই।"

"ঐসে তা-তোম্বদদি কমাস্নু নত্রব্রা?"

তোম্বনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা— "সয়া নঙনা পাংবীথিবা মতেংনা হেন্নবনি। মতুগী লমন মচেৎ অমা ফাওবা শিংবা ঙমদ্রিবনি। ঐগী ইকমদা নঙগী তৌবীমলশে য়াম্না থাক ৱাংনা খল্লিবনি। অদুবু নঙনা মীয়ুংশি উৎপিরিবা মথৈ ইশা অশে লেংঙম শাঙমদ্রবা মীয়ুংশিন্তনা হিংলিবা মীগুম খল্লকই। ঐস্নু খিং-খাং লাওবা মীশক অমা ওইবা ঙমদ্রা য়েংলগে। নহাক য়ারোম্নু।"

সয়ানা কপ্পীং কপ্পীং হৌনা— "ঐগী মতেংদা, তা-তোম্বনা অদুক লান্না খল্লিবা করিগীনো?"

"লান্না খনবা নত্তে। মী হায়বদু ওইরিব্রা য়েংনিংবনি।"

মুপা অমগী নিংখ্রবা য়াখলদু সয়াগুম্বী ইপং পংজবী মুপীমচা অমনা করম্না থুগায়বা ঙমলুগনি। য়ারি ঙাইহাক শান্নরম্নগা মথায় মুংঙাইতনা সয়া ময়ুমদা হল্লকখি।

তোম্বা কদায়দা চৎখ্রবগে, কনাগীদা চংজকম লৌখ্রবগে মরাং মপাউ তাখিদ্রে। মুপানিদনা। পাম্বৈ অমা তৌতুনা হিংলমগনি। সয়ানা য়ানা মপাও ঙাইখি। ইকাইখিবী ওইরিঙৈ অশেংবা মফম খঙহৌদবগী নিংঙমদবা পোকলকখি। নোংমা থাজদনা ইন্দুহু সয়াগী মনাক্তা লাকখি। মতৌশাগী মরুপনী। ইন্দুগী অহোংবা শককমদু উবদা সয়াহু নারি হায়বা কাওথোক্তুনা হৌনা নোকচৈ। ইন্দু হন্দক্তা পুলিস ডিপার্টমেন্তা থবক তৌরে। ইন্দুগী পাউহু তাবদা সয়ানা মুংঙাইবা কোংদোকচৈ।

ইন্দুনা পোংনা হায়— "পুলিস ডিপার্টমেন্তশে অচুম্বা তৌবা ঙমদ্রা য়েংগে।"

"য়াম্না কন্না অচুম্বসু পামজরুমু ।"

"আইন খুত্তা পায়রিবা ঐখোয়না মতুবু অচুম্বা মওংদা শিজিন্নবদি করম্না লৈবাক অসি শান্তি লৈগনি ।"

"ইবেম্মা! নম্নাহৈছ্ তাবদা পেল্লে ।"

"য়েংঙ্দনা অতুবুদি । ঐ ইন্দুবলানে ।" হায়রগা মতৌমতা নোকচৈ। সয়ানা নোককেং তৌনা— "অতুদি, মী অমখক্তা ফাবীয়ূদনা ।"

"করি মরাল লৈবা মীনো ?"

"মরালদি য়াম্না চাওথ্রবা জাৎনি । শম্না হায়রবদা হায়ন-তানবা য়াদবনি ।"

"মতুদি লাইশ্রপোৎনি । থুৎ নাম্মগী থবক্কি ।" মীতুবু কনানো ?

"কনাসু নত্তে, তা-তোম্বনে ।"

ইন্দুনা ওক্না মমিৎ-মনা লাওখোক্লতুনা— "তা-তোম্বা !"

"কৈদৌরে ? তা-তোম্বদি ঐনা শুংশিবা য়াত্ত্রব ?"

"ঐনা তাবদি, নখোয় পাবুংনা ইখোলতু লৌহৌরে ...... ।"

"তপ্না ভাংঙ্ পাবুং তানি । অতুগীনি ঐনা নাশিন্নরিবশে । মরা মপাওসু অমত্তা তাখিদ্রে ।"

ইন্দুনা খওনিং নিংশিংলকপগুম হায়রকই— "ভাইখো, ভাইখো । নোংমা ঐগা বাজারদা থেংনরুমী । কৌনবা ফরক তাতুনা কৌহৌদবনি ।"

"কৌহৌবা য়াদ্রে ।"

"অতুসু মতৌমত্তা নত্তে । মুপী অমগা পোং লৈমিন্নহৌবনি ।"

"অশেংত্রা ইন্দু, কনানো মুপীতুবো ?"

"ঐসু খওদে । অতুবু মুপীতু হায়রপতি কজেহে ।"

পাউ খওদবগী লাংতক্লরম্বা মতু পাউ তারবা মতুং অসিদদি হেন্না

লৈত্তাকম খঙলক্রে। ইন্দু চৎখ্রবা মতুংদা রাহং অমথক হঞ্জিন-হঞ্জিন হংজখি— "মুপী অহু কনানো ?"

মতম কুইরবগী ভুংদা তোম্বহু মীরভাগী মনাক্তা লাকখি। উন্ন-খিদবসু কুইরে, ঙাইহাক্তুং চংলমগে খন্দুনা চংলকপনি। মীংশেল মমাংদা কম্লহুনা মীরভাসু চখোক্তদবগী কেরম্মী। তোম্বা উবদা হরাওনা হংই— "অমুক কুইবশি কদায়দা লোৎলুই।"

তোম্বহু খুমদে তুমিল্লা কল্লি। মীরভাগী মভৌহু হায়রপ য়েংই। অঙৌবা গুলাপকুম্বী হকচাং অহু অপাবা শারি অমনা খুয়েৎ হৈনা য়েংলবসু হকচাংগী ফজবা নিংখিবা শরুকশিং অহুদি লোৎশিনবা ঙম-খিদে। ঙকশমদা শিন্নিবা মঙাল নাইরবা অমুবা মুং অহুদগী থক্তো-রকপা মঙাল অহু মহাক্লা লেংবা খুদিং তোম্বগী মীত্তা য়েবখি। কিনা কুপশিনবা থুংদ্রবা হকচাংগী অমদি পাম্বোমগী শরুকশিং অহু হৈ-শিংনা মুরবা শম্নাংনা কুপশিল্লি। মায়থোংগীদি অন্নাৎপা লৈত্রে, মহৌশানা ফজরবা মায়থোং অহুদা থুৎশেম্মা হৈ-শিংনা তৈশিন-য়েক-শিনবনি। খুদাংদা শিরিব। খুজিগী ভপ্পবা মুংশিরবা মখোল অহুনা তোম্ববু শুক্কাৎখ্রে।

মীরভাগী শকফম কয়া তোম্বনা উখ্রে। থম্মোয় শোক্লা কপ্পগী নিংবা কায়বগী, হরাওনা মোমোন নোকপগী. চিংলেম্বগী! শক্লোন কয়া কয়া। অহুগা ঙশিগী মহাকী শকম অসিদি করি হায়না লেপকদগে। চময়খি, তাখি, ইতিহাসতগী মুপীগী ফজবদা মুপা কয়া ঙাওহুনা লৈবাক ভুমখি হায়না। খনখিবনি— 'করম্বা পাংদবা মুপানো হায়না।' অহুবু ঙশিদি খঙলে, মশি শোয়দনা ওইখোক-লমগনি।

মীরভানা হোথে-হোথে তৌনা, "ঐ কুইরক্লোই লৈরমথো। নঙগা রারি শাম্নগদৌবা য়াম্না লৈ।"

থোইনু কৌহুনা চা শেল্লকউ হায়খ্রে । তোম্বচু মীরভাবু য়েংবদা রা থুমগনি হায়বা ফাও কাওখ্রে । মীৎ-না ইথক থক্লিঙৈ কুইবা য়াদে হায়না হায়হৌখ্রে । মতোমতা অমুকস্থু থল্লকই— ঐগী রাখল অসিবু করিনো ? মশিবু হৌনব্রা ? মুপী অনিথক্কী শক্তম মীৎমাংদা চেংথোরকখি । "সম্রা রানী অতুপা মীরভা !" মায়থোং নত্তনা থম্মায় অনি অসিগী থেন্নবা খন্দোকপা লুনা থোকনি । সয়াদি অশেংবা থম্মোয়গা লোয়ননা তোম্বসীদমক চেংথোরকখিবনি । তোম্ব-তনা লাপথোকচরকখিবনি । অতুগা মীরভাদি ! নোংমা মশামক্তা ভুক্কচনা তিন শিংলুই । তপ্পা তপ্পা অশেংবা অহুম্বা মচু থঙলকখি । লোয়ননা কাওবা ঙম্লরোইদবা মমি অমা তারকখি । পুন্সিগী অরা ম্নুংঙাইদা শরুক য়ানিংখি । অঙম্বা মঙেংস্থু পিনিংখি । অতুবু খুৎ হাংলবা ঐঙোন্দা করি মঙেংনো নিরক্কদবা থঞ্জখি । নিরকপা থোক্ল-বদি থরায় ফাওবা হাপকে থল্লি ।

থোইনুনা দদা চা লৈরে হায়রকপদা খংবগুম্বা থঙয়েং য়েংথৎলকই ।

"করি তৌরে দদা ?"

"ঐবো ? করিস্থু তৌদেনা ।"

"অতুগা অস্থুক কুইনা লাক্তবা করিগীনো ?"

"নথোয় মম্মামদা উন্নররোই হায়তুনা চেল্লবনি ।"

"করিগী চেন্নীংব্রা, দদা ?"

"মরম লৈ । নঙনা থঙলোই ।" ফাগি তৌই ।

"থরা হায়বীয়ুনে । দদা লাক্তবশে চে-চেস্থু মুংঙাইতবনি ।"

রা ঙাংদনা পেটিনুদা মুপ্পতমক য়েংতুনা চাহু চিংই ।

থোইনু হৌগৎখ্রে । চা চিংনঃ চিংনা মীরভাগী মরমদা থল্লি ।

ইকুই কুইত্রিবা মাল্লি, ৱাখল মথং মথং থল্লিহৈদা মীরভা হল্লক-পনা হাল্লে। ভাইহাক লৈরগা ফি হোংলদুনা চংলদুনা তোম্বগী মনাক্তা ফমথরে। অদুগা হংই—

"অসুক কুইবা অসি নঙবু করি তৌরুরবগে। চুকান্দসু লাকখিত্রে হায় ?"

"ঐ খুমদা লৈত্রে অদুনা ফরক অমা তারে।"

"কদায়দা লৈরিবা ? য়ুম খাদোক্লিবদি করিগীনো ?"

"ইমা লৈরিহৈদা ইস্কোলদু বস্কোপ থমখিবনি। ইমা লায়েংবগীদা শেল থরা হেন্না লৌশিল্লুরে। অদুনা মীগী ওইখ্রে।"

"অদুগা ঐঙোন্দসু পাউ অমত্তা খঙহল্লক্ত্রিবা করিগীনো ? মতেং থরতা ওইরবসু লৌরবা য়াইদনা।"

তোম্বচু খুম্লকখিত্রে তুমিন্না লৈখ্রে। মীরভানা মথা তারকই— "কয়া য়াম্বা শেনফম্নো ? ঐঙোন্দগী লৌরো, ইস্কোল পিথোকখিবচু নুং-ঙাইতে।"

"লোইনমক লোইশিন্নখ্রে। লৌজখ্রশনু। ঐনা ওল্লবা কান্দা অমোবা অমা লৈবা হায়বচুনি।"

"য়ুম অমা লৈতনদি ……।"

"ইতোমতগীবু করিসু খন্দে।"

হায়নিংবা বা কয়া লৈরবসু তোম্বগী রাহৈচুদা থেদোকখ্রে। অসুম্নতা হংই— "হৌজিক্তা কদায়দা লৈরিবা ?"

"চিংদা থবক সুফমদা লৈরি।"

করি ফাওরুব্রবনো মীরভাগী মায়থোংদা নুংঙাইতবগী মমি অমা তারকখি। অদুগা তোম্বগী মায়দা মুন্না য়েংই, তপ্না হাই— "পৈশা হেন্না ফংবগীরা ?

চুক্কান্দা য়াওবছ্ করি তৌরে ?''

"তৌফম খঙদনা চৎলুবদ্রা থেংনরুবনি । পৈশাগীদি খঙদে, নিংতম্বদি ফংই ।"

"উম, ফংলমগনি। থবক ৱারবনিনা হিদাকপু নিংতম্না থকই বত্রা ?" ৱাহৈ অসিনা হেন্না ঙকখ্রে । করম্না খঙলিবনো ? মরাল লৈরবা মীওম্না লুকথরগা লৈখ্রে ।

মীরভাগী খোঞ্জেলছ্ মীনুংশি, অদুগা মুংঙাইতবগী মতৌদা হায়—"করিগীনো পুম্নিবু অদুক লায়না লৌরিবা ? নোংমা নঙগী চিন্দগী ৱাহৈ থরা তাখিবদা ঐনা নঙবু য়াম্না থাগৎখিবনি । অচংবা ফজবা লিচৎ-শাজত্তনা লৈতেংবা মৈতৈ নুপা অমগী শক্তম ওইনা উখি । অদুগা করিগী ফত্তবা হৈনবাছ্ শিজিন্নরিবনো ? ঐনা উখিবা শক্তম অছ্ অরানবা তাহনগনু তোম্বা।''

হুরানবা ফারবগুম চেনকম লৈত্রে। তপ্না থুম্মী— "ঐ তৌফম অমা খঙত্রদুনা .. ... ।"

"নিশানবু মীওইবগী অৱাবা কোকহনবা ঙমদ্রনে ? মহাক্তি মীগী পুন্সি মাংহনবতনি । ঙশিদগী অমুক হন্না মছ্ শিজিন্নররোই হায়য়ু। নঙগী পুন্সিনা মকম খঙদনা মাংখিবছ্ পাম্মুই ।''

পাউখুম পিরুত্রবস্তু মায়থোং অদুদদি হায়রিবছ্ য়ানিংবগী মমিদি তারকখি । অদুগা— "হৌজিক হনখিগদবনি, থেংলনি । থোকত্রগে।"

"য়াত্রি, ঐগী ৱা হায়ত্রি ।" অদুগা ইমুংদা থুনা চংখি। তোম্বগী-দমক চানবা করিগুম্বা থরা শেমদুনা পুথোরকই । মশি মীরভাগী শেবানি । মহাক্কী চান্নজবা মরুপ অদুগা নুংশিবা মীদা মথুৎনা করিগুম্বা থরা শেম্নগা পিজবশি মহাক্কী পেজবনি ।

তোম্বনা— "গাড়ি ফরক ভাগমি ... .:. ।"

"করিগীনো অদুক তহাৱিবা ঙদুবো ?''

"ঙুমিং তাপ্রবদি করক তাখা মী য়াম্না খেংনৈ।"

"অদু ওইরগা ঙশি হনখ্রম্ন।" খোৱা শাদনা হায়।

খঙহায় হায়রোকখি— "কদায়দগীনো য়ারোইদা।"

মতৌথুদা নোক্লদুনা মীরভানা— "করাননোনে ?"

তোম্বম্নু নোকফেং তৌখি। মীরভানা— "ঐ রা অমা কায়গে য়াগেরা ?"

"করি রানো, হাম্না তাখিগে।" তোম্বগী হৈনজবী পাউখুমনি।

অদুগা তোম্বগী পুকচেল খঙলবী মীরভানি অদুনা হায়—

"য়াবা ঙমলোই হায়রবদি হায়ররোই। রা য়াংনবনি।"

"হায়ব্রবদি করম্না খঙগদোরিবনো ?"

"নঙনা ঙমলোইদবা রাবু ঐনা হায়গদ্রা ?"

মীরভাগী নমফুদা হোয় হায়রক্লবগী চক্রি অদু তোম্বম্নু খঙই। 'হোয়' হায়ব্রগনা রাশি মতাং অসিদা লোইশিনখ্রগনি। করিনো হায়রব; অদুমদি খঙনিংলে। হংদনা চৎখ্রগনা মীরভানা মুংঙাইহৌরোইদোরি। হায়রপ খম্বরদুনা — "হোয়, ঐ য়ারগে।"

মীরভানা নোকফেং তৌনা মামা ঙম্বগী মুংঙাইবদু ফোংদোকই। অদুগা হায় — "নঙনা লম লাপনা চৎতুনা থবক শুরুবদু মুংঙাইতে। ঐগী গাড়ি অমা লৈগে খল্লি। নঙনা খোৱীগে হায়রবদি লৈদোয়নি অদ্রবদি খোৱীনবা মী লৈতে।"

তোম্বনা তপ্পা "মীবুদি লৈনিঙ্গা।"

"অতোপ্পনা খোবদু ঐবা খোইম্নাংদবননি।"

তোম্বা য়াথল তৌনা কম্লি। অদুগা হংলকই— "করি গাড়িনো ?"

"নঙনা অপাম্বা অমা হেক্কা লৈগে।" হরাওনা খুম্লকখি। তোম্বগী পাউখুম অমা লৈত্রে। হাম্না হোয় হায়খ্রবনি। মীরভানা ঙমখে।

'মরুতি ভান' অমা লৌতুনা তোম্বসু লেল তানবা হৌরে।
স্কুলগী অঙাংশিং থিনবগী কংলকপা লেলশিংদু মীরভাদা পিশিল্লি।
তোম্বগী কংকম থোকপা শরুক্ত নিংথিনা মীরভানা থম্মী। ফিংবগী
মঙাল অমা উরক্রে। মীরভাগীসু পুক্লিং টরুম লুমজরে।

অদুবু মশিমদি মহাক অদুক লুথনা থম্বহৌরে, সমাজগী মীংয়েং
হায়রবা অমা লৈ হায়বশে। মপুং মরৈ কারবা পাম্বং অমা করিসু
থোক্তদনা লৈশাবী অমগী মনাক্তা লৈবা কক্কম থোক্কে। অমুক
য়াম্না চয়েংনবা ফজদবা অমা থোক্কনি হায়বশি থাজরম্লবনি। অদুগা
তোম্বদি কনাগুম্বী অমগী মরলসু ওইরমথি। অতুননি সয়ামা লাকুনা
মীরভাদা শাগনিংবা রাহৈ থরা হায়রথি।
"শোমগী মীং মীরভা, চুম্মীকো।"
"মাল্লি" ওক্না থুমখি। অমুক্তা শকউম্রিবী মুপীদুবু ওক্না ঙেংখি।
"তা-তোম্বা লৈরে।"
মীরভাদু ভাব তারকখি। তোম্বনা নোংমা রাম্নি লিখি।
হন্নাওনা হংখি—"নঙগী মীং সায়া ... ...। ভাইহাক কমশি, তোম্বসু
হল্লক্নি।" অদুবু সয়াগী রাথলগা কয়া থেম্নখ্রবনো। কনানা
লাল্লিববনে? উরুদবা, থল্লুদবা হায়বলিসু পাপ অমনি। অদুবু
থম্বরগা রাদু হায়রম্লবদি মীরভাসু পেক্করমগদবনি।

পুক্লিংগী পেন্দবা মুংঙাইদবদুনা হেনথিদুনা পেন্নি পেন্নি হায়রকখি—
"তা-তোম্বদু থাদোকপিরক্লো। শেলসু পায়দবা তা-তোম্বদগী কন্নি
তোংজবা ফংবগে।"

মীরভানা পাউথুম প্নিগে তৌরিঙৈদা অমুকসু হায়রকই—
"তাতোম্বগীদমক্তদি থরায় কাওবা থাদোকে থল্লিবনি।"
মীরভাগী পাউথুম ঙাইরমদনা হায়নিংবা থরা হায়রম্লগা মপি তৈথোক্তুনা
থোকখে,

মীরভানা থাম্লুনবগী থৌনাস্থ লৈহৌদ্রে। মশক খঙদরী ম্নপী অমা লাক্লগা রাহৈশিং অদু হায়রনবগীরা মীরভানা তোম্ববু হিংনবগী মতেং পিরক্নিবা। মশামক মরাল লৈরকনি হায়বশিদি করম্না খঙলুনি।

ম্নমিস্তু মীরভা অনাবা হেন্জিনখি। অম্নুক্তগী ঙমদে হায়দুনা প্রোগ্রাম ফাওবা চৎত্রিবনি। তোম্বনা হল্লক্লগা কোয়চেন চেন্দুনা ডাক্তর কৌদুনা য়েংহল্লি। মহৌশাগা মান্নদবা মীরভাগী মতৌ অদুদা তোম্বস্থ তৌকম খঙদনা উখি। থোইম্নুনা রারি লিগে তৌবদা মীরভানা ইঙ্গিংনা থামখি। রা থৈদোক্তুনা থোইম্নুনা হায়খি— "ঐদি ঙশাই ঈরুজরুম্ন হান্নবনি। চে চেনা য়াম্দুনা লুবনি। অদুন হেন্জিল্লিবনি। তোম্বদু লেপ্পুনা রা ঙাংদনা মুম্না য়েংদুনা লৈ।

## তরাম্নাথোইস্নুবা

সরকলোমদা ফাংলিবা থোংনাও অদু হাংলদুনা লম্বীগী অচৎ-অওকশিংদু য়েংলি। থোইম্নুনা থাও তৈরম্বগী শমশিংস্থ ইচায়-চায়না থাদোক্লি। লম্বীদুদা চৎলিবা মীগী শক্তমশিং তোংঙান তোংঙাল্লি। লম্বীদি অমত্তনি, অচৌবা মচা, অন্নানুবা অমোংপা, লাইর-ইনাকুথুনরগী চৎফম্নি। মচু লংলুবা গাড়ি অদুনা লম্বীগী অমোংপা লৈথোমদু থোংনা চৎলিবা মীদুদা চাইশিনবীরম্মী। উপায় লৈতনা লেপহৌরিব: মীশক অদুগী থল্লুবদা মীরভাদা ম্নুংঙাইতব: অমা ফাওখি। থল্লকখি—ম্নুপা অসিস্থ গড়ি থৌদুনা চৎলম্নবদি লৈথোম চোংলমলোই। মরালদি থোংনা চৎলুবা মহাক্নীনি।

সয়ান্না ঙাংলম্না রাহৈ থরা অদুনা মীরভাগী হরাও তরাম্না পুন্না মাংহনখ্রে। তোম্বদা সয়াগী রাম্নি শাই। অদুবু তোম্বদি পাউথুম

পিরম্নদনা থোকখি। মতাং চাদনা সয়াগী রারী হৌদোরক্লিবা করিগীনো হায়দুনা তোম্বসু খঙ্গে। মহাক রাখল খল্লিবনি।

মীরভানা মুংঙাইতবদি মশাগী পুন্সি অহুবুনি। হরাও তয়াম্না তম্বীরম্নদ্রবা লাইবক অহুবুসুনি। মহাক খঙলে— "পুন্সি" হায়বশে করিসু নত্তে, তাঙ্কক খুদিংগী চৈথেং অমমম লোয়নবহুনি। থোইন্নুনা মীরভাগী মথায় মুংঙাইতবহু খঙই অহুনা মনাক্তা লৈহুনা শমহু মঙং-মঙংগী ফজবা য়েংহুনা অমুক শেম্মী, অমুক লৌথোকই তোহুনা শাম্নে। মীরভা রা ঙাংদ্রবসু রাখলনা উংহুনা ফমলি। মতোমতা খনফম তৌফম খঙজদবনি। শাওরফমসু লৈত্তবনি। খনবা মখৈ খল্লবা মতুংদা চৎথোকপনা ফৈ খন্দুনা কি হোংলে।

থোক্লকপদা ফমফম কা অহুদা মুপী অমা ফমহুনা লৈরম্বহুদা ঙকই। অহুবু হংই— "কনা উন্নবীগদবনো ?"

মুপী অহুনা— "ঐগী মীং ইন্দু …।" "সয়াগী মমাম্নবীনি।"

মীরভাসু নিংশিংনবা হোৎনৈ। নোংমা তোম্বনা তাকখি। তোম্বগী কলেজ তম্লিঙৈগী মরুপনি।

"করি থবক্তী ওইবীরবনো ?"

পাউথুম পিদনা ইন্দুনা কাহু হায়রপ কোইলৈ লৈহুনা য়েংলগা— "মশিনবু ফরেদা, ইরা রাদনা পৈশা পায়বা।"

"ঐহাক খরা থুরে। হায়বীনিংবহু হেক্তা হায়বীয়ু।"

"ঐসু খঙই। ওফিসার কয়াগী থম্মোয়বু অপেনবা পিরুপদৌরিবনি। অহুবু ইন্সপেক্টর ইন্দুদগী খরা চেকশিন্না লৈবীয়ু।"

"পাম্বীরিবহু করিনো ?"

"মরমদি য়াম্না লৈ। ঙশিদি মরম অমথক্তী লাকপনি। তা-তোম্বা অমুক্তা উন্নগে।"

মীরভাস্তু খুম্মী— "তোম্বদি খরা থেংলক্কনি "

"সয়াগীদমক করিগুম্বা খরা হায়নিংহুনা লাকপনি । নুপী মসেন্নী অদোমস্তু খরা খন্থবদি কৈ ।"

"ঐ ভাব ভাজদ্রে ।"

"নুপাবু অপামবা ফারগা খমখশিদি মীনা ফজন ঙাংনরোই । তোম্বহ্ থাদোকপিথ্রো ।"

"মকমশে ঐগী য়ুমনি । মা ঙাংবদা খরা খন্থরগা ঙাংবীয়ু ।"

"অতোপ্পগী চিন্দগী ফজবা রাহৈ তানিংলবদি তৌখোরকপা অদুস্ত মীনা তমজনিংঙাই শাজং চংপিবা তাবনি ।"

"ঐগী শাজং অতুগা হিংবগা অদোমগা মরি লৈমন্নমলোই খল্লি । তোম্বগী রাকম ওইবীরবদি মশাম্বা ঙাংনবীয়ু । মহাকপু ঐনা ফাজিন-খিবা লৈখিদে ।"

"নুপাগী অশোনবা অতু ফাজিন্দুমা থম্লগা করম্না নাস্তোকপা ঙম্ম-দোইনো ?"

"ঐদি পুকচেল অতুক য়াম্না পিকপি নুপী নত্তে ।"

"নখোয়দদি নুংশিবা হায়বশে তাবদম্ব নোক্লিংলমগমি ।'

মীরভামা শাওগংপা য়াওদনা— "হিংবদদি নুপী ঐখোয়শে চপ মান্নগমি । নখোয়না ফজরবা প্রোফেশন অতুগী মখাদা কুশি তৌবনি । শেংলিবা উনিফোর্ম অতুনা মীয়ামদগী শন্নমান ফংবমি । থাংলিঙং খোংথাংদি চপ মান্নে । হিংনবগীদমক্তনি ।"

ইন্দুনা ওক্তুনা— "নমথাক তৌহুনা তানবা শেলগা হমাংমম্না তানবা শেলগা মান্নবা য়ারোই ।"

"মুম্না খন্থরবদি তাল্লিবা শেল অতুগী শিজিন্নফমদি চাকথাউগী ঙাক্তমি "

"মী অমবু হাৎলগা ইশাগী পুক থলহনবগী মিয়ম ঐখোয়গীদা য়াওদে।"
"মুপাশিংনা ভাব তাবা রাৎপদগী ঙাংনয়বসু মুপী ঐখোয়দি থরা ঙাকথোক—ঙাকশিন য়েংনবনা ফগনি।"

"সমাজ অসিবু মশক থিহন্নবদি মহু চুমথোকপদা করিসু কায়দে"
"লাল্লিবসি কনানো? খঙদোকপিবা অমদি চংবা তায়।"
"মহু ঐখোয়গী ইথৌগী মনুং চল্লি।"

করম্বা মতমদবু হল্লকখিবনো। তোম্বহু ঙাংনরিবা মফম অহুদা চংলকই। অনিমক তোম্বা উবদা ঙক্না য়েংই।
ইন্দুনা—"তা-তোম্বা ঙাইহ্নিবনি।"

"করি লৈবগে?" খোন্দাহু কয়া ফজদে। হায়গে হায়দুনা হায়রকপা মাল্লি।

ইন্দুসু—"তা-তোম্বদি মহৌশাগা মান্নরমদ্রেদনা।"
"অহেংবা মীওইবনি। ঙক্লিংঙাই ওইত্রনে, ইন্দু।"
ঙাংনরিবহু তাবদা মীরভা ঙক্না ফমথখি।
ইন্দুনা—"সয়ানা করি লানখ্রবগে? মহাক্না হায়জরফাওবা মীরাইবীরিবা করিগীনো?"

"মহুসু ঐঙোন্দা তাক্টনফম খোকপ্রা?"
ইন্দুনা তপথরদুনা—"সয়ানা তা-তোম্ববু খঙথিবা, ঙাইজখিবা মশিদি শাশিন্নবা ওইরোই।"

"ঐদি মহাকপু থাদোক্লগে থন্না থম্রবনি। মহাকী হেন্না য়াইফগদোবা পুন্সি অমদা হিংখিবহু পাম্মী।"
তোম্বহু মুংগী মুত্তিগা চপ মান্নখ্রে। মচি লেংহনবা কনানসু ঙম্নরোই।
ইন্দুনা - সয়ানা অরুবা কিভমদা তারবসু করিসু তৌবীবা ঙম্নরোইদ্রা?

তা-তোম্বা ? সয়াহু ... ... হায়রগা ইন্দু তুমিল্লা লৈখ্রে ।
"সয়া করি তোরে ?"

"মখোয় পাবুংনা শিন্নুনা মহাকপু লুহোংনবা তৌবনি। সয়ানা সুকয়া য়াম্রবা অত্তদা মুপা অহুনা লম্বীদগী মহাকপু ফাখিবনি । লাইবক ফহুনা পাউ থুনা ফংবদগী মখোয়বু ঐনা ফংখি । হৌজিক মুপাহু পুলিস কস্তদিদা লৈরি । অত্তগা সয়ানা ঐগী ইনাক্তা থমলি।"

মীরভাগা তোম্বগা ওক্না ইন্দুদা য়েংই । "তা-তোম্বনা মহাক্কী পুন্সিবু কনবীদ্রবদি ... ... ।"

"ঐনা করি তৌ হায়রিবনো ?"

থাজদনা কদ্রক-কদ্রক লাওনা খুম্নকপা তোম্বগী পাউথুম অত্তবা ইন্দু-বলাহু লুকথগ্রে । পাউ তাগ্রিবৈদা ভাংলম্নবসু পাউ তারবদি থৌনা ফনা সয়াগীদমক লেপ্পীরকদ্রা থল্লুবনি।

মীরভানা—"অহুম্না খুম্নবা ? রাযম অসিবু অরাইবরা ?"

ইন্দুসু মীরভাদা য়েংলকই । রাহৈশিং অত্তুমক মীরভানা হায়রকনি হায়বসিদি মহাক্না আশা তৌখিদে । অত্তুমকসু ফজদবা রাহৈ রাতা কয়া ভাংলুরিবনি ।

তোম্বনা—"ময়াম্না পাম্লিবহু ঐ থওই । অহুবু ঐসু ইশাগী ফিরেপ লৈজবা মীনি ।"

ইন্দুনা—"তা-তোম্বা রাফমশে সয়াগীনি। অতোপ্পগী নত্তে।"

"ঐ থওই । অহুবু খুদক্তা পাউথুম পিবা ওমলোই ।"

মীরভা—"অরাবা তারগা লৈথোক্নুনা চেনবা অহুবু করম্বা মথক্কী হুংশিবনো ?"

"হুংশিনদদি নক্ক-হাকু হায়বা থবক অসি য়াওফম থোক্কে ।"

ইন্দুনা পুক্নিং হুংশিনা— "তা-তোম্বদা সয়াগী রাফম থরা হায়রবশিবু য়াম্না লাল্লব্রা ?"

তোম্বস্থ ইংথরকখি অতুগা— "ঐগীস্থ হায়নিংবা থরা লৈ। খুড়া টবুংঙোনা পামজবা মফম অতুদা লৈখিবনা হেন্না য়াইফগনি। ঐবু লান্না খনগন্থ।" তোম্বা হৌগত্তুনা থোকখ্রে।

উপায় লৈতনা নুপী অনিতু ফমহৌরে। মীরভানা তপ্না হায়রকখি— "ঐ তোম্ববু ভাব তানবা হায়গে। মহাক শোয়দনা লাকচনি।" ইন্দুহ রা মথা তারকখিদ্রে। লুকথতুনা হৌগৎকনি কাওবা মখে ফমলি।

অমমবা অতুদা ফমতুনা তোম্বা মংলাক্করি। মহাক্না চংলকপদা মীরভাগা ইন্দুগা শান্নরিবা রারিতু লোয়না তাহৌথি। ইন্দুনা মীরভাদা থল্লিবা রাখল অতুমক ফোংদোক্লমত্রবদি মহাকস্থ ইন্দুগী পেন্নবা পাউখুম পিরম্বা য়াবনি। মখোয়গীদমক তোম্বনা ইকায়বা পোকখি। মরম চাদনা সয়ানা ঙাংলম্বতু থোইনুদগী তারে। শেংদোকফম থঙদনা লৈরিবনি। মখোয়না করি হক লৈতুনা রাহৈ অতু হায়রিবনো ? ঐনা ইনিং তপ্না থাংবা খোংথাংদা মখোয়না য়েৎলিবা করিগীনো ? মীরভাবু অরানবা তাহন্দুনা মখোয়গী নিংবা থুংহনবা তারিব্রা ? অতুগা সয়াগী মফমদা ঐগী রাহৈ অতুমক হায়বদি চুমলিব্রা ?

"করি তৌরে ? অমম্বদা লৈরিবশিদি।" মীরভানা ঙাংনা ঙাংনা কাগী মৈতু থাল্লি। তোম্বা খুমদে। খুত্তো থদাং শৌরতুনা ফম্লি। মথা তারকখি— "নঙনা খুমখিবতু য়াম্না ফজদবা রাহৈনি। সয়াগী মনাক্তা চৎলুবনা চুম্মী।"

'মখোয়গীদমক্তদি মতিক চাবা পাউখুমনি।"

"নঙনা শাওনিংলিবতু কনাদনো। মতুগী মতম নত্তে। সয়ানা থল্লম-পদবতু ঐদি থঙই। ঈরাক্করবা মী অতুনা চিংখৎপিনবগী মত্তং অমথক

পাম্বগী মৌয়াংবছু ঈয়াক্রিবা নঙনদি খঙলোই। মীশক অতু কংবদা ঈশ্বরনি হায়না থনগদৌরিবনি।”

“মীনা নীরুকপা খুদিংমক ঐনা লোইনা পিকম থোকপ্রা ?

“অতোপ্পা মীনা নিরুকপদি নত্তেদনা। অতুগা মুপা খুদিংমক্তা সম্মানা নিরুবস্নু নত্তে।”

“ঐ অমগী মতেং লৌবা লাকপদা অতোপ্পা মী অমবুস্নু লান্না উবদি অচুম্বা নত্তে। ঐ অসিবু মখোয়না শুইহন্নীংবা মগং অতুতা শুইগদব্রা ? ঐ লোইনা খঙই। মখোয় অনিবু বরা রারোই।”

মখোয়না অশেংবছু করিনো খঙলম্লবদি করিগী অতুম্না শাংলক্কদগে। ঐগী ইনাক্তা লৈরবদি লান্না উবা হায়বশিদি হৌনশানি। মতুগীদমক ঐনা শাওরুখিগম্রা ?”

নোকফেং তৌনা হায়রকখিবা রাহৈ অতুনা তোম্বগী থম্মোয়বু শোক-হনখি।

মীরভানা তম্না— “মঙবু পাম্মুজতুনা কংনবা তাম্নরকপদা ঐঙোন্দা খরতং থেংনম্বতনি। লক্ষ্মী অতুদা ঐম্বু লেপ্পুত্রবদি চৈথেং অতু ফংলমলোই।”

“ঐম্বু ইশাগী লক্ষ্মী খঙই। ঐহাক মীশুই অমত্তগী রা তাররোই।”

মীরভানা মোমোন তৌনা— “ঐনা কৌরক্লবনু।”

লৈশিল্লকুমা মীরভাদা য়েংলকই অতুগা হংলকখি—

“ঐবু করি তৌ হায়বনো ?”

“নঙনা সয়াগী পুন্সিবু কনু।”

মুম্না থনখি। তাইহাক লৈরগা— “মতুমক ঐবু পাংথোকহন্নীংব্রা ?”

“ । ঐগী মীৎনা মতু উবা পাম্মী।”

কুইনা রা ভাংলক্রবা মতুংদা হংলকই— "হায়রিবতু ইন্দ্রগমা ঐবু করি ওইনা খনবীগনি।"

"ঐ নঙবু য়াম্না শাওগনি।"

অতুদগী তুমিন্না লৈনখ্রে। রাহংসু পাউখুমসু লেপখে। ভাইহাক অমুম্না লৈরবা মতুংদা মীরভা হৌগত্তুনা খোকখ্রে। তোম্বনা খোকখ্রিবতু মুম্না য়েংতুনা লৈহৌই।

তোম্বগা মীরভাগা ইন্দুগী লৈফমদা থুংলরে। খন্দুনা লাকখিবা অতুগী ওন্নঃ তৈনবদা সয়ানা তোম্বগা উন্নৌ য়ারকখিদ্রে। ইন্দুনসু ফনা খেশ্মী অতুবু সয়ানা থোং হাংভু রাখিদ্রে। ভশিংদি ইন্দুতু মীকৌ লাকৌ কজৈ। মীরভাগী আশা কায়রে। তৌফম খঙদনা ফমলি।

তোম্বসু তৌফম অমা খঙদ্রে। মহাকপু শোয়দনা রায়ৌরমগনি খল্লি।

"মহাক্কী রাখলশি করিনো, ইন্দু ?"

"মহাক্কী রাখল হোংলবা মাল্লি। ভরাং ঐন্না হল্লকপদা বীক্রমতু থাদোকপিগ্রো, তাসিত্তমক হায়রকখি।"

ভরাং তোম্বনা থুল্লকখিবা পাউখুম অতুগা ভশি লাক্লিবা মওং অসিদা সয়াসু মশাগী ফিংেপ লোজখিবনি। মহাক্না তোম্ববু মুংশিজবনি। ভশিংদি অশেংবতু ময়েক শেংনা খঙলে। চৈঙাক অমগা লোয়ননা দন্দি ওইনা লেপ্পীরবতু নত্তে, মহাক্না পামজখিবদি। সয়াগীদমক ঐ লৈরি হায়তুনা থম্মোয় শেংনা লেপ্পীরবতুনি।

পংজরুবা থম্মোয় অতুবু মত্তোমত্তা রায়ৌনা পি চেন্থরকখি। উপায় লৈতনা তোম্বা হল্লকখি। অরোইবা ওইনা হায়রম্মী— "ইন্দু ঐগী রাহৈ খরা শোয়খ্রে। মহাক্কী রাখল হোংলক্রবদি মাগীদমক ঐ লৈরি হায়না হায়বীয়ু।"

মখোয় চৎখ্রবদা ইন্দুনা সয়াগী মনাক্তা চংলকপদদি সয়াতু মখোল খোক্লা কপ্লকখি । ইন্দুনা থেমজিনবীখি— "নঙগী রাখল ফিরেপ অতু ঐনস্তু য়ানিংই]। খোংথাংছু তশেংবা চুম্লবনি ।"

খা খরগী মতুংদা সয়া বীক্রমদা লুহোংগ্রে । পাউতু তাবদা তোম্বস্তু মথায় মুংঙাইতবনা নোংমা-নিনি মপান কাওবা খোকলুজ্রে। সয়াগী লমন শিংবা ঙমহৌদনা চৎখ্রে । হায়নিংবতা হায়বা ইঙাও ঙাওজবী সয়াগী মতৌতু নিংশিংলকখি— তোম্বনা রিক্সা থৌই হায়তুনা শাওনা মচিন পৈখোক্তুনা হায়খি— "রিক্সাশি য়াম্না থৌনিংবগী রারো ?"

"করি কায়বগে ? রিক্সা থৌববু ।"

"তা-তোম্বদদি কায়দবা । ঐঙোন্দদি য়াম্না কায় । ইমান্নবীশিংগী মমাংদা ইকায়দবোই নিংত্রা ?"

"অতু' ওইরগা মশক খঙনদে হেক হায়য়ুদনা ।"

সয়াগী চমজবী মতৌ অত তোম্বনা নিংশিংদবা ঙমখিদে। অরোইবদদি ঈশ্বরদা নিজখি— "মহাক অরাবা মশক খঙদনা পানবা ওইশনু ।"

## তরানিথোইশুবা

মেমীস্তু নর্শ তম্বা লোইতুনা থোরক্লে। মচেগা ফম্মিন্নতুনা রারি রাতায় শান্নত্রি । থাভত্রবা মঙংদা আশা পুম্বা থুগায়রম্লগা মাগী মুংশিনবা মীশক অতুগী মতুং ইনগ্রে ।

নিতি নিয়ম কনগুব ইমুং অতুদা মেমীনা মনেম মকু য়ানবা চৎলুবা ঙমগত্রা । মশিংগীদমক রাজখি । পাউতু তাবদা বীমোলস্তু মৈ হৌনা শাওখি । হৌনবীনি হায়তুনা মচেনা তপ্পা ফাথবীখি ।

থুা। থরগী মতুংদা বীমোলসু লোইহনা থোরক্লে। মীরভানদি মথা ভুমথরবা হায়রমি। অতুমু বীমোলনা য়াম্রে। থরক অমা তৌরগা মচেগী মতেং পাংলগে থগ্লে। বীমোলনা মচেমু থজবা নিংজবতু উবদা মীরভাগী অরাবা পুম্মক কাওথোকখ্রে। মীরভাগী থম্মোয় ইপেন্দ্রা পেঙথি। চমিং তানা শর হোন্দোকছখি। মৌ-প্রাগীদমক থরক রানেমখি।

হৌজিক্তি বীমোলসু রারীহু করিনো অশেংবা থগুলে। ময়াম্না হায়নিংবা হায়জসনু, মচেনা মথোয়গীদমক যৌবনগী পুন্সি কাওথোকহুনা মী অমা ওইনবা হোৎনরকথিবা তয়াউনা লৌখিদে। থাংলকথিবা খোংথাং থুদিংদা মচেনা থাংলকখিবা চৈনা বীমোলগী নিংশিংবগী মরক্তা হেক-হেক য়াওরকখি। মচেবু মীরাইবা ভমখিদে। অহুনা তোম্ববুসু ময়াম্বগুম থগে।

মৌপ্রাগী লাথল অহু থগুবনা অরাবা কাওথোকহুনা হৌংনজমম মহৈ কংলে থজখি। হৌজিক্তি মীরভানা কনাবুসু কিরক্রে।

অহুবু মতাং অহু নাম্হোকপা য়াদবগুম্না ইনাক কৈরাক থুরবা শাগৈ জাং চাওথ্রবা ইমুং অমগী মচান্নুপী পুহনা লাকখি। মীরভাগী হৈনিংবা মাংখ্রে। মেমী চংখিবদদি অসি য়োৌমা সুংঙাইতবা ফাও-খিদে। আশা তৌজরম্বা মৌপ্রানা নুপী থিরকপা অসিদদি মীরভাগী আশাসু কায়খ্রে। অচৌবা শাগৈ অহুবু হঙোয়জখি। থনখি—
"বীমোল থম্মুদেদকো।"

সয়ানা লুহোংখ্রবা মতুংদা নোংমা ইন্দুগা তোম্বগা খেংনৈ। ইন্দুনা ভমলিবা পাউহু মুংঙাইবা পাউ নত্তে। তোম্বনা তামিংবদি—
"সয়া য়াম্না মুংঙাইনা লৈ। মপুরোইবনা লুনা তৌবী রাহেশিন্নি."
ইন্দুগী পাউদা, বীক্রমন সয় লৌশিনহু কলেজ ভমলিদৈঙ্গা মী

উশিঙ্খবগী লোগে হায়তুনা লৌরিষনি হায়বা রাইে অসিনি। তোম্বনা নোংমা বীক্রমতু কিন্না থিনখি। মতুগী মলোম লৈরমলিবজাংনিদনা। রাতু তাবদা তোম্বা মশামক খঙ্গে— "মশামক পাপ তৌবা মঁ অমা ওইরব্রা ?"

লম্বীদা গাড়ি য়ারক্রতুনা শেম্লিঙৈদা ইন্দুগা সয়াগতু লাই খুরুম্বা চংলুখদগী হল্লকখি। তোম্বা উবদা গাড়ি থাংতুনা চংশিল্লকখি। তোম্বতু সয়াগী মশকু উবদা থাজদবনা কোগমি কাংখি। মচৌশাগী কুলৈ কুচুদা লম য়োনা ফজবী, খিক্তুং নোকপদা রাশি মতুম-মতুম কেল্লি হায়নবী সয়াতু ওইরমগ্রে: রাশিগু মাংখ বকুম তৌরে। মায়থোং অতুগু মায়তিংনা থন্না শন্দোকখে। মতুম পুম্নক্কা মক লামজবী মায়থোংতুদা নোকপগী মমি মাংখে। মখাংগু কংবনা লোইরে, অতুগা মশাগু রাই শংক্রমানে। সয়াগী পাপ অসিবু তোম্বনা পুক্‌ম থোক্লিব্রা ?

তোম্বনা হংখি— "সয়া মুংঙাচরিব্রা :" হংনবী রাইংনি। পাউখুমতুনা :পেনগনি থনবদি নত্তে।

অতুবু সয়াদি পুক্লিং অতু ইনৌ মোথোকখ মাগে কপীংবগী মমিনা মায়থোং অতুদা তারকখি। পাউখুম পিরকখিদে। ইন্দুনা হংলকখি—

"তা-তোম্বদি কমদৌরি ?"

তোম্বসু পাউখুমদি পিনিংদ্রবনি অতুবু খুশী- "অসুম হিংজি।" করি লাই খুরুমলুরিবনো ?"

ইন্দুনা— "সয়াগী লাই খুরুম্বা চংমিন্নরুবনি। ইনৈতু মথোং নাতুবা চংপা ওমগ্রে ঐবু ঙাইহাক্তা লাকউ হায়তুনা, চংমিন্নরুবনি।"

"বীক্রমতুবু খরা ঙাওবা করব্রা ?"

সয়াদি তুমিন্না লেপলি । ইন্দুনা নোক্নুনা— "কৈদৌনি, হৌজিক্কি চেনবস্নু য়াদবনিনা বীক্রমগী য়ুম্নী গ্রাস পুথোক পুশিন তৌহুন্না লৈবা ত্তাবনি । লৈনিংদ্রে হায়দুনা য়ুমদা লাক্লে, কজদবশি মুপীতনি।"

নোকফেৎ তৌনা হায়রকপা ৱাহৈশিং অদু তোম্বগী থম্মোয়দদি মচিন তুমবা পোৎকুম্না কম্না থিল্লকখি । সম্নানা করম্না লেল্লিবগে হায়বা খঙলে । মপুরোইবগী মীওৎ মীনৈদা সয়াদু খাংবা ঙমদনা লোম্না কপ্লমগনি। মদুগুম্বদু মহাক্কি থেংনজরকপা নত্তে। লাইবকীনি থল্লগা খাংবস্নু ওইরমগনি। ইপা ইপুগী ৱাহৈদা 'মুপা ফত্তবা শিবা ঙাইবা' হায়বদুস্নু ওইরমগনি । তোম্বদু মশা মতোমতা পেঙদবা মাল্লি ।

অহানবা ওইনা সয়ানা তপ্না খুম্মী— "হৌজিক্কি অদুম হৈনরে । মশাগী হৈনজবী মঙংনি খন্দোকলে ।"
সয়াগীত্থ মপুরোইববু কল্লিবা হায়বদু ওইরমানে। মুপীগীদি মপুরোইবনা ঈশ্বরনি হায়বদুদা থাজরবস্নু ওইরমগনি । মুপী হায়বগী ৱাহন্দোক্কি অরাবা খাংবা হায়বা ওইরম্বা ত্তাই । অদুনানি চৈনা খাংলিবা ।
গাড়ি কাখৎলমদাইদা হায়রম্মী— "ঐনা তা তোম্বগী পোৎ অমথক পিগে হায়দুনা থম্মি । ইন্দুদা শিন্নরক্কে শোয়দনা লৌবীয়ুকো ।"

চংলগে হায়দুনা মখোয় অনি গাড়ি কাখৎখ্রে। তোম্বদু হোয়-মায় হায়দনা সয়াবু য়েংদুনা লেপখি । অহোংবা অওনবা ! মশিস্নু মুপীদনা হেন্না ময়েক শেংনা উবা ফংই । মখোয় মশানা ওম্নীংদুনা ওল্লিব্রা ? নত্তে, চৎনবীননি, সমাজ অসিননি । লৈশারিঙ্গেগী মনিং তম্বদু মৌ ওইরগদি নমদুনা লোখোকপিখি অদুগা মুপাদি কুশিনি।

গুন্দা শাবা বীক্রমগী মকমদগী করম্বা মীমুংশিনে। সয়ানা ফংলিবা। ছিদাক থক্ত্রিমখৈদি বীক্রম্না মাগী মুপীবু মীনা ৱাহৈ অমা ফাওবা

হায়বা য়াদবমখৈ খম্বন চাউজে। শেবা ফাওবা তৌই। হিদাক ভাওবা মুমিত্তুদি পুম্নমক অসিগী ওন্না তৈনবনি। ভাংখিবশিনা মী অহু মনাক্তগী হেন্দোকপস্থ য়াম্নোই। মশক উদবদা হঙ্গিন হঙ্গিন কৌরক্কনি। হিদাক ভাওবা খুদিংগী কাওবা লৈতনা হায়রিবা রাহৈদি— "নংনা ঐবু মুমিং নিনি পুলিস কত্তুদিদা খম্বা! বীক্রম কনানো খঙভ্রো? ভম্নবদি অহুম ভমলোদনা। লুহোংবহু নশানা য়াম্রে মাংজন্নিবশি কনাগীনো? নঙনা মী উশিত্তবা অহুগী লৌগে হায়রুনা লৌন্নিবনি।"

অহানবদদি সয়াহু পেন্না কপচরম্বনি। তোয়মল্লক্কবা অহুদদি থোইনবু খল্লক্রে। অনৌবা রাহৈস্থ য়াওরোই ভাংখিবহুনি হঙ্গিন-হঙ্গিন হায়রিবা। মতম অহুদদি চপ য়ুংনা খনখি— "নোং ভানবগা কদায়দনো চংখ্রগে। অস্নুম্না লেনবা পুন্সি অসিবু করি তৌরুগদগে।

নোংভাল্লগদি জ্ঞান তানা ভরাংগী ওংখি নৈখিবগী মমি মচেৎ অমা ফাওবা তাহন্দনা বীক্রম্না হায়রকই— "নশাহু মুংভাইত্রবদি ভাক্তরগী মনাক্তা চৎলুশি।" সয়াহু রা ভাংদনা তুমিন্না কমুংদগী মখোং য়াম্বহুনা ফমহুনা লৈ।

মতৌ অহুদদি ভরাংগী লেপখিবা রাখলহু মাংখে। খোং খাংদোকপা ভমখিদে। অস্নুম্না হৌখিবা ভাক্তনি।

মীরভাগী ইমুংদা বীমোলগী কুপী লাকপদগী অহোংবা অমা লাক্লে। ইমুংগী মীওই খুদিংমক মীনাই ওইনা উরকখি। মীরভাগী মতেং পাংজরবস্থ থোইনবু মনাওগুম্না লোইনরকখিবনি। সারদা লাকপদগীদি থোইমুহু রা ভাংবদি ভমজদনা নমশিনবীরিবা খবক ময়াম অহু নঙনবা হোৎনবদা রাজবহু মীরভানা লাইন' উবা ফংই। অহুদগী হেন্দোক্তনা তোম্ববু মখোয়গী ইমুংগী ড্রাইভর ওইনা খল্লি। য়ারিমখৈদি খঙশিন উশিন্নদনা মীরভাম্ব লৈরিবনি। 'মহাক্না র হেক কাংখোকলুবদা অচৌবা রা অমদি খোকদৌরি।

থোইমুজি পেহৌ-পেহো পাউ তম্বা হৌরকখি। মশামা ঈরুজ্ঞ-বগী তুম্বা কি ফাওবা মীনাইনা শুহনবা, ময়ুমদা তৌরকপা মঙং-মতৌহু সিদমু তম্লকখি। মচন মুপীগী মওংহু য়ানিংত্রগমু খোইমুবু থেমজিনবীদুন। হায়—

"হোয়, হোয়। ঙমলিবা মখে খরা তৌবীয়ু। মহাকমু শংদহুনা ভৌরিবা ওইরমগনি।"

অদুগা ব্যভার য়াওদনা তোম্বদা থৌদারিবা, মহাক্না চৎনিংবা মফমদা থিলহনবা মতৌহুদি তশেংনা য়ানিংদে। তোম্বমু রা ঙাংদনা অঙাংনি খল্লগা অনিংবহু থুংহল্লি। তশেংনদি তোম্বহু হৈনত্রে হায়বা মীরভামু খঙই। মোংমদি হায় - "ভোম্বদি ইমুং অসিগী মী ওইনা খনগ-দবনি। নঙনমু অঙাংনি। ব্যভার য়াওনা রা ঙাংঙ্।"

সায়দাহু ফেৎ নৈথোক্লুনা ইমুংদা চংখি। অদুগা বীমোলগা করি করিনো খরা ঙাংনখি। রাশি মকা ফোংদনবা, তোম্বনা তাথ্রগা মুংঙাইরোই খন্দুনা মীরভানা কুপশিন্নবা হোংনবনি।

ঙশিদি মীরভা রাখলনা মশাহু ইহে হৈনিংবা কাওত্রে। ইমুং-শিগীদি মহাক্না অহলনি। অমুম্না উৎথোকপা য়াবমু নত্তে। হকচাং চনবা মীংশেল অদুগী মমাংদা ফম্লদুনা উরিবা মশাগী শকফম অদুবু খুৎনা তপ্না নান্দুনা য়েংজে। পিস্নুমদগী হাইথরকপা মীৎপানগী শরুকশিংহু সুপচিনবগী মমি নৈরে। মহৌশা নৈ হায়না খঙলমদবা চাইরুংগী শরু অদুমু হৌহিক্তি ময়েক শেংনা উরে। তগুপ-তগুপ উচান মনাওম্বী হায়নরম্বী শম্লাং অদুমু মতম লোইরমানে ময়েক মহাও থোকখিত্রে। মশক মওং হোংদ্রিবা হায়ববু য়েংথংবা খজায়দগী হায়থরক্লগা পিদাফমদা থুংলিবা রাশি হাপ্পা শমক্রু অদুতা ঙাইরে।

হায়নৈ, পিদাফমদা থুংবা শমক্রুদি নিংবা কায়নিংঙাইনি। অরাং-অনা নংগল্লি। অদুবু মীরভাগীদি শমক্রু অসিনা পুক্লিগী লাইবক

লৈপ্পা ওইনা থোক্লরে। হিংনবগী লানফমদা লানকম থুদিং মায়োক্লতুনা লাকপদা তশেংনদি চোকথরবনি। লানফমশিং অতুদগী শোকলকখিবা দাগফমশিং অমুগী চৈমাদি নিংশিংলুবদা খাংবা মরবা চৈনা ওাক্তনি। দাগফমশিং অদুদি পুন্সিদা হিদাক ফনা তোহুনস্নু কোকপ ওন্নরোইদবা দাগফম ওাক্তনি।

কম্বিকগীমো ওশিদি হোৎরবা থোদোকশিং মথং মথং নিংশিংলক্লে। ছন্দক মরক অমি অম্মুক্তা ফাওখিদ্রিবা, হায়দোককম থওদবা নুংওাইতবা অমা মঙোন্দা ফাওই। হৈনিংবা য়াওদনা শন্নাংহু তপ্পা মান্থে। অহৌশা ফংবা বার্তোন্দগীদি হৌজিক্কা মশিং য়াম্না হন্থরবনি। হৈনিংবদি য়াওদ্রে অতুবু তপ্লি-তপ্লি শেং চাগদোবা কি লৌথোক্লুনা শেংচিন ইনশিল্লি। থংনরিবা কাদগী লাওম্বগী খোঞ্জেল তারকই। থোইনু চংলক্লুনা মীরভানা শেং ইল্লিবতু মতেং পাংই। মীরভানা লংথোরকপা ফিশিং অতু লৌখত্তুনা থুপচিল্লি।
মায়থোংতু ইমক মকশিন্না থোংজিন্দা লেপ্লহনা তোম্বনা— "গাড়ি থোদোকপা ম্নারব্রা ?"

খোম্থোক অদুগা রাহে অতুগদা ওক্না য়েংলকই। শাওনিংবগী খোম্থোক অমগা লোয়্মনা হায়রকপা অসিদি অহানবনি। মীরভানা তপ্পা খুমখি — 'য়ারে, য়ারে।" অদুগা খোইহুদা ওনশিন্দুনা - "থোইনু, মখোয় অমি লাওনরিবশি মরম কম্বিগীমো থওব্রা ?"

খোইনুমা - "থওদেদা চে-চে। ইমম্মা লারদাদি কুপীদোমা তোদেনে।" মা মথা তানা হংলুক্রে। য়ুম লোইশিনবী হৈত্তবী নুপী অমগা থবক খুদিং চেকশিন্না তৌজবা নুপা অমগা য়ুম পানমীন্নবগী প্রোগ্লেমনি। তোয়না থংনৈ। মীমাই-মীশন্না শেবা তৌহুনা লৈরকপী লারদানা য়ুম পানবগী নিত্তি নিয়মদদি চাশিন্নবা রাংখি। মশিংনি রাথোক হায়ববু।

মীরভানা শিড়িছু কুমথখিগে তৌবদা খৎনবছু ময়েক শেংঙ্গা তারকখি ।

"ঐনা তুমিন্না লৈয়ু হায়রিঙৈশিদা লৈয়ুকো ।"

"কুইরে, লৈরক্লিবশে ।" থোং নোম্বা য়াওব্রবা মুপী অমগী খোঙ্গেলনা খুল্লকপনি ।

"অদু নঙোন্দা করি তৌরবগে ?"

"মিৎশে নারবা । ঐখোয়সু মায় পানবনিনা ইকায়বা খঙে । নাকোং পাল্লে ।"

"রাশি মথা তাখ্রেদা ।"

"ঐখোয়গী শাগৈগী মমাংদা ইকায়বনা ... ... ।"

বীমোলনা কত্তুক্না "কনাবুনো নঙনা হায়রিবদো ।"

সারদাসু হন্দে । খুম্মী— "লাংলো নচে অশে ।"

রাহৈছু লোইদ্রিঙৈদা অকনবা খুপাক্লা থাজিনখি । সারদানা কপ্পা-কপ্পা— "য়ুম অসিদা ঐগী রা ভাংকম লৈত্রব্রা ?" মহৌশা হেক হেক লাওনবছু ওইরমগদ্রা খল্লুবনি অদুবু ওল্লা তৈনবদা থাজব্রবা রাহৈ ভাক্তা তারুরে । মচনমুপীগী মচিন্দগী তাব্রিবা রাহৈশিংছু হেশেংনা থাজখিদে । অদুবু সারদাগী রাহৈশিংছু লাল্লে হায়শিরা ? খামগদবসু হঙোয়রে । মোপাগী মচিংসু খঙই, সারদাগী থোইচৎনবসু হৃধ্বরোই । তুমিন্না কুমথখিবনা ফরব্রা ? অদুবু তপ্পা কৌই—

"বীমোল ... .. ।"

"ইচে, করি হায়গে ।"

"ঐ খরা থেংলক্কনি ।"

"তোং হাংখোরা ?"

"হাংলম্মু । ঐ কুমথরক্লবনি ।"

মীরভা লুমথরবা খোংথাংদা শিড়িহু কুমথখ্রে ।

সারদানা মখা শমথরকই— "ঐবু পিদৎ পাদৎপী মচাদোনা ।"

"নঙগী বাপলহু লোয়নরিমখৈদি রা ভাংনবা মুংভাইরোই । নঙনা খঙগদবদি ঐনা ঙশি মী অমা ওইনা লেপ্পা ঙম্লিবশি ইচেগী মপান্নবি । ঐনা ফাওবা হঙৎনা রা থুমখিত্রি । ইচেগী থম্মোয়না খাংবা ঙম্রোইদবা রাহৈহু নহাক্কী নচিন্দগী কাংথোকখিবা মীকুপ অহুদদি নঙবুম্মু ঙাকপিবা ঙমলোই ।"

"উপায় লৈজদবা মীদোনা রা ভাংবা ঙমদনা খঙশিন উশিন্নদনা লৈবদি ঐ লৈরোই । মখোয়না চৎখিবা অমা নত্রগা ঐনা চৎখিবা অমা ।"

বীমোলনা লাওহৎপদগী মখাদি তারকখিত্রে ।

"ইপামদা চৎচগ্রগে । থিন্নুরাও ।"

"ঐদি থিল্লোই । চৎনিংলগা চৎখ্রো, কনাম্মু থিংদে ।"

অহুদগী বীমোলম্মু মখাদা কুমথখ্রে ।

মীরভানা ফমা কুইনা ফম্লবা মতুংদা মন্ত্রিম্মু হল্লক্লে । বসন্তা খোয়না অহল নত্তে । মতম চাদনা মপাবুং লৈখিদবদগী ময়াম্না বসন্তবু খাগৎখিবনি । মুপী অঙাংদা খোয়না মমিং মনা ভাওনদি কয়া তৌদে । মহাক্কী হায়ববু শেল চাবা । মীগী রানোম্বগী শেল লৌবগীনি মহাকপু মমিং চৎলিবা । খঙলবম্মু বসন্তগী মনাক্তা রানোম্বা অহুম চংনৈ । মীরভাম্মু মৌপাগী থবক্কী শেল পিশিন্দুনা লৈথবনি । মীরভানা — "তামো ঐ ভাইজরি ।"

বসন্তা — "কয়াম কুইরে । হল্লক্তি দযা অমা ইচং চংলিনে । ইলেক্সনম্মু মতম খজিক্তা ভাইশিন্নক্লে । নঙগী নৌপাগী অহুমদি ঐনা

পায়রিবঁভশিদা থোক্রমগে তৌবনি। পাটি'নস্থ ইবাল হেক পিশিনবীরে। অতুনা তৌরিবশে।"

মীরভা— "ঐগী আশা হায়ববু বীমোলনা থবক অমা তৌথিবা মশিনি। মসিমতং ওইথ্রবদি ঐগী হোংনজমনস্থ মায় পাক্লে থঙ্গগদৌরিবনি। অতুগা তামোবুস্থ নচলনা কাওজরোই।"

"এ, তৌনি। তৌনি। ঐস্থ নঙগা তাব তানা বারি অমা শাম্লগে থনবনি।"

"তামোগী ঐস্থ অঙম্বা মতেং পাংজগে। তাকপিযু।"

"পাটি'নদি ঐবু মুংশিদবনিনা ভোৎ লেপ্পশি য়াদনবা শিল্লিবনি। ঐনা ভোৎ লেপ্পুবা কারক্তবা হায়বশি ইতোমতগী নত্তনা নথোয় ময়ামগীস্থ লোয়না মাংগদৌরিবনি। হন্দক ওবজ'ভর লাকদৌরি। মহাক্কবু য়ারবদি করিস্থ বানিংঙাই ওইব্রে। ঐগা লাইরিক তম্মীনরকপনি। থরা য়েংবীরমগব্রা থল্লি।"

'তামোহোয়গী রাজনিতিশিদি নচলনা থঙজবা নত্তে। অহুবু ঐগী মতেংনা য়াগদবা লৈরবদি নচলস্থ পাংজগে।'

"মতাংদু লাক্লগা ইচলস্থ থম্না মতেং পাংঙুনে।"

মীরভাগী থোংথাং খুদিংদা তশেংনা মায় পাকপদি য়াওব্রি হায়না থবৈ অতুনা অরোইবা হোংনজবশিদি অঙম্বা পাম্বে, শক্তিনা মায় পাকই হায়বদুমদি থোকইদ্রীংখি। অতুনা চিংনবা লৈতনা য়াথোকই। মত্রিস্থ মোমোন নোক্তুনা রাথল হুংঙাইনা লৈহৌই।

মীরভানা হল্লকপা মতমদা থাঙদনা ওইরমলিবা ইমুংগী মতৌ অতুদা রা ভাংকম থঙব্রে। সারদা মপামদা চংথ্রে। ইমুং কায়রবদি মহাক্লা পামজদবনি। অহুমক্লা অম্লুক কুইবশি থাংচুমা লৈরিবনি।

লৈরিবা মীওইশিংগী মায়থোংদু ইমুক মুকথনা উই । মত্র মান্নদবগী অনিংবা ফোংদোক্লদবগী মমিনি । মোপ্‌াদা মরম হংই । অসুম্না খুমলম্মী— "চংনিংলগা চংচখিশস্ন ।"

অমবু ওইরে অমবু ওইরে । মহাক্না অহল শারিবনিনা ফোরুদা ভাবমি । মীরভানা খ্বাইদগী হৈনজদবা ইমুংমি । মোপ্‌াগীদমক খল্লগা চংলকখি ।

মীয়াইদগী লৈশিল্লবা সারদাগী মপা-ইবুংঙোদু থোরক্লুনা ফম্লরে । হৌজিক ফাওবা কেঙ-নৌজবা তোক্তিং অদুনা থোইনা অহল ওই-শিল্লি । মওম অমগী মীরভানা ছিংনবগী লম্বী খিবদা চংজখিবা সারদু সারদগী মপা ইবুংঙোমি । সারদামা মুপী অহলগী মচানি । মহৌশাগী মলোন্ন লৈরিমানে থোইনা হরাওনা ফোদে । সারদাগী মমা লাপুক্লা মকোক খুমদুনা লেপই । মপুরোইবদু হন্দোয়না চংচবগী মওংনি । মুপী অদুগী নিত্তি নিয়ম খ্যভার অদু পামজখি । মপু-রোইবগী লমচত্তু খঙলমজবসু ম্রাই, চিংনবগী মহি অমত্ত উৎখিদ্রি । মীরভাবু ভরান্না তোই । খত্তমিংঙাইদি ওইরি— তশেংনা সত্তি গুম্না কথোক্লিরে ? নক্লগা মপুরোইবনা ম্রা ভাংবগী হক মুনবীথ্রবী মুপীরা ? ওইনিংব ওইরমদু মহাক মুপীনি, থাংবা ওম্বা চায়রবশিনা মুপীগীদি অথোইবা গুন্নি ।

মপাদু ম্রা ম্রান্না ভাংদে । অমা অনিক্তা অর্থ লৈমা ঙাংই । মচানুপীনা হায়না তানবা ম্রাদনা খবং-খবং ম্রাদু ককই । মমানদি মচানুপীবু খেম্মী— "ইবেমা, নুপী হায়বশিদি য়ুম্নাক শাগে হেক ওনখিবদা থোংথাং লুশিল্লবদি । নমম্মগী মতুং ইন্দুনা চংখে ।"

কয়া ফজখ্রবা মুপীগী ম্রাইনো । মীরভানা খঙে— অশুক ফজথ্রবা পুকচেল অসিদা মুপা অসিনা শেপ্লদুনা করিগী মুপী লোক্লিবনো ?

মরালশি কনাগীনো ? অতুগা লোম্নবীগী মীংথোল ফংতুনা করিগী থাংলিবনো হায়বতুদি খঙলে । মমাগী ৱাহৈ অতুদা সারদানা খুম্মী—
"ঐবু য়ুন অসিদা লৈহন্নীংদবগী ৱারো ?"
"অতুগী নত্তেনে । অপঙবীশিদি । নঙগী ফনবনিনে ।"
মীরভাসু অহল অনিতুগী মমাংদা ৱাহৈ অমা অনি হায়রকই— "শাওনিংঈ হায়তুনসু অতুদি কত্তে । য়ুম অতুগী মো হায়বতু ওইরবনি । বীমোলগীসু থরা থল্লু ।" সারদানা শাওনিংনা - "ঐনা য়ানিংদবা মীওই থরা লৈরি মখোয়তু লৈরিমখৈ ঐ মুমতুদা অমুক লাক্লরোই ।" কয়া কয়া হায়রবথুবা ৱাহৈনো । ৱাহৈ অতুনা মীরভাদদি ত্রক ভারকপঙুম থাংবা ৱাখি । 'মখোয়' হায়রিবশিনা কনা কনানো ?

কুইনা ভাংনরবা মতুংদা সারদানা ভমতুনা লৈহৌরে । মীরভা মায়দিতুনা হল্লকখি । খন্দুনা খোং থাংলকখি– ' মফম খুদিং মায়থিবা, মফম খুদিং ইকায়বা নঙবা, মশিরা ঐগী পুন্সি ? অতুগা সারদাগী ভাবা ৱারবা ৱাহৈতু হঞ্জিন হঞ্জিন ভারকখি— "ইমুং অতুদা তা-তোম্বনা লৈরিবতু করি থোক্লতুননো । মঙং মতৌদো ঐথোয়দি হৈনদে । লাইবক্তা লোইনমক তাইশিনবসু চুমলোই । পামজবা হায়বা অমসু লৈ ।"

তোম্বনা করি লানথিবা য়াওব্রবজাংনো ? ঐথোয়গী মঙং মতৌদ করি শোয়থুবা । মীনোক মৈশা কয়া থাংলকখিবদি ইমুং মনুংগী মীওইশিং ফাওবনা লাম্না উনবা তারব্রা ? লাজবা তোম্ববু ইম্ভোকখিবা তাব্রা ? অসুম্না লাম্না উনবা মরু হুনখিবা মীশক অতু কনানো হায়বশিদি সারদানা কদায়দগী খঙলুনি । সারদাগা বীমোলগা ভংশেংনা কায়নবদা তারব্রা ? উংতুনা হল্লকখিবনি মীরভাতু ।

বীমোলনা মচেগী মনাক্তা চংলক্তুনা হায়রে— "করিগী চৎলুরিবনো ? ময়ুমদ কনবা মঙক অতু সিদসু মতৌ তম্বনি ।"

তপ্পা থুম্মী - "অহুনা য়াব। নত্তেদা । ওাইহাক শাওনিংবগী তৌরি-বনি ।"

মোপগা থোকখ্রে । মতাং অসিদা করিনো মীরভানা শিনগদবা । য়াম্না রায়েন থোদা হৈবস্নু নত্তে। মীরভা মপাবু কৌহুনা কপ্পকথি ।

## ওরাহুমদোইসুবা

ঈশ্বরবু থাজবা অহুগা শাস্ত্রাগী মতুং ইন্না মীওইবগী লাইবক অসি মানা মানা তৌরুবা কর্ম্মগী ফলদা ওইহনবনি হায়নৈ। মশিনা কদায় ফাওবা চুমলিবা ? লৌশিং জ্ঞান মিংথিনা লৈরবা ওশিগী সমাজ অসিগী মীওইশিংনা য়ানিংদনা নৈনরিবা রাক্ষমনি । থাজবা অসিনা মীওই অমগী লাইবকপুন্নু নম্নুনা ওন্ননা তম্বীঃব্রা ? মীরভাদি বেদ শাস্ত্রা করিনো থওবস্নু নত্তে । হৌথিবা মপোক্কা করিনো ? হিংলিবা মপোক অসিনা করিনো নোংমতা থল্লুবা নিংশিংলুবা নত্তে। হিংলিবা পুন্সি অসিগী লম্বী অহুতনি চৎনবা থিজরিব। । অহুগা লাইবক্না নত্রগা কর্ম্মনরা অন্দুক থাওমদবা ফল পিবিরিবা ? মীরভাগী লাইবক্কী ফল অসি কোক্লবা প্রতিকার ফাওবা লৈত্রব্রা ? লাইবক্কা তয়ম্নবনি থন্দুনা থাংজ থাংলগা তেন্না চৈথেং অস্নুম অস্নুম হাপচিনবীবা অসিদি ঈশ্বর মহাকস্নু রায়েল কায়রব্রা ? অস্তবু শেম-বীরিবা মওোন্দদি মীকুপ অমা ফাওবা রারোবা তৌরুদে। শেম্বীবা মহাক্তি মীচং মীখায় নায়বা তৌরমলোই । থনজে 'ঐনা থাংবা ওমদবা ওইরম্বস্নু য়াই ।' মীরভাগী বখানা লৈশিত্রবা মতুংদগীদি

লম্বীসু ঙম্না লাকখ্রবনি। পুম্নমক খাংদুনা লাকলিবনি। ইন্দক পিরিবা চৈথেং অসিদি মীরভাদা তশেংনা খাংবা ঙমদনা থোক্লে। মহাক্কী পাঙ্গল শক্তিগী রাংমদা ওইখ্রে।

থবক চংথোকলুই। চত্তনা য়াদবগী চংলবসু হৈনিংবা ফাওদ্রে? য়ুমদা কনা-কনা হঞ্জিল্লমগনি নোংমতা ফাওখিদবা রাখলনি অতুবু ঙশিদি পুম্নমক মনাক্তগী চেস্থোকখ্রবোই খল্লে। থন্দুনা লাকখিবগা ইমুং অতুদা কনাগীসু মখোল তাদ্রে। থোইনু চংলক্তুনা হায়রে—
"ইচে মেম্মীসু ঐগী ফম্নংদা হিপলি।"

খুমলুদনা ফি হোংনা-হোংনা খল্লি— অস্নুক থেংল ফাওবা করিগী-নো? লুহোংখিবদগী তোয়না লাক্তবনি। মনেমতু রারক য়াম্ন চেৎলি। লাক্লবসু থোইনা মুংভাইতবা তৌকদে, মহাক্না হায়ব ইনবী ওইথিশনু খল্লি। থোইনুদা হংই—
"তামোচাদি লৈত্রা?"
"হল্লক্লি।"

"মাবু লৌবা লাকনি হায়ব্রা? থেংলনে।"
"ইচে মেম্মীদি চৎলোই হায়। খৎনরগা লাকপা মাল্লি।"
করম্না থাংলকখিবা খোংথাংনো মেম্মীনা হিপলিবা কাতুদা চংলকখি।
"করি তৌরে মেম্মী?" খোল খরা কল্লা হংখি। মচেগী খোঞ্জেল তাবদা লোক্লা পি তৈথোকই।

ফুনগৎতুনা লৈরকপা পেন্দবা ময়ামতু খোনজেল থোকলকখি।
"কল্লিনো নখোয়না তৌরিবা অসিবো? নখোয়শে নশা নশাগীতা থনবনিনে। ঐবু অস্নুক য়াম্না মুংভাইহল্লিবা করিগীনো? হৌজিক্তি নখোয়সু রাখল খরা খনথবা য়ারেদনা।" মাহৈহুগা লোয়ননা পিসু চেনথরকখি। মখা তারকখি—

"য়ুম পামবা হায়বা অসিবু কাগি য়াত্রাও। অঙাং অদুনা কনানা লোইহৌই। ঐখোয়বু থিল্লু হায়ব্রা ?"

য়া মথা তারমদনা মাগী কাদা লাক্লে।

মেমীদু পুক্লিং হেন্না সুংশিন্নক্লে। মরম কয়িগীনো হায়না হংলম্বগী মতম্তা ঙাংলম্নগা থোকখ্রে। থনখি— "ইমা লৈরম্নবদি ... ."

শাওনিংবা অমদগী মনেমগা খংনরগা লাকখিবনি। মহাকস্তু ইমুং অদু য়ানবা চংচবনি। ভশিদি শাওনিংবা হুমিং থোকলুরে। হুপা ময়ুম্না হোৎনবীদুনা হোস্পিটালদা থবক পুখি। অঙাং উন্নবগী কেশ অমা থোকুনা মাগী দিউতি নত্তবস্তু অহিং লেকপা তাখি। মেমীগী হৈশিংবা অদুগীদমক ডাক্তরনস্তু মতেং পাংকন্নীংদুনা হলহনখিদবনি।

অপিকপা অঙাং অমা হন্দোক্লম্নগা কয়িস্তু থন্দে হায়দুনা মনেম্না হন্নকপদা ঙাংবা হৌরকপদগী মচিন খুমলুবদগী থোকখিবনি। মেমীনা খঙশাও শাওখিবদুস্তু মনেমগী য়াহৈদা— "মখোং মরম খঙদবী অমা লোয়রবনিনা ইমুং কায়বা তারে।" য়াহৈদুদা খুমলুবগীনি। মাগী মুপাস্তু মমাগী মীচংদা লেপখ্রে। অদুদগী শাওদুনা হৌগংদুনা লাকখিবনি। অঙাংদুদি মনেম্না মুন্দুনা লোইহৌখি। মেমীনা কপ্পা-কপ্পা মচেদা য়রিদু তম্মী। মীয়ভানা থেমজিনবীদুনা হায়—

"মদুগীদমক য়ারোনিংঙাই লৈতে। মতম পুম্নমক্তা ইংথবা তঙগদবনি। ইনাওশিদি, লান্দ্রগা লোক্টরে। থাংবা তমগদবনি, লাইবক্তা অম্নবনি হায়না থন্দোক্রবদি কনাদা তাইনরুনি।"

মেমীদি অঙাংনি অদুগা পাংজবীনি। থাংবা ভমদবগী শাওজবনি। মেমীনা— "অদুনি হায়দুনস্তু মীবু ভম্মী হায়দুনা কিং কিং নমদুনা অরানবা তাহনবশিবু কনাগী ইনুংদা তৌনবাগে। ঐখোয়বু কয়িস্তু লৈতনা থন্দুনা তৌরিবনি।"

'মখোয়না হায়নিংবা মখৈ হায়জরশন্নু । খাংবা ঙম্নগা লোইরে ।
মত্তুগীদমক য়ুম কায়নবা হৌনদে ।"

তোম্বস্‌ু হল্লকপদা ঙাইরি । রারি তাত্থুনা চংলক্তুনা হায়রে ।
"খরা ঙাংনবগীবু হেক্তা লাকপা হৌনদে । অঙাং অত্তুগীস্‌ু খল্লু ।
ঐ থিনবীরগে লাকও ।"
মেমীনা শাওনিংলিবস্‌ু তোম্ববুনি । সারদানা চৎথ্রিবা, মীনা ফজদনা
ঙাংনহল্লিবশিস্‌ু মহাক লৈবদগীনি খল্লি । মপা চান্নরতুনা শাওনা
খুম্মী – "ইমুং-মন্নুংগী রারীদা তা-তোম্বা য়াওশিনবীরক্কনু ।"
রাহৈ হত্তুনা মীরভানা খাংবা ঙমদ্রতুনা মনাওনুপীদা খুপাক্লা থাখিবনি ।
অদুগা হংখি – "কনাদনো নঙনা ঙাংলিবা অদু ।"
মেমীদু ইকায়বা শাওনিংবা অনি পুন্দুনা লুকথতুনা লৈখি । ঙাইহাক
লেপন্নগা থোকখ্রে । তোম্বদু তশেংনা ইকায়বা নংলে । মহাক্কদি
মচন্নগুম্না ঙাংলু শকলুবনি । অদুবু মহাক মীতোপ্পি ইমুং অসিগী
কনাস্‌ু নত্তে হায়বা মীকুপ অসিদা খঙলকখি । তোম্বস্‌ু তুমিন্না
মীরভাদা হায়রপ য়েংলম্নগা থোকখ্রে ।

করিনো ময়াম্না উব্রিবা খল্লিবা অসিনা । অহানবা ওইনা মনাও-
নুপীদা খুৎ পাখ্রে । মমানা পিশক পিক্লা হুন্দোক্লম্বদগী খরায়দগীস্‌ু
চেন্না নুংশিজরক্কখিবনি অদুগা ঙশিদি ... ... পুম্নমক করিদগীনো ?
কনাগী মীচংদনো মীরভানা লেপকদবা ? রাথোক অসি হেন্না হেন্না
লুশিল্লকখি । মচেবু মখোয়না নুংশিরমম্ম্রিবনা করিগীনো ? মীরভানা
লান্না য়েংবা য়াওগ্রবা জাৎলা ? মতম অত্তুগী পিক্লিবা খুৎশাপ্লিং
অত্তুনা চেন্নরকখিবা পিশিং অদু তৈথোকখিবদা ফাওখিবা তক্লাং তয়াংবা
থাম্মোয়গী নুংঙাইবদো মখোয় অনিনা পিবা ঙম্নরোইদ্রা ? মখোয়
খুদিংমক্তা তোম্ববু শাওরিবা করিগীনো ? তোম্বগী মরাল করিনো ?
অরা নুংঙাইদা মত্তেং পাংবীরকপগীরা ? তোম্ববু তরাইনা লেহৌন্নগদ্রা ?

অমরোমদা মহাক্কী হাকন্দা ইচিন-ইনাও কায়নবা ভারব্রা ? কনানা চুমহনগদৌরিবনো ? ঐনা তোৎনরিবা ময়ামশে মখোয়গী নত্রা ? মীওইনা পোকপগী হিংবগী হুংঙাইবা হায়বত্থু অসুম্না তৌত্রা ? মশি নত্তবা অতোপ্পা অমা লৈরম্বদি ঐগী শরুক থুংবিত্রিবা করিগীনো ? ঐদি মীওইবা নত্রা ? মতোমক্তা ফিরেপ লৌজবা ওমদনা তুমথথ্রে।

নোংঙাগ্রিব খল্লবনি। অয়ুক্কী লাইশোন ঈশৈতুনা মীরভাবু হৌদোরকখি। খোইন্থগী কাখগী ইংনা লাকপা রেডিওগী খোঞ্জেলনি। ওরাং তুমখিবগী মতৌদুগা হায়রবদি ওশিদি পুক্কিং অশে ইয়াং য়াংব-শুন ফাওরে। অথুক্কী ঈরুজবা লোইছনা মতম কুইনা পায়রুব্রবা মীতারগী মরিত্থ খুৎনা থৎতুনা শুর খোকহল্লি। পুক্কিং য়াখল ফাখজে। পুক্কিং হুরবা সুন অত্থদা তোম্বসু হৌগৎতুনা লাকতুনা য়েংলখি। থাংকম খঙব্রব খম্নোয়গী চৈনাতুগী পোখাকম থিম্বিবা ওইরমানে। অহৌবা টেলিফোন লাকপগী খোঞ্জেল অত্থদা মীরভাগী ধ্যান কায়রে। মীৎ পাংখোরকপদা তোম্ববু উবদা ওকল্লুরে। তোম্বসু য়া ওাংলমদনা থোকাগ্রে।

ফোন পায়খত্নুনা— "হায়বীয়ু। মীরভানি।" অত্থদগীদি পাউখুম অমা পিরুরে। খীমোলগী মমাম্বনা পাউ পিরকখি— "খীমোলত্থ ওরাং হিদাক চাওমন্দুনা মখোয়দা ওইনা লেফহল্লে। হুংশা থিবীরুহু হায়রকপনি।" মীরভা রিসিভর থম্বা ফাওবা কাওখি। মৌপ্পাগী অহানবা শাজং হাংলকপা মওংনি। করম্বা ইমুংগী ওইরিবা ফিভম অসি শিনগদৌরিবনো ?

থোইন্থ চংলকপদা হংই— "ওরাং খীমোল হল্লক্তে হায়বা ঐদি খঙদে।"

"চেংচে য়ানা পোথাখিবত্থদা ঐনা পাউহু তমদবনি।"

খেইনুমা মীরভাবু অসুক্কী মঙিক নিংজে। ওরাংগী থোদোক অত্থদা

মীরভানা হেন্না মুংঙাইখিরোই থন্দুনা তমখিদবনি। মীরভাসু থঙাই। অতুনা তুম্মিন্না লৈরে।

"নচে মেমীদি।"

"ঈরুজহৌরি"

খোইসু খোকখে। মীরভা চংশিন্দুনা সিটার মনাক্তা ফমথখি। অতুবু মুংশিকা সুরগী খোঞ্জেলদি থোক্লকখিরে।

## তরামরিশুবা

মুংথিলদু নোং মংবনিনা থেংলবোই থল্লুরে। চংনবা মতম য়োঁরতুনা শেৎ-চাবা লোইশিল্লি। অঙৌবগা হিগোগ মচুপা লাংবা ময়েক থাইবত্তুগী মথক্তা অপাবা মুগাগি ইন্নফি অতুনা মমি কায়দনা য়েন্তুনা থাদৈ। মীরভানা খ্বাঙদগী খোয়দাংজবা মচুনি। সনা লুপাদি শিদবা য়াদবগী ইচম চম্না শি-চারি। অমংবা নোংমা মুমিংকী মঙাল থনজিনখ্রবা মালেম অসিদা অতিয়াদা অঙৌবা লৈচিলগী মপৈ অমা পাইরকপগুম মিংথিজে মীরভানা থোক্লকপতু।

তোম্বসু ঙাইতুনা লৈরম্মী। মীরভাদি থাজরুদবনি। অয়ুক্কী মশক উত্রবনি। তোম্বা রাদি ঙাংদে মীরভাবু মন্ত্রিগী লৈফমদা থিল্লগা হনখে।

মন্ত্রিগী মুপীতুনা তরাম্না ওকই। ঙাইহাক রারি শান্নতুনা ফম্মীদ্রে। ওবজর্ভরতু ঙশি থুংলরে। মন্ত্রিসু মিন্তিং চংখি। মন্ত্রিগী য়ুমদা ওবজর্ভর-তুগীদক তোঙান্না থৌরাং অমা শিজবনি। চাকলেনগা লোয়নবা মীরভাগী

ঈশৈস্থ য়াওরি। লোয়নরকপা মরুপনিনা লাক্লিবা ওবজর্ভর অতুগী অপাম্বতু ঘস মা থঙই। মীরাগী ভজণ অতুগা লৈবাক নিংবগী ঈশৈদা থম্মোয়রবু নৌথোকইনবা ঙম্লবদি মহাক্কী তপেনবা অমা লৈত্রে। অতুননি মন্ত্রিনা মীরভাগী মতেং লৌরিবা।

ঙাইহাক লৈরগা মন্ত্রিগা ওবজর্ভর অতুগা লেইনতুনা হল্লক্লে। মীরভানা ফমল্লিবা কাচু ফাওতুনা চংখিবদা থোংনাওদগী ভিডে ই অতুদগী চাবা থকপগী থোরাং লোইরতুনা ঈশৈগী মদক্ত চংলক্তুনা ফম্লখি। মন্ত্রিনা শক ত্তাকপা ওইনা— 'মহাকশি ঐগী ইচল, মীরভা। মাগী ঈশৈদা ঙাওদবা য়াওব্রবনি।" হুপাচু হায়রপ নোল্লগ থুনা ছজিনখি। অতুগা চাগদবগুম মীরভাবু য়েংতুনা লৈখি। তুপা অতুগী মীৎয়েং অতুদা কাওখি— "নহাকম্থু মীচৌ চাওবা ময়াম অতুগী মরক্তা শোয়দনা চিংলমগনি। তুপী হায়রগা নাথোয়না উরিবশি করিনো? য়েংঙ পেল্লবা, হিংচাবা মানবা নমিং অতু শংদোক্তুনা। ঐদি পুন্সিবু শিংনরিবনি। থম্মোয়নুংদা মুংপা ঙমদ্রবা মৈরি ওমলিবনি। ইজ্জৎকীদমক ঐ য়াম্না কিরম্মী। ঙশিদি পুন্সিবু পোম্থ ওইনা থাদোক্লগে খন্না চংলক্লবনি। অমুক্তুংদি মায় পাকপগী পোনথা তত্তুদা। ঙশিদি মায়খিত্তুনদি হল্লরোই, করি থেন্নরি থম্মোয় শেংবগা। থম্মোয় মাংবত্তুগা। শেংবশিনা হেন্নতুম রাহল্লে। অমুক য়েংলগে পাপকী লম্বী অতুনা শান্তি পিবা ঙমত্রা কায়না। ঙশিগী তুমিং অসিদা নিরকপন্থ শোরদনা ফংগনি। খ্বাইদগী লাইবক ফবা মীশক ওইগদৌরিবনি।" মীরভাগী মশা পুম্বা মৈরিনা রাইরকপগুম ফাওয়ে। অমুকম্থু থনঙ্ক রকখি— করিগী অমুক লাম্না থল্লুরিবনো। ঐঙোন্দা করি হায়রকপ্রে। তুপা অসিদি য়াম্না লৈবাক মচা ত্তানা উরি।

চুম্না ঈশৈদা ঙাওজবা ওইরম্মস্থ য়াই। থসন্তমা— "ঐথোয় সায়সি ইলেক্সন ওবজর্ভর ওইনা লাকপনি। ঐগী চান্নরবা মরুপলি। মণিপুরদা

লৈয়ু য়াদে । ইচলগী ঈশৈনা কাবা য়াত্রা য়েংশি ।" কাগি ওইনা হায়রকখি ।

নুপা অতুনা য়াদি কাখোক্তনা পুক্লিং হুয়বা মীনোক অমা নোক্লকই । মীনোক অতুদা মীরভানা মুন্না য়েংশিল্লুই, অহুবু থাজদবা ঙকপনা মশাদু উন্না ফমজিনখ্রবা নুং ওনখ্রে । বসন্তদি চিফ মিনিষ্টরদগী ফোন লাকই হায়তুনা হৌগংখ্রে । মীরভাগী তুমখ্রবা থম্মোয় অতুদা মখোল থোক্লা থেংতুনা হৌদোক্লখি । মশিবু ওইথোকপা য়াত্রনে ? নুপা অতুগী মায়খোং অতু অঙৌবা-অমুবা য়াল্লবা কোয়না থুংনা হৌরে । মিত্তা অরংবা অনোক হাপলি, শেৎলি চারিবতু নুপা অমা ওইনা তমজনফম্নি । মীরভাগী মিৎ লাওথোক্তুনা মুন্না য়েংলি । খুয়েংদো নুপাতুনা কিরবসু য়াই । নত্রগা করিনো শোয়দনা খল্লমগনি । শেম্বা শাবা য়াওদ্রবা ওইফম থোকপা মওং অতুমক্রি । ঙাইহাক অসুম্না লৈরুরগা ঙকচান্নবতু খঙখিদনবা থুনা লুকথখি । অতুগা খনখি— "ঐগী খোংথাংদি লম্মুরুবতুনি । অঙকপা থাজদবা থৌদোক অতুনা ঐগী পুন্সিনি ।" অমুকসু খনখি— "ওইরমলোইদা ।" নুপা অতুনা অহানবা ওইনা রা ঙাংলকই— থোঞ্জেলতু অসুক্কী মতিক ইংনা থোং নৌই— "ঐখোয় মন্ত্রিনা হায়বগুম্না, ঐবু মণিপুরদা লেংদনা লৈহনগে হায়রবদি অদোমগী মফমদা লৈরে ।"

"তাকপিয়ু, ঐনা করি মতেং পাংজগনি ।"

"নিঃবদি শোয়দনা পিব্বীগদ্রা ?"

"ঐঙোন্দগী নিবা য়াবা করিবু লৈরিবগে ? তাকপিয়ু ।"

নুপা অতুনা নোকফেৎ তৌনা— "নহাক্কী পুন্সিতু পাম্মী ।"

রাহৈ অতুদা হেন্না ঙকপা ফাওতুনা য়েংখি । ঙশি ফাওবদা মহাক্কী পুন্সিবু পিয়ু হায়তুনা কনানসু নিখিদ্রি । খল্লি— "করেম্নরিব্রা ?

নত্রগা করম্বা নুপানো ?” নুপা অচুগী মথা তানা নোকখিবা ইংনা ঈপোম নাইরবা মীনোক অচুনা মীরভাবু মঙগুম্না খোকহুনখে ।

“ঐবু শক খঙবীত্রব্রা ?”

মীরভা ওল্লা মুন্না য়েংশিল্লি । নুপা অচুনা অমুকস্তু— “অহিংবা মীওইবনবু অস্থুন্না নিংশিংবা খোক্তবশিদি … … খজিক্কুং খঙহনা য়েংবীয়ুদনা ।”

ওকচান্নরম্বা মীরভাগী মায়থোংতু মঙাল অমা শন্দোরকখি । অমুক্কা তাখিদ্রিবা মমিনি । পুন্সিগী মমল য়াম্লবা মীকুপ অচুনি । নোংমথক খেংনখিবনি করম্না হেক খঙলুনি । নুমিং অচুদস্তু ইকায়বনা মায়থোং মপুং ফানা য়েংবা ওমখিদবনি । মশিদি তশেংনা ওককম খোকপনি । মীরভানা খেংনরকখিবা অঙকপা ময়ামগী মন্নুংদা খ্বায়দগী হেন্না ওকপা খোদোংক্কি । মতম অমদ ভাইজখি, অহিং করাদা কৌজখিবনি । চোকথরবা রারবা মতম অচুদা মাতবু নিংশিংহুনা রাখল তেংখংচখিবনি । ওশিদি মাংদা লেংদনা ফমহুনা লৈরে । করি হায়গদৌরি ? মীকুপ অসিবু মঙলা ! হুকচাং পুম্বা হুমাং কারকখি । মীরভাগী পুন্সিদা মীওই মখল স্নুনা খেংনরকখ্রবনি । অকিবা, হৈনদবা, ইকায়বা মতৌদু থাদোকখ্রবনি । অচুগা ওশিদি মীওই অমখক্কী মমাংদা মায়থোং ভাংনা ইকায়বা ফাওরক্লে । মশা পুম্বা ইকায়বগী চৈনিলনা ফোং-ফোং শাগৎলকখি । মশি ওইরমানে অশেংবা নুংশিবা মহাক অচুগী মমাংদা ফাওরকপা ইহুল হায়বদো । মীরভা মশাবু কাওথোকচখি ।

নুপা অচুনা মোমোন তৌনা — “নিংশিংবা ওম্বীত্রবা ?”

“অচুবু … … অস্থক থাজদনা ।”

“মশিবু কৌই, অশেংবা নিংজবা অচুগী ঈশ্বরনা তম্বীবা লাইবক হায়নবদো ।”

ঋাহৈ অতুনা মীরভাগী থম্মোয়বু হায়কম থভদনা লাংতক্লহনখি ।
"অদোমগী পাউথুম রানা ঙাইখিবনি ।"
"পাবুং লৈখিদবা মতমতু ঐ U S A দা লৈবি। থোরকপা ফম্রক অম্না তাখে । চহি খরগী মতুংদা ঐ মণিপুরদা থোরক্লম্মী । ঋারি পুস্বা তারে । ঐস্সু য়াম্না পেনখিদে । পাবুং লৈখিদবগা মখোয়গী ইমুংগী তারিবা দযা অতুগা মরি লৈনরম্বতুস্সু ঙকই । পুম্নক অসি অস্নুম থোকউ হায়না তম্নম্বননি । হৌখিবা হায়বশিংদি হৌখিবনি। পুম্নমক কাওথোক্লুনা নঙবু ঐনা খিরম্বনি । ঐগী বুইনা লৈথবগী মতম ফংদবগা নহাক্কী পাউ ফংদ্রবতুদদি ঐ অস্নুম হল্লেদনা ।"
মীরভাস্সু নোংমগী মিংঙমহৌদ্রবা স্নমিং অহ নিংশিংলকখি ।

× × × × × বসন্তনা পাউ হায়রকপদগী রিক্সা তোংতুনা লাকপা মতমদদি খরা থেংদোকখে, – 'হেক কুমথবগা মন্ত্রিগী গেট অহুদগী অশংবা মচুগী কার অতু য়াংনা থোদোকখি । থৌরিবা মুপা অতু উরুবদগী মীরভানা ফাথবা ঙমদনা গাড়িতু তম্মা খোংথাং থুরপ থাংলতুনা চংশিনখিবনি । চহি কয়া ঙাইজরকপা মীশক অতুনি । মাগী মতোদো অউবা মীনা করি খল্লমগনি ? মীৎয়েংগী ঋাংমা লানথ্রবা গাড়িতু তান্নবা ঙমদনা য়েংতুনা লেপহৌখি । থম্মোয়দগী হায়রকপগুম তৌখি— "কনাবুনো নঙনা তান্নগে খল্লুরিবা ? লৈমায়দা লেপ্তুনা অতিয়াগী থাজবু ফংগে হায়না খুৎ থাংগৎলিবা নঙবু মীনা অঙাওবীনি হায়গনি ।"

ঋাথলনা লম্মুক্রিউঙদা মীরভাবু চংলক্লবা কৌশিল্লকই ।
বসন্তনা— "অস্নুক থেংলক্লিবা করিগীনো ? ঐগী মরুপ্ত ঙশিগী ফ্লাইত্তা চংখিগদবনি । চহি কুইনগী মতুংদা থোরকপনি । ঐনা চাক কৌবনি । মাদি ঈশৈদা ঙাওজবনি । নঙগী ঈশৈতু তাহন-নীংতুনা ঐনা নঙবু কৌবনি । অঙকপা মীনিদা ।"
মীরভানা তপ্পা— "তামোগী মরুপ্তুগী মীৎতু ... ।"

"লৈখিদ্রবা পাবুং সনাজাওবগী মচানুপা নীশেশ কুমার হায়বহুনি। মাগী রাখল অসিদি তোপ-তোম্পজাংনি।"

সনাজাওবগী মমিং পল্লকপদা মীরভাগী মশাহু খর ফুমগাংলকপগুম তোখি। হোৎরবা রারিমিনা খমন্তদি করিস্ত খল্লুদনা পনখিবনি।

"তাম চানদম হায়বহুদা তারে। ক্লাইট মতম খজিক্কা ভাইরে হায়হুনা চংখ্রে। ঐস্থ মীটিং লৈ হায়হুনা হৌজিক্কা কোন তৌরক্লে।

মনশা হল্লক্লমি ভাইহাক কমখো।"

"ঐস্থ হজরমি তামো।"

"গাড়িদা খিলহনগে।"

"ময়রনি।" মীরভা উংহুনা খোল্লকখি। খোংনা পুখা মায়কেদি। মোংমা খাজত্রবা মীকুপ অমদা পুস্নিগী অহামবা ভাইনা খেংনখি। মুংশি কায়হৌরমখি। খম্মোইদা চেৎনা লাংচখি চহি কয়া হৌখ্রবা মতুংদা অমুক খেংনররে। খেংখোং মতনা অহুক তম্মা খাংখ্রিবা করিগীনো? পুংজা মতম্স খোংজেল য়াংনা চেল্লিখা করিগীনো? ঐবু মীকুপ অমতস্থ ভাইবীরম্বা রাদত্রা? লম্বী চংনা-চংনা তারকখি, চিংলোন লান্না পায়খিহুনা মীরমদা থুংলুপদোবা এরোংপ্লেমগী অহৌবা খোঙ্গেল অদো! অতিয়া তম্মা উচেক ম্না পায়রিবা এরোপ্লেম অহুবু য়েংজরুই। মীৎয়েংদগী তমা-তমা লাপথোকখি। অরোইবদদি লৈচিল মরক অদুদা চংখিহুনা পুমমক মাংখ্রে। মীরভাগী মুংশিবগী আশাস্থ মাংখ্রে। চহি কয়া তপ তৌজহুনা খোয়দাজবা মহাকপুদি অমুক হয়া কংলরোই × × × ×।

মীরভানা থুমদনা তুমিন্না লৈখিবহুদা অমুকস্থ হংলকই— "হৌজিক ফাওবা ভকচানমিত্রা?"

মশাবু লাকশিজহুনা মোমোম তৌরুই।

"ঙশিদি ঈশ্বরনা নঙগী পাউথুম পিনবগী তঙ্গা অতু পিরেদনা ।" মীরভাগী পুক্লিং নোথোরকখি । অতুগা— "ঐগী পুন্সিবু থাজবীখি-গদ্রা ?"

"নহাক্না খোংথোং লাল্লা থাংখিবা য়াওব্রনে ?"

"ময়ামগী মীৎয়েংদদি ঐনা হিংলিবা পুন্সি অসে মীনল্লবনি ।" মুপাহু শ্বর তপ্পা হোনখি অতুগা— "পুন্সিদি মীনম্বা থক য়ারোই । মহাক্তি লোয়নরিবা মী অতুগী মতুং ইনবতনি । ঐ নঙবু থাজে । রিয়েল্লি, আই ট্রষ্ট ইয়ু । নোংমা ঐগী মরূপ অমথক্না রারি তৌখি । মীং অতুগা লাইফ হিষ্টরি হায়রপ লিরকপদা নহাক ওইরমগনি হায়না ঐনা চিংনখি । ইস্ফালদা থোক্লকে থন্না-থন্না পার্টিগী থবক চিনমন্দুনা ঙমখিদে । লাইবক ফতুনা নঙগা থেংনরে । মশিদগী হেন্না নুংঙাইবা অমা লৈত্রে । মীরভা, ঐ নঙগী পুন্সিতু কন্নোংই ।"

কয়া ফজপ্রবা পুকচেলনো । অতুগা কয়াদা খোয়থুম্নরবা রাহৈনো । থরায় পিথোক্লা কাওবা পেনগদবা মাপ্দে । থল্লি "পুক্লিং ক্লাথল হোংতুনা চৎখ্রশিরা ?" মীরভানা তপ্পা হংলকখি— "অদোমদি লাইবক খিবস্থু নত্তে । হৌজিক কাওবা য়ুম পানবীত্রিবা করিগিনো ?" মীরভাগী রাহৈহু মুন্না তারহুনা পাউথুম পিরকই— "সমাজ অসিগী-দমক ঐ করিগুম্বা থরা তৌনিংই । ঐগী থোদাং য়াম্না চাওনা লৈবগুম থল্লি । থোম্বনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা ঐ খোইজংলুদে । ইমাগা লৈমিন্নদবনিনা অক্পা অপুন অতুদগী নাম্থোকপা ফংখিবনি । খিত্তেং নোক্তুনা— মতম অতুদা নহাক থেংনগ্নবদি অহোংবা লৈরম্বসু য়াই ।" মুপা অতুনা ভয়াং ভয়াংনা তরাওনা হায়রকপা রাহৈ অতুনা মীরভাগী থম্মোয়দা চৈনা পিংরে । অস্তুল্লা হায়রকপগী মতুত্তা "ঐ মুপী থিরে" হায়রকপনা তেন্না ফৈ । হায়বক্লিবা রাহৈ অসিগী চপ চাবা পাউথুম মীরভানা পীবা ঙমগত্রা ? অতুগা অনুকসু থনজে— ' হিংলিবা পুন্সি

অসিবু অশেংবদুরা? হিংবদা শেল চংক্ত হায়দুনস্মু পৈশা খকনা মী অদুগী পুন্সি অদুবু মপুং ফাহনবদি খক ঙমলোই। হিংবদা মুংশিবা মহাক অদুগী মচিন্দগী খম্মোয়বু পেলহনবা রাহৈ অমথক্কী চন্নফম চাউনা লৈ। অদু ওইরবদি চিংনবা লৈতনা পাউখুম পিরোদনা।”

মুপাদুনা—“হৌজিক্তি নশাগীস্ম খনবা য়ারে। নহাক্কী অরেপ্পা বা তানিংই।”

মীরভা পাউখুম পিফম খঙখিদে। অদুবু খুমখি—“ঐগী ওইবা অরেপ্পা অপাম্বা অমা লৈজদ্রে। ঐবু হায়য়ু হায়রবদি তামো বসন্তগী মতাং অসি খরা ফনবা শৌনবীরস্মু।”

“বসন্তগী রাজনিতিগা নঙগা করি মরি লৈনবগে।”

“ঐগী থোদাং অমথক লৈরি।”

“করম্বা থোদাংনো? খঙবা য়ারোইদ্র?”

“ঐগী ইপাগী খবক্কী মতাংগীনি। তামোবু ভোৎ লেপ্পা য়াহন্দ্রবদি ঐগী আশা ...... ।”

মীরভাস্মু মখা তাবা ঙমদ্রে। মশা মতোমতা য়াম্না ওইজবা থিবীগুম ফাওরকখি। রাহু মুন্না তারগা তপ্পা হায়রকখি—

“বসন্তদি ঐগী কলেজ তম্লিঙৈগী নরুবা মরুপ্নি। রাজনিতিদা মহাক্কী মরাল য়াম্না লৈ। ঐদি অচুম্বা তৌবা পাম্মী। ঙসিগী চাকলেন অসিস্মু রাজনিতিগা মরি লৈননা চাবা লাকপা নত্তে। মরুপকী মরিদা লাকখিবনি। বসন্তা চুম্বা-লানবা ঐনা লেপ্পা ঙম্বা নত্তে। নিয়মগী মতুং ইন্না লৈজবনি। অদুগা বসন্তবু কনবা মতমদা নঙগী নৌপা অদুতনি খবক ফংখিগদবা। পাটি´গী মশক্তি থিগনি। অদুগা লৈবাক অসি ফিভম হেন্না শোকচিনখিগনি। হিংলবদি রাজনিতি হায়বশি য়াওদবা য়ারমদ্রে। অদুননি ঐনা খোং থাংজিল্লুরিবশে। অদুবু ঐগী রাখলগা মখোয়গা খেন্নবস্মু য়াম্না লৈ। নেসনেল পাটি´

অসিগী ওবজর্ভর ওইনা ঐবু থমবীরকপনি। তশেংনা হায়রবদি ইরমদম অসিগী রাজনিতি তৌবশিং অসি পেনদে। লৈবাক শাশন তৌবদদি ঐখোয়গী লমদম অসিনা থ্বাইদগী লুবা ছেট ওইরিবনি। লমদম অসিগী রাজনিতি রালাশিং অসি চুমথোক্রবদি লৈবাক অসি শোয়দনা মাংখ্রগনি। ঐদি অচুম্বা তৌরমগে হায়না খল্লি।"

কয়া খেন্নরবা রাখলনো। মপাবুং সনাজাওবদি শেঞ্জা, থুমজা, তৌবা, খোন্দা মুংশিদবা, মশাগীতা থনবদা মমিং চৎখিবনি। মচু-মরুম্মু চৈরাক অতু ফংখিবনি।

মুপাত্নুবা শমজিল্লকখি— "ফরে মশি লৈজরসমু। নঙগী থোদাং পুন্নমক ঐবা লৌরগে হায়না লেপ্লে।"

মীরভানা তাজনিংনা খোরানো ভাইজখিবা রাহৈ ছাক্তখি। অতুবু থৌনা ফনা হোয় হায়বা ওর্মত্রিবশিনা করিগীনো? খল্লি— "ঐনা লাৎচখিবা নিংজখিবা মীশক অতু নত্রা? চৎথসিরা লম্বী অসিদা ঐবু ??" অতুগা অমুকসু খম্বরকখি— "করিবু কান্নরিবনো! থেংনবা রাবা অরা-অনা কয়া লাপ্তোক্তুনা ইভোমতা শাংলবা পুক্সিগী লম্বী অসিদা লাক্লবনি। হৌজিকপু কনাগী মতেংনো পাল্লিবা?

"তুমিন্না লৈরবদদি করি তৌরে? হয়েং হুনশিরা থনবনি। নঙগী রা তারগা ক্লাইট কেন্সেল তৌরগে।"

ইমুংগী ওইহৌরিবা কিভমতু নিংশিংলকখি। "তোম্ববু ময়াম চংতুনা শাওরিবা, কায়তুনা লৈরিবা ইমুং অতু অমুক্তা মচেৎ-মচেৎ তানা থুগাক্লরম্বা ওইনা খোক্লত্রা? থুদোংচাবা কংলে হায়তুনা ফুক হৌগত্তুনা চৎখিবা চুমগত্রা? তোম্বগী মফম অমা থঙদনা হন্দোক-পিরম্বা চুমত্রা? মহাকথক্কী মতুং ইন্নবগীরা ঐনা অসুক রানা হিংলক্রিবা।" থন্না-থন্না পি চেম্বরকখি।

"নঙনা অত্তুক লুনা খল্লিবা করিগীনো? মশিদি চংনবীনি।"

"ঐবু য়ারৌবীমু ... ... ঐহাক ... .. ।"

"নঙগী প্রোরেম খুদিংমক হায়মু । ঐ শোম্ব তৌগে । অদুগা মুন্না খস্তোমে ।"

"মুন্না খঞ্জরবনি । ঐহাক অম্মুমা অম্মুম হিংহৌরগে ।"

মীরভাদগী অপেলবা পাউথুম কংগনি খাজত্রমামে, মমফুদা হাম্নরকই –

"ঐগীদি লেপত্রে । নঙনা হোয় হায়ত্রি ফাওবা ঐ হুনখিরোই ।"

"ঐহাক অনৌবা পুন্সি অমা পামজত্রে ।"

"মতু য়ারোই । ঐ খঙই, নঙগী খোংথাং ! থম্মোয়বু ফাজিম্লগা পুন্সিবু শান্নপোক্কুম্না নঙনা শিজিন্নবনি । পুন্সিবু অহুম্না মাংহল্লগে খল্লিবা করিগীনো ? ফিরেপ অদু হোংদোকহন্নীংই, ঐগীসু ফিরেপ হোংগদৌরিবনি ।"

"ফিরেপ হোংজুবগী কান্নবা লৈখিগদ্রা ?

"য়াম্না লৈ । নঙগা লোইনন্না অনৌবা হুংঙাইরবা লম্বী অমদা হুংমিন্নগনি । প্লিজ, ট্রাই ট. অন্দরষ্টেন্দ . ... ।"

মীরভা নুকথতুনা লোম্না পি তৈথোকখি

"অমুক্তা হোয় হায়য়ু ।"

"য়াহৈহু ঐ .. হান্নবা ঙমলোই ।"

"করিগীনো ? হুরাই মোট ? প্লিজ মীরভা ।"

"মরমদি হায়জম্নরোই । ঐগী য়াথলনা য়াজনিংদবনি . চৎলিবা লম্বী অসি পাম্বীত্রবসু ঙশিদগী থাদোকউ হায়রবসু ঐ থাদোকপা ঙমগনি। অদুগা ... ... অদোমগী তুং ইন্দুনা চৎপদি ঐহাক .. ।"

মীরভাগী পাউথুমদা নীশেশতু তৌফম থঙদনা উখি । মীরভাগীদমক ঙসি ফাওবদা থৌদাং পুম্নমক লৌহুনা পুন্সি কম্নীংই হায়রতুনা থোকলথিবা মীশক লৈখিদবনি । লোম্না নীশেশপু থাগৎচরকখি ।

মুংশিজরুবগী মহৈ ফংলে খঙখি। থম্মোয়নুংদা হৌরক্লিবা শৈরিং অসিদি করম্না মুথৎকনি। ইশাবু মনিং অসুক য়াম্না তমজক্লিবা করিগীনো ?

ঈশৈগী ৱারি কাওরে। সুরসু মাংখ্রে। মীরুভা তৌকম খঙদনা চৎনবা হৌখৎলক্রে।

নীশেশনা খাম্নিংনা— "মীরভা প্লিজ ... ... প্লিজ ... ... ।" হায়রুনা হৌগৎতুনা খামই। অদুবু মীরভাদি পম্বরমদনা থে ক্লকখি। তামো বসন্তনা করি খল্লমগনি। নীশেশনা খলহৌবদুসু খঙলুবগী কান্নদ্রে।

## ওরাম্বঙাসুবা

মপান্দা নোং চুবগী সুমিদাং রাইরমদু ইমম মমলি। লম্বীগী মৈ পরেং থাংগৎলক্রে। নোং চুরি কাওথোকপা মথে লম্বী অদুদা খেংনা পুবা মায়কৈদা চৎলি। বনানা মেংনহৌবা থোক্টনা নিংশিং— লুদ্রে।

মশিদি থেংনরমদবনা হেন্না কৈ। মীরভাগী চৈম্নালক্পা অনৌবা চৈনা অমা হাপচিনবনি। থেংনরমদনা অসুম কায়নখিবনা হেন্না কৈ। শরুক চাম্মা হেন্না কৈ। ভোজরুবা আশা, মায় পাক্লে থঙ্গরুবা খোংথাংসু অরেম্বা তারে। বসন্তগী মফমদা মীরভাগী পাউ-খুমসু লৈত্রে। পুজা তৌজবিবা মুংশিবা মহাকপুসু ইরাই লাইনা খীদায় পিখোক্লমলে। মশি নত্তনা কম্রি উপায় লৈরি ? মপুরোইবা

লৈখিদবগী মৈ হৌহুনা পেন্দনা লৈরিবা নীশেশকী মমা অহুগী মফমদা করম্না খোং অসি থাংজিল্লুগনি । মীঃভাগী মপাগী মরাল লৈত্রবস্ু শরৌশিনবা য়াওই হায়হুনা লমন শোয়দনা থুমনিংলমগনি । মফম অহুদা মীরভাবু তরাম্না লৌশিনবীগদ্রা ? অচাও অরম পাম্বী, ইজ্জৎ য়েংনা থোং থাংবী মমানি । মীরভাগুম্বী মফম মতম নাইদনা ঈশৈ শকপি অমবু লৌশিনবীগদ্রা ? নীশেশ মতোমতা য়ারগা হেক্তা পেল্লত্রা ? মহাক খঙ্কগী মমা মচাগী মরি ভৎনখিবহুস্ু পামখিদে । অহুনা মশাগী নুংশিববু খাদোকপা তাখি । উপাই লৈত্রবী ওইহুনস্ু মী অমা ওইনদি হিংবা পাম্মী ।

মায়কৈ খুদিংগী লম্বী থিংখিবগুম ফাওরে । খল্লকথি অনৌবা লম্বী অমা য়েংখ্রগে । করম্বা লম্বীনো ? চোংথোরকথি মহাক্না চৎনবা লম্বী ... ... মীরভা তশেংনা লেপ্লে চৎখ্রগে হায়না । চুরিবা নোংগী ঈশিং অহুগা লোয়ননা মীংকী পীস্ু চেম্বরকথি মীরভাগী হকচাংদা । চেম্বরকসন্ু খম্মোয়নুংদা মখাক লৈহৌদনবা । মীরভাগী খোংথাং মংলান্দা চৎলিবনি । অমথক্তি নিংশিংলি— "অনৌবা লম্বী অমা থিবা ।"

ইমুং অসিদা হন্দক খোল্লিবা ইরাংগী মওং অসিদা তোম্বস্ু ইকায়রক্লে । সারদানা মপামদা চৎখিবা, মেমীগী রাঙাং শঙাং হন্না হন্না নিংশিংলকই । বীমোলস্ু ঙরাংদগী হল্লক্তরি । ফিভম অসি য়োর ফাওবা অস্ুম লৈশিনবদি চুমলিত্রা ? খনখিবনি থৌদাং পুম্নমক লৌহুনা মীরভাবু পোখাহনগে হায়না । ওয়মদনা হনখিবা তারে । অহুবু ময়ামগী ময়াইদা লেপলিবী মীরভাবু উরকথি । মতম অমদদি মহাকীস্ু লেপফম জাগা লৈরম্মী । হৌজিক্তি মচিন মনাওশিংনা কোয়শিনখ্রে । তোম্বা তুংদা হন্দারকপা তাখি । পাংদবগী মতৌগুম্না

থুনিং কাংখত্তুনা য়েংলকপা তাম্বিব্রা ? অচেৎপা ফিরৈগুা মহাক চৎখিবনা ফরে হায়না লেপলে ।

মেমীগী মুপাহু লৌবা লাক্লে । চৎনি চৎলোই মরৈ ভৌনৈ। কনাম্সু লৈতে । তোম্বস্সু রা ঙাংলুব্রে । মেমীছ চৎপনা ফৈ থম্ব-মানে হৌগত্তুনা ফি হোংলগা খোরক্লে। তোম্বগী কা মপা য়ৌরক-পদা হায়রমখি — "থোইন্থ শিদগীদি য়ুমনি হায়ত্থনা খোজ্জল কাওবা তাজরক্লরোই । ঐখোয়দি মনাও নত্তে । শিরমস্থ শিজরুরগে । নখোয়গা মরি তৎনরবনি ।"

মেমীগী রাহৈ অতুনা য়ুম অতুদা লৈথনবগী থৌনা তোম্বদা লৈত্রে । মেমী চৎব্রমানে । থোইন্থ চংলকুনা মিংথম চনবগী গুলি হংলম্মী । থোইনুহু তশেংনা মশা ঙমব্রমানে থোং লোনশিন্দুনা হিপখ্রে ।

নোংস্থ লেপ্পা লৈতনা চুরি । গাড়িগী চে—চাং অতুগা মঙেন্দা লৈবা পৈশাশিংহু পুম্বতুনা মীরভাগী কাদা চংলকখি । পোৎশিং অতু মোন ময়াদা থম্লম্লগা খোং থাংদোরকখি । অতুবু কাগী ময়াই অতুদা তৌফম থঙদনা তোম্বহু ফমথখি । করি থন্দুনা ফম্লিবনো মশাম্স থঙজদে । লুমথরবা খোংহু থাংতুনা পুবা ঙমদবনি । মমশিল্লক্লে, কাহু মৈ থাম্ব্রি । লোমশিন্দ্রবা থোংনাও অতুদগী নোংথাংনা মমিং অমুক কূপ্পকপদা মঙালতুনা কা 'হু ঙাল্লকখি ।

করিদা উংলুরবনো ? কনানো অমনা উপু হাংতুনা করিনো লৌথোকপগী শামিন অতুদা তোম্বহু য়েংখৎলকই । নোংথাংগী মঙাল অমথক্তা উহৌই 'মীরভানি ।' মশা পুম্বা নোংনা পুমচোৎ চোৎলকখি । ঙকচান্নিনা ঙাইহাক য়েংখি । অতুগা করিগুম্বা থরা হুকচিনখিবত্থস্থ উখি । তোম্বমা থুনা হৌগত্তুনা মৈগী সুইহু ওন তৌখি । মশা পুম্বা নোংনা চোৎলবা মীরভাহু থরাম য়াওদবগুম মচি লেংদনা লেপখি । চোরশিন্দুনা মথুত্তগী লিক্লিহু মুনখি । অতুগা থংলাও লাওখি —

"করিনো তৌরিবসে।" অদুগা হকচিনখিবা পোত্তু নমতুনা লৌথোকখি। পুক্লিগী ওইনা তুমথ্রগে থন্দুনা তুম্নবা শুলিদু অমুক্তদা লোয়না হুক্রম্বমি। পাঙ্গল য়াওদনা মীরভাগী হকচাংদু তোম্বদা ডাম্বরকখি। অদুগা হায়রকখি— "ঐ অনৌবা লম্বী অমা য়েংথ্রগে। ঐঙোন্দা 'হু' খজিক্তা পিয়ু।"

থাজত্রবা মহাক্কী মত্তৌ অদুদা মাবু কৌনশিনখীখি। তোম্বগী মথানুংদা অমায় উপশিন্দুনা নোংখোংখগুম কপ্পকখি। অমুক্তা উখিদ্রিবা মত্তৌনি। অদুদগী থুনা হন্দোক্তুনা লেপখি। অদুগা মখোং য়াওদ্রবা ফুরানা কিম্বখগুম লৈমায়দা তুথখি। অদুগা চৈরকখি— "চৎথ্রো, মখোয় লোইনমক হৈনাক্তগী। ঐ কনাগীসু মত্তেং পামদ্রে।

মত্তৌ অদু য়েংনা-য়েংনা তোম্বসু অকিবা থৌনা অমা ফাওরকখি। খোংকম চেৎনা লেপখি।

মীরভানা কন্না হায়রকখি— "মখোয় লৈবকগী শিখা ফাওবা মনিং তম্বা কংদ্রে। হৈতোমত্তা থাদোকপিরমলো।

ওশিগী ফিভম অসিদা মীরভাবু থাদোক্লম্বা অকবা ওইরোই খঙলে। অদুগা তোম্বদি চৎথ্রগে হায়না লেপথ্রবনি। পাংদবগুম তুমিন্না চৎনিংলক্রে। থৌনা অদু মপুং ফানা লাক্রে। "ফিভম অসিদা ঙৈনা থাদোক্তুনা চৎলোই। চৈনিংবা মওংদা চৈয়ু। চৎপা তারবদু মহাকপু পুদুনা চৎকনি ... ... ।"

মীরভাদু মশা থক থক নিক্না লৈপথংলকখি অদুগা অকপবা থুপাক্না তোম্বগী খজায়দা থাখি। তোম্বদি মশিং খঙদনা থাহন্নীংথিবনি অদুবু মীরভাদি ক্ষ্যান য়াওদনা তুথখে। মা অমুক হন্না ঙাংলকখিদ্রে।

তোম্বা তৌকম খঙদনা খোয়ক্তুনা খোইদুগী খোংজিন্দা লেপতুনা অমুক অনিরক কৌই। তুমথথ মামে থুমকখিদ্রে। নিংশিংলক্রে,

নিংথম চনবশী গুলি লৌখিবনি। অপন্‌বা পিরুদনা থুনা মীরভাগী কাদা অমুক লাক্লে। ফোন তৌতুনা ডাক্তর কৌখি। তোম্বনা উপায় অমা তৌতুনা অচোংপা কিচ্ছু অকংবা ফি শিন্দোক-তুনা ডাক্তর লাকপদা কজদবা মওংতুদি উহক্রে।

হিদাক অমা কাপ্লম্মী। করিসু থোইদোকপা তৌরোই, পুংখায়মুকী মমুংদা জ্ঞান লাক্রবদি ফোন তৌরকউ হায়রগা চৎখে। ঈশিং অশাবা তৌতুনা মীরভাগী থোংহু ইংথদনবা শেবা তৌই। মুপীগী মথোং পায়তুনা শেবা তৌবা অহানবনি। তোম্বা করিসু চিংনখিদে। হেন্নতুম পেঙ্খি।

মীরভানা জ্ঞান তারকপদা হিক্লা কপ্লকখি। করি হায়না থেম-লুনি। করি হায়রুনি, তুমিন্না তোম্বসু কমখি।

মীরভানা— "শিনিংলবা ঐবু নওনা অখিংবা পিরিব৷ করিগীনো ?" তোম্বসু হংখি— "ঙশিগী মওং অসি করিনো ?"

"ঐগী লম্বী অমা লৈরমক্রে। অশিবগী লম্বী অতুদা চৎখিবা পায়ে।" "তশেংনা শিবা য়াবগী মতাংদি মমাংদসু য়াম্না হোৎখ্রে। অতু কাওবা থাংতুনা লাক্লগা ঙশি থাজদনা ... ... ।"

'মতম অতুদদি হিংনিংবগী থৌনা মতিক চানা লৈরম্মী। ঙশিদি মায়কৈ থুদিং লম্বী খিংখ্রে। হাংলবা অতিয়াদা থরায়না মনিং তম্না পাইরুগদৌবা লম্বী অতুতা উরক্লে।" মীরভাগী য়েনা শোক্লবা থম্মোয়গী চৈনা অদো তোম্বদসু ফাওখি। মহাক্না খাংজিল্লগ্‌তুনা তোম্ববুসু শর ফুলহনগে তৌই। মীরভাগী পুন্সি মহাক্না থম্মোয় অতুদা তোম্বনা থাংফম থগুদনা ঙওনা মুংশিজবনি। করম্বা মরিননো কন্না পুনখিবগুম তৌই। লৌথোকে থল্ল থলগা হেন্না চেৎশিল্লকখি। মীরভানা তপ্না তক্লকখি— "ঙশিদি ঐগী থম্মোয়শে যুক্তুনা পুঙবগুম

খ্বর হোনবা ফাওবা কাওখি। ঐনা মায় পাক্লে থন্না থাংলুবা খোংথাংশিংসু লৌখৎপা য়াদনা শোয়রমলে। ঐগী খোংথাং অসিনা ইনাওশিংগী পুন্সিদসু অম্বেৎপা পিবা ওইনা থোক্লে। ঐনা তানখিবা শেলশিং অছুদি মৈচাক করবা অয়াবা মৈতাল ওইরম্লে। মশিনা পুন্সিবু ওমতুনা চাক্লক্লে। করিবু কান্নরিবগে পুন্নমক অরেম্বনি। নমথাক মীনম্বা ওাক্তনি। নহাকসু লাপা হন্দোকখ্রো। ঙশিদগী মনিং তম্বা পুন্সি অমদা হিংখ্রো। ঐগা নক্নবদগী নওসু ফংবা য়াবা, তাবা য়াবা ... ...।”

মথা তারক্কনবা তোম্বনা হায়— “অছুবা হায়গদবা রা ?”
মীরভা চেম্বরকপা পিছু তৈথোকপা তোরদনা মনিং তম্না চেম্ছল্লি।
“শিবা থক্কনা লম্বী লোইরব্রা ? অনৌবা লম্বী অমা য়েংবদি হৌনশানি। লম্বী অমদা নহাক্কা লোইননা চৎলগে হায়না ঐ লেপ-লবনি।” তোম্বনা থৌনা ফনা হুপা অমগী অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই।

তোম্বদা মুন্না য়েংলকখি। মীংয়েংছু য়াহংদি লোইনখি। তোম্ববু হেম্না থিনা চৈনিংলিব্রা ? ইকায়বা থওদে খল্লিব্রা ? য়াথলছু লুজদে খল্লিব্রা ? থওবা লুনা থোকখি।

তোম্বসু হায়রকখি – “শিনবগীদমক্তদি ঐ থাদোক্তুনা চৎলোই।”
মীরভাগী খোঞ্জেলদা লাংতক্নবগী মমি তাখিবে তপ্না হংলকখি—
“ঐগীদমক করি তৌবা ওমগনি ?”
“তৌহন্নীংবছু করিনো ? হায়য়ুদনা।”
“ঐঙোন্দা শান্তি হায়বছু ফংহনবা ওমগদ্রা ?”
“শান্তি ! করম্বা মওংদা ফংবা পাম্বগে ?”
“মীনোক চংদবা. মৈশা চেন্দবা, অশেংবা নুংশিৎ শিৎপা মরক্তা

লেপ্তনা চবিং তানা শ্বর অমতং হোন্দোকপা ফংবা মকম অত্থু ঐবু ফংহনবা ঙমগদ্রা ?"

"মতুমক শোয়দনা ফংহনবা ঙম্বা হোৎনগনি। ঙমদবা মতাং খোক-লবস্থ মায় লৈতুনদি চেল্লরোই"

মীরভা তুনিল্লা লুকখতুনা লৈগ্রে। রা মখা তায়রকখিগ্রে। কা অত্থু চিকপনা মখোয় অনিনা শ্বয় হোনবগী মখোলত্থু শেংনা তারি। মপান্দা নোং-থাংগা লোয়ননা নোং কল্লা চুরি। অচিকপত্থু মীরভাগী রাহৈনা থুগায়রকখি—

"অত্থু ওইরবদি ঐবু মফম অসিদগী লাপ্পা পুতুনা চৎলু। য়াম্না লাপ্পা, হৌখিবা পুন্সিগী নিংশিং মমি কাওবা য়ৌরোইদবা মফম 'তুদা।"

"মীচেন্নী হায়খ্রবদি ... ... ।"

"হায়বিংবা মখৈ হায়জশনু। ঐ শান্তি পাম্মী।"

তোম্বস্থ মহাক্লা হায়নিংবা রা খরা হায়রম্লগা খোকগ্রে। তোম্ববু মুম্না য়েংতুনা ছিপ্লি। পিদি চেম্বরি। ছিংঝিংবগী আশা অমা কাও-রকখি। য়েংনিংখি চৈথেং কয়াম্না রাংলিবগে হায়বত্থু। লম্বী অমগী-দমক পুক্লিং চপ য়ুংনা চৎনবা শেম শারকখি।

অয়ুক্তা লম্বীদা মী চৎনবগী মখোল তারে। য়াহৌ ঙনবা ছুকান্দারশিংনা থোং হাংবগী মখোলনা ইখিল থিল্লে। মীরভা হৌজিকস্থ ছিপ্লি। পুন্সিগী তাঙ্কক খরদি পশি অসিগী য়ুম অসিদা হৌখে। মীয়াম মরক্তা মহাকস্থ চৎখি, খেৎনবা মীংয়েংগী চৈনা অত্থু লোৎশিল্লতুনা। ঙশিদগীদি মীংয়েং ময়ামত্থুগী মমাংদা অমুক হন্না লেপ্পরোই খল্লে। কিরেপস্থ লৌবা লোইরে। কাওরক্লিবা মীমুংশিগী লিপুর ময়ামত্থু অচেৎপা রাখল অত্থুনা থোকা ওইদুনা পৎ-পাং খাৎচৈ।

খোইমু চংলকুনা কাহু মুংতিগী মতৌ লোইশিন্নি। ওরাং মীরভানা শেংখিবা ফিশিংহু ইচোং-চোংনা তাশিন্দুনা লৈরিবহু লো-খংলহুনা— "চে-চে, ওরাং নোং চোংলকপ্রা ? ঐদি থোংনাংস্মু লোনশিনবা কাওইনে।" চংশিল্লকুনা মীরভাগী লাইবক্তা খুং থমহুনা য়েংই। অহুগা— "চে-চে, নাত্রা ?"

খোইমুগী মতৌ রাহুং অহু মীরভাদা হেন্না মুংশিবা পোকখি। ওগ্না খুম্মী— "নাদেদা। কনা কনা হৌগংনখে।"

"কনাস্মু তুমদেনে। অহুগা ইচে মেমীদি ওরাং মাগী ছুপানা পুম্থ্রে।" মেমী চংথ্রে ভাবদা মীরভাগী রাখল ইয়াং য়াংবগুম হৌগত্তুনা ফম্মী। চনিং ভানা স্বর হোন্দোকই। বীমোলদি হল্লক্রে খওলে। মোপ্‌াগী পুকচেলস্মু খওলে। মচে ঐবুস্মু মুংশি অহুগা শারদাবুস্মু কায়নবা ওয়ৌই। মচিন্দা অমা ওাংজরবস্মু হোংলিবা লিচৎ অসিনা হেন্না মুংওাইজদবা অমা ওইররে। মনাওশিংনা মওোন্দগী নাথৈবগুন্না লৈত্র-বস্মু মহাক্নদি হৌজিকস্মু খন্দবা ওমন্ত্রি।

খোইমুদা হংখি— "ঐ লৈত্রবদি শারদা য়ুমশিদা হল্লকত্রা ?"

"অস করম্না খওগনি। ঐদি হৈনদেনে, মহুগী মুপীহু। ইচে মেমীবুস্মু শাওনিংবনিনে। দদাবু মথোয়না করিগী শাওনিংবা পোকপনে ? ওরাংস্মু চৎলমদাইদস্মু করি করিনো ওাংলম্বনিনে।"

খোইমুনা থরতং ত্রবদা মীরভানা হেন্না খওলে। মীওই খুদিংমক্কী অনিংবা অপাম্বা খওলে। মহাক্কী লৈরিবা পোৎ খুদিংমক খোইমুদা পিথোক্লমলে। খোইমুনা মপি তৈথোক্তুনা— চে-চে লৈত্রবদি ঐস্মু লৈনিংত্রে। ছায়হুনা কপই।

মীরভানা শেমজিনবীরহুনা— "বীমোলগী থল্লগা নহাক লৈম্মু। মুপী মচা নওনা কন্নাগী য়ুম্নদা চংলুগনি। মীশিংশে য়াম্না ফওবনি।

নঙগী পুকচেল খঙবীবা মী তাংগনি । নঙদি চমজবীনি । মকপ্ন অসিদনা নঙনা লৈবদা শাকপনি । বীমোলবু ঐমক্তি খল্লগা শেবা তৌবীয়ু । অদুগা সারদাবু হল্লকবা নঙনা খল্লা তকশিল্লু ।” অচৌবা দায়ত্বাতুম্ন নমশিনবীরম্মী ।

স্নুমিদাং ওইরবা ফাওবা বীমোলদু হল্লক্লে । ফোন তৌশিরা খন্দুনা রিসিভরদু খাংগৎলুই অদুবু ভগা থল্লক্লে । অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি ! মপা কায়নখিবা ! ইমা অশোনবীদুগা ঐথোয় ইচিন ইনাও অহুম্না লেল্লকখিবা ! হিংলকখিবা পুন্সি ! মমিশিং অদুনি খঙ্মোয়দা মুৎপা য়াদনা লৈরিবা । অঙাং ওইরিঙৈ মচেগীদমক পাম্বোম তিংদুনা মমান্নবা কয়া ফুনখি । পুন্নমক মীকুপ অসিদদি মীরভাগী নিংশিংবগী মরক্তা হেন্না মরেক শেংনা ফাওরক্লে । ঙশি পাঙ্গল মতিক চানা লৈরক্লবা মতম অসিদনা করিগী পাম্বোম তিংখোরকখিদবনো । পাংদবঙুম্না থৈদুনা লৈখ্রিবা করিগীনো ? মশিবু চৎনবীরা ? হোই চুম্মী । ইচেলনা ইঙ্গংনা চেন্দে হায়দুনা য়ারৌনীংঙাই লৈত্রা ? নিংশিং নিংশিং কপখি, মনাওশিংবু কায়নবদা তশেংনা য়াখি ।

### ভরাতরুকখুবা

লম্রী অমগীদমক গৌহাটি য়োগদবা বস অমদা তোংলকখি । মীরভাগী খোংচৎ মতগী খোঙচৎনি । ফম্নিবদুসু মোন্দ্রংনি । তোম্বগী মতুং ইল্লিবা হায়বদুরা ? শ্বর হোল্লিবা মহাক্কী থম্মোয়দো হকটাংদগী 'সুম লাপথোকখিবঙুম শ্বর হোম্নীংবা ফাওখিদে । কংনিংলিবা পাম্নিবদু কম্নিনো অদুস্ন খল জদে । অদুবু তাশা অমথক্তি তৌরি, 'শান্তি' শোম্নদনা ফংগনি ।

মাও য়োৎদা শয়াম চাক চাবগী কুমথনখি। মীরভাদি কমচুনা লৈহোই। খাজদনা তোম্বগা ইন্দুগা থেংনরে। ইন্দুহু মকম অসিদা খবক তারে। মরাচু ইরং লংনা হিগংলচুনা কৌরকই—

"তা-তোম্বা কদায়দা চত্তোয়রেনো ?"

তোম্বস্ নোক্তমক নোক্লচুনা চংশিল্লকই। "নঙদি সিদা লৈবা কয়াম কুইরে ?"

"কুইরে। ঐথোর সারগা পুন্না লৈমিন্নরে।"

ইন্দু ময়ুম পানথ্রে হায়বদি হায়রগ তাখি। সুপাচু কম্বি তৌই, কনাবো হায়বদি খঙদে। ইন্দুগী রাহৈ অচুনা খঙলে, অচমবা সুপাদি মত্তে হায়বা।

"অচুদি য়াম্না সুংঙাইরেনে।"

"হৌজিকপু কদায় চংতোয়রেনো ?"

তোম্বনা লকক তৌনা হায়— "ঐ মহাক্কা লোয়নমা লাকপনি।"

"মহাক হায়বদি !" ইন্দুগী ঙকচায়বা হ্বাইহেম্বি।

"ঐ মীরভা পুচুনা লাক্লখনি।"

"অশেংব্রা ?" খাজদমা হংখিখনি।

"মানি। ঐ মহাকপু ছিংহন্নিংই। মহাকী পুন্সিম্ কনবা ওমত্রা য়েংগে খন্দুনা থোও থাংলক্লখনি।"

"অচুগা কদায়দা ?"

"খঙদে। মহাকী পুক্লিংমা থোইদারে হায়না য়াজবা মফম অছুদনি।"

"করিনো হায়রিবা অচুযো, তা-তোম্বা ?"

"ইন্দু, ঐহাক পাউথুম পিকম খঙদে। অনৌবা লম্বী অমদনি।"

ইন্দুস্থ মথা হংলকখিজ্রে । ভাইহাক তুমিন্না লৈনরবা মতুংদা তোম্বনা হংলকখি— "সয়াদি কমদৌরি ?"

"নিংদি নিংশিংলিদনা ।" ইচম চম্না খুমবা মাঙ্গিবা পাউখুম অহুনা তোম্ববু নরাল লৈ হায়বগী ইঙ্গিংতি লোইনরি । খুমকদবা পাউখুম অহু পেনগনি খন্না হংখিবদি নত্তে ।

ইন্দুনা— "নোংমা সয়ানা পোং অমথক পিরক্কে হায়খিবহু নিংশিং-লিব্রা ? তা-তোম্বা । ঐভোন্দা লৈরে, থেংনরিডৈশিদা পুবীথ্রো । ইম্ফালদা লাক্কে খন্না-খন্না ফরক তাহুনা লৈরবনি ।"

তোম্বহু হোয়-মায় হায়হৌদনা লৈহৌরে । ইনক নক্না লৈরিবা পুলিস কাটর অহুদগী ময়োম অমা পুহুনা থোরক্লে । ময়োমহু পংচাও চাওবস্থ নত্তে । করিনো খল্লি । ইন্দুনা তোম্বদা শিন্নৈ ।

— "করিনো ইন্দু ।"

— "ঐস্থ খঙদে । মপুনা য়েংজরো ।"

তোম্বনা য়েংলুবদদি থাজদনা ঙকখ্রে । তোম্বগী ইখোলগী পট্টা অহুনি । খঙহৌদনা হায়দোকখি— "করিনো মানা তৌরিবশিদি ?" ইন্দুস্থ হায়হৌরগে মতাগুম্না— "মুংশিবগী দমক্তদি থবক খুদিংমকশে লায়না পাংখোকপা ঙমকজাংনি । তা-তোম্বনা মীরভাগীদমক ঙম্নিবা অসিগুম্বনি ।"

তোম্বহু হঞ্জিন-হঞ্জিন ইন্দুগী মফমদা ইকায়বা নংলে । সয়ানা বীক্রমদা সুহোংবা য়াখিবহু মপাবুংগা বাফম অসি য়ানরবা মতুংদা হোংখিদ্রনি । অহুগা নোংমা অথেংবদা এক্সিদেন্ত থোকপদা বীক্রমহু খিনা শোকখি । ঙক্না চানা তোম্বস্থ অবাবা অমা হোস্পিটালদা পুরকখি । অথেংবা অহুদা ঈগী কোয়চেন চেন্নহুনা লৈরমবহুদা তোম্বদগী ঈ পিরমখি ।

তৌম্বদগী ঈ পিরশ্মী খঙবদা সয়ানা থম্মোয় পেন্না মুংঙাইজখি। অশেংনা মপুম্নোইবা অমদা লৈবা থাজবা, ব্যভার অদু বীক্রমগী মফমদা হেন্না মরি চেংশিন্না লৈজখি।

তোম্বনা তপ্না— "ইন্দু অদুবু ঐ মশি লৌবা ঙমলোই। ঐবু লান্না খনগনু হায়য়ু।"

ইন্দুনা— মশিবু লৌথ্রবদি সয়ানা থৌনা মায়োঙনি। সয়াগী য়েংলগা মশিমতংদি লৌবীয়ু। লৈবা লৈতবা হায়রদুনা তা-তোম্বগী অনিংবনি ; সয়ানা তৌজরকপা নিংজরকপশিংগী মনুংদা মশিমতংদি থুংহনবীয়ু।

ইন্দুগী ৱারোনা হায়রকপা ৱাহৈ অদুনা তোম্ববু তুমিন্না লৈহনখ্রে। "তা-তোম্বনা পাংবীথিবা মতেং অদু সয়াদদি থম্মোয় পেন্না থোকচখিবনি।"

"ঐগী মতেং!"

"নোংমা বীক্রমগী ঈ তা-তোম্বনা পীরম্বদু সয়ানা কাওবা নত্তে ; মীওইবা হায়বশিংদি অঙম্বা মতেং পিনদুনা হিংনবনি। অদুগা মীগী খুদোল পোৎসু লৎনবা হৌনদে।"

গাড়ি থাগদবগী ঙংখৎমরক্লে। তোম্বসু তৌফম থঙদনা হায়— "সম্বাদো মঙ্গোল ওইয়ু হায়না থম্বা তমবীয়ু।"

ইন্দুনা হরাওনা— "ঐ শোয়দনা হায়গে। মহাক য়াম্না হরাওনি।" ইন্দুসু গাড়ি মনাক ফাওবা লাক্লুনা মীরভাগী থুৎতু পায়শিল্লদুনা "মঙ্গোল ওইয়ু।"

মীরভা য়েংদমক য়েংলকই। পাউথুমদি পিরক্রে।

ইন্দুনা— "করিগুমথা হল্লক্রবদি ঐগীদা চংলক্কথা য়ারোইকো।"

গাড়ি চৎপা হৌরে। ইন্দুনা নোক্লুনা খুৎ হায়রহৌরি।

চৎলিবশি কদায়দনো ? কয়াম লাপ্পা চৎলিব্রা রাহং অমা কাওবা হংখিদে। মহাকপু কদায় তাম্না তোম্বনা পুন্নিবা খঙনিংলুবগী খোইরাংবম্ পোক্ল্রুদে। মীরভাগী অপামবদি লাপ্পা ময়ামনী মরক্তগী থোক্লকপা অসি-তনি। তোম্বনা পুবা, চৎপা মারকৈদা মহাকম্ মতুং ইনবা তাবনি। অরুবা গুহা অমদা চোংথরকশি হায়রবম্ মীরভাদি রা ওাংদনা চোংথরপদবনি। অতুবু মখোয় য়ামক্লবদা মণিপুরগী রাংমদি লাম্হোরক্লে।

## ভরাতরেংসুবা

বসন্তগী ত্রেন্দা সুমিৎ নিনি-হুমনি লাকপা জরনি অতু মখোয় অনিমা ওাংনখিবা রাইদি 'হোয়', 'য়ারে' হায়রবা রাই অমিশিদগী হেম্না শিজিন্নখিদে। মীরভাদি শ্বর হোঞবতনি থয়াম রাওরবীনি।

দিল্লিগী ষ্টেশনদা কুমথরকপদা রাহং অমথক হংখি—

"কদায়দনো ?"

তোম্বনা মাং থারভুনা চংনা-চৈনা থুম্মী— "মতম খরা শাদারজীগী ক্লেটতা লৈশি।" সুগায়না হায়বগী দরকার লৈতে খনবনা ওইরম্বা য়াই মথা তারকখিদে। তেকশি তোংভুমা কমা শাংনা লাক্লে। দিল্লি ওইজরবম্ সহরদগী থরা লাপ্তুক্না লৈবা জগা অমদা ওইরম্লে। অহানবা চংখিবদা য়ুমতু শংবী হনুবী অমা থোক্লকই। মোঙ্গোম মোভুনা হিঙ্গীদা হংলকখি— "মনিপুরদগীরা ?"

তোম্বনা— "অহোয়, মনিপুরদগীনি।"

হন্নুবীহুনা মীরভাদা মুল্লা য়েংই অহুগা মোমোন নোকতুনা তরাম্মা ওকপগী ইজিং উৎথি। মখোয় অনিবু লমজিংবীহুনা মখোনা অনিস্নুবহ তম্না কাথংলি। হন্নুবীহুনা শোনখি— "লিকস্নু য়াক্রে। শেম্বীবস্নু লাক্রে ... ।"

কাগী শো শিন্নরমলগা হন্নুবীহু কুমথখ্রে। চহি মতাং অহুদা মশা খিংনা উরিবা হন্নুবীহু উবদা চোকথরবা মীরভাগী হকচাংহু থন্না তেকথৎপোই থল্লি। কাগী শো হাংলুবদদি মখোয় অনিমক ঙক্না হেংনখি। তোম্বনা, "কাশি ওন্নরমানে।" হংগে থল্লিউদা হন্নুবীহু ঈশিং পুরহুনা কাখৎলকখি। মখোয় অনিগী ঙকচান্নবা মতৌ অহুদা মোল্লহুনা "এ সব আপ দোনোং কি হৈ। সদ রজীনে বতায়া থা, হমনে বনায়া। কৈশা হে কমরা?"

তোম্বনা ঙকচান্ননা থুম্মী— "বহুত আশা হৈ। শুকুয়া।"
কাহু লৈনম চেল্লবা লৈরাং কয়ানা লৈতেংলম্মী। য়ুম অসিদা মতম থরা লৈগে হায়হুনা তোম্বনা সাদারজীদা ভারা ওইনা ঙাংনরকপনি। মঙং অসিদি মহাকস্নু ঙকখি। অশেংবমক্তীদি সাদারজীনা মীরভাবু মচল্লী থল্লগা লৈতেং অসি তৌনবা হায়খিবনি।

লমশাং লাকপগী অন্নাবহু ঈরুথোকলুবা মতুংদগীদি হম্মখ্রে। রাথল-দগী হকচাংদগী লোয়না চোকথরবনি। তোম্বস্নু মশক উখিদ্রে। ভাইহাক উইথরুরমানে, মুমিং তারমদাইগী মুংশা মঙালহু শান্না থোংনাও ফাওনা কা'নুংদা তারকখি। পুসিগী চেনাশিংহু অমমমতা হায়গত্তুনা য়েংখি। ইখিবা শরুক্না হেনখ্রে। নিংশিংলরোই থন্দুনা চেনাশিংহু শেগায়হুনা লংথোকচৈ। অহুবু পায়থোকথো য়াদনা নৈশিন্দুনা লৈখি। অয়োইবী থৌনা পুথোকুনা অমুকস্নু থোমজিন্দুনা লাপ্পা লংথোকপ্রে। মশিং য়ামদ্রব লেমহৌরিব। চেনাশিং অহুদা তরু-তরুবা ময়েক্না চয়েংলবা লৈত্রবা মীওই অনিথকী রায়ীনা চেনা থন্না ইমগে থল্লি। অহুবু পায়থংলুবা কলম থুংথাবা ঙমদনা লেপখি।

খল্লি করম্বা কনাগী মীংগা লোয়নননা ইথগনি । 'তোম্বা' মিং অসিগা লোয়ননা লেমহৌরিবা চেনাশিং অসি ইথবা তারব্রা ? খন্ত-রকখি— চুমলিব্রনে রাখল অসিবু । ইশাগীদমক মী অমগী পুন্সিবুসু মাংহল্লগদ্রা ? মহাক্তি অমকপা লৈত্রবা মপুং কারবা মুপা অমগী পুন্সিনি । ঐগী পুন্সিদা পুশিন্নকপা চুমলিব্রা ? হৌজিক তৌগদবসি করিনো ? খোংথাং অসে থম্মোয়না য়ানিংলকখিদে ।

থোং হাংলকপগী মখোলদা মীরভাগী রাখল কায়খি । তোম্বসু ওকচান্নবা হংলকখি— "করি তৌরে ?"

"ঐগী খোংথাংশে য়াম্না লানথ্রে । নঙগা ঐগা লমবী অমত্তুদা চৎ-মিন্নবা ওইখোক্লোই । নহাক্তি মীনোক চংদবা পুন্সি অমদা হিংখ্রে । নঙ ঐবু থাদোক্তুনা চৎখ্রে ।"

তোম্বগী মীৎয়েং মঙং মত্তৌ ভত্বা-ভত্বাদে । রাহৈশিংতু মুল্লা তারি । মীরভানা ঙাংবা লোইরবা মতমতুদা নক্লা চংশিন্দুনা লেপ্লতুনা খোঞ্জেল ইংনা হায়রকই - "লৌরক্লিবা ফিরেপ অসি ইচম চমবা ঙাইহাক্তী নত্তে । অমৌবা পুন্সিগী খোংথাং অতুনি । থাংগ্রবদি পাংদবা মীশক-কুম্না লমখাংদগী হল্লোই । অতুক য়াম্না শোন্থবা ঐ পামদে । অতুগা ময়াম্বু কিতুনা তৌগে খনবা থবক্তু পাংথোক্লোইদবা মীসু নত্তে । ঙাইহাক্তী ওইনা থম্মোয় ফাথনবগী মঙং অতুদি ঐঙোন্দা য়ারোই ।"

তোম্বনা খল্লিবতুসু চুম্মী । অতুগা রাখল অতুমকসু লাম্না খল্লবা হায়বতুনি । ঙাইহাক্তী ওইনা তৌশিন্নগে হায়না খনখিবসু নত্তে । তোম্বনা মখা তানা— "ঐবু পাংদবা ভাত্বল্লগা, য়ায়থিবা পিরম্লগা খোংফম অসিদগী মায় লৈখিগে খল্লবদি নহাক নত্তোমতসু হিংহল্লোই অতুগা ঐ ইত্তোমতসু হল্লোই । নহাক্তী অপামবতু ঐগীসু অপামবনি । খল্লু ।" তোম্বা কা'তুদগী থুনা থোং থাংদোকখ্রে ।

লৈংবা য়াম্রবা থোংফম্নি। হায়রম্লিবা খুদিংমক থবক ওইনা পাংথোকপা ঙম্মোইদবগী মরম লৈতে। পুক্লিংনা ইনশিল্লকখি থাংলক্লবা থোংথাংনি, করিগী নিংহন্নরি। মফম অসি তাম্না করিগীদমক লাকখিবনো? শিবগীদমক লাকখিব্রা? লাক্লবদি লম্বী অত্থদা চংশিন্দুনা য়েংলোদনা।

অচিকপা অত্থদা মতোমতা 'হোয়' হায়বগী থোঞ্জেল অমথক থোকখি। "ঐ চংশিনবা তাবনি। অতৈগী নত্রবস্থু তোম্বগীদমক ঐ লেপ্পা তাবনি।"

মুপা অসিগী মঙুং-মতো শাজংস্থু মীরভানা থেংনরকখিবা ময়ামদগী তোপ তোপ্পনি। মুপা হায়বশিংসে মখোয়গী অনিংবা অপাম্বা শাজং অমদা ইমান মান্নে। তঞ্জাবু কংলবদি মখোয়গী রাখল অসিস্থু রাইল্ড ওইরকই হায়বা অসিমদি য়াফম থোকই। অত্থগা মুপী ওইবীশিংনা মাগী মুপাবু ঈশ্বরগুম্না খন্নে।

করম্বা মঙংদা কদায় ফাওবা মাগীদমক তোম্বনা লেপলিবগে হায়না চাং য়েংনিংলকখি। মপান থোংদা উবা ঙমদ্রবা মহাক্কী মুংগী ওইথা মরিত্থ খঙনিংখি। রাখলবু ফাথজরত্থনা মীৎ উইশিন্দুনা থৌনা পুম্বা শাগংচখি। মতম পুম্নমক্তা পাম্মুজনা ঙাক শেন্দুনা লাকখিবনি মুপী ওইবীগী লোম্না থমজবা ইজ্জৎ অমথক্তি। মশিননি ঙশি ফাওবা মীরভাবু হিংহল্লিবস্থু। পুন্সিগা মতমগদি মহাক লাইনা শিজিন্নখি। অত্থগা থম্মোয়দি ঙশি ফাওবা কনাদস্থু ফোংনা লাম্তোক্ত্রি। ঙশিদি মশাগীনি হায়বা করিগুম্বা অমা ফাওবা থাকশ্ররোই খল্লে।

থাউমৈগী মম্লি-মম্লিবা মঙাল অত্থদা অঙৌবা গুলাব কেনবগুম্না ফমুং মথক অত্থদা মাতাখি। তোম্বস্থু কা অত্থদা চংলকখি। অমুক্তা উখিত্রিবা মীরভাগী লিচৎ অত্থনা তোম্বগী পুক্লিংবু লাংতক্কহল্লবস্থু য়াম্না ইংথনা ফি অমনা হকচাং অত্থবু কুপশিনবীখি।

অদুবু মীরভাগী মিত্তগীদি পি শিন্থরকখি। পুক্নিংদস্নু ফাওরকখি— "মুপা-বু মুপীগী হকচাং মীহৌদবা! হকচাং অসিগীদমক্তা নক্রনে, মখোয় কয়ানা মতিন কুৎ-কুৎ য়োত্তুনা তাম্নখিবদো। বদনামস্নু পীবীখিবনি। উনশানা য়োমবা হকচাং পোলাং অসিগীনি ঐবু করেম্নবীখিবস্নু। মপু পান্দবা পোৎকুম্না হায়রিমখৈস্নু পকচখিবনি। শরু উতোং খরা অশিনি ঐনা রানা ডাক শেল্লকখিবা। শেলগীদমক ঐ খাংখিবনি। ছশিদগীদি অমুক হন্না ডাক শেল্লরোই, মনিং তম্লবনি।"

তোম্বনা যিত্থু ডকশম ফাওবা চিংখৎপিরদুনা হায়রকখি— "ময়াম্না হায়নৈ নঙবু কজে। ঐস্নু য়ানিংই, অদুবু ঐদি নহাক্কী হকচাং পোলাং অসিগীদমক মীহৌবা পোকখিদে। নহাক্কী থম্মোয়, নহাক্কী পুন্সি অদুবু ঐনা য়াম্না মুংশিজখি। মশিখক্তনি।" "অদু ওইরবদি নঙনা ঐগীদমক থমগে খল্লিবা অশেংবা মরিদু করিনো? ঐঙোন্দা তাকউ।"

'মুপী-মুপা ওইবগী মরিদা মুপগী মপুরোইবা অমগী কংফম থোকপা শরুক অদুতমক নঙোন্দগী লোগনি। মুপী অদুনা মপুরোইবা অদুগী-দমক্তি হায়দুনা কখোরকপা পনখৈ অদু লাম্না অরাবা অমা 'মুক পিরোই। মশি ঐগী লিচৎনি।"

মীরভাগী মিত্তা থম্না নিক-নিক লাওনা তুংদুনা লৈরিবা পিশিং অদু চেম্বা হৌরকখি। খজায়গী চেম্থরিবা পিদু তোম্বগী খুৎনা তপ্পা তৈথোকপিরকখি। অদুগা মোমোন নোক্নুনা নুংশিনা— "হৌজিকপু পিরা? ঐ মতু উবা পামদে।"

মীকুপ অদোমা মীরভাগী মকমদা খ্বায়দগী পেঙবা ওইখি। মুপী মুপা হায়বগী মরিশিদি করিস্নু ওইরমদ্রে। অশেংবা থম্মোয়না মীমুংশিগা লোয়নন্না শোল্লবা থম্মোয়গী পিরাং তৈথোকপিবদু ওইরম্মে। উই-শিল্লিবা মীৎ অদু পাংলক্নবা তোম্বনা ফাগি মচা অমথক তৌখি,

রাহৈহুগী পাউখুম ওইনা মীরভাস্ম মোমোন মোকপগী মম্মি তারকখি। অছুগা মুন্না য়েংলুবদা উরকখি— তরু-তরুবা মীৎ অনি অছুদা পুন্সিগী অরা মুংঙাই অনিমক্তা শরুক য়ামিন্নবগী শেংলবা মরি অমথক। মশি ওইরমানে কৎথোকপগী কজরবা শক্তম হায়বদো! প্রকৃতিগী লিচৎপু ইকায় খুম্নবনি। অছুগা থম্মোয় অনিবু তৎনবা য়াত্রবা মরি অমনা পুনশিনবনি। মশিস্ম ওইরমগনি লম্বী অছু। পুন্সি অমা মপুং ফানবা শেম্বদা চৎত্রবা য়াত্রবা লম্বী হায়নবছু।

## তরানিপালস্মুবা

মকম অসিদা লৈরকপা মতম থম্না হৌগ্রে। নোংজু থাগী ওনচাক্লরম্বা মুংশাস্ম নেমখগ্রে। অইংবা মুংশিংনা মছুৎ শিনবা হৌবক্লে। ফেক্টরি অমদা তোম্বা থবকসুবা য়াওরে। লোত্তনা লৈবম্বা থম্মোয়গী অশেংবা মশক তপ্পা তপ্পা উরক্লে। মুপা অসিগী অশেংবা শক্তম ময়েক শেংনা উরক্লিবা মখৈ মীরভাগী অকিবস্ম হেন-গৎলকখি।

অসি য়েৌনা মীরভাবু থজরম্বা, মহাক্কীদমক শংসার অসি মৈরি ওলহনবস্ম ওমশদবা মাল্লকখি। নোংমত্তা মীরভাগী মাংদা অরাবা উৎখিদে। মহাক্কী মকা লাম্বা মায়থোংগী মমি অতুদি মুমিৎ থুরিংগী মীরভাগীদমক ওমজবা থম্মোয়গী অশেংবা খুদোলনি। মরি অসিনরি মীরভাবু হেন্না থনহম্লীবস্ম।

ওশিদি তোম্বছু মায়থোং মক্কা হল্লকখি। মফি ফাওবা হোংদনা চংশিন্দুনা হিপখি। রাদি ওাংদে, মীরভাস্ম চংশিন্দুনা মনাক্তা ফম্মুখৈ।

অমুক্তা উখিদ্রিবা মতৌনি। থল্লি ভশেংনা মহাক হ্মারবজাংলা? করিগীম্ম হ্মারোই, করম্মম্ম মুংঙাইগনি। চাওখংলবা মীগী সহরদো ঐগী পোক্লফমগুম্না ইনিং-ইখা তৌবা ঙমগ্রা? ঐগী ইরমদম্ম খাদোকতুনা কদায়দনো ঐনা শান্তি থিরিবা? শান্তিগী লম্ব লৈবা হৌনব্রা? ময়াম অসিগী মরক্তা ঐনা মাবু চিংশিনবীরকখিবনি। ঐদি মীবু হ্মাহনবনি। ঐগীদমক অম্মুক য়াম্না তৌবিরবা কাওবা পেনবা ঙমদ্রিবশিনা করিগীনো? হে ঈশ্বর, নহাক্তি খঙলমগনি। ননাইবু অমুক্তদি মীওই মরক্তা হিংহনবীয়ুনে।

মীরভাতু তৌফম খঙদ্রবতুনা ঈশ্বরদা তাইনজরকই।
"কৈদোরে? নশা মুংঙাইত্রব্রা?" ইংতুনা কম্নীবা মীরভাবু য়েংলতুনা হংলকখি। হ্মাহং অতুনা জ্ঞান তাহল্লকপগুম মুম্না য়েংলকই! হ্মাহং অসিমক মানা হান্না হংলম্বনা চুম্বনি থঞ্জে অতু ওইরবদি মীগী লমন মচা অমদি কোক্লমবম্ম য়াবনি।

অয়ুক্তদি হ্মাম্না ইংলি। থোংনাও হাংতুনা উরিবা মহৌশাগী অতুগা খুৎশেমগী য়ানশিন্নরবা শক্তমশিংতু য়েংলি। চংলিবা লমবী অসিগী অরোইবতু করিনো খঙনিংলকখি। হিমালয় চিংশাংদগী তুমজিল্লকপা অইংবা মুংশিংনা মীরভাগী হকচাংদা থেংলবদা হ্মাখল অমথক ফাওরকখি— "ঐহাক করিম্ম লান্দে। মী ওইনা পোক্লগা মশাগী সমাজ অতুবু কিতুনা চেনবা! মশিদি হ্মাম্না ইকায়ফম থোকপনি। হিংনিংবগী হ্মাখল অমথক ফাওরকখি। নাইতোমদি নত্তে, চুম্মী থম্না থাংজবা লমবী অতুদনি।

মীরভাগী হ্মাখল হোংলে। মরমদা হন্নীংবগী হ্মাখলনা লৈত্তাফম খঙলক্লে। মতম অতুদদি করিদগীনো হিংবা ফাওবা কিরকখি। হিংবগী হক অতু ফাওবা লৌজবা কিখি। কমাগম্ম উম্ননিংখিদে লাপ্না

চেম্নীংখি । হৌজিক্তি তশেংনা য়াজরে, মরাল লৈবস্থু মক্তনা ফরিগী মীচেন ওইরগনি । হনখিবনা অশেংবা লম্বীনি থল্লে ।

মীয়ভানা রাখলত্তু খজিক্কং কাংথোকলুবদা তোম্বনা হেন্না পামথুনা লৈরমলে । ওশিদি তোম্বত্তু মোমোন মোক্তুনা য়াম্না হয়াও ভয়াম্না উখ্রে । অমুক কূইবা অসি অসিগুম্বা শক্তমশি কদায়দা শোংশিল্লু-খগে । অমুক্তা উংথিদে । সয়ানা পিরকপা ঈথোলগী পট্টা অত্তু নহান মথৈ তমদবনি । ওশিদি রারিত্তু মীয়ভাদা শায় । মীয়ভাগী রাখলদা করি লৈথা হায়বত্তুম্থ খঙনিংখি । তোম্বগী রাখলত্তু মীরভাস্থু খঙই । "ঙঙনা মহাকপু মুংশিরবদি লৌশিনকম থোকই ? সয়া নখোয় অনিগী ফজরবা মরি অমথক তৎনদনবা থমজবনি ।" মীরভাগী রাহৈ অত্তুদা তোম্বত্তু পেল্লমানে, রা ঙাংদনা মীরভাগী ফজবা পুকচেল অত্তুবু থাগৎপগী মীৎয়েংগা লোয়ননা মুন্না য়েংলত্তুনা ফল্লি । মীৎয়েং অত্তুদগী ঈংলবা ঈরিক কয়া কয়ানা মীরভাগী হকচাংদা চায়রকপগুম কাওখি । হিংবগী উরুম লাংলবা পামবী অত্তু মীরভা-গীদমক্তা নক্কা লেপ্লমখি । মিং উইশিন্দুনা পোথানবা পামবা অত্তুদা ঙাথজরকখি ।

মতম থরা শৈদাংলমবা মফমত্তু থাদোক্লবা মীয়ভাত্তু পোৎ লোইশিন্দুনা লৈরি । মীরভাগী পুক্লিং হকচাং ফাওনা নুংঙাইবা অমা ফাওখি । হিংবগী নুংঙাইবা পুন্সি হায়বত্তু মশি ওইবা ভাই খনখি । কুইনা লৈরক্লবনিনা য়ুম শংবী হনুবীত্তু মমাম্নবীগুম্না খঙনরে । নুংথিলগী অয়ামবা মতমদি হনুবীত্তুগা রারি শানথুনা মতম লেনমিন্নথি । মথুক্তা চিঠিখাউ অমা পায়রত্তুনা কাথৎলকখি । "মণিপুরি বহেন, সে নওগী ওইরমানে ... ... ।" অহলত্তুনা মীয়ভাদা কৌজবা মীংনি । কনানা ইরক্লিবা ? মীরভাত্তু তশেংনা ঙক্লে । মতোম্দা চিঠি ইরক্লবা মীস্থু লৈত্তে । অত্তুগা মফম অসিগী এড্রেশ কনানা করম্না খঙলিবনো ?

ভাইওমদনা হাংদোকলুবদা ইয়মলিমা মীংহু উবদা মীরভাগী মীওগী পি চেম্বরক্লে । খোইম্বুনা ইয়কপা চিঠিনি । মরোলদি ফুংভাইতবা নিংঙমদবগী পাউদম ভাক্কনি । খোইম্বুদি চিঠি ইবা হৈবম্ব নত্তে, মেমী নত্রগা বীম্নোলনা ইয়কপনি । ইকায়বনা ওইরমবা য়াই খোইম্বুগী মমিং ইয়ক্লিবত্থু । চিঠিগী মরোলদা মীরভানা পেঞ্জবা রাহৈদি সারদা লাক্লে হায়বা পাউদ্রুনি । মীরভাবু কৌরনবা মখোয় দিল্লিদা চৎনবা খোরাং লোইরে হায়না ইয়কখি । মীওগী পি চেম্বরবস্থু পুক্লিংদি ছয়াং-ছয়াংলকখি । "মখোয়না ঐবু য়ারোবদি তৌরেদনা ।"

অতোপ্পা চে অমস্থু পিক্লা থুপ্লগা য়াওরি । হাংলুবদা তেম্না ওকরে । নীশেপনা ইয়কপনি । কমদৌনা খোইম্বুগী চিঠিগা পুন্না থারক্লিবনো ?

মীরভা, রাহৈশিংশে নফমদা হায়বগী কান্নবা লৈররোই খঙনা, খঙনা হায়নিংবনা হেনখিত্বনা রাহৈ অমা অনিথক তমজখিবনি । ঐস্থু ঈশ্বরদা য়াহং অমথক হংলিবনি— অরোইবা মীকুপ অত্থুদা করিগীদমক নঙগা খেংনহল্লিবনো । ঐগী পুন্সিদা নঙদি য়োংথাংবি । অমম্বদা নোংথাংনা মাংখিবগুম নঙনা ইনাক্তগী হৌগত্ত্না চৎখি । নঙবু ভান্নগে থন্না থন্না থৌনা মাংখি । অহিং অত্থুমা তুমদনা নঙতবু থনখি । নঙনা ফনা য়ানিংরেবস্থু নঙবু পুত্থনা চৎপ্রগে থন্দুনা নঙগী লৈফমদা ইশামক চৎলুই । লাইবক্লা ওইবা ভারে, নঙগা ঐগা পুন্সিগী কায়নৌ হায়না তমখ্রেদনা । নঙগী খোঙুল লিবা ঐগী ইত্তিক ওইথিদে । নহাক কনাগুম্বা অমগী মতুং ইন্দুনা চৎগ্রে হায়না নঙগা লৈমিন্নরম্বী মুপী মচা অত্থনা তমখি । অমরোমদদি নহাক্তী ফিরেপ অত্থন ফয়বনি । নত্রত্থনা নশাবু মাংনবা হোৎনরম্নবদি ঐ নঙবু য়াম্না রারোরমগনি ।

ঐ খঙই, নুমিদাং অত্থুদা ঐগী মাংদা কম্না ক্রন্না শিম্থখিবা মীৎকী পি, লোৎনবা হোৎনখিবা ! থাংদোক্পা ওমদনা বানা থাংখিবা নঙগী

খোংথাংগী অরাবা ঐ ভাব তাই। মঙমা ফনা নাথৈহনা চৎথ্রবদু নঙগী খম্মোয়না ঐবু হুংশি হায়বশিমদি মীনম্বা ওইরম্লোই। মশিমদি ঐস্‌ন্ নফমদা হায়নিংই— "পাক্লবা সমুদ্র কয়া লাজ্জুনা, চিংলোম কয়া লাম্বোত্তুনা উবা য়াবা, তাবা য়াবা সংশারগী মশক উরবে। থম্মোয়গী অশেংবা মরি, অশেংবা হুংশিবা হায়বশিদি নঙোন্দা লৈরিবা মরি অসিনা অশেংবা ওইরমানে। ঐগী লেমহৌরিবা পুন্সিশে মীয়ামগীনি অতুগা লৈবাক্তী শেবাদা কংথোক্লে। ঐগী হুংশিবশিনা পাপ চংবা, মরাল লৈতবা ওইরবদি ঐগী অরোইবা মীকুপ্তুদি নঙগা লোয়দনা লেংনগনি। মশিনি ঐগী নিংজবা। মীয়াম্না নঙবু লাম্না উরবদু ঐনা নঙগী পুন্সিবু য়াম্না ইকায় খুম্না বাংনা থাংগৎলিবনি। চিঙ্গিশি নঙনা ... ...।

অরোইবা শরুক ফাওবা পাবা ঙমদনা চিঠিহ্ নৈশিন্দুনা লোগোয়রকই। কুপ্না য়াম্না কুপ্ন ওয়বদি চেম্মী মশক উদনা তুমথিবহনি। তাশিংখিদে, অথোংপা অমেংবা রাহৈ অমত্তা। পাম্মুনা থাদোক্লমবা হুংশিবহনা অমুক কায়হৌরক্লবশিদদি মীরভাত্থু থাংবা রাবে। মহাক অসো মীরভানা পুজা তৌজখিবা ঈশ্বরনি। ঈশ্বর মঙোন্দা ফাওবা পাপ লংশিনবা মীশক হায়বহু ওইরব্রা? চৈথেং! চৈনা! পিরো পীনিংবা হন্দি, মসিবু অনৌব্রা? থাংবা হায়বশিনা ঐগীদি পিথোক্লকপা গুন্নি।

## অক্রামাপালশুবা

পুন্নমক কাওথোক্লবা হোৎনরহুনা চৎলিবা লম্বী অতুগী পানমুং অতুত্তবু য়েংজরকই। মথোয় অনিনা মতম খরা শাইদাংলম্বা দিল্লিগী অবাইবা ঘুমহু থাদোক্লম্লে। মকা লাম্লবা মায়থোংগা লোয়ননা ইম্ফালদা

থুংলগদবা বস অমদা মখোয় অনি ভোংলকখি। চেল্লিবা গাড়ি অতুনা মাও গেট লানশিল্লকপদগীদি মীরভাগী পুক্লিংদা ফাওরকখি, অনৌবা পুন্সিগী হৱাও তয়াম্বা শক্তম অমথক। হৌজিক্কি কনাবুস্থু কিক্লরে। অনৌবা শক্তমদা, অনৌবা খোংথাংদা চংলক্লিবা য়ুমগী মৌ অমনি। কনাম্বা ওকপিরমগনি! পামজরবস্থু মতুমদি রাখলদগী লাপ্লা থরজখি। মাওদা ভাইহাক পল্লবা মতুংদা ইম্ফালগীদমক গাড়িশিং অতু থৌবা হৌনরকখি।

পংশাং শাংনা থৌত্রি, গাড়িশিং লেপখি। করিনো করিনো হায়রতুনা ময়াম ঙুং-ঙুং ঙংনৈ। সেনাপতিদা লাকহৌবগা আর্মিগা নোংমৈ কাপ্পবদা আর্মী থরা শিরে। অতুনা লম্বী থিংখ্রে। হৌজিক ওপরেসন চংথরি। ময়াম চংপা য়াবগী মতমতু রানা ভাইনখি। ভাইহাক লৈরগা পাউ লাকখি। ঙশিগী ওইনা লম্বী থিংখ্রে। চংপা য়াররোই। ময়ুম য়ৌনিংবনা পেসেঞ্জরশিং অতু লাংতক্লরকই। শাওনবস্থু য়াওখি। "মখোয়না চাওরিবসি কয়া চাওখ্রবনো। লম্বী লম্ফাং অসিদা ঐখোয়বু মী নত্তবদোমা, মখোয়না থমনিংবা মওংদা লৈহনবনি।

অমরোমদদি ঐখোয়শে ফমল্লবনি। করি মরাল লৈতুনা মীচম ময়ামবু করিগী অরাবশি মায়প্পোক্লকইহল্লিবনো? লৈবাক অসিগী রায়েন থৌদানা কদোমদা থৈদোকখ্রবগে? ময়ামগী খোয়শাওনবা মতৌনি। শাওনিংবস্থু ভাবনি। ঐগী য়ুমগী থৌজান্দা ঐবু চংবা য়াদে হায়রতুনা থিংবগুম্বনি। শান্তি হায়বশিদি ইশা ইত্তোমতগী অক্ষা অপুন লৈতবতু ওইরম্রে। ঐগী লৈবাক অতুনা নিংতমলপা কংগদবা ওইরমলে। কয়া লুরমলবা পুন্সি খোংচংলো? করিগী ইশানা ইশাবু নিন্দা তৌরুরিবনো? অতুগা অমরোমদা সমাজ অসিগী অওনবদা খোং থাংবা ভমলবদি শান্তি হায়বতুস্থু লাক্কনা কংবা ঙমগনি।

পাউহু তাবদগী ইন্দুনা চোক লাকপদা মীরভাগা তোম্বপা থেংনরে। ইন্দুনা য়াদহুনা মখোয় অনি ইন্দুগী লৈফমদা লাক্লে। ইন্দুগী য়ান্না সম্রাট ওইবা মতৌ, অঙাবগী মমি চেন্দবা মায়থোং, ভাংনি-ভাংলোই থঙদবা হরাও তয়াম্বা পুন্সি অহু উরুবদা মীরভানা কলকচথি। ওম্নোক্লা লাইবক ফগ্রেদকো। লাইবক যবী নুপী হায়নরিবশে মহাক অসিনি থনজৈ।

ইন্দুনা ভাংবও শকপও তৌহুনা চান থক্লবা শেম-শাহুনা শেৎনা তৌরি। ফমফম কা অহুগী কাচিন ওইরপনা থারিব; উপু মচা অহুগী মথক্তা সয়। মখোয় অনি নোক্লুনা নম্মীন্নবা ফোটো অমা থিল্লি। অহুগা থংননা ইন্দুগা মাগী নুপাহুগা নম্মীন্নবা অময় থম্লি। ইন্দুগী নাকন্দা লেপলিবা অচৌব; পুলিস ওফিসারগী ফিজোল শেংলিবা নুপা অহু উবদা থাক্তদন হন্না-হন্না য়েংশিনথি। মীরভাদি মঙঙন্না থোকখ্রে। মতম অমগী ডিরেক্তর সাহেব অহুগী চান্নরবা মরুপ অহুনি। নুমিৎ অহু নৌহৌনা নিংশিংলকখি। হৈন্দনা থোকখিবা থোদোক অহু থম্মোয়দা ফাওরকখি। ইচম চম্লজবী নুপী মচা অমা ওৎখিবহুগী চৈনা ফাওরকই। ফম্না ফম্না মীরভাগী হৈনিংলম্বা মাংখ্রে। চা পুশিল্লকপা নুপা মচাহুদা ইন্দুনা হায়খি— "অবুক্ত, নখোয়গী সার ওফিসতা লৈরমখিগনি। ঐবু ভাইরমগনি, মেদামদি য়াওররোই। ঐগী মরুপ অনি লাকহৌই হায়না পাউ পীরুচো।"

তোম্বনা অহানবা ওইনা রা ভাংলকই— "থবক লৈব্রা?

"হোয়, হন্দক ভোৎ লেপকদবা সারগী মরুপ অমা লৈ। মহাক্লা চাক কৌবনি ভশিশে।"

"চত্রবদি নুংভাইগদ্রনে?"

ইন্দুনা মমিৎ-ও মনা-ও — "ই! মখোয়গী চাক অহুনা লুব্রনে? ঐগী ইনাক্তা অসুম্না লৈবীবা হায়বশিবু অমুক ফংবিগদ্রা?"

ইন্দুগী মওং মতৌ য়াম্না হোংলে। অহানবা মীরভাগী য়ুমদা থেংনখিবা অত্নুদগী মথং থেংনবদদি অহোংবা অসি উঙ্গবনি। ইন্দুনা মথা তারকখি— "কদায়দগী মখোয়দি কমথ্রগা পাক হনশি য়াদে। মমৈদদি ঐনা পোরগা পুরকপগী ফিভম ওইনা তাবজাংনি।" রাহৈশি হায়রগা থরায় তানা নোকচৈ। নোকপা হঞ্জিনবা লোইদনা— "মুপী ঐখোয়শে তশেংনা হিংবা য়াম্না লুবজাংনি। খুদোংথিবত্ন থেংনক্লিমখৈদি কনাসু য়ানিংলোই। ঐগী পুন্সি অমা মাংলিবশিদি খন্দনা মচা মুপাত্ন লাকুনা ঐগা তোয়না খংনখি। মখোয়গী মপা হন্থবশিবু ঐনা ফাবনি হায়দুনা শাওখি। ঐসু কাম্নদ্রে খন্দুনা শাওবা ফাখজরে। হায়নিংবমথৈ হায়রো থল্লে।

রারিত্ন তোম্বদি শুক্লা তারি। মীরভাদি থোয়না ঙকপা মান্দে। ইন্দুনা— "ইচে অত্নুদি য়াম্না কৈ। মাদি ঐনা লাকখিবশিদা রাইত্নম শংলে খল্লবা জাংনি। হৌজিক্তি সারসু ঐবু কিথ্রপোংনি। হৌজিক্তি কৈদৌরুনি? করম্না মুংঙাইগদগে হায়বা পুন্সি মরেলত্নুনি ঐনা খিত্নুনা হিংলিবা। নখোয়গা থেংনত্নুনা ঙাইহাক ফম্মীন্নত্নুনা রারি শাবা ফংবশে য়াম্না মুংঙাই।"

ইন্দুগী রারি অত্নুদা মীরভা উংগ্রে। থনখিবা 'লাইবক ফগ্রেদা' হায়বত্নুদি কদাই? মুপাগুম্না ফিজেৎ শেৎত্নুনা আইন থুত্তা পায়রিবা ইন্দুসু মুপী অমগী ফংফম থোকপা চৈনাদি নাম্থোকপা য়াদবজাংনি। অত্নুবু ইন্দুগী খোংথাংদি সেক্রিফাইজনি। করম্না তরাইনা লৌরুগনি। পুক্লিং রারকপা ঙমদ্রবা সারত্নুগী পুক্লিংবু লাকশিনবনি। ইন্দু নৎতনা অতোপ্পা মুপী অমা য়েংবা ফাওবা য়েংলম্নরোই খল্লি। ইন্দুগী অচোবা মায় পাকপনি হায়নিংই।

ইন্দুনা তরাম্না হায়রকখি— "করি এঙ্গাং চাশিগে? য়েন চাব্রা?"

নেপালা— "মাদি চাদে।"

মীরভানা তপনা খুম্মী —"ঐ চাত্রবস্তু নখোয় অতুম চাও, করিস্তু কাইদে ।"

"মতু য়াদে । পুন্না চাবা য়াবা অমা চাশি ।"

তঙ্গা অতুদা ফোন খিংলকখি । ইন্দুনা পায়খংলি । মায়থোংতু হন্নাও তয়াম্না শন্দোরকখি !

"য়াম্না নুংঙাইরে ডাক্তর । ঐস্তু শংলবদি হয়েং লাকনি খরা তম্বীয়ু । হোয় .. ... পাউ হায়বীরকপগী থাগৎচরি ... .. খমজয়ে ।" অতুগা খংহাই হান্নরকই— "সয়াতু করিস্তু তৌত্রে নোমে'ল ওইরে হায়...... ।"

তোম্বনা— "সয়া কৈদোরগে ?"

ইন্দুগী শকফম খিত্তং হনজিখি । অতুগা পাউশি তান্নমখিরোই .. ...

"বীক্রম লৈখিদবা থা অময়োম ফারে ।"

মীরভাগা তোম্বগা ঙকচান্নবা ইন্দুবু য়েংই । ঙকচান্নবা মরক অতুদা ন্নাহং অমদি হংখি তোম্বস্তু— 'কমদোননো ?"

"করি ওইনা নাবনো খঙদে । গৌরাহাটিদা লাম্মেংবা চংলুমানে । য়াত্রতুনা অতুম পুরক্লমানে । বার্তো'ন ফংবদা ঐস্তু ইঙক ঙকই । খঙদে সয়াগী মরাইবকশে । লাইবক্তা তম্বা ওইরবস্তু বীক্রমদা হেক লৈরমত্রবদি...... তাতোম্বগী ইত্থোলতুগীদমক ... .. ইন্দুতু ন্না চপ লেপস্ত্রে । রাহৈতু শোয়স্ত্রে হায়বা খঙজরকই । অত্তবু মীরভাদি অথুপ্পা রারিতু করিনো খঙলে । সয়ান্না তোম্ববু খন্নায় হকচাং য়াওনা নুংশি হায়বশি মীরভানা খঙত্রবনি । নৌজরিবী সয়াগীদমক খন্দবা ঙমখিদে । মীরভাগী মন্নো লৈবা মীংয়েং অতুনা তোম্বগী মরালতু লাইনা ফাস্ত্রে । তোম্বস্তু মীরভাদা ন্নারি খরদি লোংখিবনি । লোংপগী মরমস্তু লৈ । অশেংবতু খঙলবদি তোম্বনা মীরভাগীদমক শেমজরিনা লম্বী অসি থুদক্তা লোয়খিগত্রা হায়তুনা ন্নাজখি ।

ইন্দুনা নুংঙাইত্তবা মুত অতু থুগাইরকখি । "লাইবক্তা তম্বা হায়বতুনি ।

মহাক দেলিভরিগী হোস্পিটালদা লৈবনি।" মথন্নায়গা মুংঙাইতবা অতুদা মশাতু থরা শোকপা জাংনি।"

"অঙাংদি করিম্নু তৌদব্রা ?"

"অঙাংতুস্মু মপাগী মতুং ইনথ মানে ...।"

মখোয় অনিমক রা অমুক হন্না হংলকখিদ্রে।

মুপামচাতুনা পাউ পিররে। "মেম, থৌরাং লোইরে।"

করম্বা মতমদবু তৌহল্লিবা থৌরাংনো, পাল্লবা ডাইনিং টেবলতু থম্না মথল মখেল ময়াম অমা থৌরাং তৌরম্মী। ইন্দুগী অতিথি শেবাশিদি অঙকপনি। তারুরিবা রারি অতুনা কনাস্মু নুংঙাইতবা ফাওদ্রে। ইন্দুনা কাওথোক্লবা রারি জাং-জাং শারকখি। "হয়েং ইম্ফাল য়ৌরগা ঐবুস্মু চাক অমুক্তদি কৌদনা।"

রাহৈ অতুদা মখোয় অনিমক নোককেৎ তৌখি। তোম্বনা হৈশিংনা খুমখি — "হায়নিংতুনা লৈরমলিবনি। লাকপা শংলোইদ্রা থন্দুনা ... ...।"

ইন্দুনা ঙকতুনা খুম্মী — "নুমিৎ অতুদা হায়রম্ম ... ...।" মখোয় অহুম পুন্না নোকমিন্নখি। নোকপা লেপ্লগা ইন্দুনা— "তা-তোম্বদি মহি মনাইকা তৌদব্রা ?"

রাহংতু ইঙক ঙক্না ভাব্বিঙেদা মীরভানা — "তোয়নদি তৌদে মরক মরক্তা তৌই।"

তোম্বগী মীৎ অনিতুনা চাখোক্কদবগুম মীরভাদা য়েংলকখি। করিগী ওইদবা ঙাংলিবনো হায়না হংলকপা মরোল খোক্তবা রাহংনি। মীরভনা খঙশিন্নদবা মতৌ অতুনা তোম্বগী ঙকচান্নবতু হেনখি। ইন্দুদা পাউখুম অমা কাওবা পিখিদে। মাগী মুপীগী রাহৈতু অরানবা তাইন্নীংদবনা ওইরম্বস্মু য়াই।

ইন্দুনা ফি্জ হাংতুনা তাংনা ফংলবা শামপেন লিক্রি পুথোরকখি।

অচুগা গ্রামতা হৈরকখি। তৌরিবা মতৌচু য়াম্না থুংলোইবগী মওংনি। তোঙ্বনা হায় — "মাকেৎতদি য়োনবা ফাই অচুগা নখোয়গীদমদি য়াম্না হোংনা কংলিবা ঙাংনিদনা।"

ইন্দুনা নোক্লদুনা — "S. P. গী য়ুমনিনা ফংবা তাবনি।"

"নখোয়না মুংঙাইগত্রবে ইন্দু ?"

"ইন্দুনা ইয়াং য়াংনা খুম্মী— "মাজি থঙদে, ঐখোয়দি অমুম্মা শেখা তৌবশিদি হৈমখ্রজাংনি। অচুনবু সারনা ইন্দু, ইন্দু হায়দুনা ঙাও-রিবনিদনা।" হায়রগা থরায় ঙাম্না নোকখোকই। মীরভানা ৎপলি-ৎপলি খুমলকই — "ওল্লাবু ফংলবদি করিগী শেবা তৌনিং-লোইদগে।"

মীরভাগী য়াঙাং মতৌ অচুম্না তোম্বসু থল্লি — "কম্মিদে। ঙমিগী মতৌশে।"

ইন্দুনা হৈবদু লোইনা থকচিনখ্রে। মীরভাদা লোম্না মরক্তা য়েংলকই। মীরভানা লিক্লিচু থাংগৎতুনা অহাংবা গ্রাম্ তৎদুদা হৈরকখি। অশংবা মচুগী লিক্লিচু ঙৌরবী খুৎশানা পায়বদা হেন্না পকচখি। নিশাগী ময়াইস্থ হেনগংলকখি। তোম্বসু থকে য়াওনা থক্লিবা ওইরমানে য়া ঙাংলকখিদ্রে। ওকপগী য়াহংনা থল্লবা তোম্বগী মীয়েং অমগী পাউখুম ওইনা নোকফেংৎ তৌনা মীরভানা হায়খি— "থক্লবদি অশেংবা মহাও থঙনবা থকপনা কৈ। অদু ওইরবদি অশেংবা পুন্সিগী মশাক অদুসু উবা ফংলনি।' তোম্বদু তৌকম থঙদনা উখি। কোকসু হেন্না-হেন্না ঙাওশিল্লকখি। ইন্দু মখোয় অহুম য়াখি শাদুনা চামিল্লরি। ইন্দুগী য়াবিদু মীরভাদদি চংত্রা চংদত্রা হুক্লিবা চখোমদু ফাওবা কাওবগুম তৌই।

ফনা থেংলে। মখোয় অহুম ফমমিন্নদুনা বারি শাম্মখি। ইন্দুগী জারদু হক্রম্মানে, গাড়ি থৌজিল্লকপগী মখোল তাম্মে। ড্রাইভরদুনা

থোংজিন্দা লেপ্লদুনা— "মেম, সারশি চৎপা মেত্রে . অমুক্তা মত্তেং পাবীয়ু।" ইন্দু হৌগৎখ্রে।

ইন্দুদদি অনৌবা নত্তে। তোয়না ঙৌবা মথৌগুম্না করিস্ু নাচুংদনা থোকখ্রে। গাড়িদগী কুমথবা ঙমদনা তাদুনা লৈরিবা মাগী সারত্ত চিংখংলদুনা ইন্দুনা হায়খি— 'মশি হেক তাদ্রি কাওবা সারস্ু গ্লাসতু পায়বীবনিনে।" "ইন্দুনা ঙাকপোয় থাংবোই তৌদুনা ইমুংদা পুশিল্লি।

সার অদুনা লোরবা খোজেলদা হায়খি — "নঙদি লাকউ য়াদে ... ... নঙ য়াওরগবু ঐবু .. ... অদুদগী রা মথা তাবা ঙমদনা ইক-ইক ফমুংদা লোংনা তাখ্রে। ইন্দুনা হৌনবী শেবা তৌরি।

ঙাইহাক লৈরগা অমুক তোম্বা হোয়গী মনাক্তা চংলবখি। অদুগা— "সারশি ফজরগা লাক্রে। হয়েং ওটনা শক খঙনরশি। মখোয় মুংঙাইরমলরোই, তা-তোম্বহোয় পোথাবীরো। রূশি য়াত্তাই শান্ননিংবনি ... ...। হয়েং অয়ুক্কী চা থকপদা ওটনা শান্নবা হায়বদুনি।"

ইন্দু চংখ্রে। মীরভাদি ভশেংনা উংলে। মহাক সার অদুবু অমুক হল্লা উনিংদ্রে। ইন্দুনা মুংঙাইনা পেম্স্তোক্না হিংলিবা পুন্সি অদুবু অমুকস্ু খল্লি। নুপী হায়বশিনা অসুক য়াম্না কথোকলিবশি করিগীনো? রাহুংশিনি পাউথুম লৈত্রিবা।

মীরভাগী মঙ কায়খ্রে। শাগৎচরম্বা আশাস্ু কায়থ বগুম কাওরে। নীশাগী ময়াইদুনর তোম্বদু ঙাংনিং-শক্লিংবা মনিং তম্লকখি। হায়দোকপা ঙমলমদবা অশেংবা থম্মোয়গী অরোনবা রাহে কয়াস্ু মনিং তম্না ফোংদোরকখি। তাবদা মীরভাস্ু ঙক্না থাজদনা থোকখি। তোম্বনা ঙাংলিবা খুদিংমক তুমিল্লা তাখি, তৌরকপা খুদিংস্ু মনিং থুংহনখি, নিরকপা খুদিংস্ু পিথোকখি।

মীরভানা চৎলগে থন্না খোংথাংলক্লবা লম্বী অসিস্থ চয়েংনরমখি। পাইশিল্লকখি অরাওবা লৈচিল মপৈ-মপৈ লম্বীদুদা। লৈচিল অদুবু হায়দোক্লুনা অশেংবা লম্বী অদুগী মশক উনবা হোৎনখিবনি। উরকখি মশিং লাকওমদ্রবা লম্বীদুগী অফাংবা লমলোং অদু! উরুবা তারুবা খুদিংমক হোৎক্রবা পুক্নিংগী মরি লোইনা লৈনরমখি। করম্না থদৎপা য়াগনি। থোকখিবা থৌদোক ময়াম অদুনি কাওথোকপা পামখিবদি। নিংশিংলক্লমু, থেংনরক্লমু য়াগদ্রা? অদু ওইরবদি শান্তি হায়বদু কদায়নো? চৎনবী কয়ানা য়োমশিল্লবা সংশার অসিদা হিংলিবা মীওইবনা শান্তি ফংবা হায়বশিদি ওইথোক্লবনি। মীওইবনা শেম্বা সংশার কয়া ফজখবা শক্লমনো? মীরভানা পামজখি, নওনা মীন্নুং-শিগী মীৎয়েংগা লোয়ননা পাম্বোম তিংথোক্লুনা নাওকোনবীবদো। রারৌবা, মীরভানা কনাদসু রারৌবা ওমজদে। সুপ্নগী 'শান্তি' হায়বগী মহাও অদুতবু খৌরাংজরুবনি। অদুননি নঙোন্দগী লাপ-থোক্লশিরা খল্লিবা।

ফাওরক্লিবা পল্লেপফম খঙদ্রবা পুক্লিংগী ইহুল অদুবু ফাথজবা ওইনা থোংনাও হাংদুনা অহিংগী শক্লমদু মীরভানা খৌরাংনা য়েংজ-রক্কই।

শিথরকপা থাগী মঙালনা অহিং লোইশিল্লকপগী মতম অসিদা ময়েক শেংনা ওাল্লরে। তুমপক-তুমপক লেপ্লিবা উ-রা শিংগী মখি অদু অপাব লৈচিলনা কুপশিনগদবগী চিংখোংদগী চিংদোল তম্না মপৈ-মপৈ পাইথংলি। থাজসু চিংদোল অদুদা তোংলদুনা লৈচিলগী থৌগল ওক্লি। অহিংগী লিক্লা ওইরমানে তপ-তপ তারকপগী মখোলসু তারে। ঙৌনা পাইরিবা পল্লেপফম লৈত্রিবা লৈচিল মপৈশিং অদুগী পনথুং খিনিংলকখি।

নিংঙাইদনা নাথোক্লুনা। তুমলিবা তোম্ববু অমুক্তং পেল্লা ঈরা চেল্লবা মীৎ অহুনা য়েংজখি। ঋিংবা ঙমহৌদ্রবা পি মতুম অমা হুনি তোম্বগী খুদাংদা ইরুং লংনা তারকখি।

## কুনম্নুবা

তোম্বশা মীকপ থোক্লকপা মতমদদি মীরঙা কা মনুং অহুনা উত্রে। অস্থুক ঙমা কদায়দনো হৌপংখ্রিবা। কা মনুংগী ফিভম থোং মওং কাইদনা লৈরি। তোম্বদু ফুক হৌগত্তুনা করিমো হায়রপা খল্লি। ঙরাং মুমিদাং মাগী মওং মতৌদু তোম্বসু চিংনখিবনি। করিগী নমহুনা তোম্ববু হিদাক পিথকখিবনো? য়েংখংলকপদা উথি খার য়াওদবা থোংনাও অহু লাওবা হাংহুনা লৈরি। তোম্বগী মীহুলগী খোংজেল মাংখংলকখি। মশা মতোমতগী চিংনজবতু হেন্না ময়েক শেংলকখি। চংশিন্দুনা থোংনাও মনাক্তা লেপই। য়েংথোকখিবদা অমম অঙান শিন্নবগী মুস্থুক মুবা ফিজংনা শন্দোকখি। থোংনাও অহু নেম্না ফাংলি। মপানলোমদা কুমথখিংগ হাক্লবসু চিংগী অঙম্বা শরুক অহুগা মক্লা লৈরি। তোম্বদু তৌফম খঙদনা কা মনুংদা হুরুৎ হুন্দা চংলি। ইন্দু হৌদোকশিরা? অহুব ঙমদ্রে, মাগী সার অহুনা করি খনখিনি? মহাক্কী অনিংবদু পাংথোক্লবগীদমক তোম্ববু পংথহল্লম্বনি। হায়বশিদা মশাসু য়াজরে।

তোম্বদু মুংঙাইতবা তৌফম খঙদবনা ঙশেংনা ঙাওরে। থোংনাও অহুদগী চোংথোক্লনা মীরঙাবু থিবা অমম্বদা চিংয়াং অহুদা কাখংলকখি।

মায়ক মোংশোং খণ্ডখিদে, য়ুরকখিবা ভিল্লাঙ, খেংলকখিবা উশা-রাশাগী চৈনা ক্যাওখিদে। নারক মোংশোংগী মহু পুবা জিবস্থু নিংশিংখিদে। অচিকপা নত্তমা কনাগীস্থু খোঞ্জেল তাদ্রবা মকম অদুদা মীরভাবু খিজরকই। তাইবং মীদি লাইরছুনা উচেক বায়া ক্যাওবা মকোন্দগী মচি লেংলকখিরে। উপায় লৈত্রবা তোম্বদু চিংদোল অদুদা লেপ্লদুনা খম্মোয় ফুক্না কৌখি মীরভা ·· ··· ··· ··· মীর ·· ··· ভা ·· । অদুবু খোঞ্জেল অদুমা খোম্থা ওন্দুনা মালংদা ভিনখি। নিংবা কান্নবা মুপা অমগী মতৌদো মহৌশাদী লাইরেম্বীদি খাংবা রারমানে, তোম্বগী পাউখুম ওইমা হৌরিবা উজাওশিং অদুগী মশা-মরেং লেংলদুনা, শূং ·· শূং · শূং হায়না উনাশিংগী খোঞ্জেলদুনা পাউখুম পিরকখি।

× × × × × × ×

কুইনা বা ভাংলক্রবা মতুংদা খাংবদা রারবা খম্মোয়গী চৈনাদো তোম্বগী হোন্দোরক্লিবা শরগী শাহুমদা লোয়নরকখি। খুৎ লেপ্তুনা উরিবা ওজা রাজেনগী ধ্যানস্থু থুগায়রকখি। কলম খুনজিন্দুনা তোম্বদা মুন্না য়েংলকই। তোম্বগী মায়থোং অদু পেন্দবগী মমিনা থন্না শন্দোক্লম্মী। ওজা রাজেনস্থু তৌকম খণ্ডরে। মহাক্না অঙম্বা উপায়না তোম্ববু অনৌবা পুন্সি অমদা পুরক্কে খল্লুবনি। হৌৱবা রাম্বিদু কাও-খিনবা মওং অমা নত্রগা মওং অমনা হোংনখিবনি। অদুবু অরেম্বা তাখ্রে। তোম্বগী পুক্লিংস্থু খণ্ডলে। খাজবা, অদুগা মুংশিবা হায়বা লিপুন অনিশিনা তোম্বগী খম্মোইবু চেৎনা পুনপ্রমানে। মহাক্না নিংলিবসি থুগায়নবা হোংনরুত্রা হায়ববু পাপ পুগদবা মাল্লক্লে। ওজা রাজেন্না য়াম্না তপ্না মোং হাদনা হায়রকই — "নঙগী মুংশিবশিদি ঐ ক্যাওবা কিবা ফাওরে। অদুগা ইতোমতগী ভকচান্নবা রাহংদি, মহাকপু অস্থুক নিংজবা মুংশিজবা মীশক অমবু কন্নিগী খাদোক্তুনা মহাক্না চৎথ্রিবনো ?"

ওজা রাজেনগী রাহৈদুগী পাউথুম থোকনা খল্লুদে। তোম্বগী মীৎয়েংদু অহাংবদনি। লোইবা নাইড্রবা অতিয়াগা মালেমগা ভাইনবগী লংদাইদু তম্না য়েংলিমানে। খল্লব্সু য়াই,— মফম অদুদা সংশারগী অরোইবা হায়বদু য়ৌনা চংনব। লম্বী অমগা লৈরমগদ্রা হায়না।
পুক্লিংদা ফাওরিবা মুংঙাইতবদু চীনবালদা থোক্লকখি — "এনা মহাকপু পেলহনগনি কোকহনগনি হল্লুই। অদুবু ইশামক মহাক্কীদমক্তদি মতিক চারনদ্রে। মহাক্কী থম্মোইগী কাচিন কোয়া য়ৌনা এনা উবা ফংখিদবননি। ওজা রাজেনগী অপামবদুসু তোম্বা থডই। অদুবু মদু ওইথোক্কদবদি নত্তে। সয়াগী পুক্লিং ওজা রাজেন্না খঙদবনা হায়বসু ওইরমগনি। মতম অমদা মশাগী অরাবা তারবা ফাওবদা তোম্বগী পুক্লিং খিত্তং খঙখিবদা তোম্বদা মত্তং মিখিদ্রবনি। মুংশিরবসু থাদোকখিবনি। হৌজিক শাগৈ অমগী মৌ ওইরবা, লুখ্রাবী মহাক্কা কৈদৌঙৈদা রাফমদু য়ারক্লোই হায়বা তোম্বনদি থডই। মনেম মকুনা মত্তৌদু য়েংবা মুংঙাইতদুনা পংখল খন্নবা ওইরমগনি। সয়াগীদমক মুংঙাইহবা ফাওরবসু রাফমদু মথা তারুদ্রে।
ওজা রাজেনদু শ্বর অমা শাংলপ হোনখি; অদুগা তোম্ববু মুন্না য়েংলদুনা —'ফরে, সয়াগী রাফমদু থম্লশি। এসু পাপতি তৌনিংদে। এনা হায়নিংবদি, এগী ইত্তৌদি তমহন্নীংদে, এথোয়গী পুন্সি না মহিং অমনি। য়ুম অমা লিংবদি ফে।"

ওজা রাজেন্না পেল্লমগদ্রা নত্তগা করি খল্লমগনি খল্লুদনা খুমলকখি— "অদুবু এদি মতাক ঙাইখিনি চহি কয়া! থা কয়া! খঙদে। পুন্সিগী তরোইবা মীকুপ অদু ফাওবদি ঙাইখিগনি।"
তোম্বগী রাহৈ অদুদা ওজা রাজেন্না নুন্না য়েংই। রাদি হায়দে। তোম্বগী পুক্লিং খঙলবগী মওংনি। তপ্পা অদুদা কদোমদগীনো খঙহৌদনা উচেক অনি পায়রজুনা উশাহুদা তোংলখি। তোম্বগী মায়থোং হরাও, মুংঙাইবগী মমিনা থন্না শন্দোরকখি। খঙহৌদনা

খঙহাই হায়রকই— "পাইখিবা উচেক অনিহু অমুক হল্লক্লে। ওজা, য়েংঙ্নে মতু মমান খিংদোক্লুনা কায়নরুবগী পাউকম্নিবশে। করি পাউবু তম্নরিবনো ? মশি ওইরমগনি থুংনবগী মীকুপ হায়নবদো।" ওজানা য়াম্না মোং হাদনা তপা— "হাম্নগী উচেক অনিহুনি হায়না তশেংনা খাজরব্রা ? ঐদি খল্লিবনি, হাম্না পাইথ্রিবহু হল্লক্লুহুনা অতোপ্পা অমা থিহুনা পুংবা শেমলক্লিব্রা হায়হুনা। নাইতোম হিংবা য়াদে হায়বশি মীওইবা ঐথোয়দগীদি মথোয়না ক্ষমা খঙই। মীওইবা ঐথোয়দি খঙলবসু খোদাংনা নত্রনা লাইবক হায়বশিনা মরম ওইহুনা নাথৈহুনা চৎখিবসু য়াওদবা নত্তে। ঈশ্বরগী থোদাংশি উচেক-রায়াশিংনা হেন্না খঙনা হিংবজাৎনি। ঐনা অসুম খঞ্জবদা মথোয়গী সংশারশে য়াম্না ফজৈ হায়না লৌই।"

ওজা রাজেনগী রাহৈ অহুনা তোম্ববু হেন্না খলহনখি। থম্মোয় অহু ওনিকলকখি। তশেংনা পাইথ্রিবহু হল্লক্লরোইদ্রা ? তোম্বদি মহাকপু চাইবনি। মহাক য়াওদ্রবা পুন্সিদি অমুক পামদ্রে। তোম্বগী শকফম হোংখ্রে। লুকথহুনা লৈখ্রে।

নোংচুদনা নোং খোলকপগুম ওজা রাজেন্না হৌনা ফাক ফাক নোক্লক্লে। তোম্বা ওক্লা ওজা রাজেন্দা মুন্না য়েংলকখি। নোক্লিবহুগী মরম লামব ফংদে। অমুক কুইনা লোইনরকপগী মমুংদা ওজা রাজেন্না পেন্না নোকপা উরে। তশেংনা ওজাহু ওম্বোক্লা পেন্না নোকখ্রে। মীনোক অদো, শংসারগী অরা-অনা পুমব কোকহনবা ওমবা মীনোক্লি। নোকপহু ফাথরহুনা হায়রকখি— "হোয় চুম্নীদা। পাইখিবহুগী খোঙ্গুল লিক্লবহু ফংলহুনা হনমীন্নরকপনি। য়েংঙ্নে. উচেক অনি অনিগী মতৌসে। অতৈ উচেকশিংগসু মান্নদে। কায়নরুবগী রাস্নৌনবা মতৌ অহুনি। নত্রনে, য়েংঙু।"

ওজা রাজেনগী খাজদ্রবা রাগৈশিং অহুনা তোম্বগী রাখল লৌশিং ফাজিনখ্রবগুম তৌরে। রাহংসু হংলক্কে, মুংঙাইবসু উৎলক্কে।

চুমত্তা য়েংহ্নবা [illegible] । অহুবু তোম্বনা [illegible]ওকপা মওং অমদি উয়ে—মনাসু পান্দবা কংবা [illegible] খণ্ডদনা উচেক ময়াম পাইরক্নুনা তোংলরে । পোথাবম শান্তি হায়বশে মনা পুংবা উপালদতসু কংদমানে । মনিং তম্না পাইথোক পাইশিন শান্নরি । অহুগা পাউদম্নবগী মুংশিরবা খোঞ্জেল, চ্ক চ্ক... চ্ক লাওবগী মখোল অহুনা তোম্বগী চিংনরমবা, মুংঙাইত্তবা পুম্বা মাংখিবগুম ক্লাওরে । থাজবগী মপাঙ্গলশে ওন্থোক্না কনখ্রে । তোম্বগী খল্তবগী পাঙ্গল লাক্লে । মহাক অকনবা নোংলৈ মুংশিং তামদা অকংবা উনা ওইখিবনি । নোংলৈ মুংশিং অহুনা লেপখিবা মতমদা অকংবা উনাহুগীসু পনথুং অমদি লৈগনি ।

তোম্বনা পুক্লিং মকা লাম্না হায়খি — "ঐনা খনবা, হায়বহু চুমত্রনে ?" ওজা রাজেন্না মঙক নোমহুনা য়ানিংবা উৎলি । অহুগা উথক্তা য়েংখৎলহুনা নোক্নুনা হায়রকখি — "অকংবা পাম্বী ওইরবসু উচেক শঙ্গ ময়াম অমা তোংলবশিদা পাম্বীশি হেন্না মগুণ লৈনা উরদ্রো ? অপুনবগী ফজবা শক্তম হায়বদো মশিনি । ঐথোয় থাজবা মাংহনগুমশি থাজবনা নঙবু মোমোন নোক্না উহল্লেদনা । ঐসু নোংমদি ইমাগী মিৎকী পি তৈ-থোক্নুনা নিংখা তম্বা মীওং মীনৈ লৈত্রবা পোক্লফম লমদম অসিদা নিংতম্না শান্তি ফংনা হিংবা ফংলকখিগনি । অহুনা ঐথোয় পুন্সিনবা তাবনি । কলমগী থোরবা মচিন্না পুরকপা নিংতম্বহু ঐ পাম্মী । মহুদা শান্তিসু লোয়নহুনা য়াওরক্নি হায়না থাজৈ । ঈ নাই তানরগা পুরকপা নিংতম্বহু শান্তি লৈগনি হাযবা ঐদি কয়া থাজদে । অহুগা ঐ তশেংনা থাজৈ, নঙগীদমক মহাক শোয়দনা হল্লকখিগনি ।

খুউ অমিহু পুন্সিল্লিবা ওজাগী খুৎতুদা তোম্বনা তপ্না পাইশিল্লকই । ওজাসু নোকক্লেৎ তৌরকখি । মীনোক অহুদা শান্তিগী ঈরিক লোইনখি । অহুগা শ্বর চনিং তানা হোল্লহুনা নোংথক্তা য়েংখৎলহুনা তুমিন্না লৈখি ।

পোলোয় অদুদদি (উপন্যাস)

ৱারি অসি নুংশি-নুংওনগী ৱারিদি ওইরগা নুপীগী ৱাখল মীৎয়েং ঙাকচনবগী, ইন্দিভিজুয়েলিতি তানবগী মীৎয়েং অমা অইবীনা নিংথিনা পুখৎলকই । ৱারী অসি কল্পনাগী য়ুম্ফম অমদা লেপ্লগসু থিনগৎলক্লিবা ৱাখলগী ময়োন অসিদি অনৌবা মতমগী অনৌবা নুপীগী ৱাখলগী সমস্যানি। নুংশিবা, কখোকপা, থাদোকপনচিংবা ফিদমগীৱাখল্লোনশিংগী ফীবান্নুংদা অইবীনা থিরকই অনৌবা নুপীশিংনা মায়োক্লরিবা ৱাখলগী লান্থেং-মদুদা মখোয়গী ফীরেপ।

....... হৌজিক্কী মতমগী অনৌবা নুপীশিংগী [illegible] শক্তম থিরকপগী খোঙচৎ আসি দেবলানা য়াম্না মতিং লৈবা মীৎয়েং ওইহন্দুনা উপন্যাস অসিদা পুথোরকই। মসিনা মতমগী খোঙ্থাং পুবা অচৌবা উপন্যাস অমা ওইরকই ।



হাইপর সোন্সিতিভ ওইবা চরিত্রশিংগী মবক্তা পোসোসৈটলভকা হাইযেংঃ ইন্টেৰ্নাসিটিদা লাকপনিংনা রোমান্সকী ইনহেবেন্ট লোভকী মতুং ইন্না ত্রেজিক লেখোক ওইরকপান । ত্রেঞ্জলর [illegible] সীইদা কারেং দ ইঙা দসাতং নাবর্গা মংংদা চংং । মসি পোইন্টিক [illegible] । অইবাস ত্রেজিক ওইনা পামই পাঙ্কং সিদায়সা ওইনা যেংবা পামই । মসি মাগা কলাগী থৎশোন্না হায়বা ।

অইবীনা য়াম্না কন্না নৈনাববা সমস্যাদি মপান্থোংগী নুংশিবগা আধ্যাত্মিক নুংশিবগা আন অসিবু কবন্থনা হেন্না মগুন লৈবগে হায়বা সমস্যা অসিদা য়াম্না কন্না নৈনরি । নুংশিবদা ওইজবা থিবা, কল্লক খন্বন চাওবা অমসুং ময়াক্তি কাবা কমগী লীচৎ অসিনা কদায় ফাওবা আধ্যাত্মিক্কী নুংশিবদা য়ৈখায় থনগায়বগে হায়বসু মরিক চুম্না থৌদোক কয়া অসিনা লোয়নদুনা চৎলি । ........

বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী গীত গোবিন্দদা জগৎকী মপানি হায়রিবা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মা শ্রীমতি রাধিকাগী মফমদা হায়জ নোঙ্গবা মতাং অমব নীংশিংদবা ঙল্লক্তে । "কামগী ছৃগী ময়ায় চম্না ঐগী কেংকী লৈতেং ওইবা, লৈতেংবীমু খুযা থম্লাল কোক্তা ।"



পোলোয় অদুদদি